ꯃꯧ ꯑꯍꯨꯝ ꯂꯥꯟꯐꯝ ꯑꯍꯨꯝ

# মৌ অহুম লানফম অহুম

(A collection of six Radio plays)

কুঞ্জলাল য়েন্দ্রেম্বম

# Mou Ahum Lanpham Ahum (MALA)

A collection of six Radio plays which were b'cast by AIR Imphal and Silchar. Written by Kunjalal Yendrembam. P.W.D.Colony Tarapur. Silchar. 8, Dist. CACHAR (ASSAM)






*Courtesy: AIR Imphal & Silchar*

Year of first publication :- 2009
No. of Copies :- MALA 500 only.


Price Rs. 200/-

Published by : Moirangthem Graphics & Yendrembam Ongbi Benu Rani, Silchar, Cachar, Assam

Printed at :- Moirangthem Graphics, Silchar

---

কনাগুম্বনা ড্রামাশিংসি করিগুম্বা হিরম অমদা শিজিন্নবগী অপাম্বা লৈরগদি তরাম্না ওকচরি । তৌবতবু অয়াবা অমতংদি মাংজৌননা লৌবিগনি ।



# ঃ কৎচবা ঃ

"ইশুনা থোংবা চাক্লা ইহাও হাউই"

হিংলিঙৈ ইমা পোকপা ইবোক (সোইবম কুঁমারী দেবী) না তৎতনা হায়খি।

ফাগী খজিক্তং তৌবদা থব্বায় তানা নোকচৈ।

ঐবু পোকপা পাবদো (য়েন্দ্রেম্বম মাঙ্গোনজাও) কুইনা লৈমিন্নবা ফংখিদে।

অদুবু নিংশিংবা খরদি হৌজিকসু ইমাংদা লেংদনা লৈরী।

লাইওইখ্রবা অত্মা অনিগী মফমদা কৎচরি

নখোয়গী দমক হিংহৌরিবা তোল্লবগী

"মৌ অহুম লানফম অহুম"

## অইবগী ফোংলবশিং

(১) ঐবুসু অমুক্তং হিংহন্বীয়ু (ৱারী মচা -১৯৯৮)

(২) বরাক তম্পাক্তা অহুমশুবা নুপী লান (ৱারেং - ২০০০)

(৩) মৌ অহুম লানফম অহুম (রেডিও ড্রামা - ২০০৯)

# রাহৈ খরদং

অদুঙৈ তুরেল লৈরায়দা খারৌ তাল্লিঙৈ মতম, মাইক খোংফমদা গ্রামোফোন রেকোর্ডকী য়াদবা পীন হুন্দোরকপদু লাক্লদুনা খুল্লিঙৈ মতম, মতম 'দুরাইদুনি হায় তাই। থংনবা য়ুমদা রেডিও লৈ। 'অঙাংনবু চৎলুহে' ময়াম রেডিও লীলা তারিঙৈ ঐবু হেক হেক তাহ্নোকপীখি। য়াম্না নিংবা কায়খি। উপাই'মা তৌদুনা য়ুমদুগী থোংবা মরুমদা, য়েন্নখাদা লুমদুনা লীলা তাবা য়াওখি। পৈশা অচোংইবা খর তুংশিল্লগা য়াদবা রেডিও'মা মমল হুন্নরুই অরেম্বা তাখি।

ইজরিবা লীলা শিংসিগী নুপী চরিত্রশিংসি অয়াম্বনা মচা শন্নগা লৌবুক্তা চৎলি । লৌরীদা ফম্মী । অদুগা চাউখৎলবা সভ্যতা য়েংলগা বাখল খল্লি । মঙম শান্দে, শোন্না উই 'সিনি ঐগী লীলাগী মশক । হৌজিক্তী খনবগী মতম নত্রে, থবক পাঙথোক্তুনা মাই পাক্লগদবা মতমনি । নীপানা সমাজকী নুপীনা লনাইগী (Public man private woman) হায়বা Elstain গী বাফমদু হৌজিক্তী চৎনদ্রে, মরমদি Patriachy গী লীপুনদগী নাহ্নোরক্লবা নুপীনি । পীক্লিঙৈদনা মমা মপাগী মীৎয়েং মখাদা, মৌ ওইরগনা মপুরোওইবগী অদুগা মচা চাউরগনা মচাশিংগী মীৎয়েং মখাদা মরুম থুপ্পা, শন্না - তুমিন্না লৈয়ু লেংগনু হায়রগা য়ারম্বা জিব অমগুন্না লৈরমদবদি নত্তে । মসিদি Phillocentrism নত্রগা Androcentrism গী লৈনানি। ১৯ শুবা চহিচাদা অনৌবা য়াওল পুরকখিবা Norway গী ড্রামাটিষ্ট হেনরিক ইবসেনগী A Doll's House গী কেরেক্টর নোরাগী লমন ঙসিগী ইউরোপ সোসাইতিনা তোল্লি হায়দবা য়ারোই। মপুরোইবা Torvald Helmer দা মহাক্লা হায়খিবা "..... I must take steps to educate myself. You are not the man to help me there. That's something I must do on my own. That's why I am leaving you". অদুগা অমুকসু "That I don't believe any more, I believe that first and foremost I am an individual, as much as you are or at least I am going to try to be." অসুন্না নোরাগী দাইলোগশিংসি ঐঙোন্দা য়াম্না ষ্ট্রাইক ওই । ক্রিতিক হেনেকরনা অসুন্না শিংথারি "The slammed door

reverbrated across the roof of the world." মপুরোইববু থাদোক্লুনা চৎলমদাইদা নোরানা থিংজিন্নম্বা থোংদুদগী থোরকপা মখোলদু পৃথিবী পুম্বা শিন থুংখি।অর্থদি পৃথিবীগী য়ুমথোং খুদিংদা লৈরিবা নুপীশিংবু মীকপ থোকহনখি হায়বনি। হেঞ্জিন্বা নত্তে। পোষ্ট মোদনিজমগী মনুংদা ফেমিনিজমগী ইথিক্সপু শকখংবদা থিষ্টুরগদি চাওখৎ খোংথাংসু থেংথবা তাবনি খোঙ নামতনা কয়া লাপ্পা চেনবা ঙমগদগে? সেক্স ওবজেক্কী ওইবা মীৎয়েং অসিদি প্রেদেসটাইন নত্তে, মসিনা ঐখোয়গী থম্মোইদগী লৈমন চন্দ্রিমখৈ অয়ুক্কী লীক্লানা লৈকোল তমলকপদা অপন্বা ওইখিনি। অসিমসু হাইনিংঙি If you educate a man you educate a person, but if you educate a woman you educate a family.

'ম্মৌ অত্থম লানফম অত্থম' লীলা অসি ১৯৯৫ মার্চগী তাং ৩১ দা ইবনি ইং কুমজা ২০০০ দা বিশ্বজিৎ চীঙাখমচানা(ইম্ফাল অমদি কাছাড়গী আর্টিস শিং)অডিও কেসেট ওইনা পুথোকখ্রে।ইং ২০০৩ দা জি, আই, ফিলম প্রোদাক্সন ইম্ফালনসু লীলাসিদা বেস তৌদুনা কম্পনি অসিগী অহান্বা ফিলম পুথোকখি। 'ইঙা থাগী শম্নজীর অথি' মসি নুমিদাং খুদিংগী পুংশিং তাক্লুনা য়ৈরকপা কাংশি মখোল অমনা নমদুনা ইহনবনী। ৱারী পরিং লাকপদা অমদি কল্পনানা মনিং তম্লকপদা সনা কোনুংগী চৎনবী কয়া কাল্লম্বা য়াওরবসু ঙাকপীগনি।লীলা অসি সনাকোনুংগী চৎনবী অমত্তগা শিংনরগা ইখিবা নত্তে। মাইথিরবা অঙম্বা, লানফমদা ইবেনি, নীপা অমত্তং থোরকউইপুরোইবা ওইজগে অদুগা মঙলানসিনা মঙফাওনরমদ্রগদি হাইরিবা লীলা সিংসি এ.আই. আর, ইম্ফাল অমদি শিলচরনা শন্দোকখ্রবনি। ফোঙদোক্লবগী হায়জরুবদা অয়াবা পীবিরকপগী দমক নুঙাইজে অমুক হন্না ইথোকপদা হাপতোক হাপচিন খরা য়াওখ্রে অসিগী দমকসু ঙাকপিগনি

রেডিওদা শাননেদ্রে হায়দুনসু শান্নখ্রবা লীলা খুদিংমক ফোঙদোকচবা ঙমজদে খরদং খনগৎলগা পুথোকচবনি। অরোইবদা ঐগী লীলাগী কেরেক্টরশিং অসিগ ৱারী শান্নবীয়ু হায়দুনা *মৌ অত্থম লানফম অত্থম* মীয়মদা খুৎশিন্নজরি।

*অইবা* --

# য়াওরিবা লীলাশিং

# লানফমদা ইবেনি

**: লিলাসিদা য়াওরিবা কেরেক্টরশিং :**

(১) ইবেনি

(২) লমঙাম্বা

(৩) গোপাল

(৪) প্রীয়া

# লানফমদা ইবেনি

## অহান্বা শরুক

[মফম পটনাগী রেল ষ্টেসন । মীয়ামগী মীনিন । ট্রেইননা চৎখিবা অমদি থুংলবগী মখোল]

গোপাল ঃ— ট্রেইনসিনা থাগদবা মতমসিবু কয়াম বাৎলি য়াৎনোনে । ইনকারী ওফিসতে হায়রকপা মতমদুদি হেনবু হেল্লকলেনে । ঐনা ঙায়রক্লিবসে ফনদি মকুইরেসে । (শাউনিংঙি, মরকসিদা চা - চা - পান - সিগরেট - বেড়ী - হায়না লাউবগী মখোন তায়) মসিদনিনে ফোরেন্নরশিংনা ইন্দিয়াগী ফনা ফজবা উদুনসু হনখিবা মতমদা শুকতোক্লগা হনখি হায়নরিবসে । হয়েংদি গুবাহাতি য়ৌরগা নোংমা নিনি পনথরগা ইমফাল চঙগে । হায়কৌটিকী থবক খরসু লোইথোকখ্রগে । ঙসাইগী খবরদুবু ঐবু ...... ,ও - সি লৈরে । (খবর ঙৈহাক পায়)

ইবেনি ঃ— লাকও লাকও ইবুঙো, ট্রেইনসু থাগদৌরমানে । কাখৎলু কাখৎলু, ফমফম কল্লু । নহান থোরকপদুগা হায়রুরগদি মী কয়া চিনগদবা মান্দে । ('বদাম - বদাম - বদাম' মখোনসে লাপ্লম্বদে নক্লা)

লমঙান্বা ঃ— ইমা- বদাম য়োন্বসে আ লৈরে , বদাম চাগে ।

ইবেনি ঃ— অ হোয় হোয়, ইমা লৈরক্কে । সে সে, পোৎয়োমসে ননাক্তা থম্মো, ইমা নঙগী বদাম লৈরুগে ।

লমঙান্বা ঃ- হোয় ইমা ।

ইবেনি ঃ— চান্দি খর ফীজিদা পুনখিদুবু ঐবু - - - । উম লৈরে লৈরে । সিদা খবর পারগা ফমলিসিবু মৈতে মানগ্রেদা । (চিংনৈ ) ঐবু খংগুম উখিগুমসু - - - । উম মানি সোয়দনা ওইনি উরিপোক্কী র্জজ সাহেব গোপাল । ঐগী শেৎলি চারিবা ফী জেৎ মতাসিগা । হুম ইকায়বা য়াদে, উপায় খরদি ওইরবা য়াই । ঐ , ঐ হেক্তা কৌদুনা য়েংলগে । অ - অ - সাহেপপু - গোপাল সাহেব নৎত্রনে ?

গোপাল ঃ— ঔ মানে । সোমবু কনা ?

ইবেনি ঃ— ঐ ইবেনিনে সাহেব, শাংগম নীমাইগী মচননুপী ।

গোপাল ঃ— হা ! ইহে হে ইবেনি ওইরে ।

ইবেনি ঃ— হোয় সাহেব ।

গোপাল ঃ— কুইরেদা উনখিদবা । অদো নঙবু পট নাসিদদি ?

ইবেনি ঃ— ইচানীপা সনাহনদো বেজলোরদা লাইরিক তমলি । মশা খর ঙমফাংতে হায়দুদা ইচা উনিংদুনা সুম থোরকপা । মথৌ খর লৈবগা পট নাসিফাউ বসনা থোরক্লবা ।

গোপাল ঃ— অদুনি ইবেনি মমা মপা ওইবা ঐথোয়সে । লাপ্পা লৈখ্রে খঙলমক্তসু হেক্তা উনিংবা । ঐগীসু ইচানীপা' মা সিদা বোর্দিংদা লৈদুনা লাইরিক তমলি । ইচাসু য়েংগে হকচাংসু অমুক্তং য়েংথোক্কেদনা.. ।

ইবেনি ঃ— হোয় সাহেব , মপুং মরে ফাত্রি ফাওবদি ঐথোয়গী মায়থোংসে ইচারোমদা চেপথবা তাবনি । অদো সাহেব পু ইমফাল চংবীগদবা ?

গোপাল ঃ— হোয়, গুবাহাটিদা নোংম নিনিদি পনথখিবা তারি

ইবেনি ঃ— হৈমা - ট্রেইনসু থাগদৌরমালে । ( ট্রেইন ঙংবগী মখোল )

গোপাল ঃ— হোয়নে ।

ইবেনি ঃ— পুন্না দবা অমদা তোংমিন্নরসি সাহেব ।

গোপাল ঃ— য়াইয়ে, অদুদা ঐগী পোৎ চৈদি সোম দবাসিদা — ।

ইবেনি ঃ— অদু ওইরগনা ইমা ইচা লাকচরগে । মীসু হাংগুম তৌই । ইবুংঙো-থোরকও, পোয়োমদুসু পায়রকউ । অ - হোয়নে হোয়নে , সোমদা অংকলগা পুন্না ফমিন্নরসি । সাহেবসু কাখৎপীরোনে ।

গোপাল ঃ— অদো নঙদি ?

ইবেনি ঃ— ইচাগী বদাম খর লৈরকখিগে সাহেব ।

গোপাল ঃ- (স্বর মপী হোল্লরগা ) মশক মতৌসু মফজরি । নহাসু ওইরি, মোৎথ্রবা ফিজেৎসিগা মহাক্না তৌরিসে — । নংতে [illegible]না মাবু মৈতে নুপীনি হায়নিংগদৌরিবনো । (মতোমতা মপুকনিংদা শোজ্জবা) ঐসু কাখৎলগে । (কাখৎলগা ফন্সী) হায় নীপামচা নমীং করি কৌই ? (থওইদনা)

লমঙাম্বা ঃ— লমঙাম্বা কৌই অংকল ।

গোপাল ঃ— নফী নরোলসিনা শুক য়াম্না মোৎলিসিনা করিগী ? মপান

থোরক্লবদি খর লু নাবা য়াম্রো হা ?

লমওাম্বা :— অহৌবা লৈত তৌনি অংবল ।

গোপাল :— হৱাট - - লাইক এ বেগার বোয় । সে নঙ সোমদা ফম্বুচো ঐ সিদা ফমগে ।(ট্রেইন খোংবগী মথোল । ময়াম হেক্তিম্না লাংগি )

ইবেনি :— ইবুঙো নঙগী বদাম হায়বদো সে সে । (পি / লোই ) খর চঙশিন্নুসে ইমাসু ফমগে । সাহেব ট্রেইনসু থাগংলকলে , লৈ কৈ পোং চৈ চিংথা মানথবা ।

গোপাল :— ঐগীদি সুইটকেস সিমথক্তনি ঐয়াং য়াংনা চংকেদনা ।

ইবেনি :— ইবুঙো, ফুরিং অথাবসে লিংশিন্নুসে । তৈহাংঃ লৈরদি ইংলক্লনি। নঙগী খোঙ মোজা অমসু ইমানা পোয়োয়শিন্দা হাপতি হাপথিবনিনে । (থি)

লমঙানবা :— মম , এম আই লাইক এ বেগার বোয় ? (নীঙমদনা)

ইবেনি :— হা । কৈনোনে ইচানা হায়সিবু । মাদ্দেদা কনানা হায়রিবনো?

গোপাল :— (ঙক্লা) করি — অঙাংসে ইংলিস থংঙিনে । ঐ - ঐবু - করি হায়দোকখ্রবা।

ইবেনি :— ইবুঙো , মীনা হায়বা নংত্রগা মানবা হায়বসে নঙগা মরি শুকলৈ লৈনবা য়াদে । ইউ অলয়েজ বীয়ার মাই এদবাইস ইন ইয়োর মাইন্দ । ও কে?

লমঙাম্বা :— য়েস মম ।

ইবেনি :— সে সে নখোঙদো থাংগংলকউ , ইমা মোজা উপশিনবীগে ।উম মীয়ামগিদি শক্তিকলোয় ওইনা উজরবসু ইমাগীদি নিংথৌয়েল ওইদৌরিবা ।

গোপাল :— ইবুঙো নোয়বাদি কৈ থবক তৌই ?

ইবেনি :— উম - মপা লৈখিদবা চহি অহুম হেল্লে । থবক্তা তৌরমদ্দো, য়াম লাইরেন্দা সাহেব ।

গোপাল :— (মতোমতা মপুক্নীংদা) মামা মখুম পানথিদুবু ঐবু ? ইবেনি নঙগী লৈফম অশেংবসিবু ঐবু - ?

ইবেনি :— তেরাদনি সাহেব ।

গোপাল :— অদো নঙদি করম হায়না ইয়ুঙ মনুঙ পুরি ?

ইবেনি ঃ— হায়দোক্লদি ইকায়জাৎনিদা। তেরা কৈথেন্দা মনা মশিং য়োল্লগা শুম ঙন্ন ঙন্নব হোৎনজরি সাহেব। অদো সাহেবকী অঙাংশিংদি কয়াম চাওবা য়াউরবা ?

গোপাল ঃ— অহন্দো নুপীনি। জি পি কলেজদা এইচ এস তমলি। অমনা সিদা ক্লাস ফাইব তমলি।

ইবেনি ঃ— ইবুঙো নঙ কমীক সে কয়াম পারবা ?

লমঙাম্বা ঃ— উম - তংখায় য়ৌদৌরে ইমা।

ইবেনি ঃ— (হকাম চল্লি ) হোয় হোয় খংদবা য়াওরগনা ইমাদা হংঙু। ঙরাং অহিংশু ইমাদি অমত্তবু তুমদ্রবনি। নঙ তাচৌদো ইংলমগদ্রা করিনো কম্বল অমত্তং লৈদুনা পীনিংবনি, ঙমদ্রে। মথং থাগী মাগী লিশিং অনিখক মথৌ তারিসিনা ঐবু করি উপায় তৌগদবনো খঙদে। ইবুঙো পোৎয়োমসিদা ঙারগা ইমা ঙৈহাক্তং পোথাগে। নঙ কমিক তো পাবা লোয়রগা ইমাবু হৌদোরকউ। (হীপথখি)

লমঙাম্বা ঃ— হোয় ইমা।

গোপাল ঃ— নীপামচা নঙদি করম্বা ক্লাসতা তমলি ?

লমঙাম্বা ঃ— ঐ লাইরীক তমদ্রি।

গোপাল ঃ— অদুগা ইংরাজি ঙাংবা পাবা ঙমলিদুদি ?

লমঙাম্বা ঃ— হন্দক্তে ইমানা স্কুলদা থারনি হায়।

গোপাল ঃ— নৎতে, নঙনা খঙলি হৈরিসিবু হায়বনি।

লমঙাম্বা ঃ— সিবুদি ইমানা তাকপীবদৈ ঙম্বনি।

গোপাল ঃ— অদো নখোয় ইমানদি নঙবু করম্বা মতমদা তাকলিবা ?

লমঙাম্বা ঃ— ইমানা চৎপা খুদিংগী ঐবু পুই। চৎনা চৎনা লাইরীক অদুম তাকই।

গোপাল ঃ— বা, হরাট এ বান্দরফুল। ঐনা খল্লুবসিদি - । ইচা শ্যামনা মসিগী ফীভমসি য়ৌরক্লবা হোৎনবদা মাংখ্রিবা মতম, চংখ্রি[illegible] শেনয়াম (মতোমতা শোনজবা)

লমঙাম্বা ঃ— ইমা - ইমা - ঐশু তুমনিংঙে , কমীকসু পাবা লোয়রে।

ইবেনি ঃ— হা - ফরে ফরে। সে ইমাদা ঙাথরকউ হয়েং ঙন্না হৌগৎনবা। (মমা মচা তুমথখি। ট্রেইন লেপ্তুনা চেল্লি)

গোপাল ঃ— ইবেনিসে তুমথখ্রে মচাবু ওইওইননা কোল্লদুনা। শেৎলি চারিবা

ফীজেৎসিনা কয়াদা মোৎলিবা । ফীগীময়োমসিদনা অহন্বা য়াওরিদরা ? মহাক য়াম্না ৱানা হিংলি হায়বসিমদি ময়েক শেংলে। লৈশারিঙৈদা মীগিদা হাজিরা শুবা য়াউখিবনি । কয়াদি কুইরবনো উনখিদবা। নোংমদি লাইরীক খর পীয়ু হায়দনা লাকখি । ঐগী অমনবা লাইরীক খর শেগাদা য়েপ্লদুনা পানা চুরিবা নোংলক্তুদা ফীজিনা খুমজিন্দুনা চেনবোই চৎপোৎ মা অদুমক চৎখি । হেন্না কাউঙমদবা অমনা, হায়স্কুল তমলিঙৈ ফী পীবা ঙমদদুনা পরীক্ষা থাখিদবা চহিদুদা মহাক্না থোংগান্দা লেপ্লগা পরীক্ষা লোয়দুনা হন্নরকপশিংদা পরীক্ষা ফখিব্র পরিক্ষা নুঙাইখিব্রা হায়দুনা মীপুম খুদিংগী হংখিবদুনি । ফরে পুন্নমক ঈশ্বরগী নোংদমনি। ( হকাম চল্লি) খবরসিসু নুঙাইবা কান্নবা পাউক অমত্তা য়াউ - দে - সে। হেই, অহিংসিবু ফনা থেংজিল্লমলে । ঐসু ঙৈহাক্তং তুম্বা য়াব্রা য়েংগে ।(তুমথখি । ট্রেইন মখোল)

ইবেনি ঃ— (মী কপ থোরকই) অস, ঐদি কয়া নুঙাইনা তুমথরুরবা। লমঙান্বা - ইবুঙো - মাসু ৱারমানে কয়া নুঙায়না তুমলনো । ( নীঙমদে) তরেৎনিগী থাজনা মশা খাইবোক লোৎশিল্লগা অহিংদা তংখায় থোকলি । অরাপ্পদনা অমুবা চীংগী মপৈ মপৈ । করিগুম্বদনা ইহাং হাংলবা মালং। থেক্লা খোয়না লৈরিবা লম্বীসিদা থেক্লা খোয়না চেল্লিবা ট্রেইন । ট্রেইন মনুংসিদনা পনথুং তিন্নদ্রবা যাত্রিক ময়াম ।নুংশিরবা ইরমদম মণিপুর ইমিৎতা শং শং উরি ।হীংবগী দাবী পুরগা লানফম ময়ায়দা হুমাং তৈথোক্কনি কাউবমখৈ শিল্লংলিবী মৈতৈ নুপী ।হয়েংগী খন্বদা খুয়া তুশিৎনা তুম্বা ফংজদ্রবী ঐগুম্না লায়ররবী নুপী কয়া - -। (কপ্পী) নমবুল তুরেলগী থেক্লা চেনবা চীথেক অমগী তেরা পাম্বী মখোঙদা ইপুরোয়বগী মোংফম। মোংফমনি খঙলবা ফাউবদা নোংমতসু মৈরা অমত্তা কৎপা শংজদ্রবী ঐ - -হু— হু - - - হু - - ।হুম ইবেনি কপ্পা য়াদে, ঐগী পাংথোক্কদবা থৌদাঙ য়াম্না লৈরি । সাহেব গোপালসু য়াম্না মতা চানা তুমথখ্রে । ঐনা খল্লিবা খুদিংমকসে গুৱাহাটি য়ৌরমদাই ষ্টেসন ১ / ২ ৱাৎলিঙৈদা পাংথোকহৌবা তাবনে । (ঙাইহাক

ট্রেইন্না লেপ্তনা চেম্বগী মখোল । গুবাহাতি য়ৌশিল্লকই । মীনিন তায় । গোপাল মীকপ থোকই)

গোপাল ঃ— (হকাম চল্লি) ইস - ওহ্বোক্লা নুঙায়না তুমলুরেদা ঐদি । করিগীনো ময়াম মরী মরী কুমথনরিসিনা ? হাই গুবাহাতি ষ্টেসন য়ৌরমলেদনা, ওহ্বোক্লা ঙন্না থুংলেদা । য়ারে, ওফিসকী অয়াম্বা থবক লোয়না পাংথোকপা য়ারনি । ইবেনি মমা মচাদি লৈবা উদেনা, কুমথখ্রবা য়াৎলা ? করিগীনো মখোয়না ঐ ফাও তাকলমদনা কুমথখ্রিসিনা ? হায় ! (ঙক্লা) ঐগী সুইটকেস অদুবু কদায় — ? কদায়দনোনে ? হৈ ! লৈরমদ্রেনে । কনানা পুখ্র য়াৎনো ? মমা মচাদুসু মখাদা লৈবা উদে । হায় খুৎতৈ সনা খুদোপ অনিদুসু য়াওরমদ্রেনে । হৈমা ! খোঙ মোজা মনুংদা হাপখিবা লিশিং চৎপী মঙাদুসু য়াওরদ্রেনে । ও মাই গোদ । উম- ঐ খঙলে ভেরী ব্রান্দারফুল উইমেন, মহাক্লা সোয়দনা ওইনি । অরুবা চে চাং ময়াম অমসু য়াওখ্রে, করমনো ঐবু ? করিনো থবাক খাওদা চেজেৎ মা য়াওরমলিসিনা ? (লৌথোক্লগা পাদুনা য়েংঙি) "সাহেব নচনবু ব্রারৌবীগনু । হীংননবগী দমক ঐ মীকুপ খুদিংগী লানথেংনরি । সাহেবকী সনা , লুপা , ঐনা লোয়না পুরে । শিংবগী তানজা অমা নোংমদি সোয়দনা লাকপা ওইসনু । সুইটকেস মনুংদা অরুবা চে চাং য়াউরম্লগনা সাহেবকী এদ্রেসতা রেজিষ্টার তৌদুনা পোষ্টতা থাজরক্কে । ব্রারীসে মীঙোন্দা তমথোকপীরোয় খল্লি । নচন - ইবেনি " । হ্রাট - ননসেন্স ! ওক্তবী ! মমা মচামক হুরান্বী ওইরবা । খঙনিদনা ইমফাল — য়ৌরগা খবরদা হাপকে ।

## যন্ত্রগী মখোল

### অনিসুবা মতাং

(মফম ঃ— ইমফাল, গোপাল সাহেবকী য়ুম)

প্রীয়া ঃ— হৈমা ! মোইবা য়ৌরকলেদনা । ঙায়খো ঙায়খো, ঐ মৈ অমুক্তা লৌথোকলুখিগে ।

গোপাল ঃ— অ খর য়াংনা তৌরকলো । ওহ্বোকপা থৌদোক হেক থোকই,

কয়া থাজখিদ্রবনো ।

প্রীয়া ঃ— (মৈখেৎ খেৎলি) সে সে , সিদা মৈ লৈরেসে । য়ারে য়ারে । কৈনো সুইটকেসক অমত্তা য়াওদনা ইহাং হাংনা নত্রগা গাড়ীদা ?

গোপাল ঃ— প্রীয়া হে মহীরা ঈশিংলা গ্লাস অমত্তা খর থুনা পীরকউ ।অদুগা ঐ কোন্না ৱারী লীগে ।

প্রীয়া ঃ— হোয় । হোয় ( চঙনা চঙনা ) কৈদৌর য়াৎনোনে হায়সিব্ ।

গোপাল ঃ— করমনো ঐবু, হায়কোর্টতা থাখিগদবা অরুবা চে চাং অদুনা - । নৎতে, ঐবু ঙসিমক খবরদা হাপহল্লসিরা ? হুম মদুসু মানা পোষ্টতা থারক্কে হায় । ওন্ন তৈনবদা অমুক কীদুনা লোৎখ্রগদি - ।

প্রীয়া ঃ— সে সে হৈ মহীনি ।অদু সে 'সিগী খাওদা য়াওরিবা চে চাং ময়ামসে মোইবাইনিদনা ঙ রাং নুপী'মনা থীল্লকলম্মী ।

গোপাল ঃ— কদায় ।(য়েংঙি) ও মানিনে, মানি ।সিগী দমক্তনিনে ঐনা নুমীৎ হুমনি চুপ্পা কোক শারকলিবসে ।সনা লুপাদুবুদি অরায়বনি ।

প্রীয়া ঃ— কৈৱানোনে হায়সিবু ।চৎলুরিবা উনরুরিবা ইচাদুগী মৱা ময়পাওদি তমদ্রদনা ।

গোপাল ঃ- অদো নঙদি নুপীদুগী মমীং মথা হংহৌদ্রা ?

প্রীয়া ঃ— হংহৌই ইবেনি কৌই, মোইরাংদগীনি হায় ।

গোপাল ঃ— করি ! নহান্না তেরা ঙসিনা মোইরাং ।

প্রীয়া ঃ— (হেন্নমুক ঙকই) কৈনোনে হায়সিবু !

গোপাল ঃ— মদুগী নুপীদো ফারগা পুল্লগা থনম্বা কৈদৌই ।মহা তৌঙম্বী ওক্তবী হুরাম্বীনে ।

প্রীয়া ঃ— করি হায়বা ?

গোপাল ঃ— পটনাগী রেল ষ্টেসন্দা উনবনি । মচা চহি ৬/৭ মুক সুবা অমসু য়াউই । দবা'মদা পুন্নসু হেক তোংমিন্নরুরে ।লুপা লিশিং মঙা অমনে, খুদোপ অনিমনে — সুইটকেসদু'গা লোয়না হুরগা পুখ্রিবনিনে ।

প্রীয়া ঃ— কৈ ৱানোনে হায়সিবু ! চুম্মীনে মচা'মসু য়াউরকইনে ।

গোপাল ঃ— ভারা লৈতদনা শুৱাহাতিদগী পুবও ৱায়বও কয়া ৱানা ' সি য়ৌরকলে।

প্রীয়া ঃ— মখোঙ থোঙনসু সি য়ৌরকলম্লবা ।লাকচশ্রেদা ।মশকতো ফজনা নীংশিংলি ।খঙনিদনা , খুবাক মুক্তা পাকপা মণিপুরসিদবু কদায়দা লোৎতুনা লৈবা । কোইথি থীরগা মীয়াম মমাংদা খোঙগোইনবা ঙমদ্রবদি প্রীয়া ইমীং হোংগে ।

গোপাল ঃ— মচা'মা বেঙ্গলোরদা লাইরীক তম্মী হায় , থাজদে ।

প্রীয়া ঃ— নৎতে নুপীদুবু মোইবাগা হান্না খঙনবসু নৎতবা ।

গোপাল ঃ— স্কুল কলেজদবুদি লাইরীক তম্মীন্নরকখি । মতমদুদদি মপুকচেন্দু য়াম ফজে । মহাক্না অদুম্না তৌরকনি হায়বদি সুকথা থাজদে ।

প্রীয়া ঃ— নৎতে, মোইবাবু মানা পংথনবা কৈ কৈ হীদাক লাংথক্ক ?

গোপাল ঃ— মদুমক্তি থাজদে । মানা পীবা করিগুম্বমতা ঐ চাখিদে । ঐতনা মখোয়দা পীজখিবনি ।

প্রীয়া ঃ— মোইবাশুনে তুমবু তুমশ্রবদি থাংনা য়াম্লসু না ফাউদে হায়দুনি ।

গোপাল ঃ— পৈশাদুনা খোঙ মোজা মনুংদা থম্বনি । খবর পারম্বদৈ অসুম ঙৈহাক্তনি তুমথরুরিবা । ফরে মা মদুনা নুঙাইজরসনু । অদো ইচা শ্যামদো য়াম্না গ্যান তানা লৈহৌই । পরীক্ষাসু ইকুই কুইহৌদ্রে ।

প্রীয়া ঃ— ইচাদো ময়াংকদি কংহৌদেকো মোইবা ?

গোপাল ঃ— কদায়দৈ কদায়দৈ, মশা মউকদো ফবনা অমুক্তবোই ।

প্রীয়া ঃ— অদো মোইবা, ঐদি ইচাদো লাপ্না থম্বসে সুকপাম পামলকত্রেবো। টেলিফোনদা ইচাই মখোন তাবদো কয়াদা কপনিংঙি । অহাওবা অমত্তা চারে হেক্তা নীংশিংবা। উম - ঐখোয় মণিপুরসিদা ইচাদো সুম তমহল্লসিবা মোইবা।

গোপাল ঃ— হুম য়াদে য়াদে কদায়দৈ, সিদা ইচা লাইরিক তমহনবা য়াদে । মণিপুরদা তমহল্লবদি ইচাদো মণিপুরদৌনা তৌ তাবনি । য়ামশ্রপোৎনিনে মণিপুর মচা মপান্দা তমলিসে । বন্দ, স্ট্রাইক, কারফিউ, ব্লোকেত কনাগী ইরাং ফরাং মপোপ কায়দবা হপ্তা অমত্তবু ঐ থেংনখিদ্রিনে ।

প্রীয়া ঃ— হোয়নে অদুবুদি মচুম্বা ?

গোপাল ঃ— কদায় - ইবেম্মদি লৈবা উদেনা ?

প্রীয়া ঃ— উম শেঞ্জমগী ওঝা নীত্যায়গী মচানুপীদু ঙমদদুনা শিজদা পুখৎখ্রি।

দু হংলুনিদনা কুইরে চৎখিবা । কলেজসু চংলক্কনি হায়রম্মী । অদো মোইবাসু ফী হোংলোসে । ইরু থোকলিঙৈদা ঐ চাক লোইরক্লগে ।

গোপাল ঃ— হায় ড্রাইভর চাউতোনদো ঐ থুংলরেদনা টেলিফোন্দা অমুক্তা খংহনখো । পাউখোন অমত্তা থাগে ।

## যম্নগী মখোল

### অহুমশুবা মতাং

(মফম ঃ ইবেনিগী ভারাগী য়ুম । মমা মচা ৱারী শান্নরি )

লমঙাম্বা ঃ— ইমা নঙবু কদায় চৎলুগেবা ?

ইবেনি ঃ— নঙ তাচৌগী পৈশা থারুবনিদা পোষ্ট ওফিসতা । নঙবু লাইরীক পাবা লোয়দ্রিব্রো ?

লমঙাম্বা ঃ— হোম ৱাক খর ৱাৎলি ইমা ।

ইবেনি ঃ— হোয় হোয়' দু হান্না লোয়শিল্লো । অদুগা চাক খর লৈরিদ্রো নঙ চাথোকলো। ইমাসু কৈথেল চৎকে । মানা মশিং খর খোমজিল্লুবসিসু লোয়না পৎশিল্লক্লে । ঙরাং নহানসু মণিপুর বন্নি'দনা কৈথেল থোকত্রে ইমাদো।

লমঙাম্বা ঃ— ইমা ঐগী স্কুল ফী দি করি নুমীৎ পীনি ?

ইবেনি ঃ— ইহে অদুমসু ৱাৎলিব্রা । মথং থাদা পুল্লপ পীরবা হায়দুনি । য়েনশাং নাপী করবারসিসু কয়া সেন্দোং লৈতে । ঙা'মুক লাইবক য়েংলগে।

লমঙাম্বা ঃ— ঙাদি কদায়দৈ ইমা ?

ইবেনি ঃ— হয়েং নুমীদাং ৱায়রমদো ইমা মোইরাং কুমখ্রগে । শেন্দ্রা ননেগীদা অহিং লেল্লগা লোক্তাক্তগী ঙা খোমলগা ইমা অঙম্বগীদা ইমফাল থোরক্কে । অদো নতোমতা লৈহৌবদি ঙমনিদনা ।

লমঙাম্বা ঃ— ঙমনি ইমা । নহান ইমানা অহিং অমা হল্লক্তবদা ইতোমতা লৈরিদুদি।

ইবেনি ঃ— ফরে ফরে । য়ুম ভারাসু থা অনি শুরে পীদবা । ইচে কবোকলৈনদি মোইদুদা য়াম্না হোংব'মা লৈরেদনা ৱারী তৌরম্মী । নঙ তাচৌনা ডাক্তর তম্বা লোয়দ্রি ফাউবদি ইমা ইচা ৱাখি তারি ইবুঙো ।

লমঙাম্বা ঃ— ঐদি হয়েং চাউরগা করি তমহননি ইমা ?

ইবেনি ঃ— ইচাগীদি মেট্রিক রিজাল্ট য়েংখিবা তারি। রিজাল্টনা ফজরগদি ইমানা য়াম্না চাওবা ওফিসার অমগী আশা তৌগনি । ইন্দিরা গান্ধীনা পীকলীঙৈ লাইথী শান্নরিঙৈ মপা নেহেরুনা লাইথীশিংদু খৎনহল্লগা মদুগী বীচারদুনা মচানুপী ইন্দিরানা তৌহল্লি হায় । তোঙান তোঙাম্বা বীচার মতৌদুদগী মচানুপীগী তুংগী ফীরেপতু মপা জৱাহরলালনা উবা ঙমখি হায় ।

লমঙাম্বা ঃ— ইন্দিরা গান্ধীদো বীচার য়াম্না হৈব্রো ইমা ?

ইবেনি ঃ— অং হৈয়ে ।ইনা খুন্বা শেল পায়বা ঙক্কনসু মীথোই মীহেন ওইখিবা নৎতে । মফী মরোল থোইনা লু নান্দবা মকোক্তি য়াম্না ফবা লায়রবা নীপা মচা অমনা লম্বীদা চৎলিঙৈ, মতমদুগী আমেরিকা মচা খরনা লক্লবোই করেম্নবোই হোয়ার আর ইউ গোইং হায়না হংবা মতমদা নীপামচা সিনা য়াম্না পেন্দনা আই এম গোইং তু হৱাইট হাউস হায়দুনা খুমখি । মসিমকমাগী পুন্সিদা থোকখি ।

লমঙাম্বা ঃ— হৱাইট হাউস হায়বদি ?

ইবেনি ঃ— মসি আমেরিকাগী পার্লিয়ামেন্টকী মমীংনি । ফদি ফরা মরক্তগী চাওখিবা নীপামচাসিনা আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ট ফাওবা ওইখি । মমীংদি অব্রাহম লিংকোন। ইতিহাস ওইজরগসু শিবাজি, শেরশাহ মীঙোন্দা শাইদাংদুনা হিংলকখি । রাশিয়াগী রাষ্ট্রনারক ফাউবা ওইবা ঙমখিবা যোসেপ ষ্টালিন য়াম্না লাইরবা খোঙউপ শেম্বা উমুং অমদগী হৌরকখিবনি । নেপোলিয়ন বোনাপার্ট সু অদুমঙাই য়াম্না লাইরবা ইমুংদগী হৌরকখি ।ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগী ৱারীসু ইমানা নঙোন্দা লীদুনা তাহনখ্রদুদি ।

লমঙাম্বা ঃ— হোয় ইমা ।

ইবেনি ঃ— ইবুঙো, ইমা ঈশিং গ্লাস অমত্তা থক্কে ।

লমঙাম্বা ঃ— হোয় ইমা, ঐ লৌরুখিগে ।

ইবেনি ঃ— (অৱাবা শ্বোর মপী' মা হোনথরগা) লুরিবদি ইচা ফাওবা খংহনদ্রবা ইবেনিগী পুন্সিগী শকলোনসি করি হায়না অর্থ হনসিবা । লংজা অমমমনা পুল্লগা ফী শাই । ফী ওইরবা মতুংদদি

লংশুংগী ৱাহৈ লোয়খি। ঈশিং মরীক মরীক্লা পুন্নগা সমুদ্র ওই ।
সমুদ্র ওইরবা মতুংদদি ঈশীং মরীক্কী মথৌ তারিব্রা । হেন্না লুরিবদি
পনথুংনি, মায় পাকপদুনি । দ্রৌপতিনা মতীক চাবা বড়দা লৈগী
পরেং হুক্কদবগী ঙাইখিবা, মতম দুদা চাকনিবগী ফীজেৎতা রাজ
সভা ময়ায় খায়না অর্জ্জুননা চংলক্লগা লুমলবা লীরুং থাংগৎতুনা
শয়ম্বর মায় পাকখি । মতমদুদা মল্লবা হঙ্গোইরবা ফীজেৎতুগী
মথৌ তাখিদে । শাংলবা বোনগী অৱা খোঙচৎকী ৱারীসু মথৌ
তাখিদে ।

লমঙান্বা ঃ— (ঈশিং পুদুনা চংলকই) ইমা ঈশিং হায়দো পুরকয়ে ।

ইবেনি ঃ— হা- অ কদায় কদায় ।(লৌরগা থকই)

## যন্ত্রগী মখোন

### মরিশুবা মতাং

(গোপাল সাহেবকী শঙ্গাই । প্রীয়া মকে শেমলি)

গোপাল ঃ— হায় মতমসিসু আ য়ৌখ্রেনে । হায় তারিব্রনে প্রীয়া নঙবু ?

প্রীয়া ঃ— অং তারে তারে, লোয়রে লোয়রে ।

গোপাল ঃ— (মনাক চংলকই ) ইবেম্মা নঙনা লোয়রে হায়রিসে পুং কয়ানো' মুক সোয়দনা চংখিদৌরিনিনে হা — নৎত্রো ? হনু থংদা পংকে কেবসিদি হুমাং অমুক থোকপদা লৈপন কীনথবা মান্বনিকো ।

প্রীয়া ঃ— উম হৌরদনি মোইবাগী ।অ সে সে চুরুপ মচৈ 'সিমতগা গ্যান তানা থকখোসে।

গোপাল ঃ— কদায় কদায় ।(লৌই)

প্রীয়া ঃ— মশক নাইবা ইমুঙগী লুহোংবনিনা মীদি জাৎ শুনা তিল্লমনি । জর্জ সাহেবকী মবেম্মনিনা তরাই তরাইনা হেক চৎনিংদবদো ।

গোপাল ঃ— করি ৱানোদা কেথবী, তেনজৈ মানবী পা, লীরুং মানবী মীৎচি, থম্বাল মানবী খজাই, পুন্নমকসিনা ময়ুং মফেল ওইরগা হায়গৎলাং থাকপদা মোইরাং পাখং কয়া শগন তেক্লখিবদো নহাক থক্কীনিকো থাদোয় ।

প্রীয়া ঃ— হৈমা ! মতা অমনিনে ।(নোকই, নীংশিংলগা অমুকসু নোকই)

গোপাল ঃ— লোক্তাক তোর্বান্দা নঙনা শাক্ষী ওই, পাখং কয়া ঈশিং ইমায়দু ইরোয়দুনা থরো থমচেৎ ফীগাও থন্না হেক্লগা নঙোন্দা খুদোল তম্নখিবা ।

প্রীয়া ঃ— হোয়নে মোইবা, ও মতমদু নুংশিরকইদা । হৈকক মরু চানা চানা লোক্তাক থুংনা কোয়মিন্নখিবা । ইঙ্গিংবী ইমা ইন্দোনগী তুংগোন্দে নঙনা ঙা হুরাল্লুবদে তান্নরকপদা হৌনা চেল্লকখিবা -। অদুক কীখ্রদুদা ইবানিনা অমুক লৌরীদা থেংগাইদুনা তুমিন্নখিবদো.. । (নোকমিন্নে)

গোপাল ঃ— অশেংবনি প্রীয়া, পুন্সিগী নুঙাইবা শরুক্তি অঙাং ওইরিঙে মতমদুনি হায়বা তায় । নখোয় থোঙ্গালগী লমপাক্তুদা শারবা নুংশা মরক্তা তেনখ্রবা লংশুং অমনা খুদোম্বীসিদা য়েৎশিল্লগা কোইচেন চেল্লগা তেলঙ্গা পাইখিবদো -। (নোকমীন্নে) নঙনসু পাইগে হায়বদা ঐনা য়াদবদৈ নঙনা পোমথোক্তুনা কপলগা চেনখিবদো।

প্রীয়া ঃ— হোয়নে মোইবা, হৌজিক্তি লমহাং তুম্মাংশিংদো য়ুমগী য়ুম ঙক্তা ঙায়খ্রে । উম সিদা সি মথকসিদা মীং অমুক্তা ফজনা ইবীয়ুবা।

গোপাল ঃ— করিনোদুদি ?

প্রীয়া ঃ— পোৎপাংনে ।

গোপাল ঃ— নঙবু ঙরাংদি তোঙান্না পৈশা ওইনা য়েংনি হায়দাইনে ?

প্রিয়া ঃ— মোইবাইদি তোঙান্না পৈশা ওইনা য়েংবীয়ু। ঐগীদি সি ওইনা য়েংলনি। পোৎ ওইনা য়েংবৈসু ফজব'মা লৈ ।

গোপাল ঃ— অদো নঙগীসিদি কৈ পোৎনে। ?

প্রীয়া ঃ— হায়দোকলোই । অং কপা পোৎনে ।

গোপাল ঃ— হায় চাউতোন — নঙবু ফমদুনা শুম লৈদৌ শরুক গাড়ীকদো খরসু তৈথোক নানথোকপা য়াদ্রো । হোয়নে হোয়নে চৎকদৌরবনিনে।

প্রীয়া ঃ— উম মোইবা, লুহোং লোয়রগা ঐখোয় তোম্বগীদা অমুক্তং চংলকসি। অঙাং'মা উনবদুসু চাওরম্লনি । সষ্ঠি পুজাদসু চৎহৌদ্রেদো । উম - লোয়রে চৎলসি মোইবা ।

গোপাল ঃ— অদু ওইরগনা খর ঙন্না থোরকপা তাবনি । চাউতোন চৎলসি ইবো। অদো নঙ গাড়ীসে খর মুন্না য়েংলগা থৌ, ঙরাংসু হামেং'মা থেংজিল্লুই হায়দাই।

প্রীয়া ঃ— ঐখোয় চাউতোনদি নীশা নুংশাকদি লায়রদনা চুরুপ বেড়ী ফাও থকতবনিদা। য়ু তনি মানা থকচরিবা। (ময়াম নোকই)

গোপাল ঃ— য়ারে য়ারে (থোঙ গম লাউনা থিংবগী মখোল। গাড়ী থৌদুনা ঙৈহাকচৎলি)

প্রীয়া ঃ— ইবুঙো নঙ গাড়ীসে সঙাকপম বজারসিদা ঙৈহাক্তা লেপ্পু।

গোপাল ঃ— কৈদৌরে ? করিমুক ৱাৎলবগে ?

প্রীয়া ঃ— লুহোংবদা ইচেতোনসু সোয়দনা লাক্কনি হায়। মকুবোকতো খর শোল্লমালে। উম কৈ কৈ অহাও অথুম খৈতং পীখিগে তৌবা। য়ারে য়ারে ইবুঙো।
(গাড়ী ব্রেক ফারগা লেপ্পী। মীয়াম নিল্লি)

গোপাল ঃ— নঙগী মরী মতাসে ওহ্লোক্লসু নুংশিখ্রবোই।

প্রীয়া ঃ— করি হায়বা ?

গোপাল ঃ— ও হায়দে হায়দে। চৎলো চৎলো কৈ কৈ লৈগদবা।

প্রীয়া ঃ— উম মোইবাইদি কৈ লৈনি ?

গোপাল ঃ— ঐগীদি করিসু লৈনিংঙাই লৈতে। চাউতোন, চৎলো চৎলো নঙসু চা কপ অমা থকচহৌরুরো, ঙৈহাক কুইদৌরিমানে। সে সে পৈশাসে পুখ্রো। থম্মোয় চাউখ্রবা প্রজানসু য়াবা এম এল এ থম্বালজাউনি। মচানুপীগী লুহোংবদা তচোপ তচোপ তৌরমগদবা মান্দে। লুরিববু ঐখোয়বু পাক হেক হল্লক্কদবা মান্দে। অদুগীসু মথক্তা ঐখোয় ইবেম্মগসু মচানুপীদো লুনা তিন্নজখ্রবা। ইচানুপীবুদি নিনি হুমনি মমাংদগী লৈখ্রবনি হায়ববু। হায় -'সিদা ঐখোয় কারসিগী মমাংদা হৈ য়োল্লি নুপীসিবু ঐবু খংগুম লাককুম...। (খংউ উই, চিংনবা)

ইবেনি ঃ— (হৈ লুকমাইদো থাংলগা চঙলকই) তাদা শেমসে খর লৈবীখোদনা কাসমীরগীনি। কমলাসু য়াউরি - অংগুরগসু। হাউখ্রবা য়াৎনি শৈত্য। হৈমা !' সিদি...। (গোপলগী মশক উবগা চিংনৈ। শৎ লৈথোকতুনা চৎকে তৌই)

গোপাল ঃ— হায়-হৈ য়োনবী, নঙ চৎখিনু ঙায়খো। নঙ নঙ ইবেনি নৎত্রা হা ? খুম্মু নচিন্দুনা খুম্মু।

প্রীয়া ঃ— (পোৎ লৈবা লোয়দুনা চঙলকই) উম য়ারনি মোইবা, ঐনা

লৈরিসিদসু হৈ-রা লোয়না য়াওরে । ইচে নঙগীসে নোংমা লৈরগে শাওরনুকো । হৈ ! সি নুপীসে ঐবু ... নোঙমা ঐখোয়দা...। মোইবা নঙনা ৱারী তৌখিবা ইবেনি হায়দুবু সি নৎত্রেনে ?

ইবেনি ঃ— হা-ঐ- (য়াম্না ইকায়না) ঐবু - অস !

গোপাল ঃ— মানে, মহাক ইবেনি হায়বীদুনি। অদুঙৈ ট্রেইন মনুংদা ঐঙোন্দগী পোৎ হুখিবদো ।

ইবেনি ঃ— সাহেব !

প্রীয়া ঃ— (শাওই) করি ! মহা তৌঙম্বী, ওক্তবী, হুরাম্বী নহাকপু মৈতে নুপী? খংনিদনা ঙসিদি ।

ইবেনি ঃ— নৎতে নৎতে সাহেব, ঐবু — ঐবু অমুক্তদি ঙাকপীয়ু ।

প্রীয়া ঃ— ঙাকপীবা, ওক্তবী হুরাম্বী (খুৎপাক্লা ২/৩ থাজিল্লি) তস !

ইবেনি ঃ— অয়ো - ঐ ঐ যাম্না লানখ্রে । ঐবু অমুক্তদি ঙাকপীয়ু ইনম্মা।

প্রীযা ঃ— নশমদো - নশমদো ফোইগে তৌঙম্বী নঙ। (মশম ফোই)

গোপাল ঃ— প্রীয়া ফরে, ফবেসে থাদোকপীরো ।

প্রীয়া ঃ— কবি থাদোকপা, কাউখাইগে। তস- (লুকমাইদো কাউখাই) নলাদা লোয়না নমশিনগে। (নমশিল্লি) তস ।

গোপাল ঃ— ইহে হে। সে সে প্রীযা নফি নবোলকদো লোয়না মোৎপা তারে। (হৈবেনি হীক্লা হীক্লা কপ্পী । ময়াম ওমশিল্লকই)

প্রীয়া ঃ— খুৎসে পেন্নবা ফুনিংবনি । নরাইবক্তি ফবয়াৎনি নঙ । মতমদুদা থেংনবল্লবা নপুন্সি চু প্সা জেলদা নমশিন্দুনা থমলমগদবনি ।

গোপাল ঃ— ইবেনি, মৈতৈ নুপী অমা ওইনা ঐনা নঙবু অদুগুম্বা শিনফমদু তৌহন্নিংদেকো । নুমীৎতুদা নহাক্লা অদুম হায়না তৌরম্বগী মহুৎতা ইচম চম্না ঐঙোন্দা হায়জরল্লবদি নহাক্কী নতেং পাংল্মলোইদবা গোপাল নৎতে।

প্রীয়া ঃ— লৈপাক মীয়াম খংহৌনবা নহাক্সু অসিগুম্বা শিন ফমসে অমুক হন্না তৌদনবা হুরাম্বী ফারগা ফুরে হায়দুনা খবরদা হাপলক্কে ।

ইবেনি ঃ— (কপ্পা কপ্পা) সাহেব, ঙসিদি ঐ হুরাম্বী ওইরে । অদুবু, অদুঙৈ লাইরীক তম্মীন্নরিঙৈ ইবেনিনি খনবীদুনা মদুমক্তংদি তৌবিরক্কনু

ঐ নখোঙ পায়দুনা হায়জরিসিনি সাহেব - - হু - - হু - - হু - - ।

গোপাল ঃ— ফরে ফরে ।মথংদি অদুগুম্বা থবক্তো খক তৌনুকো । হৌগৎলো হৌগৎলো মদু কনানসু য়াররোইদবা থবকনি, লাইনসু য়াররোইদবা। আ- চাউতোন চৎসি। (থৌদুনা চৎখি)

ইবেনি ঃ— (কপ্পা কপ্পা) হে ইশ্বর নঙনা করিগীনো ঐসে য়েক্লবা অমগুম্না শেমলমলিবা? সমাজসিগী খ্বাইদগী হম্বনা য়েংনফম, তিনশিৎনফম খোঙনেৎনফম - - - । অদুবু..অদুবু ঐনা (থৌনা ফগৎলি) নীংখিবসিদি কৈদৌনুংদসু হোংলমলোই । মীনম্রবা শংশারনি, ঐসু মীনম মীনম্না হিংখিনি, চৎখিনি । কৈথেল্‌ ‍নগুম্না লাক্লুনা চাবা পামলবনিনা মীনা ফুরকপগী চৈনাখোলসু খাঙবা ঙম্বা তাবনি । ঐ - ঐ কপখ্ররোয় । হে ঈশ্বর, ইজৎকা মনতীক্লু। হিংবা ঙমদ্রবী ঐনা শিংনরিবসে নঙগনিকো। নঙগী খুৎসেমগী তাইবংদা তোল্লবীনা ঈরাক্লরবসু ইবেনিনা থাংগৎলিবা ইখুৎসিনদি ইচাগী মঙ্গল পুরকপা ওইসনু ।ইচাগী য়াইফবা ওইহন্বীয়ু হায়দুনা নঙগী নফমদদি ঐনা খক ইকোক নোনলমলোই।

লমঙান্বা ঃ— ইমা ঐ লাকলে । স্কুল ছুতি ওইরে । (হরাও হরাও চঙলকই মমাগী নাক্তা)

ইবেনি ঃ— হা - ইচা লাক্লবা ।

লমঙান্বা ঃ— করিগীনো ইমা ঐখোয় হৈ শিংসে লোয়না নালাদা হৈদোকলিসিদি?

ইবেনি ঃ— ইবুঙো - উম রিক্সো অমনা থেংজিল্লম্বনে । ইমা ইচা অমুক্তং খুনগৎসিসে।

লমঙান্বা ঃ— ইমা, নঙ করিগী কপ্লিবনোনে ?

ইবেনি ঃ— হু - - - হু — ইবুঙো নঙনা শেৎলিবা স্কুল ইউনির্ফোমসে ।

লমঙান্বা ঃ— কৈদৌরবা ইমা ?

ইবেনি ঃ— হু - - হু - - ইচানা স্কুল ইউনির্ফোম শেৎতুনা স্কুল চৎপসে সি খক্তনিনে মমা ঐনা উনিংলিবা । ঙসি ইবেনিনা স্কুল ময়াদা হৈ য়োল্লিবসিসু ইচাবু শংলিবনিনে ।হু - - হু - - - (কপ্পি )

লমঙান্বা ঃ— ইমা নঙ কপকনুবা ।

ইবেনি ঃ— হায়নৈ, জঙ্গল অমদা মৈ চাকলকপা মতমদা উচেক মপী অমনা

মচা কোল্লম্বদগী মৈ চাকলে হায়দুনা পাইথোকলুরগা মচাবু নুংশিরক্তুনা অমুক পাইশিনখি । শারবা মৈরক অদুদা মচাবু মথাদা কোন্না কোন্না মমা মচা অদুমক শিমিন্নখি -- হু---হু -- ।

## যন্ত্রগী মখোল

### মঙাশুবা মতাং

(মফম গোপালগী শঙ্গায় । অয়ুক অঙম্বা মতম )

গোপাল ঃ– (মীকপ থোকই, হকাম চল্লি) নোংসিসু ঙানগদবা কয়াম ৱাৎলিজাৎনোনে? ঘড়ীদুবু -- উম মরিদি তারেসে । ঙাল্লে ঙাল্লে (উচেক ৱায়া খোংবা তায়) ঙৈহাক লৈরদি খবরসু থুংলরনি । মেত্রিক রিজল্টতবু --- ইচা শ্যামবু কমদৌরক্কবা - ? হায় প্রীয়া - প্রীয়া, তারিব্রনে নঙবু ?

প্রীয়া ঃ– হুম (তুমনিংলি, য়াওল্লি )

গোপাল ঃ– হায় হৌগৎলোনে নঙবু । অ ইবেম্মসু হৌদোকউ । নোং ঙাল্লে হায়বনে । চরোই খোংখিবসু কয়াম কুইরবনো । হায় - নঙবু মঙ কমদৌগেনে? হৈমা, সুম তুম্মীনে অঙাউবীসিবু ।

প্রীয়া ঃ– করিগীনোনে মোইবানা অহিংসিদা শুক লাউ খোংলিসিবু ?

গোপাল ঃ– হায় অঙাউবী হৌজিকপু কনাগী অহিংনোনে ।

প্রীয়া ঃ– উম কনামতা হৌগৎনদ্রিসে । মতা অমনিনে ।

গোপাল ঃ– হায় নচিন নয়াদু শেংগেরা শেংলোইগেরা চা কপ'মা পীয়ু । দু লোয়রগা নঙ তুমগে' হায়রবসু তুম্মু ।

প্রীয়া ঃ– নোং ঙানগদববু ভারীদা ৱাৎলমনিনে ।

গোপাল ঃ– হৌজিক্তা ফক্লাং ঘড়ীগী কতানা নোং খাকপগুম খাকখিবদো তাহৌদ্রবো? মরি হেল্লে । ইবেম্মা, ঐখোয় মণিপরসে মফম খঙদনা নোঙাল্লগা মফম খঙদনা নুমীৎ তাবা লমনি কাওনুকো। অদো নঙবু মঙ কমদৌগে হায়বা ?

প্রীয়া ঃ– ও খঙদে খঙদে । তুম্বা হোৎনবদা মঙ মঙবকা অমত্ত শংদে । উম করিয়ে ঙৈহাক মংলুদুবু - -। ও ও শামু মখোঙদা বোম পোকখায়রক্তুনা কয়া ৱানা চেল্লমলে শ্বর থবেৎ থবেৎ ।

গোপাল ঃ— আ য়ারে য়ারে, য়ারে তোকলো । নীপা নুপী অঙাং অহল যন ইরোয় হুই হৌদোং কনাগী মণিপুরদা লৈরিবা জিব পাম্বা অমত্তুনা মদুগী মঙদো মঙদবা অমত্তা য়াউপোৎ নৎতে । মদু মঙ অমনবা কৌই । ঐনা হায়বদি মঙ অহম্বা হায়বনি । ইচাগী পরিক্ষাগা মরী লৈনবা মঙ ।

প্রীয়া ঃ— মঙনা করি কান্নদৌরিগেনে । তমগদবা অমদি তমদুনা লোইরম্লনি। আ সে সে চা হোয়দো ।

(মপান্দা সাইকল মন্দিলা খিংলকই)

গোপাল ঃ— তু - হায়নরিঙেসিদা খবরসিসু তাঞ্জা চানা থুংলরে । অ থনম্মো থনম্মো, য়ারনি ইবুঙো ঐ অদুম লৌশিল্লগে । (খবর লৌবা থোকখি)

প্রীয়া ঃ— মপানমা থরায় য়াওরিবা । মচানমা পাংখিদ্রিবা ঙাউশন্নদনা অসুম লৈবা । মাতগী খন্বদা ইবানিসু লোয়রবনি লোয়রবা ।

গোপাল ঃ— চোসমাদুনা কদায় থমখ্রবা ? হায় নঙগী চা-কসে ঙায়খো, অমুক্তা লৌথোকখোসে। (খবর পাই) কদায়দনোনে মেত্রিক রিজল্টতুবু? ঙরাংদি শোয়দনা ঙসি থোক্কনি হায়বনে । উম ও - সি লৈরেসে। ঈশ্বর ইবুঙো হন্দক্তদি - হন্দক্তদি য়াওহনবিরম্মুকো । ইচাগী নম্বরদুবু - তু জিরো ফোর ৰান ৰান য়াউব্রা - য়াউব্রা - সিদসু - সিদসু - উম - উম - হাইস - চিথহৌরিজাৎলা য়াওরমদ্রিসিনা ।

প্রীয়া ঃ— ও থিবিরুরনু য়াউরম্লরোইয়ে । লাইরীকতি পাউ হায়বা য়াদ্রগা । কুমসিগদি মঙারক শুরমানে ।

গোপাল ঃ— অস করমনো সিদি । হায় মমা ইবেম্মা তুমলিবা নচাদুগী মথক্তা হৈজিল্লুনে ঈশিংদো - বালতিন মঙা তরুক । গ্যান তারোইয়ে, গ্যান তারোইয়ে ।

প্রীয়া ঃ— য়ে সিবু ৰানেনা ।

গোপাল ঃ— হায় নৎতে নঙবু মোইগী ওঝা কুবেরদুবু কয়ারক চাক্কৌদনা পৈশা নুংসাকা কয়ামা তিংখিদায়নে ?

প্রীয়া ঃ— হৈমা, কুবেরদুনদি পেপার অহুম ফংলে, অহুমদুমদি সোয়দনা পাস তৌরনি হায়বনি । অৰাৎপা ফংদবা খরদুসু ফংননবা থীয়ু হায়দনা

মোইবানা নৎত্রনে কুবেরদা লিশিং মঙা পীখিবদো। ফৈ খংনিদনা মা।

গোপাল ঃ— হৈ - কদায়দনো নফী হোংলিদুন' মুক ?

প্রীয়া ঃ— কুবেরগীদা চৎলুগে। তেলিফোন্দ ৱারী শাবনকা পেল্লোয়দৌরি। মনাওনীপাগী দ্রগ ফাবগী কেসতুদসু মোইবানা নৎত্র কনবীখিবদো। মী মশক খংদবা।

গোপাল ঃ— ঙাইখো ঙাইখো ইকাই, মী তুম্বা হৌগৎলমখিরোয়। আ চৎপা তাবগসু ঐ ওইনা চৎকে। সিদা শাউনরুরগদি ঐখোয়তনি ইজ্জৎ মাংগদবা।

প্রীয়া ঃ— ওইদ্রবনিনা পৈশা লোয়না হন্দোরকউ হায়তায়নে। ঐখোয় সিদগী হেড মাষ্টরসে মা ওইনা ফারল্লবসু ফরমগদবা।

গোপাল ঃ— আশা পুম্বা পুংকাই হেক কায়দা। করিনো সোমদনমুক অচৌবা ময়েক্লা ইরক্লিসিনা? (মখা পাবা) "অনৌবা রের্কোদঃ হন্দক চহিগী মেত্রিক রিজল্ট অসিদা No - 12285 মহৈরোই লমঙাম্বনা 95% ফংদুনা মণিপুর পুম্বগী মকোক ওইবত নৎতনা বোঁদকী অনৌবা রের্কোদ অমসু থমখ্রে। লমঙাম্বা ইবেনিগী অনিশুবা মচানি।" (নীংশিংলকই) লমঙাম্বা হায়রিসিবু ঐবু...? ও, খংঙে খংঙে নোংমা ট্রেনদা ... কবি,ওক্তবী হুরাম্বী ইবেনিগী মচানবু — ?

প্রীয়া ঃ— কয়া ফজনা পাস তৌবকখ্রবনোনে - কনানোনে মাবু ?

গোপাল ঃ- মমাং চহিদা নঙনা ওক্তবীনি হায়দুনা সঙাকপম কৈথেন্দা ফুবীরমবী ইবেনিদো।

প্রীয়া ঃ-- হা - ইবেনি কৈদৌরব' ? নহারোন্না কাপথখ্রে হায়রিরো ?

গোপাল ঃ— মানা পোকপনিনে লমঙাম্বা হায়রিসে। তু নীপামচাদুগী ফটোসু য়াওরি, য়েংঙুসে।

প্রীয়া ঃ— করিনোনে হায়রিসিবু, মাগুম্বীগী মচানা মদু ওইফম থোকপ্রনে ?

গোপাল ঃ— করিনো থংনবদনমুক ইরিসিনা - "ঙরাং নুংথিল তুলিহন এয়ারর্পোত্তগী মণিপুর পুলিসনা মৈতৈ নুপী' মা গঞ্জা কে জি য়াংখৈগা কোন্নৈনা ফারে। মমীং ইবেনি কৌই। লৈফম অশেংবা খংবা ঙমদ্রি। পুলিসনা মখা তাবা ৱাহং পাউহং চৎথরি।

প্রীয়া ঃ— হৈমো — হৌজিক্কী ইবেনিদুরনে? তৌনিনে দুই নুপীদো।

গোপাল ঃ— মানি ইবেনিনি । সে য়েংঙু গঙ্গাগা কোম্নমা ফাবগী ফটো অমসু ময়েক শেংনা য়াউরিসে ।

প্রীয়া ঃ— (য়েংঙি) মানিনে, তস পেনখ্রেদা । হুরাম্বগী তরানি মপুগী নোংম - চুমখ্রেদা । উম মোইবা মপুন্সি চুপ্পা জেলদা থম্মু । মতীক থোকপা দন্দি পীগদবনিকো । ঐদি মরুদো কোকথোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈশিল্লগা লম্বী লমজাওদা চীং চীংদুনা পুনিংলিবনি ।

গোপাল ঃ— অদুম্না তৌরগদি নহাক পেনগদ্রা ?

প্রীয়া ঃ— উম পেনগনি ।

গোপাল ঃ— ইকায়, য়াম্না ইকায় । হুরাম্বী ওইরবসু ফীদমনিঙাই শুন ‘‘ল্লি । র্জজ ঐনা পোকপা ইচাদি মেত্রিকতা মঙারক শুরফাও পাস তৌবা ঙমদে । করি অৱাৎপা লৈ ?

প্রীয়া ঃ- মমাম্নবা শঙ্গসিনা ফৎমন্দবদগী ইচাসে — — ।

গোপাল ঃ— সঙাকপম কৈথেলদুদা - নঙনা মাবু ফুবীরবে তুংদা মা য়াম্না কপখি । চৎলমদাইদা ঐনা হায়ফেৎ য়েংশিল্লুবদা ঙসিগী মচানীপা লমঙাম্বা হায়বসিনা ইউনির্ফোম ফজনা শেৎলগা দোন বোস্কো স্কুলয়োমদে লাকহৌই । মমানা হে শিংদু রিস্কো অমনা থেঙ্গায়দুনা হৈদোকখিবনি হায়দুনা খুমহৌই । নুমিৎতুদা নঙনা কাউখাইদুনা হৈদোকপিখ্রবা হৈশিংদো মমা মচানা নালাদগী অমমমতা খুলহৌবদো ঙসিদি ইমিৎসিদা শং শং উরকলি ।

প্রীয়া ঃ— করিনোনে মোইবানা অমুক নৌথরকলিসিনা ।

গোপাল ঃ— ট্রেইন মনুংদুদা পীকখ্রবা অঙাংদুনা ইংলিস ঙাংঙি, ইংলিসকী কমিক পাই । স্কুলসু কাদ্রি । মমানা মাবু চৎপা খুদিংগী পুই , চৎনা চৎনা লাইরীক তাকই হায় । মোৎলবা মাগী ফিজেৎতুদা হঙ্গোয়রদুনা ইনাক্তগী তানথোকখি । মমাদা ওনশিল্লগা নুঙাইতনা হংখি ‘‘মম এম আই লাই ক এ বেগার বোয় ?’’ ঙসিদি ইকায়বা ফাউরকই । মমা মচাগী মোৎলবা ফিজেৎতো ইকায় খুম্ননিংলকই ।

প্রীয়া ঃ- কৈনোনে মোইবানা অমুক ইনৌত নৌথবিরকলিসিনা ?

গোপাল ঃ— মহাক হয়েংদি কোর্ট্রা শোয়দনা পুরক্লগনি দন্দিদগী কৈদৌনুংদসু নাম্থোকপা ঙমলরোয় ।

প্রীয়া ঃ— হুরাম্বী ওক্তবী অমবু দন্দি পীবদা মোইবাসু হরাওফম থোকইদনা।

গোপাল ঃ— ইচা শ্যামগীদি অমুক হন্না আশা তৌনিংঙায় ওইদ্রে । মশানা মাংহঞ্জবনি, ঐ খোয়সু মাবু শেমখিদবদি নৎতেদনা ।

## যন্ত্রগী মখোল

### অরোয়বা শরুক

**(মফম ঃ কোর্ট । বিচারগী রায় তারকপা)**

গোপাল ঃ— ইবেনি মসিদা ঐগী উপায় করিসু লৈতে । তুলিহল এয়ারপোর্টতগী নহাক ফারে মদুসু পোৎকা কোন্ননা ।

ইবেনি ঃ— হোয় সাহেব ।

গোপাল ঃ- পুলিস আই ও অসিগী রিপোর্ট অসিসু নহাক্না অরানবনি হায়দুনা থৈদোকপসু ঙমদ্রে । নহাক দন্দি হায়বসিমদি শোয়দনা ফংবা তারে। অদো নহাক্কী লৈফম অশেংবসে কদায়দনো ?

ইবেনি ঃ— তেম্বাদা লৈরম্মী, ইচাগী লাইরীক তম্বদা লোয়না য়োনখ্রে । হৌজিক্কা থাংমৈবন্দা ভরাগী য়ুমদা লৈ ।

গোপাল ঃ— মেট্রিক রিজল্ট হায়দোরকলে । নচা লমঙাম্বনা মণিপুর পুম্বগী মকোক থোংনা ...।

ইবেনি ঃ— হা - - করি হায়বা !

গোপাল ঃ— সে সে খবরসে পাদুনা অমুক্ত য়েংঙু ।

ইবেনি ঃ— (লৌরগা) করি - ইচা লমঙাম্বনা মণিপুর পুম্বগী মকোক থোঙনা পাস তৌরক্লবা - - হু - - - হু — - । (কপ্লী) লমঙাম্বা — ইচাগী নুঙাইবা পাউদি তারে । ইমা নুঙাইরে , ইমা পেল্লে, - হু - হু । ইচা পোকচবগী মহৈ য়াল্লে । হু - — করি - থংনবসিদনা ঐবু গঞ্জাগা কোন্ননা ফাবগী ফটো অমগা - । ইবুঙো, নঙ ইমাগী পাউসে তারম্বসু য়ারেকো । ইমাদি পাপকী খোঙগুলদা লেপলুবনা প্রাচিত ফংবদা তারেনে । ইচা অনিবু নাওকোনখিবা নীংথা ফীজিনা মতৎ মতৎ শমজিল্লগা ইবেনিনা ঙসি ফাওবা ইল্লি । মচাগী নীংথা ইঞ্জরগা হরাউজবী মমানি ঐদি - - হু - - হু - - ।

গোপাল ঃ— ইবেনি, নহাক ঐবু ৱারৌনু । নহাক্না আইন্না য়াদবা থবকসে

পাংথোক্লমবগী দমক ফংফম থোকপা দন্দি সে ঐ - - - ।

ইবেনি ঃ— য়ানি সাহেব, হায়বীয়ু ।

গোপাল ঃ— Narcotic Drugs and Psycotropic Substances (NDPS) Act -1985 গী মতুং ইন্না নহাক চহি মঙা জেলদা লৈবা তারে । নহাক্কী পেন্দবা করি লৈ ?

ইবেনি ঃ— দন্দিসে নোংমদি শোয়দনা ফংগনি হায়বা ঐ খংঙি । ইরালগী মতীক পীবিরিবা দন্দিসি ইবেনিনা তরান্না ওকলি ।

গোপাল ঃ— গুদ, নরাল লৈজরগসু ঐনা নঙবু থাগৎলি । অদো বেঙ্গলোরদা নচানীপা'মা লৈ হায়দুদি মাদি করি তৌরি ?

ইবেনি ঃ— ডাক্তর তম্লি। এম বি বি এস পাস তৌদুনা ঙরাং ইচাদো মণিপুর থোরকলে ।

গোপাল ঃ— করি হায়বা ।

ইবেনি ঃ— মতাংসিদনি সাহেব ইবেনিগী থম্মোয়না কায়রিবসে । ইচানা ডাক্তর তম্বা লোইদ্রি ফাউবদং হায়দুনা মমা ঐনা মণিপুরসিদা শুখিদবা থবক অমত্তা লৈতে । লম্বীগী নুঙ থুগায়রিঙৈ নুঙ ওম্থরক্তুনা য়েৎথংবা খুৎসে শোকখিবদগী অরুম্বা থবক অমত্তা শুবা ঙমখিদে। ইচাগীদি শেলগী মথৌ তাবনিনা তঙাইফদনা আইননা য়াদবা থবকসে শুবা তাখিবনি। ·

গোপাল ঃ— ইবেনি ।

ইবেনি ঃ— অশেংবনি সাহেব , ইচা লাক্লনি পাউ তাবদৈ ঐনা তুলিহল এয়ারপোর্টতা ইচাবু ওকপা চৎপনি । অসিগুম্বা ললোন পোৎসে ঙসিদগী অমুক হন্না তৌগ্ররোই , ঙসিনা অরোয়বা ওইরগে হায়দুনা খুৎথাংদা পোৎসে শিন্নরিঙৈ মণিপুর পুলিসনা ঐবু ফাবনি । মখাসিদি সাহেব - - - - ।

গোপাল ঃ— উম মখা কৈদৌরবা ? হায়য়ু হায়য়ু ।

ইবেনি ঃ— ইচানা তোংদুনা লাকপা ফ্লাইট অদু এয়ারপোর্টতুদা তপ্না তপ্না পাইথরকখি । ইচাবু উরনি খন্দুনা হরাও হরাও ঙাইজরিঙৈ লাইবক থীরবা থৌদোকসে নংখিবনি । ইচানা হরাও হরাও লাকপগী মীকুপতুদা ইমাগী ইবুঙো ইমানা নঙবু ঙাইরিনে

হায়দুনা থম্মোয় পেন্না কোঞ্জবা ফংখিদবা সিমখক্তদি পেন্দবা হায়বদো ওইরেনে সাহেব -- হু --- হু -- ।

গোপাল ঃ— ইবেনি করি হায়নি - ৱায়েলশঙ হায়বসিদি অচুম্বা বীচার তৌফমনি। মীনুংসিদগী আইনগী থৌরীনা কল্লি । আইন্না য়াদবা হায়বসিসু কয়াদা লুরবা ৱাফমনো ।

ইবেনি ঃ— জর্জ সাহেব, আইনগা মীনুংসিগা খল ওনবীয়ু হায়দুনা অদোমদা ৱাকৎচখিবা লৈতে । ইপুরোয়বনা হুন্দোকপীরমদুনা নৌনা লুখ্রা ওইরবী ঐনা সমাজসিদা করন্না হিংগনি খন্বদা অকীবা ফাউখি । করাম চাউবশিংগী মমাংদৈ ইশানা ইশাবু করন্না কঞ্জখিবা । সাহেবসু হঙ্গৎনা অমুক্তা য়েংখৎপীয়ু । অদুঙৈ, পটনাগী ট্রেইন ষ্টেসনদা ঐবু উবা মক্তদা সোয়দনা বীক্ষা নীবি মাল্লমগনি । করিগী দমক্তা ইবেনিনা অদুক মোৎলবা ফীজেৎ শেৎখিবা ? সাহেব ফাওবনসু ইচাবু বেগার বোয় হায়দুনা চৈবিখি । অদু ওইরবসু সাহেব হকচাংসিদি কনাগী মফমদসু য়োম্লোকখিদে । ৱাশক অমগী মখাদা ঐ হিংলকখি ।

গোপাল ঃ— ইবেনি -- ।

ইবেনি ঃ— আইন হায়বসিবু করিনো ? আইন হায়বসিদি ট্রিন্না থোন্বা লম্বীনি। অঙম্বনা নৎত্রগা পৈশানা বা ঙাংলকপা মতমদা আইন হায়বসিদি লাইরেনগুন্না মমৈ মকোক লোৎখি । মসিদি অশোন্বা মফমদা মরুম থুবা জিবনি । হায়নিংঙি, দন্দি ফংলবশিংদি ঐগুন্না লাইরবা উপাই লৈত্রবা অশোন অনা ঙক্তনি । সাহেব, কনাগুম্বা বীক্ষারী অমনা .....।

গোপাল ঃ— বীক্ষারী অমনা কৈদৌরবা ?

ইবেনি ঃ— চাক লাম্মনদুনা দুকান্দগী তন অমত্তং নীরুবদা পীরক্তবদৈ অমদি চাবা ফংদদুনা শিখিবগী দমক্তদি দন্দি লৈতে । অদুগা মহাক্লা থবায়গী দমক তল অদু লাক্তুনা চারুরগদি মাঙোন্দা দন্দি লৈ, মসি আইন্নি । মহারাজ অশোকী ৱারী, রত্নাকরগী ৱারী হায়বীয়ু জর্জ সাহেব পোকপদগী শিব ফাউবগী মনুংশিদা কনানা অচুম্বগী থবক কদায় ফাউবা তৌপ্রবগে ? ইহে ঐগী ৱাখল ওন্নরে । অহৌবা খোঞ্জেলসিগী দমক নচনবু ৱারৌবিনু। সে - ঐনা জেলগী

চেকপলনুংদা লৈত্রিঙৈ সাহেবনা চে অসিমতং পাদুনা য়েংবীয়ু ।

গোপাল ঃ— করিনো চে অদুদি ?

ইবেনি ঃ— সিদা ইরিবা মীং ময়ামসিদা সাহেবকীসু তরামণ্ডা শুবদা য়াউরি ।

গোপাল ঃ— করিগী মীং পরেংনো সিদি ?

ইবেনি ঃ— মীওইশিং অসিদগী ঐনা শেল হুখি ।

গোপাল ঃ— করি হায়বা ?

ইবেনি ঃ— সাহেবনা দন্দি পীগে খল্লবসু ঐ য়াই।

গোপাল ঃ— ইবেনি ।

ইবেনি ঃ— মখোয়গী মপান্দগী ইচাবু মী ওইনবা শেম্বা ঙমখি । মীং পরেংসে নুমীৎ খুদিংগী ঐনা পূজা তৌই ।

গোপাল ঃ— ইবেনি ।

ইবেনি ঃ— ঐ কৈদৌঙৈদসু ইশ্বরদা ঙক নোনখিদ্রি ।

গোপাল ঃ— করি হায়বা ।

ইবেনি ঃ— ইচানা ডাক্তর তম্বা লোইরবনিনা হুরুরিবা শেনফমসিংসে তংখাইমা হাপকৎলগা শিংবা হৌরগনি ।

গোপাল ঃ— ইবেনি নঙগী ৱারীসে ঐ ঙোন্দা য়াম্না ঙক্লা থোকলে, অদু ওইরবসু ঐ নঙবু থাগৎলি ।

ইবেনি ঃ— সাহেব, ঐগী পুন্সিসিনা ইঁচম চন্না যুমদগী কৈথেল কৈথেলদগী যুম অনিসিদা লেলম্বা তারগদি পুন্সি চুপ্পা ইমা ইচা শেগাইরা খাংপোকশঙ অমদা হিংলম্বা তাবনি । ঙসিদি ঐ নিংবা থুংলে । ঐনা ঐগী লাইবক শেমজবদা ঈশ্বরগী শরুক য়াউখিদে । ইন্সপেক্টর সাহেব - সে মরাল লৈরবী ঐবু জেল ফাউবা পুবিরো । ইরাল লোয়দ্রি ফাওবা জেলগী চেকপলনুংদা অৱা মৈশা খাংবদুসু ইচাগী দমক্তনি । জেলগী চেকপল নুংদা পুন্সি অসিনা লোয়ত্ত্রবসু মদুসু ইচাগী দমক্তনি । (থৌনা ফগৎলি) মচাগী দমক মমানা ঙমদবা করি লৈ, নৎত্রনে সাহেব ?

লোইরবা

১৭/০৩/১৯৯৯

# মায়থীরবা অঙম্বা

**ঃ লিলাসিদা য়াওরিবা কেরেক্টরশিং ঃ**

(১) ব্রজমনি

(২) হেমাবতি

(৩) কুন্দালৈ

(৪) তয়াই

# মায়থীরবা অঙম্বা

## অহান্বা মতাং

(ডাইরেক্টর সাহেব ব্রজমনি ওফিস চৎকদগী শেম শারি । ঈশৈ অমসু ঙংগুম লাক্কুম । তহা তহা হেমাবতি চৎথোকলুবদৈ হঞ্জিল্লকই )

হেমাবতি :— হৈমা ! মোইবাসে চৎকদৌরমানে। অ - অ অমুক্তা ঙাইবিখোবা।

ব্রজমনি :— কৈনো ? কৈ তৌরে ? (থওইদবা মওং)

হেমাবতি :— উম - মোইবানা শুক ঙন্না ওফিস চৎকনি খল্লুদবা। অঙাংশংগু স্কুল য়ৌনা থিল্বীরল্লে। মোইবাগী ফুরীৎ খোংগ্রাওদো ঐনা ইস্ত্রি তক্লগা থনম্বনে।

ব্রজমনি :— ঐ য়ারেসে, ফী ক ক হোংলরোই । (কয়া মমোন চংদে)

হেমাবতি :— উম, শেৎলুরবনিনা হোংববুদি তল্লনি । মোইবানা শেৎলিসে ঐনা শুগে খল্লম্বা। অদো- তাই সিদি য়াম মোৎলে, কৈ কৈনো চাবগীসু ওইরমানে ময়াম অমসু চুরে । লেপ লেপ্না ঐ সিমতদি শিন্দোক্কেসে। (নমদুনা শিন্দোকই)

ব্রজমনি :— অস - য়া- য়ারে হায়বনে নঙবো, চীল্লা কারকসিদা ।

হেমাবতি :— লোইরে লোইরে, সিবু কয়াম কুইরদনা । নঙনা মোৎলগদি ঐনসু চেকশিন্দবা তাবদো ।

ব্রজমনি :— য়ারে - হন্দোকউসে। (কার ষ্টার্ট তৌই , থৌরগা চৎখি)

হেমাবতি :— (নীঙমদনা) মচিন'সিনা চৎলুখিগে ফাও হায়নিংদেসে । (অৱাবা শ্বর মপীমা হোল্লুরগা) ঐগী ইপুরোয়বা মীয়াম্নদি ডাইরেক্টর সাহেব হায়দনা কোক নোন্নরি । ঐনা মাগী পুন্সিগী লোয়নবী, ইপুরোয়ববু ঈশ্বরমকনি খঞ্জরিবী । শেৎলি চারিবা ফীরোল শিং অসিসু অফংবা অমহেক্তা। ঙন্না চৎখি থেঙনা হঞ্জিল্লকই । ৱাঙাং শঙাংদসু ইহোংত হোংনা উই । চৎলমদায় খুদিংগী ঐনা থোংদুনা পীজবা চাক য়েনশাংসে নোংমত হাওই হায়দে । লাইরীক তমলিবা অঙাংশিংসিদা করি পারী? কৈদৌরি? নোংমত হংদে।

হেমাবতি ঃ— অদো তয়াইগী অঙাংগী থবক নোম্মী হায়দুনা কমদৌখ্রবা ?

তয়াই ঃ— কমদৌব হায়ববু ওইদ্রে । চঙখিবা শেনফমদু নমদুনা লৌথোকপসু ঙমদা লৌফম মচেৎ অদুসু য়োনথোকলু। মদুগী চিন্তাদা ইচাদুসু ঙাউচৎনদুনা লৈরে ।

হেমাবতি ঃ— ইনম্মদি কমদৌরি ?

তয়াই ঃ— শোল্লে । ইচা অহুমগা ঐখোয় মঙানা পীকখ্রবা তলব মচা সিদা তোংলগা হিংবনিনা - খম থেংনা ৱাবা হায়বদো য়ৌরে ঐসে ।

হেমাবতি ঃ— তয়াই ঐদিনে ঐখোয় মণিপুরসে বুলদোজরনা অমুক্তং লৈতেম মান্ননবা তকখায়রগা পৱার তিল্লারনমুক খোইদোকত্রগদি অফবা চার হৌরক্কদবা মান্দ্রে।

তয়াই ঃ— অশেংবনি সনা ইবেম্মা ।

হেমাবতি ঃ— তয়াই থবকসু শুবা লোয়রবনিনা নখোঙ নখুৎতো হামদোকলো। হন্বা থেংনি ।

তয়াই ঃ— হোয় হোয় । (গাড়ী মখোন, ব্রজমনি হল্লকই)

হেমাবতি ঃ— হৈ- ঙসিদি নোয় সাহেবসে ইন্থোক্লা ঙন্না হল্লক্লেদা । মোইবা হনবিরক্লেদনা? অতৈ চৎথোক্কদবা .. ?

ব্রজমনি ঃ— হায় তয়াই , নঙদি সিদা কৈদৌরমলি ?

তয়াই ঃ— অ - ঐবু সাহেব ?

ব্রজমনি ঃ— হোয়নে, নঙবু দুকান্দগী পোৎ চৈ খর লৈরুচোদনা ।

তয়াই ঃ— ঐখোয় সাহেবনদি য়ুমগী থবক খরা শুরোচোদনা ননাই ঐ লাকচরল্লিবা।

হেমাবতি ঃ— উম তয়াইদি লাকপা কুইরেনা। পুখ্রি খুদাদা কারিবা ইশং, মমাঙ শঙ্গোয়গী মীরাংমহুম ময়ামদো তয়াইনা শিৎ নান্না শেংদোকলবনে ।

ব্রজমনি ঃ— ইহে হে ফরে ফরে । য়ৌরো থেংখ্রনি দুদি ।

তয়াই ঃ— হোয় সাহেব। (চৎকে তৌই)

ব্রজমনি ঃ— য়ে ঙায়খো চৎখিনু । শ্বো সে,গাড়ীদো ফজনা অমুক্তা শেংদোকলম্মু।

তয়াই ঃ— ফনি সাহেব ননাই ঐ। (শ্বো- লৌরগা থোকখিবা)

হেমাবতি ঃ— (ইংনা) উম - মোইবা য়াম্না চোকথনা উরে । চানবা করি ?

ব্রজমনি ঃ— ঐ কৈ মতা চানিংদে । হেমাবতি ঐ ঙৈহাক্তা পোথাগেসে । (ইমুঙ চংলকই । হেমাবতিনা মতুং ইন্নরকই)

হেমাবতি ঃ— উম - খোঙউপসিসু কপ থাবা নংহৌদে । খোঙ মোজাশিসু নমথীবনা অমুক্তবোই ।ঐসু ইকাউ কাউই । কোট সিসু সিমতমা হঞ্জিন হঞ্জিন লিৎলে । হয়েংদি চেক মচুগীদো লীৎলু। ময়াম্না শকখংনবমসু ওইহিরিবনিনা খরসু লু - নাম্না লৈবীয়ু ।উম - ফী সি লৈরে হোংনবা ।

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি ঐ ইংনা ঙৈহাক্তা পোথাগেবা। (শাউরপ)

হেমাবতি ঃ— হোয় হোয় ।(থোকখি)

ব্রজমনি ঃ— (শোঞ্জবা) ঙসিদি কুন্দালৈসু লাকতে । শেনজা থুমজাগী মমিসু উদ্রে । সরকারনি হায়না তৌরিসিসু ।(হকাম চন্লি)

হেমাবতি ঃ— (চঙলকই) উম মোইবা সে- কফী নি । সি থক্লগা ইংনা পোথাবীরো। মোইবাই ওফিসতুসু ৱাংসু ৱাংমনগ্রে, আ মথক্তা। অঙাংশিংসু ঙন্না তিউসন চৎনখ্রি । উম মোইবাদিনে হন্দক মরকসে ।

ব্রজমনি ঃ— কৈদৌরবা ?

হেমাবতি ঃ— মহৌশাদি ওফিস হেক হল্লকপগা ৱারে খঙনা খঙনা ৱা য়াম্না ঙাংগন্দাইনে, ফাগী জুগাইকা তৌরদনা। (মশা নন্না নন্না)

ব্রজমনি ঃ— (নৌথরগা) হেমাবাতি ঐ কৈশু তৌদেদা । নঙনা ঐবু করি ওইনা উরবগে ?

হেমাবতি ঃ— কৈশু ওইনা উদেদা । ঐনা অসুম হায়না ফমুং মচীসিদা ফম্লগা মোইবাগী হকচাং নম্বীবসিদা য়াম্না হৈনদনা উবা ।

ব্রজমনি ঃ— (নোকশিন্নবা) নঙনা অঙাং হোৎনবদা ৱাবদো উবদা দির্স্তাবি তৌনিংদ্রবা । উম- অঙাংশিংসে অংক খর হৈহন্নবা হোৎনৌ । ঐসু মহাদা চিন্নে। পরীক্ষাবু ?

হেমাবতি ঃ— য়ামদ্রে । নুপী অহনসে ডাক্তর তমহনগে খল্লি । য়ুমগী মকুপ মতাই ময়ামসে হোৎনবদা খঙনা খঙনা ঙমদবা ময়াম্মা য়াউরকই ঐসু ।

ব্রজমনি ঃ— নঙবু হন্দক মরকসে লাই য়ান্না নীংবা উই , কৈদৌরবগে ?

হেমাবতি ঃ— হোয়, ঐগীদি ঈশ্বর নৎতনা কনাসু লৈজদবগুম পুক্লীংদা কৈনোমা ফাউরকইবা ।

ব্রজমনি ঃ— লাই নীংবা অফবা থবকনি । অদুগা মায়কৈদোমদা অদুক হাক্লা মতমদি মাংহনগনু ।

হেমাবতি ঃ— ঐনা লাই নীংঙিবসে মোইবানা নীংঙুরনু হায়রগসু ।

ব্রজমনি ঃ— হুম নঙগী অপাম্বদুদা ঐনা য়েৎপা নৎতবা ।

হেমাবতি ঃ— ঐদি মোইবাসু ঈশ্বরবু হেন্না থাজবীয়ু ,লাই খর খর নীংশি হায়নিংবনি।

ব্রজমনি ঃ— মদুনা নহাক্কী করম্বা .. ?

হেমাবতি ঃ— মহে লৈনি । সাধু সন্ন্যাসিসিংগী মফমদা ঈশ্বরগী মফম চাউনা কনখিবনা মখোয়গী থম্মোয়দা কৈদৌনুংদসু অমোৎপা লৈনাং তোৎতে।

ব্রজমনি ঃ— নঙনা হায়রিসিনদি ঐবু ?

হেমাবতি ঃ— ঐনা হায়জবদি পুকনীং পুকচেল শেংনা লৈবসে লৈনা তিন্নাদগীসু ঙাকথোকপা ঙম্মী হায়নরিবনি । ইপুরোয়বা ইচাশিং পুক্নি নুংশাংনা তেক্তা কায়দনা হিংমীন্নবসিনি ঐনা পামজরিবা। (কোল্লিং বেল মখোল) অঙাংশিংসু হল্লক্লমানে , ঐ থোঙ অমুক্তা হাংলুখিগে ।

ব্রজমনি ঃ— (খস্থরকই) মাগী ৰাহে শিংসে ঐ ঙোন্দদি ও হ্রোক্লা অর্থ লৈখ্রেদা। কোই পাই পা[illegible] ৮ৎলিব ঐগী পুকনীংগী ফীভমসে মহাক খঙলবা য়াৎলা ? ঐবু য়ুম মৈ চাক্লিঙৈদা ইমন নীবা হায়বদো থোক্লদ্রা। হোইদা উখা অমদা মতাং মতাংগী ওইনা ঙৈহাক হচিক লাংববু , পুক্লীংদা শান্তী পীবনি কৈনো । [illegible]ম্বেলসে মীওইবনা চৎনদবদি নত্তে ।

# যন্ত্রগী মখোল
## অনিশুবা মতাং

(ওফিস মনুঙ ঃ মী অম / অনি বারী শানবা তাই । কুন্দালৈ থেঙনা লাকই )

কুন্দালৈ ঃ— হৈমা - য়াম্না ঙল্লমলিনা, পুংসু ১২ তমা তারমলি । ঐদি .. । (তাইপ - ফুবগী মখোল) তাইপিষ্ট অমগা ইচেমসিগদি লাক্লবা। হোয়নে সরকারসিনা ওফিসতা চাক ঈশীংককসু মহোৎনবিরগদি ময়ামসু মরী মরী হেক ঙন্নগদবদো । মায় নম্বরদুবু - - ঐবু .. ও খঙঙে খঙঙে । (টেলিফোন পায়খৎলি) হেল্লো - ঐনে কুন্দালৈনে, ওফিসতৈনিদা। হোয় হোয় হায়গে হায়গে । অদো ফীদো শাব লোয়রদি মশাগী লংনা খর ফজনা তাইবিরো। আ আ হোয়য়ে ঐগীদি ছুতি হায়বমা লৈতেদা । হা করি - লীলা তৌনি হায়বা ? লাক্লগা লোয়রে কৈনো । চাক হাপলম্মো । য়েনশাংদি মথক্তা মখোঙ পান্বা ,মখাদসু মখোঙ পান্বা শজিরা শঙাইরা হোৎনবীবম্মু হেক্তা। (নোকপা)

তয়াই ঃ— কনানোনে ওফিস' সিদবু ও ষ্টোক্লা ফজনা হেক মশারেদো। তাববু ফন নুঙায়রিনে ।

কুন্দালৈ ঃ— হেল্লো, তারিয়ে -- অদো ফরেদা মরাইবক্তা তম্বনি হেক খন্দোকলো। খঙদেসে কুমসিদি ঐখোয় লৈকাইদ লুহোংবসু তোইদৌরি । ঐসু অমগা লাইবক য়েংলশিরা করিনো । হোয় হোয়, য়ে ঐগীদি মশক মতৌবু ফজরবদি এইদস না নাগে নাজসনু হায়দুনি। (নোকই)

তয়াই ঃ— হৌজিক কানগী মৌ নহাশিংসি ওষ্টোক্লা মঙাও থীখ্রেদা। (মতোমত শোঞ্জবা)

কুন্দালৈ ঃ— ফী গী বাদো কাওনি । থম্মগে, ও কে - বাই । (থমখি)

তয়াই ঃ— ইবেম্মা কুন্দালৈ ওফিস য়ৌবীরকলেদনা ? (চঙলকই)

কুন্দালৈ ঃ— (শাউনিংঙি) কৈনো তয়াইনা হায়সিবু ?

তয়াই ঃ— করি হায়বা ?

কুন্দালৈ ঃ— ঐঙোন্দা করেম্নরিবা উৎশিৎ থওইদ্রিবা হায়দুরো

তয়াই ঃ— (ঙক্লা) কৈ- কৈনোনে ইবেম্মনা হায়বিরিসিবু ?

কুন্দালৈ ঃ— ঐবু ওফিস সিদ শুংকা কারক্তবা অদুগা কোয়বা লাকপা মীদৌনা, ঝাহং মতাদুবু হায়বনে ।

তয়াই ঃ— য়ে - ঐদি চুন্না সুম ইচম চমবৈ ভাবতা ।

কুন্দালৈ ঃ— সেট আপ! নঙগুম্বা ফোর গ্রেদ অমনসু । ঐ সে কনানো খংলব্র? নঙবু সাহেবত তাক্লগা ঙসিমক ট্রান্সফার তৌহল্লু হায়ব্রো ?

তয়াই ঃ— ইবেম্মা ঙাকপীয়ু, ননাইনা লানবা হায়বদো তাজরগে । অসুম মীওইবগী হৌনশা কৌনবা হংনবা হায়বসিবু -।

কুন্দালৈ ঃ— নৎতে তয়াইবু ঐনা টেলিফোন তৌবসে ঙসায়খেি লুমদুনা তারমলিব্রো?

তয়াই ঃ— কুন্দালৈ , নঙ কা হেন্না শাওরমানে। ঐদি সাহেবকী কা'সে শিৎতোক নাহ্যোক্লেদনা চঙকপনি । অদুগা ওফিস সিদা - ।

কুন্দালৈ ঃ— কৈদৌরবা ?

তয়াই ঃ— টেবল অয়াম্বগী টেলিফোন কানেক্সন লোয়না কক্লগা ডাইরেক্টর সাহেবকী সিমখক্তনি থমলিবা ।

কুন্দালৈ ঃ— অদো কৈদৌরবা ?

তয়াই ঃ— হা- ইবেম্মগী ঝা ঙকসু নৎতবদা ওফিস সিগী ষ্টাফ পুন্নমক্লা হেক থুংলবগা লোয়না ময়ুম ময়ুমদা মতু মচাশিংদা টেলিফোন তৌই । হা হৈনবিসিবু হায়জরিবা ।

কুন্দালৈ ঃ— অদো তয়াইদি টেলিফোন শংনবা কনানা থমলিবা ?

তয়াই ঃ— ঐখোয় সাহেবনা কনা কনা ফোন তৌবা, মতম কয়াম চংবা লোয়না ইশিন্দুনা থম্মু তাকপী ।

কুন্দালৈ ঃ— য়ে - দুদি কৈদৌদৌরিবা ?

তয়াই ঃ— হয়েং তলবতগী শেল ওইনা কক্কনি হায় ।

কুন্দালৈ ঃ— তয়াই, থবক লৈতবা থবক চিন্দব ওফিস হায়সিমক্তবু টেলিফোন য়ান্না তৌনৈ । ঝাথী ঝারেম ঙাংনৈ, খৎনৈ চৈনৈ । সিবুদি ঐখোয় লমগী চৎনবীনি । ঐনা থবক চঙলকপদা লেপমুক ঝাংনা শেল হৈরম্লগা চঙলকপনি। বীলদো' দুদে ওইনা ককউ হায়রুনে, কো।

# যন্ত্রগী মখোল

## অহুমশুবা মতাং

(মফম ঃ ওফিস । ব্রজমনি মাগী কাদা কুন্দাৌলেগা ৱারি শান্নরি । হেমাবতিসু করিগুম্বমা খঙনীংনা চঙলকই )

হেমাবতি ঃ— মখোয়গী ওফিসনি হায় তৌরিসিনা স্টাফপু লৈবা ইউ - উদে । ঐবু হেক্তা চঙশিল্লসি রা । মোইবাগী কার সু লেপতুনা লৈরি । কার লৈরিবনিনা মাসু লৈফম থোকই । নৎত্রগা মানা ঐবু লান্না লৌখিদুনা ইমুঙ মনুঙ - ফরে হেক্তা চঙলগে ফনব'মা হেক্তা খুমলগে । ইপুরোয়বগী ফনবা খনবা, মাবু শেন্নবা হায়বসিসু ঐগী তৌফম থোকপা অমনি । ( চঙশিল্লি ) হায়স - - কনা? (লেপ্পী, ওফিস মনুংদা ব্রজমনি / কুন্দাৌলে পুন্না নোকমীন্নবগী মখোল )

কুন্দাৌলে ঃ— খঙদে সাহেব, লাম্মে চাকপদা য়াউরুরবী ঐ সে নোংজাবী উরগা পংকীতা কীর কপা ।

ব্রজমনি ঃ— কীবিরুনু ইবেম্মা কীবিরুনু , লৈকংলানা অসুক লৈতোন শেংলগবু করিগী লৈহাও ৱাৎলুনিগে । সে সে ১৫০০/- নি, কোন্নরনিদনা?

কুন্দাৌলে ঃ— ফজনা কোন্নরনি সাহেব । অদো লমন কোকথোকচবা ওইনা হয়েংদো চাক শিল্লম্লগে ।

ব্রজমনি ঃ— য়েনশাংদি হাউহন্দবা য়ারোইকো ।

কুন্দাৌলে ঃ— হাবা য়ানবনে নচন্না- হুম কৈনোনে শিঞ্জদৌরিসে । (অনিমক অমুক নোকমিন্নবা)

হেমাবতি ঃ— (মপান্দগী তাবা) ও - ৱারী মতাসিনদি মহাক শোয়দনা কুন্দাৌলে। ঐ চঙদবনা ফরে । ও তয়াই ওইরমানে আদা পান দুকান মমাঙদা ক্বা চাদুনা লেপলিসে । ঐ হেক্তা কৌরগে। (থোরক্লগা) অ তয়াই - তয়াই নৎতব্র ?

তয়াই ঃ— কনা - অ - হৈ সনা ইবেম্মনিনে । সনা ইবেম্মা কদোমদৈনো তৌবিরকলিসিবু ইথা থাজদনা ?

হেমাবতি ঃ— ঐ লুহোংবমা চৎলুবনে । অদো নোয় ওফিস সিবু পুং সু অহুমত তারি । মীবু অমত্তা লৈব উদেনে ।

তয়াই ঃ— হোয় হোয়, মহে মহে তলবকা ফংনদবদুদদি - । অদো ঐখোয় সাহেবতি লৈরমগনি । করি হায়জৌ তমজৌ হায়বনো ?

হেমাবতি ঃ— কুন্দালৈবু হনখ্রয়াৎলা তয়াই ?

তয়াই ঃ— ঐনা থোারকপদদি সাহেবকী কাদা কমপীউটার পায়দুনা লৈহৌবনি। লৈরমখিবা য়ারি ।সনা ইবেম্মা লেংশিনবিয়ু য়ানি।

হেমাবতি ঃ— ৱা অমত্ত হংগে তৌবা । য়ানি মোবাইলদা অদুম ৱারী শান্নরগে। উম - ঐ লুহোংবমা চৎলুবনে । সে সে' সি ময়োমসিনা নঙগী। সিনা নোয় সাহেবত খর পীয়ু । ঙসায়দো মাগী তিফীন হাপহৌদ্রবা। অঙাং স্কুলদগী লৌবা নঙননবা তহা তহা চৎখ্রেদনা খর হায়য়ু । চৎলো চৎলো ।

তয়াই ঃ— ফনি সনা ইবেম্মা ঐ হৌজিকমক পীজরুরগে। ( চঙখি )

হেমাবতি ঃ— (অৱাবা শ্বর মপীমা হোম্বরগা) ঐগী চিংনবা পুন্নমকসে অচুম্বা ওইরকপা য়ারি । মানা মাগী মনিং তম্বা থম্মোয়দু পুরগা হয়েং চাকচাবা চৎকদৌরি ।মাগী অঙাওবা থম্মোয়সিবু ঐবু ৱারৌফম থোকপ্রা? মরকসিদা কুন্দালৈনা তাল্লিবা দাবী অসিনা করি ? নীপা ওইবগী থম্মোয়সিদি অঙাওবা লৈচিন্নি , অমংবা নোংনি। অতিয়াসিনা খাম্বা ঙমগদবা নৎতে । অদু ওইরবসু মফম চাদে , মতম হেল্লে । হুম অথুম অহাওদো ঙৈহাকসিদদি শোয়দনা চারনি। মোইবাগী কোক্তা ঐগী ৱাখল খরদি শোইদনা চঙলক্কনি। কুন্দালৈনসু মপুরোয়ববু শেন্নরিমানে হায়বগী ৱাখল অমসু শোয়দনা ফাওবা ওইসনু ।ঐ ঙসিগী চাংয়েংসিগী দমক লুহোংবা য়াউরুবা মান্নবা ফিজেৎসে শেৎলগা লাকপনি । ঐনা হায়সিন্নরিসিবু তয়াইবু থাজরমগদ্রা ?

## যন্ত্রগী মখোল

### মরিশুবা মতাং

### ব্রজমনিগী য়ুম

ব্রজমনি ঃ— হেমা, হেমাবতি - হায় তারিব্র নঙবো ?

হেমাবতি ঃ— ও তারে তারে । লাকয়ে লাকয়ে । ( লাপতক ) উম ঈশিংদো

খর য়াম্নসু লুমশিল্লুরে । পাক শাউ হায়সু য়াদ । মোইবাগীদি সি লৈরে ।

ব্রজমনি ঃ— কৈ য়েনশাংনো ঙসিদি ?

হেমাবতি ঃ— ও নচানুপীনা উতী চানিংঙি হায়দনা উতী থোংলি ।

ব্রজমনি ঃ— য়ারে য়ারে । ফরে নঙ থোকখ্রো, ঐ ইরু থোক্কে । (টি ভি থাবগী মখোল)

হেমাবতি ঃ— উম হোংনবা খুদৈ য়াওদ্রিমানে - ঐ পুরক্কে। নোংমাইজিংনিনা অমোৎ অকায় ফী রোল খরসু দোবীদা পীরুদ্রবদি । হায় ইবেম্মা নোই টি ভি দো খর তপহল্লু হায়বনে। ( তপথৈ )

ব্রজমনি ঃ— ঐবু ঙসি নোংমাইজিংনি হায়বসে হৌজিক্তবু খঙলিনে। (ঈশৈ ঙংঙি, ইরু থোকই , মরক থৎনা ) হায় - উতী থোংঙি হায়রবনিনা ইরোনব' মদি মোরোক শাহনগদবা ।

হেমাবতি ঃ— উম মোইবা হোংনবা ফী সি লৈরে - ।

ব্রজমনি ঃ— হৈ নঙগী খুদৈসিবু - ?

হেমাবতি ঃ— শুম শেৎলুবা কৈদৌগে । নীপানা লোংগ্রী শেৎপসে ঐ য়াম্না তুক্কৎচৈদা । উম - নামৈ ফজনা তাখৎলগা খুদৈ মরাংবমা শেৎপসিদি নীপাদ নীপা মাল্লি হায়নরিবনি । অদো মোইবা ঙরাংসু থেঙনা হঞ্জিল্লকপগা ৱারী শাবসু অমত্ত নংহৌদে ।

ব্রজমনি ঃ— কৈদৌরবা ?

হেমাবতি ঃ— ঙরাংদো ঐ লুহোংবমা চৎলুইদনা । হল্লকপদা মোইবাগী ওফিস তা চংলককে খন্বা ।

ব্রজমনি ঃ— চংলকপা কৈদৌগে । এ ঙরাংবু ? অদো ফোন তৌরকপা ফৈনা, ঐ লৈবা লৈতবা ।

হেমাবতি ঃ— অঙাংশিংসু ছুটি মতম ওইরদুদা । অদো অ্যাইদা অথুম অহাও খর পীরম্বনি লমবীদা থেংনবদুদ ।

ব্রজমনি ঃ— ইহে - হোয়নে - টেবল মথক্তুদা লৈহৌরেদনা । থবক চিনমনদনা ঐ মদুফাও চাবা কাউরবনিনে ।

হেমাবতি ঃ— উম, নঙগী কাউগনবসিনবু । অদো মোইবা - কৈনোমতা হায়গে তৌবা।

ব্রজমনি ঃ— হায়য়ু কৈনো ।

হেমাবতি ঃ— অঙাংঙৈসু মোই মাম্মনা ঙরাং বাঁথ দে নি হায়দনা লোয়না পুরগা চৎখ্রে । ইপাম চৎতবসু ফনা মকুইরে । অদো অঙাংশিংদো লৌবিরুবা ওইনা ঙসিদো ইপামদা অমুক্তা চৎলুগেবা ?

ব্রজমনি ঃ— চৎলুচো কৈদৌগে । অঙাংশিংসু বন্দ পীরনি হায়দাই । খরনি লৈগে হায়রবসু লৈজরকউ । ঐবু অদুক য়াম্না ফৎতবা নীপা মক্তি নৎতেদনা।

হেমাবতি ঃ— অদো মোইবাগী চাক য়েনশাংদি কনানা থোংবীনি ?

ব্রজমনি ঃ— য়ে- দুবু, ঐনা শুম থোংশুঙাইদনা কৈনো ।

হেমাবতি ঃ— চহি ১৪/ ১৫ লৈমিন্নরকপসিদা মোইবানা নোংমত চাক থোংবা উদবা, থোংগেসু হায়দবা ।

ব্রজমনি ঃ— ছাত্র ওইরিঙৈদা ভারীদা থোংলগা চারকইপোৎনিদ । কদায় চাক পীরো (ব্রজমনি ঈশৈ ঙংঙি)

হেমাবতি ঃ— (মমোন্দা) ঐনা ঙসি ইপাম চৎকে হায়রিসে চাংয়েংনি, চৎলোই। ব্লাফমসে হেক হায়রুবদা মহাক্লা হরাও হরাও য়ারক্কনি হায়বসিমসু ঐ খঙঙি ।

ব্রজমনি ঃ— হৈ - চাক পুরকলো হায়রগা উংদুনমুক লৈরবো ।

হেমাবতি ঃ— উম ইরোনবা' মা য়াওরিসে মোরোক শাদোকখ্রে । মোইবানা করি হায়রক্কদগেনা - ।

ব্রজমনি ঃ— য়ে- হাওদৌরিনি করিনো । শিলচর ইটখোলাগী ইমান্নব'মা হোষ্টেলদা লৈদুনা লাইব্রীক তম্মীন্নরম্মী । মানা চাবা উ মরোকসিদি করিনোনে - উ মরোক ঙক্তা ইরোল্লগা চারিবা , মদুসু শাদে'দনা অমুক্কসু চীক্লগা চারিবা ।

হেমাবতি ঃ— উম- মাগী চাকখাওদুদি শউন্না শাবা ওইরল্লনি। (নোকমীন্নৈ)

ব্রজমনি ঃ— (হরাউনা) ঙসিদি নঙগী উতী সে হাউইনে, উশোইকসিনা মপাক মপাক । হায় নঙবু চৎকদৈ নফী শেৎলিবা হায়বদুরো ?

হেমাবতি ঃ— হোয় - চৎকদবা লৈরবনিনা ।

ব্রজমনি ঃ— অদো চাক্তি ?

হেমাবতি ঃ— মোইবানদি য়াহৌদো ঙল্লবনিনা ঙাইবা ঙমদ্রবা । ঙরাংসু মরুমা

চাদ্রেদো হকচাং নুঙাইতদনা ।

ব্রজমনি ঃ— নঙগী ইরোনবসে হাউইনে ।

হেমাবতি ঃ— উম - মোইবাসে ঙসিদি লৈতোন শেংনা চায়কো ।অসুম হায়না নোক খেনা শেগা মাইগা ।

ব্রজমনি ঃ— খংঙে খংঙে ।অদো নঙগী পুনবা পৈশা নুংশাকদি ?

হেমাবতি ঃ— উম য়ানি, ওক্লবা য়াওরি ।

ব্রজমনি ঃ— নঙসু গাড়ী থৌবকসে খর হৈজিল্লুনে ।অদো তোম্বদো ঙৈহাক কৌগেরা ?

হেমাবাতি ঃ— য়ারনি লৈরক মচিন্দগী ওতোরা তেক্সিরা অফংবমা হেক্তা পুখ্রগে।

ব্রজমনি ঃ— হয়েং লাকলমদাইদা ফোন তৌরকউ গাড়ী থারক্কে ।

হেমাবতি ঃ— মোইবা চাকচা তোকলব্রো ?

ব্রজমনি ঃ— তোকলে ।চাকচাববু কয়াম কুই হায়গে ।

হেমাবতি ঃ— অদুদি ঐ অমুক চৎলুখিগে।( চৎশিন্নৈ )

ব্রজমনি ঃ— হোয় হোয়, চৎলো চৎলো। (ঈশৈ ঙংঙি, দিন্দা নুঙায়) অস ঙসিদি ব্রাখলশে মকা ইফল ফল্লিদা ' ইরুনিংবগা থোং তেকপগা।মাগী নম্বরদুবু ( মোইবাল মের্থলি ) উম -য়ারে লৈরে লৈরে, খঙখিনি হায়দনা মীংকসে হাপত্রবনি ঐনা তৌরিসে । আ - হেল্লো- অ - ঐনে - নঙ হৌজিকমক লাক্তবা য়াদ্রে । হোয়নে হৌজিকনিনে, লীকলি ১/২ গসু পায়রকউ। হোয়নে হোয়নে লৈতেনে ।ইবেম্মা পৈশানা লংহি ওইরগা পাইরিবা ঐগী তেলঙ্গানি নঙদি, তৎপা য়াররোইদবা ।হোয়নে হোয়নে -ও-কে।(থম্মী) অস, পৃথিবীসিদবু কয়াম শাংনা লম্বী অতিংবা লৈরদনা ।মসিসু পুনসিগী খুৎনীংথোক অমনি করিনো।

হেমাবতি ঃ— খম্বগা তৌবগা ।হুম - ঙৈহাক লৈরগদি কুন্দালৈ শোয়দনা থুংলরনিসে ।ঐবু থোংজিল ব্রাংমফাউ লানদ্রিনেসে।দলান মথকসিদা কাখৎখ্রগে।কা অমগী থোঙবা মরুমদৈ হেক্তা য়েংলগে, কুম্মৈসে নুঙায়দৌরি ।(কাখৎখি - খোঙউপ মখোল) (গাড়ী মচা'মগী মখোল ঃ কুন্দালৈ লাকই)

কুন্দালৈ ঃ— সাহেব, ঐ য়ৌরকয়ে। (কোল্লিং বেল হঞ্জিন হঞ্জিন খীংঙি)

ব্রজমনি ঃ— থোঙ থীংদবনে অদুম চঙলকউ। (মনুংদগী)

কুন্দালৈ ঃ— (থোঙ হাংদোকপৈ মখোল) কৈগীনো সাহেব - শুক তহা তহা কৌরিবু?

ব্রজমনি ঃ— উম - নুমীৎলৈনবু করম মতমদা শাৎকেনে কুন্দালৈ ?

কুন্দালৈ ঃ— হৌরক্লদনি মরৈ মরা। ও তাঞ্জা চাদবা, ইমান্নবী' মগী লুহোংবা লৈবা।

ব্রজমনি ঃ— ফরে ফরে। ইহে লুহোংবা হায়রগা - নঙ নীপাদুবু শুংলাক লাকত্রে হায়বা নৎত্রো ?

কুন্দালৈ ঃ— চুরাচান্দপুরদা কুকী য়ুম অমদা চা থক্তনা শুম লৈরমানে।

ব্রজমনি ঃ— মচা পীশক'মা লৈ হায়বসে নোংমতা নীংশিংলকত্রবা?

কুন্দালৈ ঃ— (শাওরপ) সাহেবনা ' সি ৱারীসে হৌদোক্তে কৌবীরিবরো ঐবু

ব্রজমনি ঃ— ও সোরি। কদায় লীকলিদো মখুম হাংলোদনা। চাক খর চাখৎলুরগা অদুম তোকলবা। কৈনো চানবা য়েন অতাওব্রা অলুপ্লরা করিনো খরদি।

কুন্দালৈ ঃ— ও - না পায়দুনা চীংলবনিনা কোকসু ইন্নরকপা তাবনি। সে সে লোয়না পুজরকই। অদো সাহেব, মথংগী থবক খন্বদদি ঐগী ইউপ্পা নীপাদুমা খন্দবা শুংয়া য়ারোয়দবনি। অদুননে ঐসে সাহেবতা দক্ষীনা ওইনা কৎচরিসে।

ব্রজমনি ঃ— (চানা চানা) কুন্দালৈ - নঙগী নমবো থাবো ময়ামসে য়াম্মীনে হা-।

কুন্দালৈ ঃ— ঈশিংবু নৈ হায়দনা করম্বা তুরেলনা ইহোক্লম্বা য়াউবগে? সাহেব হোয়দা খর নপচা তাংজদ্রগদি।

ব্রজমনি ঃ— ইবেম্মা- হয়েংমুক্কী মপোক্তদি নঙসে উতাংবী ওইনা পোকপদি শোয়দ্রেকো।

কুন্দালৈ ঃ— সাহেবনা ইনাক্তা হৌবা সনা খোংনাং। (নোকমিন্নবা)

হেমাবতি ঃ— তাঞ্জাসিদা ঐ হেক্তা চঙলগে। করম্না ইপুরোয়ববু লাকশিনগদগে হায়বসে ঐ য়ান্না মুন্না খম্বমা চংঙি, অদুবু খল্লিবসিমদি ঐ পাংথোক্লগে। কুন্দালৈদি মশাগী কান্নবা অমগী মরুমদা খোঙ থাংজিল্লকপনি।

ব্রজমনি ঃ— (মনুঙদা) পৃথীবিসে ফদী শুম্বগুম শুম্বা ঙমলিবা নীপানে। মন্ত্রি, এম এল এ গী বাসিদি ঐ মরাকা শুংলৌ লৌপোৎ নৎতে। ঐসে ডাইরেক্টর সাহেব ব্রজমনি , কোনথৌজম ব্রজমনি সিংহ। (মখোল ফাইরপ, কোল্লিং বেল মখোল)

কুন্দালৈ ঃ— কনানোনে শরকসিদা ফরক তারক্লীসিনা অমুক ?

ব্রজমনি ঃ— ফম্মু কুন্দালৈ, তল্লগা মরাইনা হঞ্জখিনি, (অমুক কোল্লিং বেল খিংলকই)

কুন্দালৈ ঃ— সাহেবনা কনানো করিনো অমুক্ত থোক্তুনা হংবিরুদ্রগদি ।

ব্রজমনি ঃ— নঙ - য়েং - য়েংলু চো - চো, মনম মহাসিগা ঐ নুঙাইর- রোই। লৈতে হায়য়ু ।

কুন্দালৈ ঃ— ফরে ফরে ঐ য়েংলুরগে । ইম্বোক্লা ফরক তাখ্রেমী শৈত্যা। লাকনিংঙাই মতম ইরৈ লৈত্রদৌনা। ( থোঙ হাংঙি ) কনা - নো নে? হৈমা ! ইচে - ইনম্মা ওইরে । (ঙক্লা/ কীনা)

হেমাবতি ঃ— (হংনা) ইনাওবু কুন্দালৈ ?

কুন্দালৈ ঃ— হোয় ইনম্মা ঐ। (কীরপ)

হেমাবতি ঃ— অদো কমদৌরি — নুঙাইরিদনা নঙদি ?

কুন্দালৈ ঃ— হোয় - ইনম্মা ।

হেমাবতি ঃ— নোংমতসু লাকতে। মরক মরক্তসু কোইথোরকউনে । নোয় সাহেবনসু শকখংনহনদে । শকখংনদ্রবনিনা .. ফম্মুনে । অদো কম কম তৌরি নঙদি ?

কুন্দালৈ ঃ— উম - য়ুম পুরবনিনা অঙাং অমগা, ইউ প্পা নীপা অমগা শুম ঙম্ন ঙম্নব হায়দুনি ইনম্মা ।

ব্রজমনি ঃ— (ফাইরবা লৈয়েংদো মতৎ মতৎ শমজিল্লগা) হায় - কৈ কৈ দৌরে অ অমুক হল হল্লক - লদি ?

হেমাবতি ঃ— কোকসে ঙাওবনা অমুক্তোইবা। গাড়ী কাখৎকে তৌবদা চাখিব পুম্নমকসু লোয়না হন্দোকলে । ঙৈহাক পোথারগা লাকইনি। ইপামদো হয়েং ওইনা চৎলগে ।

ব্রজমনি ঃ— বি পি দো শোয়দনা বাংলমগনি । ডাক্তর কৌশি - রা ?

হেমাবতি ঃ— হুম কৌরগুমসি । হীদাক খরসু চারকলে বি পি গদি লৈতেদো ।

উম - ঐ ইংনা ঙৈহাক্তং পোথাগেবা ।

কুন্দালৈ ঃ— হোয় ইচে য়াম্না চোকথনসু উরে । ঙৈহাক্তা পোথাবিয়ু ইংনা ।

হেমাবতি ঃ— কুন্দালৈ ঐ লৈত্রবনিনা চা নুংকদি ?

কুন্দালৈ ঃ— য়ারেদা ইনম্মা । নোংমাইজিংনি ঙসি দং পোথাগে খন্বসিদা সাহেবনা থৌদারকলিবা ।

ব্রজমনি ঃ— কুন্দালৈ নঙ হল্লো, চে চাং ময়ামদো বেগতা য়াউরব্র - ? মদু ফজনা সোরতিং তৌরগা হয়েং ঙন্না য়ৌহল্লকউ ।

কুন্দালৈ ঃ— হোয় সাহেব। অদুদি ইচে ঐ অমুক -।

হেমাবতি ঃ— হোয় হোয়, ঐ অমুক থিনদোকপা ঙমদ্রেকো ।

কুন্দালৈ ঃ— য়ারে য়ারে ইচে। (গাড়ী মচা'মা থৌদোকখিবগী মখোল)

ব্রজমনি ঃ— (মতোমতা শোঞ্জবা) ঐবু শগুন থোঙদগী ফারবা । থৈদোক্কদবসু য়ুগী নিসাসিনা লেঙবা য়াহনদ্রবা । শোয়দনা হংলক্লনি করি খুমশিগে ঐবু ?

হেমাবতি ঃ— উম মোই বা, থোঙদো অমুক্তা হায়জিল্লম্লগা সিদ অমুক্তা লাকপীউবা।

ব্রজমনি ঃ— অরান্বা হায়বসি শোনদি শোল্লিকো। (মতোমত) ঐবু - অ হোয় হোয় । কৈদৌরে ? ডাঃ কৌসি হায়বসু ।

হেমাবতি ঃ— য়ারনিদা- খর নঙাইগুমসু তৌই । নুংশাগসু ঙৈহাক মায়োক্লরুরে। ফমুং মচিসিদরা ঙৈহাক্তা ফম্বীয়ু, কৈনোমত তান্নসিবা ।

ব্রজমনি ঃ— উম করি তান্নসিবা ? (কীনা)

হেমাবতি ঃ— উম - ইবেম্মগী অংক তাকপীবা স্কুলগী ওঝাদো থেংনৈয়ে।

ব্রজমনি ঃ— উম, অদো কৈদৌরবা ?

হেমাবতি ঃ— মোই স্কুলগী এক্সকারসন চৎকনি হায় শিলোংদা । পংলাপপুদি লাপ্পা নৎতে । অদো- ঐখোয় ইবেম্মবু চৎহনসি হান্নবো ?

ব্রজমনি ঃ— (নে তাই) য়ে - চৎশনু কৈদৌগে । এক্সকারসন হায়দুদি এ পার্ট ওফ ইদুকেসননি হায়নরিবনি ।

হেমাবতি ঃ— ফরে ফেরে, ঙৈহাক লৈরগা ঐ ইবেম্মদা খংহনখ্রগে । নুংশাসে খাংবা শুকঙম হেক ঙমদবা ঐসে ।

ব্রজমনি ঃ— কয়া কন্না শাবা নুংশানোদা ? নঙসু শোনমনখ্রে । পোথারো

পোথারো ইংনা ঙৈহাক পোথারো ।ঐসু চে - চাং খর চাইরি সে অমুক্তা লোয়শিল্লুখিগে। (চে চাং লোয়শিন্নগী মওং)

হেমাবতি ঃ— হোয় হোয় ।ঐবু হৌজিকপু অওক অথোম তৌনদনা খৎনবসু ইমুঙ মনুঙ মহি লাংগনি । তায়োন্নবা লম্বী অমদা চৎখিবসু য়াই। মাগী লমচৎসি ঐনা সোয়দনা চুমথোক্নুনা অফবা লম্বী অমদা পুরকপা হায়বসে ঐগীদি ইথৌনি ।

## যন্ত্রগী মখোল

### মঙাশুবা মতাং

(মতম ঃ নুমীদাং । মিউজিক্লা অথেংবনি খংহল্লি)

হেমাবতি ঃ— (নিঙমদনা) নুমীদাংসু ফনা থেংজিল্লকলে । অঙাংশিংসু ঙম্না তুন্নখ্রে। ঙসিগা থানা হুমনি শুরে মহাক্না হঞ্জিল্লক্তবা ।টুর প্রোগ্রাম লৈ হায়, কযাসু ময়েক শেংদে । মী থাদুনা য়েংহনগদবসু ঐবু - - ।মসিনা ওইথোরক্লগদি ঐনা তৌগদৌরিসিবু ।(মপান্দা গাড়ী লেপ্পগী মখোল। লোয়ননা কোল্লিং বেল) উম ক্তকতি লাকইদনা।

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি - হেমাবতি - হায় কৈদৌরগেনে নঙপু ?

হেমাবতি ঃ— অং তারে তারে । (থোঙ হাংঙি) নীপাসিনা খুদাংসিদা মোন খাংজিন্দুনা তুমদুনা লৈরদুদা -। উম মোইবাগী ইরু থোক্লনবা ঈশিংককা লোয়না লৈরবনি । চাকসু লোয়রে ।

ব্রজমনি ঃ— ঐ ইরুকা থোক্লরোই। চাকসু হোটেলদগী চারকলে ।কদায় ফী হোংগে।

হেমাবতি ঃ— সে সে ।অদো চা র কফি - র করিনো অমদি ?

ব্রজমনি ঃ— য়ারে য়ারে, লোয়না য়ারে ।ঐ পোথানবা তৌরগে ।

হেমাবতি ঃ— অঙাংশিংশু মোইবা হল্লকত্রবনিনা চারম থকলমসু মথোং মরম খংদ্রবনে । মোইবা হল্লকপা ফনা কুইনা ঙায়রম্বনি , বারমানে লোয়না তুন্নখ্রে। অদো মোইবাবু উম য়ান্ন তুমলিংব্রনে ?

ব্রজমনি ঃ— তুমনিংলে কৈগীনো ?

হেমাবতি ঃ— উম বারী' মতা শাসি তৌবা ।

ব্রজমনি ঃ— কৈনো ? কৈ বারীনো ?

হেমাবতি ঃ— হৌজিক্তি অঙাংশিংসু লোয়না পীকলিদো । ঐসু বি ই পাস তৌরগা শিজিন্নফম খংদনা লৈরে ।

ব্রজমনি ঃ— অদো কৈদৌরবা ?

হেমাবতি ঃ— হৌজিকতি শেন তানশিন্বসু য়ারি । পৈশা হায়সিদি মথৌগী মথৌ ঙক্তনিদো । অদো ঐসু থবক মচা অমত্তং তৌগেবা ?

ব্রজমনি ঃ— (মমোন্দা) অশ ! ঐদি ব্বারী অমদো হৌদোরক্কদ্র হায়দনা ।

হেমাবতি ঃ— অদো মোইবা করি হায়রিগেবা ?

ব্রজমনি ঃ— হা, হুম — ইহে নঙ থবক কৈদৌবা ?

হেমাবতি ঃ— ঐসু থবক মচা অমত্তং তৌনিংলিবা । মোইবানা নুপীনা থবক তৌবসে পামদে ক হায়রক্কদৌরিরা খঙদে ।

ব্রজমনি ঃ— ফৈ কৈদৌগে । অদো কৈ থবকনোনে নঙনা তৌনিংলিবু ?

হেমাবতি ঃ— সিটি সিদা সুম লৈগদবা থবকনিদা। এ দি সি কম্পানিগী ডাইরেক্টরদো ঐখোয়বাই মরুপনি । উম সেলস ইঞ্জিনিয়ার খর লৌনি হায় । ববানা হায়নরগদি সোয়দনা য়ানি । তুরিং কদি তৌরোইদা ওফিসদা শুম লৈবা য়াব ।

ব্রজমনি ঃ— য়াবু য়ারবদি ফৈ কৈদৌগে । অদো হেমাবতি- ঐ লমশাং লাকপগী ব্বারে । নঙশু তুমজরুরো ।

হেমাবতি ঃ— হোয় হোয় , কাংখলসু থাবিরল্লগে । মোইবাসু খর খর ঙন্না য়ুমদা হজ্ঞিনবীরকউ । মীফা মীপুনসে ঐখোয় লমসিদদি ইহোক্কা তোইখ্রে, কীজবনা অমুক্তবোই । ( থোকখি ঙাংনা ঙাংনা )

ব্রজমনি ঃ— হৌজিক্কানগী মন্ত্রিশিং‌িনা পৈশা হায় পৈশাসে ওহোক্কা পামখ্রবা। কুন্দালৈগী মৌ প্ম্বাদুসু থবক খন্বা য়ানা লৈরে । থোক্কদবা মীং পরেংদুদা য়াওদি য়াও হৌরে । লুরিববু ঐ নুপীসিবু নোংমত মাগী মরম পুথোক্তুনা হংবা ঙাংবা অমত্ত তৌদবসিবু , ওহো... পংখ্রেদা নুপী হাই য়াৎশে । নত্রগা কুন্দালৈগা ইবানিগী মরক্তা লৈনরিবা মরিসিবু মহাক শুকখং মক খংদ্রবা য়াৎলা । মসিগী খল্লুরদি ঐ নুপীসে তশেংনা নুংশিরকই। নোংমত অয়াকপা খোন অমত্ত মাগী মচিন্দগী তাবা ফংদবা। (শ্বার শাংনা হোল্লগা) হোটেলগী শংস্যারদু নুঙাইনে, চাক য়েনশাংনা হাওরিবা ।

## যন্ত্রগী মখোল

### তরুকশুবা মতাং

(ব্রজমনি মাঙোন্দা ফম্লগা ব্রেকফাষ্ট চারি )

ব্রজমনি :— হায় হেমাবতি, নঙ ঈশিংদো কৈদৌরগে ? খৌনাও ফুন্দৌরেনে।

হেমাবতি :— অং পুরকয়ে পুরকয়ে । সে সে । (পী)

ব্রজমনি :— (ঈশিং থক্লগা) কৈগীনো ঈশিং পুরক্লগা থোঙবা মরুমদা লেপতুনমুক লৈরিদুনা ?

হেমাবতি :— 'দুবুরো - উম মোইবাই খোঙউপ ময়াদা কুপ্লিবা হৌদোঙসিনা মোইবানা চারিবা ব্রেকফাস্ট তো মুন্না য়েংদুনা লৈরিবা । অদৈ ঐখোয় হুই অসিনসু মোইবানা চারিদো মুন্না য়েংদুনা লৈরিবা ।

ব্রজমনি :— অদো কৈদৌরগে ?

হেমাবতি :— ঐনসু মোইবাবু থোঙবা মরুমদৈ মুন্না য়েংলিবা। (নোকই)

ব্রজমনি :— হায় - নঙনদি করিগী ?

হেমাবতি :— ওইজবতা তানবা ইমুং অমগী ঝারী নিংশিংলুরে ।

ব্রজমনি :— তানিংদেসে নঙগী কোচি কোরাং ময়ামদো । অদো নঙবু থবক চঙলেদি হায় তলব পু কয়াম চাগেনে ?

হেমাবতি :— মোইবাই দুমক য়ৌবা ঙমদ্রবসু য়ৌবা ঙমনবা প্রপ প্রপ তান্নরক্লগা লোয়রে ।

ব্রজমনি :— হায় (গাড়ী মখোন) কনাগী জিপসিনোনে গেট মায়াসিদা খাম্লরিসিনা ?

হেমাবতি :— উম, ঐখোয় কম্পানিগী গাড়ীনে মোইবা। থৌরিসিনা মিষ্টর যোসেপ, ব্রান্স মেনেজর। অদো ঐ অমুক চৎলুখিগে ।

ব্রজমনি :— চৎলো চৎলো । (হেমাবতি চৎখি ঃ গাড়ী মখোন) করি হায়বা ? ব্রান্স মেনেজর। গাড়ীসিদা মখোয় অনিতা, মদুসু ফ্রোন্ত সিটতা মাগা থংননা। (চিংনরপ)

## যন্ত্রগী মখোল

### তরেৎশুবা মতাং

(ব্রজমনি ঝাখল নুঙায়তনা লৈ । মনাক্তা হেমাবতি মকে শেমলি)

ব্রজমনি :— হেমাবতি ?

হেমাবতি ঃ— হুম ।

ব্রজমনি ঃ— শুক ঙন্না নফী শেৎলিদুনমুক কদায়দা ?

হেমাবতি ঃ— উম- ঙসিদো খৈতং ঙন্না থবক কাদ য়াদ্রবা । মোইবাগী শেৎনা চানব ফী রোল শিংসু সিদা লৌথোক্তুনা থমলেসে । কোটসিদি চন্দন মচুসে ওইনা লিৎলো । অমসে গাড়ী থাওরা করিনো চুরে।

ব্রজমনি ঃ— অদো গেটকী শ্বোনা কমদৌবা ?

হেমাবতি ঃ— হুম । (মকে শেন্মী) ও শ্বো হায়বা-। শ্বোদি মোইবানা অমা — ঐনা অমা, অঙাংখৈনা অমা, য়ারেদনা।

ব্রজমনি ঃ— অদো কদায় ঐগী চাক য়েনশাংদি ?

হেমাবতি ঃ— হৈমা ! মোইবাবু হৌজিক্তা চাক চাখ্রদাইনে ? অদো পুক থলহৌদ্রগা অঙাংশিংগী লৈহৌরি ।

ব্রজমনি ঃ— য়ারে য়ারে । চাক য়েনশাংনিদনা মহাওমা ইথোক থোক্তবা।

হেমাবতি ঃ— যোসেপতুবু খৈতং ঙন্না লাকউদি হায়খিবনিনে ঐবু । উম- মাগী গাড়ী ওইরমানেসে হায়রিঙৈসিদা লাকপু লাকএ সে । (গাড়ী লেপ্পগী মখোল) অদো মোইবা যোসেপসে ঐ খোয়দা ঙসি চাক পীজসি । মোইবাগসু ফজনা অমুক্তা শকখংনদ্রিদো ।

ব্রজমনি ঃ— (পেন্দ পেন্দনা খুন্মী) য়াইয়ে য়াইয়ে হোরেল নুমিদাংলা করিনো।

হেমাবতি ঃ— অদুদি- ঐ অমুক চৎলুখিগে। (থোকখি)

ব্রজমনি ঃ— (খুমনিংদে) অ — হো- হোয় । পুংসু নিপানতা তারি মানা থবকনি হায় কাখ্রিসিনা । যোসেপ হায়রিবা নীপাসি মীৎয়েং নাংয়েং কয়া চুমদে । কৈ লম মচানো হায়সু তশেংনা খঙদে । ঐ খোয় লমগীদি নৎত্রে । হাফ পেন্ট মতৎ অমগা টুপী অমগা । ও হোক্ল মীৎ নাখ্রে হেমাবতিনা খরনিসিদা কমদৌনা অসুক নকশিন্নরিবা ? নত্রগা নীপাসিনা ..। (তয়াই চঙলকই, ব্রজমনিনা উদে)

তয়াই ঃ— সাহেবসে অউংবা অমদা উংদুনা লৈরেসে । অ - সা সাহেব , ননাই ঐ।

ব্রজমনি ঃ— হায় কনা কৈনো তয়াই রা ?

তয়াই ঃ— সুমদৌনি সাহেব । লম্বীদা সনা ইবেম্মা থেংনৈ । কনানো চাক

পীজনি, সাহেবগা তান্নরগা কৈ কৈ শেম শারম্মুদনা ননাই ঐবু।

ব্রজমনি :— মানা থারকলিবা ?

তয়াই :— হোয় হোয় ।

ব্রজমনি :— হায় - নঙবু মদুদি ওফিস গী থবক নৎতে, ওফিস থবক কল্লি হায়দনা নচিন্দুনা খুম্বদি ঙম্মীরোয়নে হা ?

তয়াই :— করিনোনে হায়সিবু? ( মতোমতা শোঞ্জবা ) অসিগুম্বা থবক্তি শুদুনতসু লাকলি ।

ব্রজমনি :— (শাউই) হায় চৎলো, চৎখ্রো ।

তয়াই :— সাহেব লুপা লিশিং অমসু পীরম্মে । পৈশাসিবু ?

ব্রজমনি :— চৎখ্রো হায়বনে তয়াই ।

তয়াই :— হোয় সাহেব ।

ব্রজমনি :— য়ুম পাল্লিবসি নুঙাইফম খঙলোয়দৌরিদা । থৌনাওদা ঙা মরু য়ুবা, খুজিন্দা তুম চঙবা, কাংখাদা লীন লৈবা, থৌনাসে ফুদোকপা ইঙম ঙমদেদা । মানা থবক তৌজগে হায়বদা করিনুংগী ঐবু হোয় হায়দুনা খুমলুবা । নীপা হাযবসিনা নোংমগী খর খর তকশিন তকশিন আ য়ৌনা ঝারী শাবা ঙম্মী । হুম - মা থবক তোকহন্বনা চুম্মে ।

(কুন্দালৈ গাড়ী মচামগা চঙলকই তাঞ্জাসিদা)

কুন্দালৈ :— (কেনা) হৈমা ! সাহেব কনাই করি ঝাখলদা উংবীরিবগে, নমাঙদা লেপ্পরফাও কুন্দালৈ হায়না কৌবিদবসিবু ?

ব্রজমনি :— অ- কৈ কৈনো নঙ লাকলিবরা কুন্দালৈ ?

কুন্দালৈ :— ইউপ্মা নীপাসু থবক খল্লবনিনা য়াম্না নুঙায়রে । সাহেবকী নিদনা লীকলি ১ / ২ গা অথেন পোৎ খরসু পুজরকয়ে পৈশাসু লৌ হায় য়াদ্রবনিনা। কৈনো য়াম হৈনদুনা উইনা ঙসিদি। (ঙকই)

ব্রজমনি :— হোয় ঙসিদি হকচাং নুঙাইতে ।

কুন্দালৈ :— দু ওইরগনা হকচাং নুঙাইনবা লীকলি মখুম হাংজরক্লগে । চাবা থকপা লোয়রগা ননাইনা সেবা তৌজরমগে হায়ববু ইনম্মা লৈব্রা?

ব্রজমনি :— লৈতে ।

কুন্দালৈ ঃ— নুঙায়জরেদা শৈত্যা, থোরকপদা ঈশিং পুন অথম্বা অনি ওকনৈ। পুনগী ঈশীং মমায়দুদা সাহেবকী মমী তারিবা। (নোকই)

ব্রজমনি ঃ— (মমীৎতা যোসেপ উই। হেমাবতিনা চৎলমদাইদা "ঐ অমুক চৎলুখিগে" হায়রম্বদো মনাকোংদা তৎতনা তায়) কুন্দালৈ- নঙ হল্লো।

কুন্দালৈ ঃ— হৈমা- ইনম্মা লৈতে হায়দায়নে। গ্লাসসিদা ঈশিং য়াওদ্রবসু শুম হৈরগেসে।

ব্রজমনি ঃ— কুন্দালৈ, ঐ য়ু থক্লরোই খল্লে।

কুন্দালৈ ঃ— হকচাং ঙমবীদ্রগা থকপীরুরনু অদুগা।

ব্রজমনি ঃ— নঙগী নীপাদো চুরাচান্দপুরদা লৈ হায়বা নৎত্রো? ঐ নঙবু মফমদুদা ট্রান্সফার তৌননবা হোৎনবিগে।

কুন্দালৈ ঃ— কৈ হায়বা সাহেব ?

ব্রজমনি ঃ— অসুন্না হিংবসি পুন্সি নৎলমদ্রে। মসিদি পুন্সিবু মচেৎ তানা থুগাইবদা য়াউরম্বা খ্বায়দগী কন্বা খুৎনি। নঙ নঙগী নীপাদুগা অমুক হঞ্জিন্নদুনা পান্ননবা হোৎনৌ। ঙসিদগীদি ঐ ঙোন্দা অনৌবা নুমীৎ অমা থোরকপগুম তৌই।

কুন্দালৈ ঃ— সাহেবনা তাকপিরিবা ৱাফমসিবু ?

ব্রজমনি ঃ— য়ুম পান্বদা এদজজমেন্ট চঙঙি। ইনিং তৌবা নৎত্রগা লমচৎ মোৎপা হায়বসে খুদি থিনবগী মচাক ওইরমলে। কুন্দালৈ, তুংগী খল্লগা নঙ হিংঙো। চৎলো চৎলো লীকলিদুসু পুখ্রো।

## যন্ত্রগী মখোল

### নিপান শুবা মতাং

(ব্রজমনি য়ু থকলি ঃ মমোন নুঙাইতে। হেমাবতি হঞ্জিল্লকত্রি, নুমিদাং থেংজিলকই)

ব্রজমনি ঃ— য়া- রোয়, নুপীনা থবক তৌ বা শুংয়া য়ারোয়। (মখোল ফাইরপ) যোসেপ কনানো ? যোসেপ কনানো ? মহাক কনা . . নো ? মহাক ঐগী য়ুমসিদা খোঙ্গুল তারকপা শুংয়া য়া .. রোয়। ঐনা হায়বদা হেমাবতি না ইন্দ্রগদি মাবু নোংমৈনা কাপতুনা হাৎ ..

কনি । হাৎকনি - যোসেপসু হাৎকনি ।

হেমাবতি ঃ— (চঙলকই ঃ খোঙউপ মখোল) হৈমা! খোঙ থোঙনাও কসিনা ইহাং হাংলদনা অঙাংশিংসু লোয়না তুমখ্রয়াৎলা । ঙসিদি মা য়ু ঙাওরবা মানা য়ু থক্লবৈনি ঐনা ঙসি থেঙনা হঞ্জিল্লকলিবসিসু । (মতোমতা শোঞ্জবা থোঙজিন মপান্দা লেপ্লগা)

ব্রজমনি ঃ— (ইমুঙদা পোৎ চৈ চৈখাই) লাকখিসনু । মহাক লাকখি সনু । মচা অনি শুরফাও য়ুমগী ৱাখল লৈতবা। (লেন্দ ফোন্দা রিং তৌরকই) কনাগী টেলিফোন ? হৌজিকপু কনাগী টেলিফোন? হল্লক্লরোয় হায়গদৌরিব্রা? কাউখাইগে (কাউখায়) তস ! (রিং তৎখি)

হেমাবতি ঃ— উম মোইবা- ঐ য়ৌরকয়ে । মপানগী গেটসু ইহাঙ হাঙলম্মী। মতমনকা ফৎতবনে ।

ব্রজমনি ঃ— (শকফম হঞ্জিল্লগা ইংনা) হেমাবতি নঙ - হল্লক্লব্রা ?

হেমাবতি ঃ- হুম মনমসিদি । কৈনো পোৎ চৈ ময়াম অমশা মখাদা ?

ব্রজমনি ঃ— হৌদোং তান্নদা তৌবনে । অদো যোসেপনা নঙবু গেট ময়া ফাওবা থীলক্লমব্রা ?

হেমাবতি ঃ— হোয়, থিল্লকলম্মী । অদো মোইবানা য়ু ঙাউরিসিবু কৈগীনো ? ইবুঙো নোইশু লোয়না হৌগৎলব্রা ? তুম্মো তুম্মো, ইমা লাকয়ে। অঙাং মমাঙদা ফৎতবা তৌবিনুদা। উম- তপ্পা অমুক্তা হীপথৌসে। নশাকসে হুমাং অনপ্পী কাংঙেসে ইংখ্রসিদা । মোইবা- চাক্কা অমত চাদ্রব্রো? নপুকসিবু --।

ব্রজমনি ঃ— ঐ চাক্কা অমত্ত চানিংদ্রে ঙসিসে । অদো ঙসি নুমীদাং যোসেপ চাক পীজনি হায়দুনা কৈদৌরবা ?

হেমাবতি ঃ— নোংমা তাঞ্জা চাবমদা পীজরসি । লৱায়সিসু মৈ হৌঙৈ শারেসে। মোইবাবু ওফিস থবক য়াম্না কন্বরনে ?

ব্রজমনি ঃ— কল্লি, থবক য়াম্না কল্লি ।

হেমাবতি ঃ— উম- শোমদা শোমদা খৈতং চেপথরকউসে , নকোকতো ঈশীং খৈতং হৈশি। য়ু থককে হায়রবসু ঐ লৈরিঙৈ অঙাংশিংনা খংঙোইদবা মতমদা থকউ ও । য়ু ঙাউরবদি মৈ ঈশিং

খঙলোইদো। মদুনি ঐনা কীজরিবা।

ব্রজমনি ঃ— কৈগীনো ঙসিদি শুক থেংলকলিসিনা ?

হেমাবতি ঃ— ঙসিদো খর থেংদোকখ্রবা ।থবকনমা কনখ্রিবা, ৱাবনা ঐসু । ঙসিদি চাকসিসু মহামা ওইনা লামখ্রে । সোমদা সোমদা ইহে-হৈজিল্লেদো। মোনসিসু লোয়না চোৎলে ।ঈশিং হায়সিদি তাখ্রগা অমুক লৌখৎ য়াপোৎ নৎতে ।

ব্রজমনি ঃ— য়ে সে, য়ারে সে নঙগী ঈশিংদো ।

হেমাবতি ঃ— ফরে ফরে ।খরদি ইংঙে, লোইশিল্লগে ।(হকাম চনশিন্নে)ঐসু তুমনিংবনা অমুক্তবোই । মোইবা সে খোঙলোমদা কাংখন চৈখোকসিদা ঙারগা ঙৈহাক্তং হিপ্লোই উইবোই তৌগেসে ঐশু।

ব্রজমনি ঃ— হন্দক মরক য়ু - সে পংহাওতা হাওখ্রে।ঐনা মথৌ তানা থকলীবা য়ু সিদা কনানসু অথীংবা পীবা য়ারোয় । হেমাবতি নোয় ওফিস তা নুপী ষ্টাফ কয়াম য়াওবগে ? অদুগা যোসেপকী য়ুমনা কদায়দা? হেমা, হেমা - মা তুমখ্রে । যোসেপনা থৌনা অমগা লোয়ননা কোনথোং ময়া ফাওবা।হুম - হেমাবতি (হৌনা লাওই) ঐ নঙগী নীপানে ।

হেমাবতি ঃ— (খংশিন্নে) হে - হৈমা ! কৈদৌরে মোইবা ? ঐ ননাক্তা লৈয়ে । তুমথরুরব্রা ? মঙলাক্লগে তৌবা ওইরিনে ।(টেলিফোন লাকই) হৈমা কৈগীনো রিসিভার সিনা মখাদা? ( পায়খৎলি) হেল্লো - কনা ওইবিরবনো — ?ও ও কুন্দালৈনি হায়বা।অদো কমদৌরি নুঙাইরিদনা -? আ .হায় ? লৈয়ে লৈয়ে পায়হল্লক্নে।উম- সে কুন্দালৈগী ফোননি।

ব্রজমনি ঃ— কদায়। (লৌরগা রিসিভার থমখি)

হেমাবতি ঃ— হৈমা কৈগীনো রিসিভার থমখ্রিদি । কুন্দালৈনা ৱা'শা হংজনি তৌরগা।

ব্রজমনি ঃ— নঙবু নুংশা খাংবা ঙমদে হায়দাইনে ?

হেমাবতি ঃ— কৈ হায়বা ?

ব্রজমনি ঃ— (ইংনা) নঙ চাক লাম্মী হায়দো চাথোক্লুরোদনা ।

হেমাবতি ঃ— ঐ তুমশিন্নরুবনি, ঐনা খন্বদুমক ওইথোরকলি ।(মমোন্দা)

ব্রজমনি ঃ— নঙবু চাক লাম্মী হায়দাইনে ?

হেমাবতি ঃ— উম-ইংনা ঙৈহাক্তং পোথারগা চাগে খল্বা। চারুরগে চারুরগে। অদো মোইবা, ঙশাই ঐনা থবক চৎতগী থোরকপদা মমাঙগী ইনম্মা থরোদো পুখ্রি মপান্দা শমবল খাদুনা লৈরম্মী। মখুৎ য়েৎনা থেংগুদো পায়রগা উচুকতো ঙমলিবমখে য়ৈহৌই। মপুরোইবা তাদ নোংয়াইনা থোরক্লগা য়ে নুপীনা শম্বল খাববু কয়াম কনগদৌরদনা ঐ তৌগেসে হায়দনা করেম্নহৌই। ইনম্মদুনা ঙম্লগা থুদেকউনে হায়বদৈ তাদনা নোমদুনা থুদেককে তৌবদা ঙমহৌদে।

ব্রজমনি ঃ— অদো কৈদৌরবা। অদুক হন্থবা ইমুংগী ৱারী পুশিল্লকইদুনা করিগী ?

হেমাবতি ঃ— খারিবা শম্বলদুগী ৱাংম ৱাংমদা লেপ্লগা তাদগা ইনম্মগনা থৱায় তানা নোকমীন্নহৌবদো ঐগী মীৎসিদা উদুনতা লৈরে। মখোয়না অদুম্না নোকমিন্নহৌবা মীকুপতো ঐ য়াম্না কক্পকই। পুক্নিগী নুঙাইবা হায়বদো অদু নৎতনা করিমুক ওইনি। (কপকে তৌবদা ৱানা খাংঙি)

## যন্ত্রগী মখোল

### মাপনগুবা অরোয়বা মতাং

(ব্রজমনি দলান মথক্তা ফমলি, ৱাখল নুঙাইতনা লৈ)

ব্রজমনি ঃ— (মমোন্দা) কুন্দালৈসু ত্রান্সফার তৌখ্রে। মপুরোয়বদুসু মফমদুদা লৈ হায়। মখোয় অনি হজিন্নদুনা অমুক পান্বা ওইসনু।

হেমাবতি ঃ— উম মোইবা চা সি লৈরে।

ব্রজমনি ঃ— থম্মো থম্মো।

হেমাবতি ঃ— উম- লাই থবক তৌদৌরিসে মী চাম মুক্তি দলান মথকসিদা চন্নিদা।

ব্রজমনি ঃ— নঙবু ঙসি বন্দনি হায়রগা কদায়'মুক চৎতৌরিবা ?

হেমাবতি ঃ— মখাদা তৌবদো লমবুদি লৈ হায়ববু গাড়ী ময়াম লেপশিনখ্রগা।

ব্রজমনি ঃ— ঐনা হঙলিসে নঙোন্দনি।

হেমাবতি ঃ— কৈ হায়বা ?

ব্রজমনি ঃ— কা হেন্নমুক কেরিদুবু হায়বনে। (শাউনিংনা)

হেমাবতি ঃ— ঐবু ? কাইশু চৎলোয়দা । মোইবানা কেবা ওইনা উরমানে উম পুংসু মাপন তারমানে । যোশেপতো লাক্কদবমদি মরৈবনিসে।

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি ঐঙোন্দা শেলগী দরকার ওইদে । নহাক্কা থবক তৌবসে ঐহাক শুকপাম পামদ্রে । (শাউনিংঙি)

হেমাবতি ঃ— (নোকশিন্নে) হৈমো- করিগী ? উম থেঙনা হল্লকই হায়বদো ওভর দিউটি খর শুদনা তৌবনে । শেলবুদি মফংবা । মোইবানা য়াদ্রগদি হয়েংদগী ঙন্না ঙন্না হল্লকলগে ।

ব্রজমনি ঃ— ঐনা হায়বদি নঙনা থবক তৌবসে ঐনা শুকপাম পামদ্রে হায়বনি।

হেমাবতি ঃ— দুবু হেক্তা য়াবরনে । থবক্নসিবু মোইবানা তৌ হায়খিদাইনে ? ঐনা করি অরান্বা তৌখ্রদনা ?

ব্রজমনি ঃ— যোসেপ কনানো ? মহাক য়ুমসিদা খোঙদাবা শুংয়া য়ারোই ।

হেমাবতি ঃ— হৈমা ! সিবু ৱানেনা । যোসেপনা কৈ অরান্বা অকাইবা চৎখ্রবগেনে?

ব্রজমনি ঃ— চৎলি - য়াম্না চৎলি ।

হেমাবতি ঃ— মোইবাগা যোসেপকা নুমীৎ খরনিদং উনরি । উনবা খুদিং যোসেপ্পা মখুৎ লোন্নদুনা মোইবাদা নমস্তে তৌই । সি নৎতব ঐদি কৈমতা উদ্রিনা ।

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি নঙনা যোসেপকী মায়কৈদা লেপলিবসে করিগীনো (শাউনা) মসিনি ঐনা খঙনিংলিবা ।

হেমাবতি ঃ— মোইবানা য়েংলিবা মীৎয়েংদুনি ঐনা হৈনজদ্রিসে । মায়গৈ হায়বসিবু করিনো ? মসিনা কমদৌনা মোইবাগী ৱাখলগা মরি লৈনরুরিবা ?

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি ঐগী চিনথক্তা খুমগনু । ঐনা য়াদ্রদি য়াদ্রে ।

হেমাবতি ঃ— ফীরেপতুদি লৌবীদবনা হেন্না ফৈ । ঐনা ঐগী ইপুরোয়ববুদি লাইগী থাক্তা ইকায় খুন্নজরিবনি । চহি ১৪/৫ লৈমিন্নরকপসিদা মোইবানা য়াদবা থবক ঐ ঙসি ফাওবা তৌখিদ্রি ।

ব্রজমনি ঃ— দু হায়রিঙৈসিদা নঙগী যোসেপ হায়রীবা নীপাসে গেট ময়াসিদা কার খামলরে । (গাড়ী লেপ্পগী মখোল)

হেমাবতি ঃ— (নৌথরগা) উম - মোইবা নীপানবু মথোঙ মরম খঙদনা শাউবা হৌনদেসে । ঙৈহাক্তং ইংনা পোথাবীয়ুসে । ঐ গেট সে শ্বো অমুক্তা হাংলুখিগে । (কুমথগে তৌই)

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি নঙ গেট হাংবা শুংয়া য়ারোই । নঙনা গেট শ্বো হাংবা হায়বসে ঐগী খ্বাইদগী চাওবা য়েক্লবনি ।

হেমাবতি ঃ— হায়বিরিসিবু ঐঙোন্দা শীংনবিরিবা - ?

ব্রজমনি ঃ— শীংনবা হায়বদি করিনো ? ঐগী অপাম্বগী মায়োক্তা লেপকনি হায়দুনা লেপ্পগদি ঐনা নঙবু কাপতুনা হাৎকনি ।

হেমাবতি ঃ— মোইবাগী ব্বাখলসিনা করম্না শেরাম্নরুরিবা ? মোইবাগী মায়োক্তদি ঐসু লেপফম থোকতেনা ।

ব্রজমনি ঃ— লেপফম থোক্তে । (শাওই) হায়য়ু যোসেপ কনানো ? (তাঞ্জাসিদা গাড়ীগী হোঁন শাংনা খোংঙি)

হেমাবতি ঃ— মহাক ঐগী ইফমদদি অতিথিনি ।

ব্রজমনি ঃ— সেট আপ । (খুৎপাক্লা থাবা )

হেমাবতি ঃ— উম - মোইবানা ঐঙোন্দা খুৎপাক্লা থাবিরিসিবু ?

ব্রজমনি ঃ— নঙ ঐগী নুপীনি ।

হেমাবতি ঃ— ঐনা নৎতে হায়খিদে ।

ব্রজমনি ঃ— যোসেপকা নঙগা কাব তোংদুনা অচীকপা মফম কয়াদা কোয়বা চৎলি । নত্রা ? অয়াম্বা মতমদা চীং, পাৎ, তুরেল, অদুদগীসু হেন্দোক্নুনা হবাও কুম্মৈ ফাওবা যেংমিন্নে নৎত্রা ?

হেমাবতি ঃ— হোয়, ব্বাফমদো অচুম্বনি ।

ব্রজমনি ঃ— অচুম্বনি । (খুৎপাক্লা থাগে তৌই)

হেমাবতি ঃ— ঙাইখো ঙাইখো খুৎপাকতো থাবিরক্নু । ঐনা তশেংনা ইরাল লৈরল্লগদি ঐবু কাপতুনা হাৎকনি হায়বা ব্বাফমদো ঐ ইশানা যারি । (হোঁন খোংঙি) নুপী হায়বসে তুমিন্না লৈয়ু লেংগনু হায়রগা য়াবা জিব অমা ওইনসু উবিগনু ।

ব্রজমনি ঃ— হেমা- নঙ নরায় অদুক হায়গৎপা, নঙক অদুক কল্লবা । হুম,

মসে ঐগী য়ুমনি হেমা ।

হেমাবতি ঃ— মোইবাদা য়ুম্বাল্লরবনিনা মসে ঐগীসু য়ুমনি । ঐনা ইনিং তৌবদি অচুম্বা অমবু পুরক্লবা হোৎনবনি । নমথাক অমবু কুপশিন্নবা হোৎনবদি নৎতে।

ব্রজমনি ঃ— অচুম্বা ! অচুম্বা হায়বদি করিনো ?

হেমাবতি ঃ— মোইবানা কুন্দালৈগা লোয়নদুনতা লৈখ্রবা মীকুপ কয়াদা ঐ নোংমতা অথিংবা পীখিদে । ঐনা ঙসি যোসেপকী দমক গেট হাংবদা মোইবানসু থীংফম শুংথোক থোকতে । খুম্বীয়ু কুন্দালৈসিবু মোইবাগী কনানো ।

(হ্ষোন শাংনা শাংনা খোংঙি)

ব্রজমনি ঃ— (ঙক্লা) কুন্দালৈ ! কুন্দালৈ কনানো ঐ খঙদে ।

হেমাবতি ঃ— কুন্দালৈ কনানো ঐদি খংঙি । অদুগা ঐ কুন্দালৈদি নৎতে। ঐ শ্বো অমুক্তা হাংলুখিগে । অদুগা অমুক ৱারী শাসি। (হেমাবতি মখা কুমথবগী খোঙউপ মখোল)

ব্রজমনি ঃ— করি হায়বা, কুন্দালৈ ঐগী কনানো? ৱাফমসি ঙসিতমা মাগী মচিন্দগী -। ওইনিংবা ওইসনু ঐ নীপানি । নুপী মহাক্লসু ঐবু শীংনরকলি । ফৈ খংনিদনা । করি - ঐনা থীংনা থীংনা মহাক্লা গেট কী শ্বো হাংলি। যোসেপকা হ্রাও হ্রাও মখুৎ শোক্লরি । করি ! হোট কেজ অমদা চান থক্ল খরসু পীরি । ও যোসেপকী কার মমায় লৈখ্রে । হেমাবতি মমীৎতগী মপী শিন্থরি। মখুৎ হায়র হায়রদুন যোসেপপু নুংশিনা বীদায় পীরি । চৎখ্রবা কার' সি হৌজিক ফাওবা য়েংলি । হেমাবতি (হৌনা লাওই) নহাক ঐগী নুপী নৎতে । নহাক ঐগী নুপী নৎতে। হাৎকনি, ঐনা নঙবু হাৎকনি । (দলান মখা কুমথবগী মওং) ঐগী ইমাং মক্তদা নঙনা লৌরিবা ফীরেপ ?

হেমাবতি ঃ— (চন্না/ ইংনা) উম মোইবা - কৈগীনো য়ান্না শাওনা দলান মথক্তগী চেন্থবীরকলিসিবু ?

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি, নঙ । (শাউনা)

হেমাবতি ঃ— মোইবা শাওরমনি হায়বা ঐ খঙঙি । ৱারীসে ঐ অমুক্তা

লীজরক্কে।

ব্রজমনি ঃ— করি ব্বারী ?

হেমাবতি ঃ— ঐ কম্পানিগী থবক তৌখিবা লৈতে , তৌশিন্নবনি ।

ব্রজমনি ঃ— করি !

হেমাবতি ঃ— যোসেপ জপান মচানি ।অশেংবা মীংনা য়াসুকিনি ইনোকী কৌই। মহাক চেন্নাইদা ঐহাক্কা ইঞ্জিনিয়ারিং তমিন্নখিবা ছাত্রনি

ব্রজমনি ঃ— করি হায়বা !

হেমাবতি ঃ— মহাক সেকেন্দ ব্বার্লদ ব্বারদা লৈখিদ্রবা মপুবোক অমগী তর্পন কৎপা লাকলম্বনি ।

ব্রজমনি ঃ— তর্পন কৎপা ।

হেমাবতি ঃ— তর্পন কৎনা কৎনা মাইবম লোকপা চীংগী চীংখোংদা মহাক য়াম্না কপখি ।ঐনা মণিপুর শিনবা থুংনা ইরমদমসিগী ফজবা য়েংহনখি । মহাক্না ফজৈতং শোন্নকপদা ঐনা কয়াদা চাওথোকচখিবা। (কপনিংঙি) কারদা চৎনা চৎনা সহর অসিগী অমোৎ অকায় লৈবা মফম খরদদি উখিনি খন্না পারবা ইন্নফীসিনা মহাক্কী মীৎয়েংদো খঞ্জিনখিবা য়াওখি।

ব্রজমনি ঃ— হেমা ।

হেমাবতি ঃ— লমদমসিগী শান্নরোইশিং অমদি আর্ট এন্দ কলচরবু মহাক্না য়াম্না থাগৎলম্মী । মোইরাং থাংজিং হরাওবদা থাংজিং লাইমাংদা শাবা জগোই-জগোই লোয়দুনা মীয়াম পুন্নমক হৌগৎখ্রবসু মহাকতংদি ফমদুনা লৈহৌই । ব্বার সিমিত্রিদা লৈবা মপুবোক্কী নীংশিং খুভমদা লৈ কৎপা লোয়রদুনা থোরকপদা ইনোকীনা হায় ।

ব্রজমনি ঃ— মহাক্না করি হায়রমলিবা ?

হেমাবতি ঃ— মণিপুরদা সাইন্টিষ্ট কয়াম লৈ ? করি করি অনৌবা পোৎখোক পুথোকপা ঙমখ্রে? মোইবাসু হায়বীয়ু চীং লম ওইজরগসু লমদমসিগী লৈবাক লৈহাওগা চান্ননা, লমদমসিগী লৈহাওনা শাগৎচবা করি করি অনৌবা পোৎথোক পুথোকপগী মতাংদা কানানা করি করি থবক পায়খৎলিবগে ?

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি !

হেমাবতি ঃ— ঙসিসু হিংনবগী লানফমদা মৈতে ইমা ইবেনশিং ইন চিংলি, লোং খোল্লি, কৈথেল নংনবা ফী শারি, ইংখোল কোয়রি, চীংমাইদা পাম য়াল্লি। মসিদি চহি চা কয়াগী মমাংগী মোইরাং কংলৈরোনগী ৱারীদসু অদুমক উবা ফংলি, মসিবু কয়াম হোংহন্বা ঙম্লবগে ?

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি !

হেমাবতি ঃ— পুল্সিদা চৈনা কয়া ফংদুনা লাকখি। অদুবু মীচেনদি ওইখিদে। পুন্নমক মায়োক্লদুনা লাকখি। যোসেপ না জপান য়ৌরগা মণিপুরগী ফজবা থাদুনা ৱারী লীরকপা মতমদা ফজবা ঙক্তা লীহন্নিংবদগী ..।

ব্রজমনি ঃ— অদো কৈদৌরবা ?

হেমাবতি ঃ— ঐনা ঐগী ইপুরোয়বদি সাইকোনিউরোসিস প্রোবলেম লৈ। অন্দর ত্রিতমেন্টনি হায়খি।

ব্রজমনি ঃ— করি হায়বা- ঐবু ?

হেমাবতি ঃ— মসি ঐনা ঐগী মণিপুরবু কঞ্জবনি। মসিনা ৱাথোক ওইদুনা মোইবানা ঐবু খাইনবীরবসু ঐ পেন্দবা তৌরোয়।

ব্রজমনি ঃ— হেমা !

হেমাবতি ঃ— ঐনা লৈশারিঙৈ শিঙ্গাপুর চৎপা মতমদা হোটেল অমদা লৈ। ইন্দিয়াদা হল্লকলমদাই হোটেলদুগী ঐনা লৈরম্বা কা অদুদা ঐনা পান্না লৈজবা লাইধী অমা কাউদুনা হন্দোকলমখি। লাইধীদো শিঙ্গাপুরদা শাবনি। ঐনা এয়ারপোর্টতা লৈরিঙৈ হোটেলদুগী মেনেজর অদুনা কার অমদা ঐবু তান্নরকখি, অদুগা মরৈবাক্লা শাবা লাইধীদো নুংশিনা পীরকখি। ফজদ্রা ? লাইধীদুগী মমন শুপ্পগী লুপা তরানিথোই।

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি — ঐ — নঙ নঙগী ৱাখল্লোনবু - - - ।

হেমাবতি ঃ— মোইবানা কুন্দালৈগা লোয়নদুনতা লৈখ্রবা মতমদা ঐগী থম্মোয়দা করি ফাওরমগনি ? মপুরোয়বনা লমচৎ ওনখ্রবদা মাগী নুপীনা করি খল্লমগনি? মোইবানা হল্লকখিদবা অহিং কয়াদা ঐবু করন্না লেল্লমগদগে ?

ব্রজমনি ঃ— হেমা - — ঐ -— ঐ - - - (হায়বা ঙমদবা) —- - ।

হেমাবতি ঃ— চাংয়েংসিগী দমক ঐ মোইবাদা য়াম্না লানখ্রে মদুগী দমক ঐবু ঙাকপীয়ু।

ব্রজমনি ঃ— হেমা নঙ করিগী লাম্লুদগে ? লাল্লিবদি - - - ।

হেমাবতি ঃ— মোইবাবু অফবা লম্বীদা কমদৌনা পুরকসিগে হোৎনবদা ইচা অনিসে মতম চানা য়েংসিনবা ঙমখিদে । মেত্রিক পরীক্ষাদা ইবেম্মনা শোল্লকপগী মরম চাউনা লৈ ।

ব্রজমনি ঃ— ইচানুপীবু করিদা শোয়রিবগেনে। ওল মণিপুরগী মেত্রিক চাংয়েংদা ইবেম্মনা মঙাশুবা পোজিসন লৌরকলি, লেমজদ্রো - ?

হেমাবতি ঃ— ঐনা আশা তৌরম্বদি মদু নৎতে । পরীক্ষা মমাংগী পামুখ্রবা অহীং শিংদো ঐ কল্লকই। মোইবা খঙহন্দনা হোটেলগী কা'মা ভারাদা ৰাইরগা ওঝা অমদা ইচাবু লাইরীক তাকহনখি । ঐনসু তাকখি। মদু অমুক হন্না লাক্তবা ওইসনু । ঐ য়াম্না ৰাখি, অদুবু ইচাগী মমাংদদি নোকনিংদ্রবসু নোকখি ।

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি ঐ - , ঐ- নঙগী নফমদা তশেংনা মায়থিরবনি । ঐ নঙগী নফমদা য়াম্না লানখ্রে। নঙনা অতোপ্পা নুপী'মা ওইরম্বা তারগদি ইমুঙ সে মওং অমদা ওইরম্বসু য়াই ।অসিগুম্বা নীপাগী পুকচেলসিনা ইমুঙ মনুঙ মনিল নাইহল্লি । চাওখৎ খোঙথাং থিন্থহল্লি । য়াইতোং খমদোংবশিং, নুপী অঙাংদা মীহৌবা, শেঞ্জা থুমজাদা করাম্বা , মসিনা ওইহল্লকলিবা ক্রাইম ক্রাইসিস ময়াম, মসিনি ঙসি ওইরিবা লৈবাকসিগী লাইবক ।

হেমাবতি ঃ— মোইবাগী ঙসিগী ৰাহৈশিংসে তাবা য়াম্না নুঙাই । নুঙাইরবা মীকুপ অসিদা ঙসিদি ঐ ইনিং তন্না কপনীংলকই ।

ব্রজমনি ঃ— হেমাবতি নঙদি ফীদমনফম ওইবী মৈতৈ নুপীনি । ঐনা নঙবু ইকায় খুন্নরি । ঐ- ঐ- ঙসিদগীদি করিগুম্বা খর খল্লে । ঐনা খল্লিবসে নঙনা খলহনবনি।

লোইরবা ।
১৩/০৯/২০০২

## ঃ মৌ অহুম লানফম অহুম ঃ

### ঃ য়াওরিবা কেরেক্টরশিং ঃ

(১) ইবেমৈ

(২) চন্দ্রাবলি

(৩) রধারানি

(৪) দশুমতি

(৫) য়াইমা

(৬) চাউবল

(৭) অঙৌ

# মৌ অহুম লানফম অহুম

## অহান্বা মতাং

(অয়ুকনি । ঘড়ীগী কাতানা নিপাল্লক য়েরকই । দশুমতি মমাং থংবা মাঙ্গোন মচি অমদা মফী মরোল হোংবা লোয়দুনা মশম হাৎলি। মমৌ অহন ইবেমলৈ চাকখুমদা ঈশৌ লাংঙি । দশুমতি তানা তানা তাশিন্নদে )

ইবেমলৈ :— চাকসিবু ঐনত শুম থোংবসিবু - ঐনত শুম থোংবসিবু থোংলোইদে । ইমুংসিদা ঐগা থানা মৌ অহুম, অমনা আ ঐদি লাইরীক হৈবীনি - অদুনি - আদানি । লংখাইগে (চাকখুমগী কোল লীক লংখাই কাউখায়। অহৌবা মখোলদু দশুমতি তায়) তস ! লোয়না কায়রসনু । ঐবু মখোয়গী অউন মীনায়মক্তি নৎতেদনা ।

দশুমতি :— (শকফম হঞ্জিল্লগা) হায় - নখোয় কনা কনা লৈ হা ? ইমা কৈথেল চৎলগে। (হিংনা)

ইবেমলৈ :— নুমীৎ থাগুম মঙাল নাইরিবা ঐ খোয় নীপানি । কদর কাপশিল্লগা তোঙান্না চাগে । তোঙান্ন চাব নুমীৎত মাইক খোংগে, বেন্দ য়েগে। সৈত্য লেন্নবা ঙমদ্রবদি ইবেমলৈ মীং হোংগে ।

রধারানি :— (ইমুংদগী থোরকই । ইবেমলৈগী ব্রা মরক থৎনা ) ইমা চা সি লৈরে। উম কৈথেল বেগসিসু সি থমলগে ।

দশুমতি :— ফরে ফরে । নঙবু কৈ থবক শুরিগে ?

রধারানি :— ফী রোল খরা শুগেদনা তীংশিল্লস্বা ।

দশুমতি :— (চা চিংঙি) চন্দ্রাবলিনা কাই চৎখ্রবা ?

রধারানি :— ইরু থোকলিমানে ইমা ।

দশুমতি :— য়েনশাংদি ইমাবু কৈ কৈ লৈরকউ হায়রিবা ?

রধারানি :— হৌজিক অয়ুক্কীদি য়ারনিদা । নুমীদাংগীদি অমতবু লৈত্রি । কৈ কৈনো অদুম ইমানা লৈবীরকলো ।

দশুমতি :— চাকতি কনানা থোংদৌরি ?

রধারানি :— ইচেনা থোংদগী হোৎনরিমালে । ঐসু চাকখুম চংবা য়ারে ইমা, থোংমীন্নরুরগে।

দশুমতি :— হুম নঙসু নচেসু য়াদে । ইমৌ অতোম্বীনা চাকখুম চংগদবনি ।

মা চাক থোংদবা য়াম কুইরে ।

রধারানি ঃ— উম ময়ামসিগী হোৎনবদা ইনাওদো ওফিস চৎপা হেক্তা থেঙঙি। হোরেল হল্লক্লগা নুমিদাং ওইনা থোংজরনিদা ইমা ।

দশুমতি ঃ— হুম য়াদে য়াদে ,য়াদেকো । ঐখোয় ৩/৪ গী চাক থোংবদবু মাঙোন্দা করিগী ওফিস থেঙদৌরিবা । মদু নঙনবা হোৎনবা ঙমদ্রবদি মাদি নুপী নৎত্রেদনা । হায় চন্দ্রাবলি (ক্বৈই) কদায় লৈগে নঙবু ? অমুক্তা থোরকউ।

চনদ্রাবলি ঃ— অং সি লৈয়ে। (মনুংদগী) উম কৈ হায়গে ইমা ? (থোরকই)

দশুমতি ঃ— আ ইরুথোকপা লোয়রগদি চাকখুম চংনবা তৌরো। পুংসু আ য়ৌখ্রেনি । চাক থেঙলদি নঙগী ওফিসসু থেঙনিদো ।

চন্দ্রাবলি ঃ— হোয়। (খুমদবা য়াদবদৈ খুস্মী)

দশুমতি ঃ— রধারানি ইমাগী মোন মখাদা মরুপকী পৈশাদো লৈহৌবনি । মোই হায়রকত্রিঙৈ নঙ হান্না অমুক্তা পীথোকলুচো । ইমা কৈথেল চৎলুখিগে । অ চৎলে চৎলে । (থোকখিবা)

চন্দ্রাবলি ঃ— ইচেয়াইমা । (শাউনা)

রধারানি ঃ— হুম ।

চন্দ্রাবলি ঃ— হনুবীসিনা ঐঙোন্দা অপাননা চাক থোংঙু হায়রমলিসে করিগীনো মসি ইচে য়াইমনা খঙফম থোকই । (খোন কল্লপ)

রধারানি ঃ— সুম হায়বা ওইরিনিদা , ইনাওনা থোঙবা চানিংদুনা ।

চন্দ্রাবলি ঃ— সুম হায়বা ওইরম্লগদি হরাউ হরাউ হায়রমগদবা । মাগীসে মপুক্তা করিনোমা খল্লগা হায়বনি ।

রধারানি ঃ— ওইরম্মোইদা । ইমানবু করি খন্দোইনোদা ।

চন্দ্রাবলি ঃ— মসি ইচে য়াইমনা থোকহন্বনি ।

রধারানি ঃ— করি হায়বা ?

চন্দ্রাবলি ঃ— মদুসু খুৎ থীন্দুনা তাকখো হায়রিরো ।

রধারানি ঃ— কৈ ৱানোনে নঙ হায়রিসিবু !

চন্দ্রাবলি ঃ— নঙগী পুকচেল ঐ ফজনা খঙঙি । নুমীৎলৈ গুম মায়োন হোং, উরীরৈগুম উতোন লোম , ঐঙোন্দদি য়েৎশিন্বীরক্তবা ফৈ ।

রধারানি ঃ— চন্দ্রাবলি নঙগী ৱাফমসি ইচে য়াইমদি - ।

চন্দ্রাবলি ঃ— তারোয় তারোয়, গ্যান তারোইয়ে । লাইরেন্না মশা মনুংদা মকোক লোৎপদো অউবনা নোকপনে । কাউরোয়দবা অমনা - ঐসে শহরসিগী নীঙোলনি , লোইনা খঙবী , লোয়না ঙম্বী ।

রধারানি ঃ— চন্দ্রাবলি নঙ লান- না খনগনু । ঐ নঙগী নচেনি, য়ুমসিমক্তদা লৈমিন্নরিবা । ইমানা চাক থোংবগী হায়রম্বদো মদু ঐগা মরী শুকলৈ লৈনদবা ৱাফমনি ।

চন্দ্রাবলি ঃ— করিগী লৈনদনি ।ঐনা ওফিস চৎখ্রগদি ঙাংনিংবা কয়া তমনিংবা কয়া ননীং তমলেদনা । ইনশিন্ব' মা য়াউরবনিনা মৈদু চাকপা তাবা।

রধারানি ঃ— চন্দ্রাবলি !

চন্দ্রাবলি ঃ— কৌবিরক্কনু । শোফা সেত, কার, বীলদিং, মোনদুম মোনতেক্কা য়াওন্নদুনা চাউরকপীনে চন্দ্রাবলি ঐসে। নঙদি হৌফম শাৎফম খঙদনা অউ অউ ফীজি য়াল্লগা চাউরকপী, খোঙয়া লৈখোম তোৎপী, পীতৎ - পাতৎপী খুঙ্গং নীঙোলনি, মান্নবা শুংয়া য়াররোইদবা ।

রধারানি ঃ— চন্দ্রাবলি।

চন্দ্রাবলি ঃ— চাবীয়ু চাবীয়ু নপুক পোখায়ঙৈ চাবীয়ু ।ঐ চাক থোংজরুখিগে। (চঙখি)

রধারানি ঃ— করি হায়বা ! করিসু লৈত্রবা ৱাফমসিগীবু মানা ঙাংলম্বা ৱাহৈশিং অসিদি --- ।কয়াদা থোইচৎ ৱাংচৎনখ্রবা। থৌগল্লোন বেভার মচেৎ অমতা পকত্রবা ।নৎতে , নঙ নুপী নৎতে। নঙ নুপী নৎতে চন্দ্রাবলি। (মপুকনীং নৌরকই) - - - চুম্মী, ঐগী হৌরকফমদি থাপ্লবা খুঙ্গঙ অমগী শেগায়রবা খাংপোলশঙ অমদনি । (কপ্পী) য়ুমসিদা মৌনি হায়দুনা হেক লাকখিবা নুমীৎতৈ তোল্লবী ঐগীদি কনা লৈরি হায়দনা কনাদি লাক্কনি । মৌ অতৈগীদি অনি অনিনা খুজিং ওইদুনা চীংমুক ৱাংলবা অউনপোৎকী মপৈ মপৈ - -- । অদুবু ... অদুবু লাইবক থীরবী পীতৎ পাতৎলবী ঐগীদি শেগাইরবা ইন্নফি মরুমদগী ইপাম লমদম য়েংজরগা কপচবসে নৎতনা করিদি উপায় লৈরী। (কপ্পা

কপ্পা মাগী কাদা চঙখিবা। নাকল অমদা চন্দ্রাবলিগা ইবেমলৈগা চাকখুমদা ৱারী শান্নবা তায় )

ইবেমলৈ ঃ— চন্দ্রাবলি চাক্তো ইচে থোংগেদনা তৌরম্বনে।

চন্দ্রাবলি ঃ— য়ানি ইচে ননাও অসুম থোংলগে।

ইবেমলৈ ঃ— কদায় কদায় য়েনশাংদো ইচে শেমলক্কে। নঙ চেঙদো শুনবা তৌরো। পুংসু আ য়ৌরম্লনিনে।

চন্দ্রাবলি ঃ— ইচেম্মন।

ইবেমলৈ ঃ— হুম।

চন্দ্রাবলি ঃ— ইচে য়াইমসে লৈমিন্নবা ইত্থোক্লা নুঙাইরোয়দৌরি। মসি নুপীসে নোংমদিনে অমদুনা কাপখায়বা শোয়দ্রবনি। হৌজিক সু ঐনা ঙাংথরম্লবনে।

ইবেমলৈ ঃ— করি তৌরবগেনে মানা ইনাওতোম্বীদবু ?

চন্দ্রাবলি ঃ— কৈ কৈ শেম শারদুনা পাউ য়াম্না তম্মীনে ইমাদা।

ইবেমলৈ ঃ— উম তৌরমনি , ইচু তাদবী মোইতায় চুদাইনবীদো। ইমুঙসে মানা খাঁবে খরাই শারবনে। অমদুমক ককঅমদুমক কক।

চন্দ্রাবলি ঃ— মতুংদদি সনা লীক- কোন ফীগ ৱায়গে হায়রবসু অমত্তা পীরুনু। মৌ ওইনিদি খঙলগা ফী মতৎ অমফাউবা অওং অউন্নি হায়দুনা তমলক্তবা মপামগী মীওইশিংদুসু ঙমখ্রবা হায়নিমা।

ইবেমলৈ ঃ— ৱাই ৱাই রদুনা শেৎ চাজরমগনি সিনিদনা , ফনবু শিংঙিনে। (অনিমক নোকমিন্নে) লৌৱায় থৌৱায় হায়দো সিনিনে ইবেম্মা। লমগা মীগা চপ মান্নে হায়বদো কয়াদা চুমখ্রবা ঙাংনরিবদো।

চন্দ্রাবলি ঃ— ঐখোয়গী অরঙ অরাক ময়ামসে মাগী মমীৎতদিনে...। (ৱা লোয়হৌদবা)

দণ্ডমতি ঃ— হায় নখোয় কনা কনা লৈ হা? (মপান্দগী ঙাংনা ঙাংনা চঙলকই)

চন্দ্রাবলি ঃ— লাক্লমানে চীঙ নাচন মাম্বীসে। শেকৌ শেকৌ ইত্থোক্লা নুংশিখিদ্রে।

দণ্ডমতি ঃ— আ নোয় অনি চাক থোংলিব্রা? সে সে ঙা য়াউরিবনি। তাউগেরা থোংগেরা নোয় থোকপমা তৌরো। হায় রধারানি লৈব্রো নঙবো? (রধাগী কা রোমদা চঙলকই)

রধারানি ঃ— অং লৈ - লৈয়ে ইমা । উম - কৈ হায়গে ইমা ? (থোরকই)

দশুমতি ঃ— হায় কৈনো নমীৎ নমাইক ইপোম পোমলিদুনমুক ?

রধারানি ঃ— উম ঈশীং শোকপা চৎপদা মীৎত তীন'মা চংখি তৌনি । উম লৌথোকলে ইমা।

দশুমতি ঃ— সে সে চিঠিনি । নখোয় লৈকাইগীনি হায়দনা. কনানোমনা পীরম্বনে ইমানা কৈথেল লৈরিঙে ।

রধারানি ঃ— কনাগী --- ? হৈমা ! সিদি ইমোবনা পীরকপনে ।

দশুমতি ঃ— হা — নৌপ্পা নীপা ইমোবগী চিঠি ওইরে । হোয়নে ইবুঙোদুনা অদুম হায়না হায়রমগুমসু তৌইনে ।

রধাবানি ঃ— ঐ অমুক্তা পাগে ইমা। (চিঠি শেগায়দুনা পাই) ইচে , ইচেগী মফমদা নৌ প্পানা করিগুম্বা খরদং নিংশিংজরি ।হযেং লাকলিবা তাং নিপাল নোংমাইজিং নুমীৎসিদা ইচেনা নৌপ্পাগীদা অমুক্তং লাকপীদবা য়াদ্রে। ইনেবুসু খুরুমজরকই তম্বীয়ু ।

ইচেগী নৌপ্পা, ইমোবা —

দশুমতি ঃ— ইহে হে নঙবু লাকউ হায়রিনে ইবেম্মা ।

বধারানি ঃ— হোয ইমা, মবমসু হাযরক্তে। লাক্তবা য়াদেসু হায । কৈদৌর জাৎনোনে ?

দশুমতি ঃ— য়ে , চৎলুচো চৎলুচো , মরম'মা লৈরমনি ।চৎলুদ্রদি নৌপ্পাদুনসু ব্বারৌখিনি ।ফরে ফরে ইমাসু মরু মবাং খর লৈরকপসে অমুক্তা হুজিল্লুখিগে। ( থোকখি )

রধাবানি ঃ— (চিংননা) কৈগীনো অমুক্তসু তৌখিদ্রিব মওংদা ইমোবনা ঐবু কৌরিসিবু ? মশাসু লাকতে চিঠি ওইনা । নৎত্রগা মাব্ - ? মবাইসু ট্রেইনিং অমা চৎখিবদৈ হল্লকত্রি । ইমান্ধুদি ২ ' হরাও চৎলুচোবুদি হায়রি ।

## যন্ত্রগী মখোল

### অনিশুবা মতাং

(বধানা মপাম লাকপা, চান্নবা যন্ত্র খোংঙি, উচেক ব্বায়াগী মখোল তায়। )

ইমোবা ঃ— হৈমা ! ঐ খোয ইচে ওইরমানে ।ইচে লাকলে ।ঐ ওকলুখিগে।

ইচে - ঙায়খো ঙায়খো লৈরম্মু । নঙ বেগত্তু ঐ পুগে ইচে ৱারম্লনি । কন্দায় কদায় । (লৌই)

রধারানি ঃ— ইমোবা নঙ কৈসু তৌদেকো ?

ইমোবা ঃ— ঐ কৈসু তৌদেদা। উম ইচে পাখৎলমগনি হায়বা ঐ কোন্না ৱাখল তৌরকই । নশা ঙক্তা ইয়াং য়াংনা লাকপা য়াদ্রো ইচে নঙবু । ইচে উনিংদুনা সুম কৌবনিদা । ইচে লাকয়ে নুঙাইরেদনসে। (হরাওই) অ কে কৈদৌরে ইচে নমীৎতগী নপীগা- নৎতে লম্বীদা ?

রধারানি ঃ— ইমোবা, নঙনা ইচে লাকই হায়দনা চেপ্তোবকপসে উরগা ইচেগী পুকনীং নুংশিরকই । ইমা বাজি অনিনা মচা নীঙোল লাকই হায়দুনা হরাও হরাও চেপ্তোবকপদুদি উবা ফংদ্রেদে। - হু - - - হু - - - হু - - — ।

ইমোবা ঃ— অস! খল্লুরনুদা ইচে, ঐখোযদৌনা মমা মপা কাইনবা মীদু মলেমসিদা কোকথোংমা হিংলিপোৎনি।

রধারানি ঃ— ইমোবা, শম্বলসিনা ইতেক তেকথরিসিনা ফজনা খাজিন্বা য়াদ্র নঙবু?

ইমোবা ঃ— খল্লমলিবনে ইচে । হন্দকসিদিনে মহাদা চিনঃ

রধারানি ঃ— অৱাংগী পুংথোলসিদি ফজনা পাল্লে । শুমাং মঙানগী নাপীসিদি ইম্থোক্লা শোঙলেদা। (নাপী ফোই) মীগী মমাংদা ফজনা লুন নান্না পাল্লুকো ইবুঙো ।

ইমোবা ঃ— অস, তৌরদনি ঐখোয় ইচেগী হৌনবা । নফী নবোলকদো মোৎতনা লোইরনিনে ইচে নঙবু । ঐ হোরেল লোইনা ফোইদৎকেসে ।

রধারানি ঃ— ইমোবা উম কদায়দৈ শিংনা মৈ থায় নঙদি ?

ইমোবা ঃ— মনিঙগী হৈনৌ পাম্বীমা য়াল্লি । কুইবে 'দু থানরকপা ।

রধারানি ঃ— অদো মাঙ্গোনসিদি কনানা ৱাই তৈ ?

ইমোবা ঃ— ইতোমতা লৈরগবু ঐনা সুম তৈসুঙাইদনা ।

রধারানি ঃ— অদো নঙনা ইচে কৌবসিদি মরম'মা সোয়দনা লৈরমগনি ।

ইমোবা ঃ— থোইদোকপা কৈসু লৈব নৎতেদা ইচে ।

রধারানি ঃ— হুম থাজদে । অদো - হৈমা ! ইমোবা - কৈনো সিদৈ ময়ামসিদি ? (ঙক্লা)

ইমোবা ঃ— উম, ই - ইচে। (খুন্বা ঙমদবা)

রধারানি ঃ— গোদরেজ আলমীরা, সোফা সেত, রিফ্রিজেরেটর, উপু কাংথোন কোল-লীক ময়াম অমসু য়াউরিনে । নৎতে কনাগীনো' সিদি ইমোবা ?

ইমোবা ঃ— উম - ফজব্রা হান্না য়েংখোনে ইচে। (নোকফেৎ)

রধারানি ঃ— ফজৈয়ে । কনাগীনো ? কৈদৌবৈ সিদা থমলিবনো নঙবু ?

ইমোবা ঃ— উম ইচে, ঐনা ঙসাইনা চাক লোইরবনে । চাকচানবা তৌরসি ।

রধারানি ঃ— সি ময়ামসিবু কনাগীনো করিগীনো কৈদৌনবনো হায়বনে নঙবো ?

ইমোবা ঃ— ইবাইনা ট্রেইনিংমা চৎখিদুবু হল্লকখিরোইদ্র ইচে ?

রধারানি ঃ— ইমোবা ইচেনা হংলিবসে হান্না খম্মো ।

ইমোবা ঃ— ইচে উম - ইচেন আদা অওং অঙন অমত্ত য়াউদনা লৈবদ্দা - - ।

রধারানি ঃ— ইমোবা ।

ইমোবা ঃ— অশেংবনি ইচে ।

রধারানি ঃ— তমিন লৈয ইচে তানিংদে । (শাউই)

ইমোবা - ইচে, নহান্না পীদ' যাবনি অ—

রধারানি ঃ— (কপ্পী) ইমোবা নঙোন্দা ইচেনা অউনপোৎ পীরকউ হায়খিব লৈব্রা ? হৌজিক্কী চাক ফাউবা চানিংঙাই লৈতবা নঙনা কদায়দৈ পৈশানা ময়ামসি লৈরুবিবনো ? নহাক সোয়দনা মীগী মপোৎ হুরাল্লমগনি ।

ইমোবা ঃ- ইচে, শাউরনুবা কৈদৌগে ।

রধারানি ঃ— নৎত্রগা য়ুম ইংখোলগসে কনাদনো সোয়দনা য়োনথোক্লল্লগনি। নঙগী অউনপোৎসে ইচে পামদে ইমোবা । অশেংবা হায়মু নৎত্রগদি ইচে ফী হোংলরোই , অমুক হনখ্রনি ।

ইমোবা ঃ— উম ইচে, ঙাইখোবা ইচেনা শাউগন্বসিনা ।

রধারানি ঃ— ঐ ঙাইবা ঙমলোই । নঙগী অউপোৎসে ঐ শুকপাম পামদে । নহাক্লা য়ুম ইংখোল য়োঙ্খোক্লগা কদায়দা লৈগে হায়রিবনো ।

লমহেন্বা - ওক্তবা — নঙদি মমা মপানা ৱারক্তবা মচানে। (কপ্পী)

ইমোবা ঃ— ঐ ইংখোল য়োন্দেদা ইচে ।

রধারানি ঃ— অদুদি কদায়দৈ পৈশানা ময়ামসি লৈরুরিবা ?

ইমোবা ঃ— ঐনা বি এ তমলিঙৈ ইচেনা অহিংফাউ তুমদঙৈ ফী শাখি । নখুৎনা শাজবা ফী অমফাউ ইঞ্জবা ফংখিদে ।

রধারানি ঃ— মদুগী মমল ইচেনা পীয়ু হায়দুনদি নীখিদেদনা ।

ইমোবা ঃ— য়ুমদুদা ইচেগা থারগা মৌ অহুম । অউনপোৎকী হীদান্নরবা মতমনি। ইচেগীদি কদায় ? চুম্মী, লাইরবা নৌপ্পানিনা হৎফম থোকই কদাইদৈ পৈশানো ? অদু ওইরসু ঐ ইংলিস স্কুল অমদদি ওঝা ওইরিদনা ।

রধারানি ঃ— মদুনা পৈশা কয়াম ফংলদনা। নতোমতা চাব ফাও কোন্নরমলোই।

ইমোবা ঃ— ইচে, হন্দকসে ওঝাশিংগী মরুপ মচা' মা ফাউই ।ইচেগী অসিমত্তং হায়দুনা হন্দক থা খরসি অহিং অহিং হৌগৎতুনা খবরগী হোকর চৎখি।

রধারানি ঃ— করি হায়বা ।

ইমোবা ঃ— মদুদগী হল্লক্লগা অঙাং লাইরীক তাকই । স্কুল লোয়রগসু অমুক তাকই। ছুতি ওইবা অহাংবা মতমদনা মায় মীৎসে খুমজিল্লগা ঐ ঙমলিবমখৈ রিক্সো থৌখি ইচে ।

রধারানি ঃ— ইমোবা !

ইমোবা ঃ— মতম শংদবনা শুমাং মতোনগী নাপীসিফাউ ফোইদৎপা ঙমদে। ইমা রা বাজি রা অমত্তং হিংজরম্লবদি পুন্সিসে অসি য়ৌনসু ৱাজরমলোইদবনি।

রধারানি ঃ— ইমোবা - তোকলো ইচে পেল্লে , ইচে পেল্লে - ।ইচেনা চৈখিবদো নঙ শাউনুকো ইমোবা - - হু - - হু - - ।

ইমোবা ঃ— ইচে ।

রধারানি ঃ— নঙগী অউনপোৎ ময়ামসে ইচে পামদেনে । লায়রবা ইউপ্পাগী হুমাং মমলসে ইচে পুদুনা চৎনিংদে ।

ইমোবা ঃ— ইচে ফরেসে চাক চানবা তৌরসি ।

রধারানি ঃ— নঙগী থবক অমতং হায়দুনা ইচেনা মীগী য়ুমদুদা লৈফম চাফম খংদনা কয়াদ ৱারীবা। করিসু লৈত্রবা অউনপোৎ অসিগী দমক নঙনা অসুক য়াম্না ৱারুরিবসে করিগীনো ?

ইমোবা ঃ— ইচে, ফরে খল্লুরনুবা। ঐ চাক য়াম্না লাম্মে হায়বনে।

রধারানি ঃ— হোয় হোয় ইচে চাকখুম চঙলগে। (চঙখিবা)

ইমোবা ঃ— ঐ খঙঙি, অউনপোৎ শিংসে উরগা ইচেনা শোয়দনা ৱারৌগনি হায়বা। অদুবু অমরোমদা ঐদি হরাওরি লায়রবা ইমোবনা মচেগী দমক করিগুম্বা খরদি পীজবা ঙমলেকো খল্লুবদা। উদবা কুইরেকো হায়দুনা নোংমা ইচেগীদা ইচেনা চানিংবা খর পুদুনা চৎখি। নুমীৎ অদো ঐঙোন্দা কাউবা ঙম্লরোইদবা থৌদোক অমগা মায়োক্লখি।

(হৌখিবা থৌদোক মতেক'মা নিংশিংঙি)

চন্দ্রাবলি ঃ— ফী 'সিবু করম্না শেগায়রক্লিবনোবা? ঐদিনে ফী' সে লৌবা ঙমলোয় হায়রিসিনি।

রধারানি ঃ— ঐসু হেক য়েংহৌদ্রে। রিক্সোদগী তহা তহানা হেক কুমথরকপদুদা মাদি লৌদুনা লৈরম্বা ওইরে।

চন্দ্রাবলি ঃ— সে সে (লংশিল্লি) ঐদি শেগায়বা ফী'সে লৌবা শুকঙম ঙমলোয়। নপামগা তান্নগেরা লৈকায়গা তান্নগেরা ঙসি হয়েংসিদা শিংদবা শুংয়া য়ারোই। তাংখ্রবা ইন্নফীনে -ইন্নফী।

রধারানি ঃ— হোয় হোয়, ইনাওনা শিংঙু হায়রবনিনা ইচে শিংলগে।

চন্দ্রাবলি ঃ— কয়ানি ৱায় ৱায়দুনা শেৎ ইনখিগে হায়রিনো ? সনা ৱায়রে হেক্তা পৈহল্লকই। করিমত্তা লৈত্রগদি ননগনদো মচু শংজিল্লো ও।

রধারানি ঃ— চন্দ্রাবলি, নঙ ৱা হেঞ্জিনমল্লি। নঙগী ইন্নফীসে ইচে শিং লে হায়রেদনা।

চন্দ্রাবলি ঃ— ও শিংবা লায়রি, ৱায়বা পীরকত্রগদি ছগে হায়রক্কদৌরি। নপামগী মী শিংদুসুনে ঙকখ্রবা হায়দুনি। ফদি মচেৎ অমফাউ অউং অউন্নি হায়না তমলকপা ঙমদে। ইরাং থুংদবা লমনি হায়বদো হেক অতাকনৈ।

(নিংশিংবা লোয়বা)

ইমোবা ঃ— নুমীৎ অদো ঐ ইচেগী কোম্বোং ময়াদগী ইচেবু খঙহল্লমদনা হল্লকখি। মৈশা পুরবা বাহৈশিংদো নাকোংসিদা ঙংদুনত্র লৈখি। ইচেনা ইকায় নুংশি য়ান্ননা কপহৌবদো ঐ মীকুপ অমত্তা কাউবা ঙমদে ।

রধারানি ঃ— (মনুংদগী) ইমোবা, লাকও লাকও ইচে চাক খাইদোকলে ।

ইমোবা ঃ— নুমীৎসিগী খরনি মতুং, নোংমা ইচেনা মপামদা লাকখি ।ইনাক্তা ফম্লগা মচিন্দুনদি অউনপোৎ পীয়ু হায়বদি ঙমজদা, ইমোবা হায়দুনদি কৌরগা অতে বাদি মখা তারকপদি ঙমদ ইচেনা হীক্লা হীক্লা কপখিবদো ..... ।

রধারানি ঃ— ইমোবা চাক ইংখ্রনি লাকও লাকও ।

ইমোবা ঃ— আ - উম লাকয়ে ইচে । ( মচেগী মনাক্তা চঙলকই )

রধারানি ঃ— ইমোবা নঙনা তৌরিসে নাকন অমরোমদদি ইচে অসুক্কী মতীক পেল্লে। অদু ওইরবসু ইচে কপনীংঙি ।

ইমোবা ঃ— সি বাসে লোয়শিল্লসিদা ইচে ।

রধারানি ঃ— ইচেনা মীগী ওইখ্রবসু লাইরবা ইউপ্পানি করম লেল্লিগবা খন্দুনতা লৈ । নঙনা মফম অমতং চাখ্রবদি - — ।

ইমোবা ঃ— নৌপ্পাগীদি করিসু খল্বিনুদা, নীপানি কৈনো। (নোকফেৎ) আ মমাং খুরাইঙো খোয়গী পুখ্রিগী ঙানি । ইচে পীজগেদনা লৈরুবা। অদো ইচে -।

রধারানি ঃ— হুম।

ইমোবা ঃ— লাকতব কুইরে - নোংমা নিনিতং ওইরসু লৈথোকখোবা ।

রধারানি ঃ— হোয় হোয় ইচে লৈগে । ইমানসু নিনি হুমনি লৈবীরকউ হায়রকই।

## যন্ত্রগী মখোল

### অহুমশুবা মতাং

(রথাগী অউনপোৎ পুরকই । ময়াম লাংঙি । পোৎ চৈ অরুম অরাক থাংদোক থাংজিন তৌই ।)

**দগুমতি** ঃ— হায় হায় ইবেমলৈ - চন্দ্রাবলি -।

চন্দ্রাবলি ঃ— অ কৈ - কৈ হায়গে ইমা ?

দশুমতি :— আ ময়াম্না তৌরিবদো - পোৎ চৈ শিংদো -।

চন্দ্রাবলি :— হোই ইমা ।

দশুমতি :— থাংদোক থাংজিন ৱাবা অরুম অরাকশিংদো থমলিঙৈদা মফম চানা চানা থমহৌ ।অদুগা কনানো অমনা চানা থক্লবা লাংঙু । পীজ পীথকতো নিংথিনা ফজনা তৌ, ময়ামসে ৱাবদা অমুক তোইবা লোয়রৈনি ।

চন্দ্রাবলি :— (মুরুম মুরুম শোল্লি) ইস - ঙমজপোৎ নৎতে ।মাগী অউনপোৎ খর পুরক্লগা কনানা মপাম মীগা সেবা তৌজরুগবনো। কোক ঙাউরি হায়শিন্নরগা হীপতুনা লৈথোক্কে । (চঙখি)

দশুমতি :— আ রধা- রধারানি, নঙ - নঙ অমুক্ত সিদা লাওসে।

রধারনি :— অ - ক - করি হায়গে ইমা ?

দশুমতি :— ফম্মু ফম্মু । নচেগা ননাওগনা মরাইনা শিঞ্জনি । অ নঙনা তৌরকলিসিবু গ্যান মেনকা অমত্ত তাদ্রেনে ইমাদি ।

রধারানি :— ঐসু কৈমতা খংদবনি ইমা ।ঐনা সিদৈ চৎখিবদা ইঁমোবদি থৌরাং তৌদুনা লোয়রমলে । ঐসু ইঙক ঙক্লবনি, ঈ পাউকা অমত্ত হায়রক্তঙৈ।

দশুমতি :— আ মানবুদি মচেনি, মচেগী তৌফম থোকপনি খঞ্জবা । নঙনা ইমৌ য়াইমা ইবেমলৈনা ইমৌ অহন , চন্দ্রাবলিনা ইমৌ অতোপ্পী। নঙনা ইকোন কোন্না য়ুম পাঞ্জরক্লবসু য়াইমনিনা য়াইমা ওইবা তাবা।

রধারানি :— হোয় ইমা ।

দশুমতি :— নখোয় পুন্নমকসে ইমানদি ইমৌ নৎতে ইচানিদনা খল্লিবনি ।নখোয় অহুমদা চপ মান্নবা মীৎয়েংদা ইমানা য়েংলিবনি ।নঙোন্দা নোংমতসু নপুক্নীং নুংশিবা ৱা - কা ঙাংখি চৈখিবা লৈবরনে ইমানা ?

রধারানি :— কৈ ৱানোদা, ইমানবু কৈ ঙাংখিবা লৈরদনা । লৈরগসু ইমানা ঙাংদ্রদি কনানা ঙাংবিনি ।

দশুমতি :— ইমানা নঙোন্দা অউনপোৎ পীরকইপীরক্তে হায়দুনা হায়খিবসু লৈতেকো ?

রধারানি :— লৈতেদা ইমা, ইমোবানা শুম খঞ্জদুনা ।
(তাঞ্জাসিদা ইবেমলৈ চা পুদুনা চঙলকই)

ইবেমলৈ ঃ— ইমা- চা থকসি। রধাগীসু সি থল্লগে ।

দশুমতি ঃ— আ থম্মো থম্মো । আ ইমাগীদি চানবদো থনমলনু। মমৌগী অউনপোৎ পামবী মনেম, লাল্লি চুম্মী খংদনা মচাগী মীচংতা চংগনবী, শেল থোকপা মচা মমৌবুনা হেন্না লুনা তৌবা, লব্বায় থব্বায় খাইগব্বি মনেম অমা হায়বদো ইমা য়াম্না হঙ্গোয়জে । অদো- ইমোববু থবক তৌরব্রনে ?

রধারানি ঃ— ইংলিস স্কুল অমাদা ওঝা ওইরি হায় ।

দশুমতি ঃ— য়ে - মদুনা পৈশা কয়াম ফংলদনা । ঐ খঙঙি, মচেগী অসিমা তৌদবা য়াদে হায়দুনা নৌপ্নাদুনা কয়াম ব্বানা হোৎনরমগনি । মানা তৌরকলি ময়ামসে শুম য়েংবদদি লুপা লিশিং ৬০/৭০ গী ঙকয়াদি সোয়দনা ওইনিসে ।

রধারানি ঃ— হোয় ইমা ।

দশুমতি ঃ— পৈশাশিংসে থোক্লবা হোৎনবদা য়ুম ইংখোলকদি শোকতেকো ?

রধারানি ঃ— অদুবুদি শোকতেদা ইমা ।

দশুমতি ঃ— কান্নরিবসিবু করিনোনে ইবেম্মা । মসিনা চৈথেং ওইদুনা ইমোবদদি কয়াম ব্বাহল্লমগনি ।

রধারানি ঃ— হন্দক মাগী মরুপ অমসু ফাউই হায় । অঙাংশিংসু তীউসন তাকপীরি । অতৈ কৈ কৈ শেনথোক মচা মশু খরসু লৈব্রা কৈনো।

দশুমতি ঃ— হোয়নে অদুসু য়ারসি । লুরিবদি মশাগী ফীরেপ লৈত্রিবা ইমোবনি। অউনপোৎ হায়বসে খন ওনবা য়াবা পোৎশক অমনি হায়নিংদে । নৎতে খঙনা মীহৌবা, ফৎতে খঙনা খঙনা করামবা থম্মোয়সু লৈতবদি নৎতে। ইমৌগী চমলবী শেংলবী তৌবিমল খংবী থম্মোয়সিদগী অউনপোৎনা করি গুন হেন্দৌরিগে ? ইমানা খংলম্লবদি থিংলমগদবনি । মদুগী মহুৎ মাগী থবকলোমদা হোৎনরম্বনা হেন্না ফৎত্রনে।

**রধারানি** ঃ— ঐসু কৈমতা খংহৌদবনি ইমা । মাগী ফীরেপ'মা খংলবা মতুংদা ময়াম্মা পীরকপসু য়াই ।

**দশুমতি** ঃ— সে সে - সি লৌশিঞ্জরো ইবেম্মা ।

রধারানি ঃ— করিনো ইমা 'দুদি ?

দশুমতি :— লৌতা লৌশিল্লুসে । ইমাগী লীক কা খুদোপকদুনি । নঙগীসে সনাকদি য়াউদ্রিমালে । সি কাইথোক্লগা নঙগী অয়ুক নুমিদাংগী অমা শাজরো । মখোয়না হংলক্লগনা উৎলকপনি 'দুম খুম্মু ।

রধারানি :— ঐ ইমাগীসে থম্ববুদি থমজিনগে । ঐ কৈসু লৌরোয়দা ইমা ।

দশুমতি :— অঙাওবীসিদি । (নোকফেৎ) নচেগা ননাওগীদি অনি অনিনা খুজিং ওইদুনা উল্লকই । নঙগীসু মদুমা চিঙ্গরগদি পংনোপতি নোপত্রেদনা । হয়েংলা করিনো হেক কাইথোকলুরো, ইমা অবাৎপদো হাপ্লীগে ।

রধারানি :— য়ারেদা ইমা, ঐ সনাগী অদুক য়াম্না মীহৌবসু লৈজদেদা ।

দশুমতি :— চৎলো চৎলো নপামগী নবুং নৌপ্পা ময়াম লাকলিসে সেবা নিংথিনা তৌখো ।

রধারানি :— হোয় ইমা। (চৎখি)

দশুমতি :— (খোর হোম্থরগা) ইচা অহনগা অতোম্বগদি লোইনা ওফিসার অমমম ওইনরি । য়াইম সিতনি থবক পীকলিবা, .াবগা য়েকপগা লাইরিকসু ইতম তমখিদে । ইচাঙৈসু লোয়না মপান্দা। ইচানীপা পোকই হায়দুঙাই পোক্তবগা চপ মান্নখ্রে । ঙরাংসু অহনগা অতোম্বীগা মশম ফোইনৈ হায় । লুদৌরিদা নীপা য়াওদবৈ য়ুম্বান।

## যন্ত্রগী মখোন

### :: মরিশুবা মতাং ::

(মৌ অহনগা অতোম্বীগা খৎনরি । মিউজিক্কা মতেং পাংশিল্লি)

ইবেমলৈ :— হনুবীনি হায় তৌরিসিনা কোয়খিসিনা কোয়খিসিনা । হেক হঞ্জিল্লকপগা চাক পীরো চা পীরো । শৈত্য ! হয়েং মা শিরম্প/ দা নূরা চফুদা চাক থোংলগা পীজগে ।

চন্দ্রাবলি :— (ষ্টোব থাগৎতুনা মৈ হৌগৎলি) তস ! সিনা ফরনি । তোঙান্না ষ্টোবসিদা য়েনবাসে থোংলগা চাখায়গে । মোদোল্লৈসু চীনথোককে। চন্দ্রাবলিনা খুসি রাসি তৌবদা মমা কনানা পাঙনদেম হল্লদোইনো। (কৈথে)

ইবেমলৈ :— নুংশিখিদ্রেদকো ময়াং কাক্বী খোঞ্জেলসে । লৈরায় কীহ্নবদা মহুম

শাগনবী মখৌ পোংজবী শেম্বাংদো শদুংনা নোংম নোংমগী চরা তন্না চাবদো - হয়েংমুক্কী মপোক্তদি ঐসে শদুংদুম ওন্নিংলেদকো।

চন্দ্রাবলি :— হে শৈত্য - ঙসিগী য়েনশাংদা হাপলুবা আলুসে মুনবা কৌবা লৈখিদ্রে । হে আলু নঙ নমায় অপাকপদুদা খোঙনীংসিনা গৃ গৃ হেক তকখাইদুনা হাৎলবসু পেনখ্ররোইয়ে ।

ইবেমলৈ :— ফী সিদং শাবা লোয়রগা ইপামদা পীখিগে তৌবসিদা লং 'সিনমা পৎ পৎ হেক তৎলদনা । মসিগী - মসিগী য়োংখমসে নুংশিখিদ্রেদকো । মখনাও অসিদনে থাঙ অথৌবমা ইখুৎ চেৎনা পায়রগা চোপ চোপ হেক য়াম্লগদি ইথোক্লা পেনখ্রনিদকো ।

চন্দ্রাবলি :— (য়ান্না কেনা) সরকারগী থবক তৌবা হায়বসে লাইমদি নুঙাইদকো ওফিস চৎকে চৎলোয় ইনীংনি । দিন্দা নুঙাইরিঙেসিদা দ্রামাদুম য়েংথোকলুগে । চামমা পীবা টিকেততো চনিদুম পীথোক্কে ।

ইবেমলৈ :— অবাংগী লাইশ্রম সনাতোম্বীদো নুঙাইখিদ্রেদকো । মাই নীপাদো ওফিসার নিকা হায়দুনা পোংজরম্বদো ঙরাংদি অতোম্বী'মা পুরকয়ে য়ে । রানিনি হায়দুনা পোংজরম্বীদুনা মীনায় শারগা কপহৌবদো কয়াদি পকখ্রে ।

চন্দ্রাবলি :— ঐনা গাড়ী মচা তোংদুনা ওফিস কাখ্রিঙৈদা স্বাইসে অকন্বা য়ুহা অমত্তং হারক্তুনা য়ুম কীম্থদুনা মী লোয়না শিখ্রদি লাইমা নুঙাইখ্রনিদকো ।

ইবেমলৈ :— হে ঈশ্বর ইবুঙো, ঐনা য়ুমদা লৈরিঙে গাড়ী মচা তোংবী ওফিস কাবীশিংসে সিপাই গাড়ীনা তক তক্তুনা লোয়না অমুক্তং শিহন্বীয়ুবা লাই ফৎত হৌদি পুন্নমক ঙক্রা অয়াইবনা চবান থাদোককে, তস!

চন্দ্রাবলি :— কৈনো হিংচাবী কোচাবী , য়োং কৈরাক মাম্বী ,ৱায় ৱায় থোকপা ঙাংদ্রদনা ঐ ঙোন্দমুক ওনশিল্লকলিবু ।

ইবেমলৈ :— কে - সে - নঙোন্দা কৈদৌনা ওনসিঞ্জরুনিগে । শক্তা মক্লা পুন মঙক অতৎপা মাল্লে । নচিননি হায় লংজা মচিনমুক তুমলে । মাই মাই কীজে কীজে ।

চন্দ্রাবলি :— করি ! য়েন্দেম থরাক মাম্বি - তোংশাংনবী। উরা হুমদাংদো শিদগে লাওনে ।

ইবেমলৈ ঃ— লাও লাও শিদরো লাও । য়েনপাক মানবী ননা অনিদো শুপচিনগে লাও।

চন্দ্রাবলি ঃ— ইস - তৌ ঙম্বী ওইরে । লাও লাওনে । চাকচারিঙৈ হৌদোং উনিংদে হায়দুনা তান্না তান্নদুনা লৈকাই হৌদোং কুন হেন্না হাৎলকলবী ঐনি। সে - রা।

ইবেনি ঃ— ইস হৌদোং হাৎপী ওইরে । ঐসু শঙ্গোম শুম্বদা কাউই হায়দুনা যনবী ৩০ ফুদুনা হাৎখ্রবী ঐনে, নঙগুম্বী পীকত্রুসিদি -।

চন্দ্রাবলি ঃ— য়ে তান চারে । ঙসিদি যনবী কুনথ্রাগী পুল্লপ প্রাচিত তৌরগে । ইপাসু মুক্লাগী যাত্রা হায়দুনা ফাউরিনি, লাউসে।
(মশম ফোইনৈ । ঙকথি চপনৈ । রধা চঙলকই)

রধারানি ঃ— হৈমা ! অনিসিবু চান্ননা হেক । অ অ সে, সে অমুক্ত ঙাইখোসে ইচেসু ইনাওসু । লৈকায় মমাংদা ঐ খোয় ইমুং মনুংতা ইম্বোক্লা ইকায়জরে। (খামদোকই )

চন্দ্রাবলি ঃ— তস পেল্লব্রা । নখুদাংদো য়ানা চীকথৎতনা ঈ থোকলেদো ।

ইবেমলৈ ঃ— নঙগীদি কব্রং লংদুম মাম্বী ননাতোনদো খুজিন্না খোৎতৎ লেদনা। দাকযম্মদু পুন্সিগী কোক্তবা ওইসনু ।

রধারানি ঃ— ঙায়খো ঙায়খো ইনাওসু ঙাংবা লেপখো । ইচে- খুৎতো ঈ য়াম থোকলে। ঐ অমুক্ত পুনশিনগেসে অমুক্ত লেংগনু । ( পুল্লী)

চন্দ্রাবলি ঃ— ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা দং দং হেক্তা কফাৎলকই । ঐদি কৈসু হায়জদবনে।

ইবেমলৈ ঃ— করি - যুহা হাবদা নন্দুনা শিয়ু হায়খিদুদি ।

চন্দ্রাবলি ঃ— নঙসু সিপাই গাড়ীনা তকতুনা শিয়ু হায়খিদুদি ।

ইবেমলৈ ঃ— ঐ হায়দে হায়দে ।

চন্দ্রাবালি ঃ— ঐসু হায়দে হায়দে ।

রধারানি ঃ— অমুক্তা ঙায়খোবা। চফু কায়রগা কাক্লা হরাওই হায়, লৈকায় কুম্মৈ ওইদনবা হোৎনসিদা । তাথোক তাসিন তৌনদনা ইংনা ঐ খোয় অমুক্তা পানমিন্নসি। ইমাসু লাক্রমানে ।

চন্দ্রাবলি ঃ— লাককে লাকচসনু । হনুবীদু নঙতনবু কীন খঞ্জবনি । ঐঙোন্দদি ঐশু মী নি মাশু মী নি ।

রধারানি :— মদুনা অচুম্বা ওইবদি য়াদবা, মৌ ওইরবনিনা মৌ ওইবা তাবা। ঐখোয়সে খোঙথাঙ খর লুম্না থাংসি কৈদৌগে।

চন্দ্রাবলি :— ইস - খঙবীরেদা।

রধারানি :— য়ুম কায়বা ইমুং কায়বগী ৱাথোকসে নুপীতনা মরু ওই। সুম য়েংঙুনে অয়াম্বা ইমুংদসু, ঐখোয়দি পোকমিন্নদ্রবসু মখোয়দি পোকমিন্নবনে।

দশুমতি :— (মপান্দগী) হায় কনা কনা লৈ হা ? ঈশিং গিলাসা অমত্তা পুথোরকউ। ফনবু শাংঙিনে ঐনা খোঙনা লাকলিসে। রিক্সোসু অমত্তা হেক ফংদবা। মোই অনাবদো নুঙাইখিদ্রেদা ফরক্কদবা মান্দে। (শাউরপ) হায় - কনা লৈগেনে নোয়বু ? নোয় মশেন লৌতানদনা লৈরব্রনে ? লুদৌরিদা মৌ অহুমসে। মোয় মশেনগী লংদায়নবদা ঐসু লোয়রে। কনা অমত্তা কৌনা ঙাংনদে। পীকখ্রবা ইমুং মতেকসিফাও লেংথৈনবদা ফু ফু কান্নরিবা। মনাতোন মনাতোনশিংদু চফু চফুমুক চাউনরিবা। লাকখিসনু ইচাশিংদু।

রধারানি :— আ ইমা ঈশিং হায়দো সি লৈরে।

দশুমতি :— আ নচেগা ননাওগদি কদাইদা লৈ ?

রধারানি :— ইচেনা ফী শারি। ইনাওনা মাই কাদা লৈ মালে।

চন্দ্রাবলি :— ইমা ঈশীং হায়দো সি লৈরে। ফকলাংদা চেয়ার থারগা সোবী খর থেৎকেদনা য়োপী য়ৈরুবা। পাক কুমথরকপা য়াদ তৌনি ইমা।

ইবেমলৈ :— উম ঈশিং হায়দো পুথোকচরকলে ইমা। ফী শারিয়ে। লং তৎখিদুনা শমবা হোৎনরিঙৈদা ইমানা কৌরকয়ে।

দশুমতি :— হোয়দা হোয়দা। আ ঈশিংদি ননাও অনিনা পুথোরকলে।

দশুমতি :— অ মীচং মীখায় নাই হায়খিনি। ইমা অমত্তবু খক্লরোই। (নোকফেৎ)

ইবেমলৈ :— অমা হেক্তা থকলসু ইয়া য়াইদা ইমা।

দশুমতি :— ফাগী তৌবনিদা। (ঙক্লা) হায় ঙাইখোনে — নখোয় নখোয়না পুথোরক্লিবা গিলাসা শিংসিগী মনিংদা অমুব - ও অঙৌবা - ও তৈরিবা মচুশিংসিবু ?

চন্দ্রাবলি :— উম অঙৌবা মচু তৈশিন্বসে ঐগীনি ইমা।

ইবেমলৈ :— অমুবা তৈবসিনা ঐগীনি ইমা। ঐগীদি পুখম তেঙ্গোৎ খুজায় কোঁফু কোঁফান অমুবা তৈবনে । অমুবা তৈবঙে ঐগীনি ইমা।

চন্দ্রাবলি :— ঐগীদি পুখম অমগা তেঙ্গোৎ অমগা গ্লাস অমগতনি মনিংদা অঙৌবা তৈরিবা । অতৈদি উপুদা লোয়না হাপচিনখ্রে । হয়েং কৈ কৈনো তৌরক্লদি খংনরোয় হায়দনা ।

দশুমতি :— হা - কৈ কৈনো তৌরকপা হায়বদি ? ইমাবু গ্যান অমত্ত তাদ্রেনে।

চন্দ্রাবলি :— হয়েং কোল - লীক ময়াম য়েৎশিন্নদনা অমগা অমগা মশক খংনররোই হায়দুনা ।

দশুমতি :— চুম্মী চুম্মী ইমৌসিদি । কোল লীক ময়াম যেৎশিন্নরগদি অমনা অমগী মশক খঙনরোয়দো । অ - কয়াদা ফখ্রবা লৌশিংনো । অদুগা রধারানি নঙগীদি কৈ মচু তৈশিল্লি হা ? ইমা খঙহৌগে।

রধারানি :— ঐগীদি কৈ মতা তৈদেদা ইমা ।

দশুমতি :— হৈ - করিগী তৈদ্রিবা । তৈয়ু তৈয়ু । নচিন ননাওগী কোল - লীক শিংসিগা য়েৎশিন্নখিনি । তৈয়ু তৈয়ু ইমৌশা নোয নোয়গী মচুদো। য়ুম পানবা হৈদৌরি ইচা ইমৌশিংসিদি ।

বধারানি :— হৈমা ! ইমা — থোঙ্গান্দা কনা ?

চন্দ্রাবলি :— ইতৈ য়াইমা মাল্লে ।

রধারানি :— হোয়নে । ইমা নচানীপা লাকয়ে ।

দশুমতি :— হা! ইচা য়াইমা লাকয়ে হায়বা।

ইবেমলৈ :— য়াইমা- য়ৌরকলেদনা । ঈ পাউকা অমত্তা পীরক্তনা ?

য়াইমা :— ইতৈমা, অদো ইমাদি কৈশু তৌদেদনা ?

দশুমতি :— কৈশু তৌদেদা ইবুঙো । হায় নোয় কনানোমা চাক থোংগৎলু ইচা চাক লামলমগনি । ইহে মৈ পুথোরকউনে - ইচাই মৈ ওক্লবা।

রধারানি :— অ - ঐ পুথোকচরক্লে ইমা । উম তামো মৈ অমুক্তা কানথোকপীয়ুসে। উম য়ারে য়ারে।

য়াইমা :— অ - ঈশিংসিদি য়াম মতা চানা লৈরমলে । ঐ থক্লগে ইমা ।

দশুমতি :— থকউ থকউ ইমানা হৌজিক্তা থক্কে তৌরম্বনি ।

য়াইমা :— ঐখোয় তাচৌগা তোম্বগদি কৈ পাউ লৈ ইমা?

দশুমতি :— পাউ হায়ববু শজিবুদা লোয়না থোরক্লনি হায়দুনা নহান ফোন তৌরকয়ে।

য়াইমা :— অ - রধা শাল অহুমথক য়াউরকপনে । শ্বো সি লৈরেসে সুইটকেসতু হাংদোকউ । মরিখক লৈরক্কে তৌবনি শেল কোম্নররোইদ্রা হায়দনা ।

দশুমতি :— কদায় কদায় য়েংশি ইবেম্মা ইচানা লৈরকপদো ।

রধারানি :— (শ্বো হাংঙি, লোথোক্লগা য়েংঙি) অস - য়াম ফজৈয়ে সিদি ।

য়াইমা :— ঙৌরুনবদুনা ইমাগী ওইহল্লো । মচু মান্নবা অনিদুনা ইতৈমদা অমা অদুগা ননাওনুপীদা অমা পীবিরো । নঙগীদি হয়েং তলব ফংলগা লৈজরো ।

রধারানি :— হোয়দা হোয়দা। অদো কাউখিবদি য়াদেকো । ইমা- ইমাগীসে অমুক্তা ইন্দুনা য়েংসি (ইনশিন্বী) য়াম ফজৈয়ে ইমা ।নহানখৈদগী ঙসিনা ইহেন হেল্লে ফজবা। (হরাওনা নোকচে)

দশুমতি :— থিদা অঙাওবীসিদি ।

## যন্ত্রগী মখোল

### মঙাশুবা মতাং

য়াইমা :— রধা - ইমাবু কদায় চৎকনি হায়রমগে (ম পান্দগী হংঙি) ?

রধারানি :— ইমাদি কৈথেল চৎখ্রিয়ে । কৈ কৈনো ইংখোলদা থানবা চার খরসু লৈরক্কনি হায়রম্মি । (ইমুঙদগী খুমলকই)

য়াইমা :— ঐ খুরাইঙো হোয়দা অমুক্তা চৎলুগে । ঙসায়দো অঙাং থারকই কৈ অচিন্বা লৈরবা । (চৎখি)

রধারানি :— কুইরক্লনু চাক লোয়দৌরে, (রধা ঈশৈ ঙংনা ঙংনা চাক থোংঙি মরকসিদা গাড়ী মচা'মা ষ্টারট তৌবগী মখোন তাই) হৈমা! কৈগীনো চন্দ্রাবলিনা চাক চাদঙৈ ওফিস চৎতগী তৌরিসিনা? (কৌরগা) চাক লৌয়দৌরে চন্দ্রাবলি।

চন্দ্রাবলি :— হোটেলদৈ ওইনা চারুরগে , ইখুৎতা শেল থোকলিববু । (গাড়ী মচা থৌদোকখিবগী মখোল)

রধারানি :— কৈ নুপীনিগে ' সিদি !ঐবু নঙনবদি ফম্না কম্না হোৎনবনিসে।

ঐখোয় তোম্বদুনা লাক্কুনা সি পুম্বসে মমীৎনা অমুক্তং উজরবদি পেনখ্রনিদা ।

অঙৌ :— (তফিং তফিং) হায় নোয় ইমুঙসিবু কনা কনা লৈবগেনে ?

রধারানি :— কনানোনে ইফিং ফিংনা।( থোরকই ) হৈমা খুরা - কৈ হায়গে?

অঙৌ :— হায়- বজার মনুংদা বোম পোকখাইরক্কুনা অমুক্তোয়বা অসি অনা ময়াম'মা য়াউরেনে । হোসপিতালদা কনা কনানো খরসু পুখৎখ্রে । ননেমবোকসু য়াউখিনে ।

রধারানি :— হা ! করি হায়বা খুরা ?

অঙৌ :— চৎলো চৎলো কনা কনা লৈ ? কয়াম শোকখিবনোদি হায়বা ওমদ্রে ঐদো ।

রধারানি :— মোই তামোয়াইসু খুরা গোপালগীদা চৎথোকখ্রি। (ফিংনা) ঐ ঐ হান্না হোসপিতালদা চৎখ্রগে ।করম্বা হোসপিতালদনো খুরা?

অঙৌ :— হায় - অচৌবদুদনি হায়নৈনে। পঙ্গুরনু চৎলো চৎলো। ঐ য়াইমদো কৌবীরুরগে । কৈসু থোইদোকপা তৌরমদবা ওইসনু । হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ । লৈবাকসে মরা তপলোইদৌরিদা । চৎথোক খোৎতোকপা য়াদ্রবা মতম হায়বদো ওইরেমানেসে । চৎথোকলে পুকনীংসিদা নীংকোক নীংকোক।

## যন্ত্রগী মখোল

### তরুকশুবা মতাং

(মফম ঃ হোসপিতাল । ময়াম লাংবা নিনবা তাই । রধা মনেমগী নাক্তা হীক্লা হীক্লা কপ্পি।

রধারানি :— হে ঈশ্বর ইবুঙো, ইমাগী হকচাংসে তেক্তা কাইদনা ফহন্নীয়ুকো। মরাল শুংলৈ লৈজদ্রবী ইমানে ।করম হায়না নঙলুরিবা দশ'':না --হু-- হু --হু-- ।

য়াইমা :— অ - রাধা - নঙ য়াম কপ্পনুসে ।

ইবেমলৈ :— য়াইমা- নোই তাচৌগা তোম্বগদি পাউ হায়খ্রেকো ?

য়াইমা :— হোয় হায়খ্রে ইতৈমা।

চন্দ্রাবলি :— ইমা - ইমা - গ্যানকা অমত্ত লাকত্রিনেসে ।

রধারানি :— তামো ডাক্তরনবু করি হায়রিগে ?

যাইমা ঃ— ওপরেসন তৌরগা বোম মচেৎ মনুং চঙখিসে লৌথোক্কনি হায়রি। রধা নঙ য়ুমদা হল্লো । অলৈবা পৈশা পুন্নমক পুদুনা লাকউ । হোরেলদি ওপরেসন তৌনি হায়রি । য়াম্না থীনা শোকপশিং মথং মথং ওপরেসন তৌরিমালে ।

রধারানি ঃ— অদুদি ঐ চৎলুখিগে । ইচেগা ইনাওগসু লৈবীহৌখো ।

ইবেমলৈ ঃ— হোয় হোয় । চন্দ্রাবলি ইমাগী মমায়দা তোংলিবা হয়িংদো অমুক্তা তাম্বোকউ । হন্দকসে পাঞ্জিনসু ঐ খোয় ইমুঙসে দশা য়াম্না পাংদে হায়রিবনি ।

চন্দ্রাবলি ঃ— হৈমা ! ইচে । (ফিংনা কৌই)

ইবেমলৈ ঃ— কৈ- কৈদৌরে অদুক ফিংনা কৌরিবু ?

চন্দ্রাবলি ঃ— ইমাগী- ইমাগী ঙক্তা শিবা লীকতুগা সনা খুদোপকদো।

ইবেমলৈ ঃ— হোয় অদু কৈদৌরবা ?

চন্দ্রাবলি ঃ— য়াওরমদ্রে হায়বনে ইচে নঙবো।

ইবেমলৈ ঃ— হা ! (পায়দুনা য়েংঙি) হা হোয়নে । সিদি ?

য়াইমা ঃ— আ- থৌদোক থোকফমদুদা সোয়দনা তারম্লনি । মীয়াম মরক্তুদবু মীনা সোয়দনা খুল্লম্লনি ।

চন্দ্রাবলি ঃ— কদায়দৈ কদায়দৈ, ঙরাং সন্ধ্যাবাইরম ফাউবা য়াউহৌরিবনি কৈনো ।

ইবেমলৈ ঃ— হোয়নে য়াউহৌবনিনে । খুদোপতুদি নাম্বোক্তুনা তাবা হৌনদে। অসুক কুহবা তারকত্রগবু ।

চন্দ্রাবলি ঃ— শোয়দে ইচে য়াইমদো মথুৎ মশা খরসু - । নহান নোংমসু ...।

য়াইমা ঃ— হা ! করি ? নহান নোংমসু কৈদৌরবা ?

চন্দ্রাবলি ঃ— উম, কৈ - কৈশু তৌদেদা ইতৈ ।

য়াইমা ঃ— হুম, হায়দবা য়ারোয়।

ইবেমলৈ ঃ— ও - সিদৈ পৈশা থৈ হায়ব্রা করিনো মপামদগী অওং অউন তমলক্লবা, উনবা মী য়াউরমানে । ইমানসু য়াম শাউবনি, হুরান চাকচা - উচি চাহোন হায়দনা । য়াইমা নঙ নাকোক শাদৌরি । ইতৈমনা সিদং হায়বসিদা গ্যান অদুম তারোকো ।

চন্দ্রাবলি ঃ— থবকসু তৌজদ্রিবা মৌপ্তাদুনবু অসুক য়াম্লবা অউপোৎশিংসে

পীরকপা ঙমফম থোক্তে । ইমানা চীংনরম্বদো কয়াদা চুমখ্রবনো।

ইবেমনৈ ঃ— লীকতুগা খুদোপতুগদি পৈশা য়ামখ্রেনে । মানা ইমাগী মশাদে লৌথোক্লবসু ঐখোয়বু খঙহল্লুদনা । মদুসু খঙহন্দে ।

চন্দ্রাবলি ঃ— ইমাবু সোয়দনা শিরগনি খন্বদৈ থবকসে মানা পাংথোকপনি । কয়াদা ঙমখ্রবা নুপীনোনেসে ।

ইবেমনৈ ঃ— য়ান্না ঙমখ্রবৈ ৱানি । লৈমিন্নদৌরিসে কীরেনে ঐখোয়দি ।

য়াইমা ঃ— ইতৈমা - ঐ ভাব তারে । ঐ মাঙোন্দা শুকহং হংলোই । মরকসিদা মহাক্না তমথোরক্লদি ফৈ । নৎত্রগদি হুরানবী মহাকপু ঐনা মতীক চাবা দন্দী পীগনি । বদমাস - ননসেন্স - ।

ইবেমনৈ ঃ— য়াইমা সেলাইনসিসু লোয়দৌরমানে । নর্সদুবু কৌরুদ্রা ?

য়াইমা ঃ— হোয় ইতৈমা, ঐ কৌরুখিগে । (থোকখি)

চন্দ্রাবলি ঃ— (তপ্না) ইচে - য়াম মান্দ্রবো ? (নোকফেৎ)

ইবেমনৈ ঃ— য়াম মাল্লে ।

চন্দ্রাবলি ঃ— সি নুপীসে অমুক্তং ওৎখায়গে খল্লকপা কুইরবনি ।

ইবেমনৈ ঃ— কুম্মৈ নুঙাইদৌরেদনা। (অনিমক হরাওনা নোকমিন্নৈ)

## যন্ত্রগী মখোল

### তরেৎ শুবা মতাং

(য়াইমগী কা । য়াইমা পোৎ চৈ থি । চিংনবা মফমদা য়েংঙি)

য়াইমা ঃ— কদায় লোৎলি য়াৎনোনে ? সিদসু লৈতে। উম সি লৈরে । মসিমকনি ইমাগী দমক ঐনা শাবীখিবা লীক - কা খুদোপকদো। ননসেন্স- । লোৎলবদি খরা লুনসু লোৎচৌদনা। নঙ খঙনিদনা। হায় রধা - রধা।

রধারানি ঃ— হুম - করি হায়গে ? (মনাক চঙলকই)

য়াইমা ঃ— নঙনা নফী শেৎলিদো কদায় চৎতৌরিনো ?

রধারানি ঃ— ইমাগী মনাক্তা চৎকদৌরিনি ।

য়াইমা ঃ— করিগী ?

রধারানি ঃ— হৈমা ! ইমাগী সেবা তৌবা চৎকদৌরিবনি কৈনো । ইচেগা ইনাওগগী চাকসু পুদৌরিনি । হোরেল অহিংদি ঐ আদা

লেকতৌরিনি । ডাক্তরনদি ইমাদো কৈসু তৌররোই হায় হায়দাইনে । ইতে হোয়দুবু কৈ নুমীৎ থুংলদোইনো? হৈমা ! কৈনো ঐঙোন্দা সুম য়েংদুনা লেপলিসিবু । অদুম হায়না য়েংবীনুদা ।

য়াইমা ঃ— রধা — ।

রধারানি ঃ— করি হায়গে ?

য়াইমা ঃ— (তপথরগা) নঙগী অঊনপোৎ ময়ামসে য়াম্মীনে । লুপা লিশিং ৬০/৭০ গী ঙকয়াদি সোয়দনা ওইনি ।

রধারানি ঃ— খঙদেদা অদুব্রায়মুক ওইরমগদ্রা ।

য়াইমা ঃ— ইমোববু থবক্কা তৌরব্রনে ?

রধারানি ঃ— তৌবা হায়ববু ইংলিস স্কুল অমদা ওঝা ওইরিমানে ।

য়াইমা ঃ— অদুনদি কৈদৌননি । অদো অঊনপোৎকী মতাংদদি য়ুম ইংখোলকদি য়োম্বা থম্বা তৌদেকো ?

বধারানি ঃ— হৈমা ! ইংখোলদুদি কৈদৌবৈ য়োন্দৌরিবা । ' দু য়োল্লবদি ইমোবদি কাই লৈনি?

য়াইমা ঃ— নঙ ঙরাং অহিং চুপ্পমা ইমাগী নাক্তা লৈকো ?

রধারানি ঃ— হোয়, ঐ অহিং চুপ্পমা ইমাগী খুয়াদা ফম্লগা ইমাবু শংখি । অদু কৈদৌরবগে ? (পাখৎলি)

য়াইমা ঃ— হুম কৈসু তৌদে । ঐনা হায়দি - নহাক্লা ইমাগী হকচাংদু মখুৎ মশা লেংথোক লেংশিন হায়দি --।

রধারানি ঃ— (ঙক্লা) হৈমা! কৈদৌরগে ইমাবু ? ইমা কৈদৌরগে ? সে - সে অমুক্তা খুম্মো - ইমা কৈদৌরগে হায়বনে ?

য়াইমা ঃ— ইমা কৈসু তৌদে । ঐনা হায়দি নহাক্লা ইমাগী হকচাংদৈ কৈ কৈ লৌথোক লৌশিন তৌরমব্রা হায়বনি ।

রধারানি ঃ— করিনো- মরী লৈনদবা ব্রা ঙাক্তা। (কপনিংঙি) নঙগী ব্রাঙাং, নঙগী মতৌ নহানখৈগা মান্নদে । ঐ য়াম্না চিংনরকলে । শোয়দে - ইমাদো কৈ কৈ তৌরম্বা । ঐ- ঐ - খর থুন্না চৎখ্রগে। নঙগী গাড়ী মচাসিদা ঐবু অমুক্তা থিন্বীয়ু ।

য়াইমা ঃ— (শাউনা) নহাক চৎত্রবসু য়ারনি ।

রধারানি ঃ— করি হায়বা ?

য়াইমা ঃ— নহাক্না ইমাগী মনাক চৎতগী নফী শেৎলিদো য়াম মতা চারে, নঙ নপাম চৎনবা তৌরো । নহাক পুন্সীগী ওইনা নপামদা লৈরুরো ।

রধারানি ঃ— করিনো ঙাংবীরিসিবু মোয় তামোয়াইনা ।

য়াইমা ঃ— নহাক্কী অউনপোৎশিংসে লোয়না পুখ্রো । মফমসিদা অসিগুম্বা হুরানপোৎ থমফম নৎতে ।

রধারানি ঃ— হৈমা ! কৈ ৱানিগেসিদি । মোয় তামোয়াই ইংনা ঙৈহাক্তঃ পোথাবীয়ুসে । অহিং তুমদদনা তৌবা ওইরিনি ।

য়াইমা ঃ— রধা ঐগী ৱা হায়দুনা লোয়খ্রে । ঐ করিসু তৌদে । ইমাসু করিসু তৌদে । নহাক হৌজিকমক নপাম চৎখ্রো। ঐগী ইফমদগীদি নহাকসে শিখ্রবনি শিখ্রবা ।

রধারানি ঃ— -- হু- -হু — । শোয়দে মীনা তৌশিল্লক্লব্রা - লাই ওক্লরব্রা? নত্রগা ইমাদো - — - ।

য়াইমা ঃ— ফীভমসি য়ৌর ফাউবদা নহাক্না হায়দোকনিংদে নৎত্রা ? সে - - সে — সি করিনো য়েংঙু । মুন্না য়েংঙু নমীৎতুনা । (সনা উৎলি)

রধারানি ঃ— হৈমা (থাজদনা নোকই) দুগী ওইরে নঙনা ঙসাইঙৈ মকোক মমৈ খংদঙৈ — । অদুদি কদায়দা থেংনরুরিবা ? (ইংথরকই)

য়াইমা ঃ— হুরান্বনা লোৎশিনবা মফমদুদগী থিদুনা পুথোরকলিবা । হায়য়ু সি কনাগী লীক কা খুদোপকনো ?

রধারানি ঃ— দু বুদি ইমাগীনিয়ে ।

য়াইমা ঃ— ইমাগী। (খুপাক্না থাই) বদমাস - ননসেন্স - চৎ... হৌজিকমক।

রধারানি ঃ— (অনাবা খাঙঙি, কল্পী) - - হু - হু - মোয় তামোয়াইগীসে ঐ - ঐ হৌজিক্তা গ্যান তারি । ৱাখলদো কমদৌনা শেবান্নরুরিবনো?

য়াইমা ঃ— পোৎকা কোন্ননা শগুলথোংদৈ ফার মক্তদসু হুরান্দে অসিরো ?

রধারানি ঃ— মোয় তামোয়াইগী ৱাখলদো খজিক্তং থেনমল্লি । মসি ঐখোয় ইমুঙ মনুঙগী মীনা শোয়দনা ইনশিন্বা ওইনি ।

য়াইমা ঃ— করি ! করি ইনশিন্বা । রধা- য়ারে নহাক চৎখ্রো । য়ুমসিদা পুক্সিগী ওইনা নমায় ওল্লকপা য়ারোই । চৎখ্রো হায়রা মক্তদা অমুকসু লেপলিনে। (চেনশিদুনা খুপাক্লা থাই, মখোঙনা কাউই।

রধারানি ঃ— অয়ো - অয়ো ইমা - - হু - - হু - - । অমুক্তা ঙাইবীখো, অমুক্তা ঙাইবীখো ৱাখলদো ওন্নরে । নখোঙনা কাউবদুনা ঐবু হাৎপা ঙমগদ্রা - - ? ফুবীয়ু ঐবু শিনবা ফুবীয়ু - - হু - - হু - ।

য়াইমা ঃ— অদুদি হায়য়ু মসি মতৌ করন্না নহাক্কী আলমীরা মনুংসিদা লৈরমলিবনো ? অদুক লাইরখ্রবা নৌপ্পাদুনা কদায়দে পৈশানা অসুক য়াম্বা অঊনপোৎশিংসে পীরকপা ঙমগদৌরিবনো । নহাক্না সনা লুপা পৈশাশিং হুরান হুরান্দুনা য়ুমসিদ্গী থৈখিবা নৎত্র ?

রধারানি ঃ— হু - - ওকলে - - ঐ পেল্লে - - - হু - হু । ইমোবা- ইমোবা ঙসি নঙগী অঊনপোৎ শিংসিনা ইচেবু মৈনুংদা হুঞ্জিল্লরেনে ইবুঙো। হু - - ইউপ্পানা ৱানা হোৎনজদুনা তমলকপা অঊনপোৎশিংসিনা মরোলদি থোক্তবনিনা ইচেগী অৱাবা শক্তমবু তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরেনে হু - - হু - - । চুম্মী হংফম থোকই লাইরবা ইপামনিনা, অদুবু লায়রবা মীসু থম্মোয় পাল্লি হায়বসে তামোয়াইসু খঙ্গবীয়ু ।

য়াইমা ঃ— তুমীন লৈয়ু । অনাবা শেবা তৌবা লাক্লগা ইমাবুনা শিরগনি খন্বদৈ মঙক্তা শিবা সনা ফাউবা হুরান্বা ঙন্বী - মদুসু নঙ মক্লা নঙ মক্লা ।

রধারানি ঃ— তামোয়াইই অমুক্তা ত পথবিখোসে। ঐ অচুম্বদো অমুক্তা হায়জগে। লীক কা খুদোপকদো থৌদোকসি থোকত্রিঙৈ চয়োল অমগী মমাংদা ইমানা ঐঙোন্দা শিন্নখিবনি । ইমানবুদি লৌজরো হায়। ঐনবুদি য়াখিদে ।

য়াইমা ঃ— মদু ওইথোক্তবনি । ইমানা মমৌ অহুমবু করিসু মীচং মীখায় নাইনা য়েংলমলোই । পীবা তারবসু মমৌ অহুম - মচা অহুম হায়দুনা ময়েক শেংলমগদবনি ইমাদি ।

রধারানি ঃ— ঐনা হায়জরিবসে অচুম্বনি । মোই তামোয়াইগা ঐগা ঙসি ঙরাংত লৈমিন্নরকপসু নৎতে । ঐবু অদুন্না তৌরমগদবী নুপী মানব্রনে ?

য়াইমা ঃ— নুপী মানব্রনে - রধা নহাক চৎখ্রো, চৎখ্রো হায়রেদনা ঐনা।

রধারানি ঃ— ঐবুদি ইরালগী মতীক ব্বারকনিংবা মওংদা ব্বারকপীবা য়াই। লুরিবদি মরালসিবু মতীক চারব্রা হায়দুনা হঙ্গৎনা অমুক্তদি যেংখৎপীয়ু।

য়াইমা ঃ— হায় হুরাম্বী, নুমীৎসে থেঙজিল্লক্ল কলে। ঐগীদি হায়খিবদুনা লোয়রবনি। সিদগী পম্থরবদি অফবা খক ওইরোয়। চৎখ্রো - চৎখ্রো নঙকসে - নঙকসে লাক্কুনা ইনদ্রি ফাওবা নঙ চৎলোই নৎত্র ? (মঙক লাক্কুনা ইনবা)

বধারানি ঃ— (লৈমায়দা হায়থদুনা তুই) অয়ো ইমা - - হু - - হু - ।

য়াইমা ঃ— ঐ থোঙ লোনশিল্লবনি। মসি অরোয়বা ওইনা লোল্লবনি। নঙনা চৎখিবদসু ইমাগী মনাক্তা চঙখিবা য়াদে। (থোঙ থিংখি)

রধারানি ঃ— - হু - হু - ঐবু লান্না লৌখ্রবকে। হু - হু - মপোকঙৈগী নুঙাইবা যম্লকত্রবী ঐগী পুন্সিনি --হু-- ।ইমা নঙ অমুক্তংদি নাবা ফবকখোকে হে ঈশ্বর ইবুঙো ইমাবু অমুক্তংদি যম্হনবীয়ুকে। মহাক্না মীৎ উইশিনখিবা তারগদি তোল্লবী ঐগী খোঙগুল মুৎখ্রগনি হু- ।ফবে নহাক্না থিংলিবা থোঙসে ঐ অমুক হাংঙু হায়ররোই। ইমানা তেক্ত কায়দনা ফরক্লগদি কনানা লাল্লিবা হায়বদো সোয়দনা খঙলক্কনি। মীকুপতুনা নঙোন্দা অনৌবা পবা'মা তম্বীবা ওইসনু। হু- - ঐ চৎলগে - - অদুবু নঙগী নখুৎ অনিদুনা চেৎনা লোল্লিবা থোঙগী পাওরোলদু অমুক হাংদোকউ হায়ররোই হু --হু-- হু-- ।(চৎখি)

## যন্ত্রগী মখোল

### নিপানগুবা মতাং

(রধানা মপামদা লাকই। উচেক ব্বাব্বা খোংঙি। নুংশিৎ লিরি লিরি শিৎলি)

রধারানি ঃ— কদায় - ইমোবদি লৈবা উদেনা। ইমোবা - ইমোবা ইচে লাকয়ে। হৈমা! য়ুমসিসু থোঙ থোঙনাওক অমত্তা য়াউরমদ্রেনে। হিপ্পা চানবা কাংথোলসু অমতা লৈবা উদে। হৈমা! মনিং থংবৈ ফকলাংসিসু ইকীন কীহ্রেনে। ইমোবা - - - (কপ্পী) ইমোবা - নহাক কদায়দা চৎখ্রবগেনে? ঙসি ঐগী ইপামনা ওইরমলিবসিবু করিনোনে হে ঈশ্বর হু - - - হু - - । ঐ খঙলে — ঐ খঙলে - ইচেগী অউনপোৎ

খরগী দমক নহাক্না য়ুমফমসে য়োম্বোক্লমলে নৎত্রে ? ইমা - লাইবক থিরবী ঐবু অৱাবসে নঙহনগে হায়দুনা পোকপীরমলিব্রনে ইমা ? - -হু --হু-- । ইমোবা করিগীনোনে নঙনা ইচেবু অসুক চাউনা মীনমলল্লিবা। মহুম পোন লৈজদ্রবা উচেক ৱায়াগুম কোয়পাই পাইদুনা লৈরগে খল্লব্রনে ইবুঙো - -হু- — হু- —হু- - ।

(থৌদোক মতেক'মা হন্না নিংশিংঙি)

দশুমতি :— অদো ইমোববু থবক তৌরব্রনে ?

রধারানি :— ইংলিস স্কুল অমদা ওঝা ওইরি হায় ।

দশুমতি :— মদুনা পৈশা কয়াম ফংলদনা । ঐ খংঙি মচেগী অসিমা তৌদবা য়াদে হায়দুনা নৌপ্বাদুনা কয়াম ৱানা হোৎনরমগনি। মানা তৌরকলি ময়ামসে শুম য়েংবদদি লুপা লিশিং ৬০/৭০ গী ঙকয়াদি সোয়দনা ওইনিসে ।

রধারানি :— হোয় ইমা ।

দশুমতি :— পৈশাশিংসি থোক্লবা হোৎনবদা য়ুম ইংখোলকদি শোকতেকো ?

রধারানি :— অদুবুদি শোক্কেদা ইমা ।

দশুমতি :— কান্নরিবসিবু করিনোনে ইবেম্মা । মসিনা চৈথেং ওইদুনা ইমোবদদি কয়াম ৱাহল্লমগনি ।

(নিংশিংবা লোইবা)

রধারানি :— (হীক্লা হীক্লা কপ্লী) ইমোবা নহাক্তি মী নৎক্তে - শানি — । মমা মপানা ৱারক্তবা লমজ্য মচানি নঙদি । করিগীনো নঙনা ঐগী থোঙজিল ককথৎলিবা - -হু --হু -

চাউবল :— (চঙলকই - লাপতক) কনা -- আ -- [illegible]নো -- য়ে ইবেমম্মা রধা ওইরে । খুরাদি কনানোমা চৎখিবা উই হায়দনা - — ।

রধারানি :- হোয় খুরা , ঐনে ।

চাউবল :— সুমদৌবনি ইবেম্মা , য়ুমফমসে অতৈনা লৌবসু নৎতে খুরানা লৌবনি । ইতৈমদুনা ঙমদবৈদুদা ঐঙোন্দগী শেনফম খর শোকচিনখিবদো মথোইনে করিনে আ য়ৌখ্রে । ইমোবনা শিংলগে মথোইদো থাদোকপীরো হায়দুদা ঐসু য়াবিরবনি । আ লিশিং নিফুদা লৌবনি । মানা রিক্সো ফাউ থৌরগা অতৈ অতৈগা

হুমফুমুক্না নওগী অউনপোৎতো সিন লাংবনি ।

রধারানি ঃ— মাবু কদায় চৎকনি হায়রম্বগেনে খুরা ?

চাউবল ঃ— অৱাৎপা লিশিং তরাদো পুরগা ম পান লমদা চৎলবনিদি হায়রম্মী । হেক চৎখিবদগী ঙসি ফাউবা মৱা মপাউ অমতা লৈতে । ওম্বোকপা হায়দুনি ।

রধারানি ঃ— ইমোবা -- ইমোবা নওনা তৌরিসিবু করি মতৌনোনে - - হু - - হু - - । লাম্মৈ চাকলে হায়দুনা কম্বিনবা চেঞ্জরকপসিদি খাম্বী মৈনুংদা চোংশিন্নগা চপ মান্নরে হু .. হু .. । ইমা ঐগী দমক্তা কনাসু লৈত্রমানেনে ইমা - — ।

চাউবল ঃ— ইবেম্মা নৌপ্পাদো নীপানি থোকপমা ভৌজরক্কনি । নও করিসু খল্লুনু । ৱাফমদো ঐদি নও খওবোইরে খল্লি । অদো ইচানা লাকপবু চুমনা শুম লাকপ্রা নত্রগা ?

রধারানি ঃ-- কৰি হায়না খুমগদবনো খওদ্রে খুরা । - - হু - — হু - - - ।

চাউবল ঃ-- হায়য়ু হায়য়ু ইচাগী করি অৱা অনা তারবা ? খুরা লেরী ।

রধারানি ঃ-- খুরা ঐ শেগাইরবা ইয়ুমসিদা মতম খরনিদং লৈর্জখিগে ।

চাউবল ঃ- ইবেম্মা সিদদি করিগী লৈরুদগে । য়ুমসে খুণাইবসু হৌরুরে । খুরাগীদসু নয়ুর্মনি - নপামনি । ইচানা লৈতনদি কনানা লৈরনি ।

রধারানি ঃ-- হু - শুমাং মতোন্দা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বীসে য়ানথৎপীগনুকো খুরা ।

চাউবল ঃ-- আ য়ানথৎলোইদা যানথৎলোইদা ।

রধারানি ঃ— হু হৈনৌ পাম্বীসে ইমানা থাবিরম্বনি । মতমদুদা ঐনা ইমাগী ফীজি পায়রগা ইমাগী নাক্তা লেপখিবনি - - হু — ।

## যন্ত্রগী মখোল

### অরোইবা মতাং

(মফম ঃ হোসপিতাল । দশুমতিগী অনাবা তপ্না তপ্না ফগৎলকই । মনাক্তা য়াইমা লৈ । ময়াম নিনবা হায়ফেৎ তাই )

য়াইমা ঃ— ইমাগী হকচাংনা তেক্তা কায়দনা ফরকপসে য়াম নুঙাইরে ইমা ।

দশুমতি ঃ— ইবুঙো মঙগুম্বা থৌদোক হেক থোকইদা ইমাদা । চেং লৈরম্মালে হিংদি হিংলকলি । ইমাবু কয়াম কুইনা লৈখিদোইনোনে মোয়

হোসপীতালসিদা ইবুঙো ?

য়াইমা :– হুমনি মরিনি নৈরগদি রিলিজ তৌবা য়ারনি হায় । হন্দক্তি য়ুমদগী মপান সুংথোক থোকপীরনু ইমা ।

দশুমতি :– অ - মতমসিগী হায়রুরগদি দুনবু হেন্না চুল্লবজাৎনি । অদো কৈনো ইমৌ য়াইমদি - মা লাকত্রবদি করি তৌরে ?

য়াইমা :– মাদি মপাম চৎখ্রিনে ইমা ।

দশুমতি :– হা- করিগীনি হায়গে চৎখ্রিদি ?

য়াইমা :– মৌপ্পানীপা ইমোবদো নাই হায়ব্রো করিনো ।

দশুমতি :– ইহে হে । কয়াম কন্না ঙমদ য়াৎনোনে ?

য়াইমা :– পংকন কন্দমানেদা। অদো ইমাগী লীক - কা খুদোপকদো ঐনা থৌদোক থোকফমদা থিরুববু ফংদ্রে । তৎতুনা তাবদা মীনা সোয়দনা খুল্লম্লনি।

দশুমতি :– ইমাগী লীক কা খুদোপকদুরনে ?

য়াইমা :– হোয় ইমা ।

দশুমতি :– নৈদা নৈদা, অদুবুদি করিগী মাংলুনিগে । ইবুঙো ইমৌ রধারানিদো লুনা তৌবিয়ু, মরায়বক থিরবী ইমৌনি । মৌ অহুমসিগী মনুংদা মহাক্তংদি পুকচেল শেংঙি । ইমাগী সেবা তৌরক্কদবসু মহাক্তনি । (কপ্পীংঙি)

য়াইমা :– করিনোনে ইমানা হায়বিরিসিবু ?

দশুমতি :– অতৈদি নচা লৌথোকউ ইচা শুমগে হায়বা ঙম্বা থম্মোয় ঙক্তনি। নোংমা মনাওগা মচেগদে সনা ৱায়দুনা চিল্লুব্রা করিনো। মরৈ অমা য়াউরকত্রে হায়দুনা অনিদুনা ঙাংবও চৈব - ও উল্লকইগা উল্লকতেগা । ইমৌদুনা উপায় লৈতদুনা হীক্লা হীক্লা হেক কপখিবা - - হু - - হু - - ।

য়াইমা :– ইমাগী ৱাফমসিবু ?

দশুমতি :– ইমানা শুম তাববু ময়ুম য়ুমফমদুসু অউনপোৎকী মতাংদা ইমোবনা য়োল্লে হায়ব্রা করিনো । মানা মপাম চৎলিদুনা কনাগীদবু থুংলিগবা।

য়াইমা :– অদো সনাদুবু ইমা ?

দশুমতি ঃ— মানদি মঙক ও মনাও ইহাং হাংবদুদা মদু কায়থোক্লগা খর চওব'মা শাজরো হায়দনা পীথোকলুরে । মদুতবু মৌ অনিসিনা করম হায়না খংলিবনো খঙদে - । হা ঐ খোয়দি মীনায়নি - মীচং মীথায় নায় - অদুনি অদানি। মেনবা হোৎনবদা অমুক্তোইবা ইমাসু লোয়রবনিদা ।

য়াইমা ঃ— ইমা ঐ লোয়না ভাব তারে । রধারানিদো ঐ ঙসিমক লৌবিরুরগে।

দশুমতি ঃ— ইবুঙো হন্দক নচিন ননাও লোয়না পুল্লিঙেসিদা ইমা বা'মা হায়বা তারে।

য়াইমা ঃ— হায়বীয়ু করি বানো ইমা ।

দশুমতি ঃ— নচিন ননাও নোই অহমমক তোঙান্না চানবা তৌরসি । লন থুম খর লৈরিসে ইমানা চপ মান্ননা য়েঙ্ঘোকপীরনি ।

য়াইমা ঃ— (নোক্লগা ) করি বানোদা ইমা মদুবু বানেনা । নমৌ ফৎতবদি বারক্লগা লোয়রে । মখোয়না মরম ওইদুনা তোঙান্না চাবদি তাচৌনসু য়ারোয়, ঐনসু য়ারোয় অদুগা ইনাওনসু য়ারোয়।

দশুমতি ঃ— ইবুঙো ইমাননে খন্নমখৈ খল্লগা হায়রবনি । হৌজিক্তি ইমা করিসু বাদ্রে । নখোয় পুন্নমক লোয়না মী অমমমদি ওইনরেদনা।

য়াইমা ঃ— ফনা তৌদুনসু ইমানা হিংলিমখৈদি তোঙান্না চাব হায়বদো ঐখোয়দি খক ঙমজরোয় ইমা।

দশুমতি ঃ— অঙাওবসিদি। নখোয় নচিন ননাও নুংশিনদ্রে তোঙান্না চাও হায়ব নৎতেনে ইমাগীসে। তোঙান্না চারবদি মাগী মাগী তৌফম থোকপশিংদো চেন্নবা য়াদ্রেদনা । মথৌদা হেন্না খোয়জংলনি । লৌতানবসু লৈররোয় । তোঙান্না চাবা হায়দুদি নচিন ননাও নুংশিনরিঙেদো চানগদবনি । মদুনা হেন্না তুং ফাউ নুংশিনগদৌরিবনি

য়াইমা ঃ— বাফমদো কোন্না খন্নসি ইমা ।

দশুমতি ঃ— কোন্না খন্নবা হায়ববু ইমানা খরগা হেক কল্লকপগা থবকসে পাংথোকহৌরদনি ।

য়াইমা ঃ— অ - কনা - ইহে (রধা লাকপা উই) ইমা, আ- হায়নরিঙেসিদা নমৌনুপী রধা ওইরমালে - অ রধা লাকয়ে ইমা ।

দশুমতি ঃ— হা ! কদায় কদায় ইমৌ লাক্লবা । ইবেম্মা - রধারানি ।

রধারানি ঃ— ইমা- ইমাদি নাবা ফরমলেদনা ।

দশুমতি ঃ— ফরে। ইমা নাবা ফরে ।

রধারানি ঃ— পাউকা অমত্তা তাদবা । ইমা উনিংমনখিদুনা লাকপনি। ( কপনিংঙি)

দশুমতি ঃ— ইবেম্মা নয়াংনমা নয়াং কংলিবা । নমীৎ ননাকসিনা ইকুৎ কুৎ ।

রধারানি ঃ— ঐ কৈশু তৌদেদা ইমা ।

দশুমতি ঃ— অদো ইমোবা নাই হায়দুদি খর ফরব্রা ?

রধারানি ঃ— হা ! ইমোবদি কৈশু তৌ ..।

য়াইমা ঃ— (ঈংগীত তৌই নাই হায়য়ু হায়দুনা) অ অ -- ।

রধারানি ঃ— অ অ হোয় হোয় খর ফরে । ইমোবা খর ফরে ইমা । ইপামদা অহলমা মশা ঙমদে । আদা ফংদবদৈ সিদৈ হীদাক খর লৈবা লাকপনি। ইমা ।

দশুমতি ঃ— হাওনে ইবেম্মা।

রধারানি ঃ— ইমা সে প্রসাদিনি । ইবুঙো শ্রী শ্রী গোবিন্দজিদা ইমা নাবা ফহন্বীয়ু হায়দুনা খুরুমলুবা, ইবুঙোগী নির্মল্লগসু য়াউই । য়াতোন অমুক্তং তংবীয়ু ইমা ।

দশুমতি ঃ— (কপ্পী) ইবেম্মা নুংশিদা ইমৌসিদি । কদায় কদায় ঐ ইবুঙোগী প্রাসাদিগা নির্মল্লগদু । কাংশী মখোল তাবদা ইমানা লাপ্পা খুরমলিবা। (লৌরগা চাবা)

রধারানি ঃ— ইমা, উম - সে ইমাগী ফী'মা লৈরকপা - নহান ইলহৌবদো খর মোৎহৌবদুদা । ঐ শুপচিল্লক্লগে ইমা সে মথকসিদা ।

দশুমতি ঃ— ইহে করিগীনো ইবেম্মা - অনাও অয়েক ও মরক্কুদা ।

রধারানি ঃ— উম সে খাউসিদা - ইমানা চাবা য়াবা কৈ কৈনো খর লৈরকপা । উম সি থলগে ইমা । অদো হিদাক্কদি চারবো ঙসিগীদি ইমা ?

দশুমতি ঃ— চারে চারে। অদো কৈকানবা ময়ামসে অমুক লৈরকলিবনো নঙবো?

রধারানি ঃ— অ ইমা নোংসু লাকলি । লমসু লাপ্পনিনা ঐ অমুক হনখিনবা- ।

দশুমতি ঃ— হা ! কদায়দা অমুক চৎকদৌরিনোনে নঙবু ?

রধারানি ঃ— হীদাক খর য়াউরিসে অদা ঙায়দুনা লৈরম্ননি ইমা ।

দশুমতি ঃ— হা ফরে ফরে দু ওইরগনা চৎলো চৎলো ইমা ফরেদা ।(রধানা খুরম্মী) য়ারেনে য়ারেনে অমুক খুরমদ্রবসু ।

রধারানি ঃ— অদুদি ঐ অমুক চৎলুখিগে ইমা ।

দশুমতি ঃ— হোয় হোয় । ইবুঙো গাড়ী ফাউবা থিন্বীরচো ।

রধারানি ঃ— (লাপ্তক ) উম য়ারনিদা ইমা। (চৎখৎলি )

য়াইমা ঃ— উম ... ঐ ঐবু - করি তৌসিবা? ব্না অমত্তবু - - । মাদি চৎখ্রে শিঙ্থরিবা মপীসে তৈথোক তৈথোক্লদুনা । চৎকন্দবা লম্বীসু লাপলি। নোংসু ইমম মন্না হৌরকলি ।ঐবু.. ঐ ... র ..ধা- ।(কৌবা ঙমদবা)

রধারানি ঃ— করি ! মানা ঐবু - । ( শোঞ্জবা )

য়াইমা ঃ— রধা- ঐ নঙোন্দা য়ান্না লানখ্রমানে ।

রধারানি ঃ— করিগী ঐবু খাম্বীরিবনো ? - - হু - - - হু - — । ইমোবসু মফম খংদনা মাংখ্রে । লৈফম লৈতবদে ঐ মীগীদা চংজদুনা লৈরি ।

য়াইমা ঃ— করি হায়বা !

রধারানি ঃ— ঐবু শিখ্রো হায়দনা শাপ অমুক্ত তৌবিয়ু । অসুক ব্বারবা শংসার অসিদা কনাগী খন্দুনা ঐনা হিংনিংখিগদৌরিবনো - - - - হু - - হু - - ।

য়াইমা ঃ— রধা - - । রধা ঐ নঙোন্দা য়ান্না লানখ্রে । তু অতিয়াসিসু য়েংঙু অমংবা নোংদো লোয়না হুমদোকখ্রে । অমুবা নোংসে অমুক হৌরকখিনি হায়বা থাজদ্রে। অসিগুম্বা অতিয়া অমা ঐ নঙগী দমক খুদোল তম্বা ঙমলগনি ।
(রধানা হীক্লা হীক্লা মপুক্লিং নুংশিনা কপ্পী । যন্ত্রনা মতুং ইল্লি )

লোইরবা ।
৩১/৩/১৯৯৫

# মণ্ডলানসিনা মণ্ডফাও নরমদ্রগদি

## : লিলাসিদা য়াওরিবা কেরেক্টরশিং :

১। যমুনা

২। সাবিত্রী

৩। বসন্ত

৪। থোইবা

# মঙলানসিনা মঙফাও নরমদ্রগদি
## অহান্বা মতাং

(সাবিত্রিনা সনধ্যা ৱাইরমগী লাই খুরমলিঙৈ মনেম যমুনা কৈথেল কুমলকই )

যমুনা ঃ— ও নুংশিদা ঐ ইমৌসে । সনধ্যা থাওমৈগী মৈরী মঙান্দা ফী জিনা মকোক খুম্নগা লেমহৌরিবা ইমৌগী মায়থোংসে মৈরী মঙানসিদা কয়াদ ফজরিবা। মহাক লাকপসু হুমনিতা শুরি, খংদ হৈত পুম্নমক তাকপীয়ু তম্বীয়ু ইমা হায়দনা ইখোঙ পায়দুনা খুরমলিবা । ইমুঙসে মা লাকঔেন্দগী মন্দিরগা চপ মান্নখ্রে । মৌ হায়দো অসিনিদনা। ইচা'মা আ মী ময়ুমদা চেনখ্রিদো অসি য়ৌনা নুংশিবা ঙমদে । ইবেম্মা সাবিত্রি - ইমা লাকয়ে ।

বসন্ত ঃ— (হকাম চল্লি) রধা ইমা লাকলমানে। ঐ ঙৈহাক্তং পোথাগে । হৌদোরক্কনুকো ।

সাবিত্রি ঃ— অ - ইমা । অ নমৌ থাংথজগে ইমাই কোক্তগী অরুম্বদো ।

যমুনা ঃ— অ কৈসু লুমবা নৎতেদা । রিক্সোনা কোম্থোং ফাউবা থিল্লমমে । সে সে ইমুঙদা পুশিনখ্রো। কদায় ইচা বসন্তদি হল্লকখ্রব্রা ?

সাবিত্রি ঃ— হোয় ইমা, অঙাং খর লাইরিক তাকলম্বনে ৱারে হায়দনা হিপলি । অদো ইমা ঈশিং অশাবসু লৈরে খোঙ খুৎশু হামদোক হৌরসিরা?

যমুনা ঃ— কদায় কদায় ইচাদো হান্না অমুক্ত য়েংখিগে । ইমা কোন্না হামলগেদা ইবেম্মা । কদায় - হৈমা , তুমবু তুম্লমলেনে অঙাওবসিবু। মানা তুম্বসিদা নোংমতা খোঙগ্রাউ ফুরীৎসে লৌথোক্লগা তুম্মু কৌবসে ময়াদবা আ লাইরীক তমলিঙৈদৈনি । ইমাগী মোৎখ্রবা ফমুংসিদা হীপকনিদনা হেক্তা হীপথখিবা । তুমলমদায়দা হনুবী ঐনা ঙমবোই ঙমদবোই পোরগা থাংলিবনেসে। (মরকতা সাবিত্রিন নোকই ) লুহোংঙমদায়দা ৱাতা অমগী শাউনিংদনা ঐনা মনগনসিদা নাচৈনা ফুরুদনা ইবেম্মা পোমথোকখিদনা হীগা য়ৈরগা লাক্লরিবনিনে।

(মনি মমৌ নোকমিন্নবা ঃ বসন্তনা তুমথখিবা বসন্তগী মঙ পোৎচৈ চৈখাই কৌখাইবগী মখোল)

সাবিত্রি ঃ— (হীক হীক কপ্পী) ফু - ও ঐবু সিনবা ফু - ও । নখুৎপেন্নবা ফু । ঐদি শানে - ঙানে । ঐ শিখ্রগা নঙ নুঙাইয়ু - পেল্লু ।

বসন্ত ঃ— হায় নঙ লৈকাই তানবদি কপ লাউ নুকো । কপকে হায়সু মখোল থোক্তনা কো মখোল থোক্তনা ।

সাবিত্রি ঃ— হায়বীয়ু ঐবু কয়াম লানখ্রবগে । ঐনা লাল্লিসিবু কদায়দনো ?

বসন্ত ঃ— মদো ঐগী খুদো মবীসিনা থীন্দুনা তাক্কদবা নৎতে । নঙগী থম্মোয়না কোইথী থীজগদবা । শোয়দনা ফংগনি তীংখং য়ুবা মফমবু নাদবা হৌনব্রা ।

সাবিত্রি ঃ— নীপানি , ঙম্মী , কল্লি হায়বগী মতীক কৈসু নৎতবদসু ইরালমা শিজিন্দুনা - ।

বসন্ত ঃ— সাবিত্রি নঙ য়ুমসিগী মৌ ওইরবা ঙসিগা থানা শুপনগী নুমীৎ হুমনিত শুরি । নঙগী খোঙথাং নঙগী ৱাখন চাক মরক্তুগী চাবা য়াদবা নুঙদি ওইরক্কনু । য়ুমগী মৌ অমদগী আশা তৌবদি নঙনা শান্তি পুরকপদুনি ।

সাবিত্রি ঃ— ঐবু করিদা করি লানখিদুনা -।

বসন্ত ঃ— তুমীন লৈয়ু । নঙবু কয়ারক ফু চৈদুনা ৱারকউ হায়রিবনো । ঐসে অদুক তমথীবা নীপা অমদি নৎতে । ইপুরোয়বগী অপাম্বা করিনো ? ইমা - ইচনগী অপাম্বা করিনো হায়দুনা খঙননবা হোৎনদ্রিবসে করিগীনো? ইমাগা ইচনগা কদায়দা চৎখি হায়দুনা হংবদা নঙগী খঙদে হায়দুনা খুমলকপা পাউখুমদুদনি ঐগী পেন্দবা ময়াম ফন ফন চোংথোরকলিবসে ।

সাবিত্রি ঃ— খঙদবদগী খঙদে খুম্বসিবু কয়াম কাইরবগে । সিবু লাল্লি হায়রগদি মোই তামোবু ঐনা করম্না ইকায় খুন্নগদৌরিবনো?

বসন্ত ঃ— ইউ সেট আপ। (খুৎপাক্লা থাই )

সাবিত্রি ঃ— অয়ো ইমা - ঐ শিরে (কপ্পী) ঐ শিরে - - হু - - হু- - ।

বসন্ত ঃ— ইমাগা ইচনগা লুহোংবা চৎখিবনি । লুহোংবা চৎপবু তরাইনা হেক্তা চৎলমগদ্রা । চৎলমদাইদা নঙোন্দা শোয়দনা হায়রমগনি । হায়রমদ্রগসু নঙনা খঙনবা হোৎনরমদ্রিবসে করিনো ?

সাবিত্রি ঃ— ঐ লাম্রে কৈদৌগে ।হক্চাং নুঙাইতবদে ঙৈহাক থোঙ লোল্লগা তুমলুরে।

বসন্ত ঃ— হুম থোঙ লোল্লগা তুমলুরে । নঙ মৌ অনৌবীনি । ইমুঙশিদা লৈমিন্নরিবা ঐগী ইমা ঐগী ইচন নুংশি মরীসে পুনসিগী তৎনগদবা নৎতে । পুন্সিগী তাংকক'মা পুরদুনা ঐগী য়ুমদা নঙ মৌ ওইনা থুংলরে । অনৌবী নঙনা অয়ুক নুংথিলদা থোঙ লোল্লগা তুম্বসে মসিনি - মসিনি ঐগী খ্বায়দগী চাউরবা য়েক্লবা ।

সাবিত্রি ঃ— মোই তামোগী য়াদবা থবকসে ঐ অমুক হন্না তৌররোইয়ে।

বসন্ত ঃ— অদুন্না নোম্বরক্লগদি ঐনা নঙবু ঙাকপীগনি । নঙগী অথীংবা থোঙদু উরগা ইমাহোয়না ঙসি করিসু খন্দ্রবসু হয়েংদি শোয়দনা খল্লক্কনি । ইমা ইচাতং লৈরিঙৈদদি ইমানা ঐঙোন্দা ঙাংনিংবা চৈনিংবা কয়া অপন্বা লৈরমদে । নঙ লাক্লবনিনা ইমানা মখোল থোক্তনবা হোৎনবদা মপুক্তা ব্রা কয়া লোৎপা হৌরক্কনি।

যমুনা ঃ— (মপান্দগী) হায় ইবেম্মা- সাবিত্রি নখোয় কনা কনা লৈ হা ? ইমা লাকলে।

বসন্ত ঃ— ইমা হোয়সু লাক্লমানে । চৎলো থোঙসে হাংলুচো ।

সাবিত্রি ঃ— ইমা- লাকয়ে লাকয়ে । (থোঙ হাংঙি) বেম বেমদি ইমা ?

যমুনা ঃ— মৌ থিনবা য়াওদবা য়াদেদনা মমান্নবীশিংনা কন্না হেক মথাল্লবদুদা ইমানসু য়াউরকলোদনা থমবীরমলে ।

বসন্ত ঃ— লুহোংবা কমদৌই ইমা ?

যমুনা ঃ— ইম্বোক্লা নুঙায়খ্রে । মচিন মনাও ময়ামদুনা মায়কৈমায়কৈ ঙন্নদনা অউন পোৎসু ইম্বোক্লা য়ামখ্রে । সে সে ইবেম্মা- ময়োমসে লুহোং কবোকনি মিস্তি রোসগুল্লা গকসু য়াউবনি ।

বসন্ত ঃ— কদায় ময়োমদু পীরকউ সাবিত্রি ।

যমুনা ঃ— ননেমতোন্নদি হয়েং হল্লোদনা মহানি, থারোয়দগী ফীবু লোৎশিন্বনে, খুৎপু চিংবনে ।

বসন্ত ঃ— লৈথোরকপা কৈদৌগে ইমা ?

যমুনা ঃ— লৈথোকলসিরদনা খন্বনি ইমৌসু লাকলে । ইমা লৈব্রা য়াদ্রিনে ইবুঙো । অদো ঐখোয় মঙানি চাক্কৌবসিনা কমদৌসিবা ইবুঙো ?

বসন্ত ঃ— খল্লমলিবনি ইমা, ইমাগা বেম বেমগা য়াওবা মরুপসু লুহোংবদা লোয়না চংখ্রে । উপায় অমা হায়ববু তলব ফংগদৌরি সি মঙায়রে।

ঐখোয়না লৈতবগা ঐদি পীক্লা তৌশিতনি হায়জখিবা ইমাদা ।

যমুনা ঃ— মশিংদি শুদবা য়ারিব্রদো । অ ইচাগী য়াইফ খোঙচৎ তাম্বনি, ৱাই হায়হৈদে ইবুঙো ।

সাবিত্রি ঃ— ইমা ফী সি লৈরে হোংনবা ।

যমুনা ঃ— অ থম্মো থম্মো ।

বসন্ত ঃ— গাড়ী মরিদি পুদবা য়াররোয় । মীসু ১৪/১৫ ঐখোয়গীগা থারগা কুন মুকতি শুরে ইমা ।

যমুনা ঃ— ফরে ফরে । চাউরে ৱারী, পীকলে মীৱা- লুখ্রে শংসারসে । ইবেম্মনদি ইমা ঐগী লৈদো কায়থোক্লসি কোন্ন অমুক শারসিদি হায়হৌই । ললোনমীন্নবী তমপাক্কা ইচেতোনগদসু খর পীয়ুদি হায়বনি । অদুবু কয়া য়ামগদবদি মান্দে।

বসন্ত ঃ— ঙম্ন ঙম্নবা অদুম শিন্নবা হায়দুনি ইমা । অদু ওইরবসু বেমবেমগী লৈদুদি কাইগুমসিদা ইমা । ইচন্না নুংশিনা য়াঞ্জরিবা মনাগী লৈদো ঐনা আশা অমগা শাবিখিবনি।

সাবত্রি ঃ— ইমা চা থকসি - মোই তামোগীসু ।

যমুনা ঃ— থম্মো থম্মো ইবেম্মা, ফম্মুনে নঙসু - ইমাখোয়গী ৱারীসিদা নঙসু য়াওনে।

সাবিত্রি ঃ— তাকপীয়ু ইমা ।

যমুনা ঃ— লাইবক্লা তম্বা হায়দুনি । ইমৌনা থোংজিল হেক কানশিল্লকপগা ইমানা নঙবু ইমৌ নৎতে ইচা মকনিদনা খনখ্রবনি। ইমাহোয়গী অলৈ লৈতগী নঙ কৈসু খল্লুনুদা । চৎনবী হায়সিসু লুখ্রে। ইমৌনা সিমা ফৈ শুমদৌসি হায়বা ৱাখন লৈরগসু ইমাদা হায়য়ু।

সাবিত্রি ঃ— ঐগীদি থোয়দোকপা কৈসু লৈতেদা ইমা ।

যমুনা ঃ- ইবুঙোনা গাড়ী মরি হায়সিবু লীকমল্লব্রো ? অমগা হাপসি হায়রিব্রনে ইচাবু? ইকায়রুনু, পুকনীংনা খম্বদো হেক্তো হায়য়ু ইমাদা ।

সাবিত্রি ঃ— উম - ইমাহোয়না সিমা ফৈ হায়বদো মদো অদুম তৌবীয়ু । কুম্মৈ হায়সিদি কুম্মৈনি । মাগী মাগী ঙমজ ঙমজ লম্বীদুদা চৎপনা হেন্না ফৈদা ইমা ।

যমুনা ঃ— গ্যান তাইদা ইমৌদি । হৌনখংবী রাশী লৈবী ইমৌ'মা ফংজবসে

নুঙাইদকো যমুনা ঐসে । (হৱাওজৈ)

বসন্ত ঃ— লক্ষীমীনা চঙলক্লবদা করিগীসু নুঙাইরোয়দগেদা ইমা । ইং তপ্পী লাইরেম্বীনি। পীগে জোরো জোরো খাইদোক্কে সৎ সৎ ।

যমুনা ঃ— হোয় হোয় ।

বসন্ত ঃ— অদুদা লুরিববু লক্ষীমী হায়সিদি মতাং মতাংগী শাইওননি হায় । লান পাম্বী দুর্গা মুক ওন, কোয়না চৎকনবী কালী মুক ওন । মথং মথং ওনসিনলক্লগদি ইমা বীচার ঙম্লকলোইকো।

যমুনা ঃ— থীদা অঙাওবসিদি ( পুল্লপ নোকপা, সাবিত্রিদি য়াওদে)

সাবিত্রি ঃ— ইমা, ঐ চাক থোংননবা হোৎনরুরগে ।

যমুনা ঃ— হোয় হোয়, ইমাসু মতেং পাংবিরগে চংঙো চংঙো। (চঙখি)

বসন্ত ঃ— ইমা, ঐনা হায়জরিবসে অচুম্বনি নমৌনুপীগী পুকচেলসে খঙনৰা হোৎনবীয়ু । চাওখৎলিবনি নত্রগা নুংশিরিবনি নত্রগা অমত্তা ওইরিবনি হায়দনা অশোয়ববু খক মেনসিনবীগনু । নুপী হায়বসে ঐদি মহু চাওবা জিবনি হায়না লৌই ।

যমুনা ঃ— নঙনা হায়সিবু ইমাদি ?

বসন্ত ঃ— সাবিত্রিবু হাযবনি ইমা। মুক্তা তিন্না হেক চাওরকপগা মহম শানবা হোৎনরকই । উনা ৱানা চাথোকপা হৌরকই । ইমুঙসিনা অকংবা পাম্বী'মা ওইদনবা ইমানা নৌরিঙেসিদা মাবু মেৎ মেৎতুনা শেম্বীয়ু।

যমুনা ঃ— নৎতে - নঙগী মীৎয়েংদা মাবু কয়াম ফৎত্রবগেনে ।ইমাগী ৱাখলদদি মাবু ফৈ হায়না লৌইনা ।

বসন্ত ঃ— তুংগী হায়জবনি ইমা ।ঐগী সিদা তোংহন্বা তারবদি কদায়দনোমা কুৎপা তাবনি । লৈতেম মান্নবা ইংনা পান্নবা হায়জবনি । অদু ওইরবসু মাবু সোয়দনা মায়োন চুমগনি ।ঐ মাগী মীচং[illegible] চঙলোই ইমা ।

যমুনা ঃ— বসন্ত - নঙগী ৱাফমসে ইমা খঙদবা নৎতে । মী অমবু শেমলিবনি শারিবনি হায়দনা অকম্বীদা মুকতুনা চুমথোকপদি য়ারোই । মায় পাক্কদবা মান্দে । মাবু অফবা লম্বীদা পুদুনা চৎপগী দমক্তদি অফবা মী চংগনি । নৎতে নঙনা ঙরাং সাবিত্রিবু ফুবী হায়দনা বেমবেমনা ৱারী তৌই । মঙানি ফাওবা চাকৌদ্রি মানা করি

খংগদৌরদনা । ফৎতেকো ইবুঙো মমা মপা মবুং মৌপ্পা শিংনা তাখ্রগা করি খনখিদোইনো ।

বসন্ত ঃ— খননিংখে খঞ্জসনু ইমা, মদুগী পাউখুম লৈনি ।

যমুনা ঃ— য়ে য়ে সিবু ৱানেনা, তানিংদেকো ।

বসন্ত ঃ— ইমা - ঐনা মাবু ঙম্মী নীপানি কল্লী হায়দনা ফু চৈবা নৎচদে । মহাক্না মৌ ওইরকপগা ইমুঙসিগী অপাম্বা করিনো খঙনবা হোৎনগদবনি । ঐগী আগী চৎনবিদো সিদসু চৎনগদবনি মতাগুম মনিং তৌরকপগী মহুৎতা য়াম্না ফজনা তাথোক তাশিন তৌফম থোকমালে খল্লি ।

যমুনা ঃ— অদুবুদি মচুম্বা, অদুদা ইমানা হায়বদি মীগী মচাসে ঙরাংতা লাকলি। মৌ অনৌবীনি লৈকাই মমাং হায়সিসু ইকাইফম থোকই ।

বসন্ত ঃ— মনা মনিল নাইবসিবু কনানা পাম্নগেনে ইমা । মদুগীনি নচানা মাংজৌননা বীচার তৌজরিবসি । অশোয়বা খুদিংগী মদুগী চপ চাবা চৈরাক লৈফম থোকই । চৈরাকনা কোমথোক্লগদি নোংম নোংমগী অশোইবনা মনিং তমলকপা তাবনি ।

সাবিত্রি ঃ— (চাকখুমদা ঃ মমোন্দা) মোই মমা মচাগী ৱারীসে লাইমা শাংনসু মশারেকো । অশুক ৱানা ঐনা চাক থোংলিসে ঙৈহাক্তা য়াওশিনগে খনদেনেসে । চাকসিদা অমদো য়াওনা পীজরদি ঙন্না লাইফম য়ৌননিসে। (নক্না) ইমা চাক লোয়রে, মোই তামোসু ফী রোল হোংবিরো।

যমুনা ঃ— ইহোক থুনা লোয়রেদা ইমৌগী চাকসে । ঙৈহাক্তা য়াওশিনবিগে খন্বদো ৱারীদা ঐসু পুংকাউ হেক কাউই ।

থোইবা ঃ— (মপান্দগী) তামো, তামো লৈবরো ? ঐখোয় তামোবু কায় -?

বসন্ত ঃ— কনা, থোইবারা ?

থোইবা ঃ— হোয় তামো ।

বসন্ত ঃ— চঙলকউ চঙলকউ ঐ লৈয়ে । নঙবু ঙাইরম্লিবনি । কৈ হায়নরকলে ?

থোইবা ঃ— ভান মরিখক হায়নরমলে তামো, চাত্রেৎ চাত্রেৎ লৌনি হায় ।

বসন্ত ঃ— ফরে ফরে । অদো নঙগী একজাম ময়াসিদা পংয়েৎ ময়েৎলে ।

থোইবা ঃ— এ কায়দেদা তামো, ঙৈহাক্তং চৎথোকলুববু ।

বসন্ত ঃ— অদো নতৈমনা চাক লোইরে হায়রি মহাও য়েংথ্রসি ।

যমুনা ঃ— ইবুঙো মহাও য়েংখোনে অনৌবীনা থোংবনি ।

থোইবা ঃ— কায়দৈনোদা ইন্দোন, ঐগীসু ঙশায় পুল্লপ থোংজিল্লল্লবা । নোংমা চারগে । অদো তামো ঙরাংগী হায়নবদো লিশিং অমমুক্তি লৈরনি । হেন্বদি ঙমদ্রে ।

বসন্ত ঃ— য়ে দু ওইরবদি য়াম্না নুঙাইরে । ইয়াম্বগী মতেং মতেংদি ওইনবনি শিং মতমদা মথোয় হাপ্লীনিদা ।

থোইবা ঃ— য়ে কায়দৈনোদা তামো । মতাং মতাংগী ঙৈহাক্তং মতেং পাংনববু। অদো তামো চাক ঈশীং চারগা ইংনমুক রারী শারসি।

বসন্ত ঃ— হোয় হোয়। সে - সে - র্তোচ লাইত সে পুথ্রো, নঙগী কাগী শ্বো হাংবদো নুঙাইররোই, মৈগা লাক্তবনে ।

## যন্ত্রগী মখোল

অনিশুবা মতাং

(মফম ঃ থোইবগী ভরাগী কা)

থোইবা ঃ— (ঈশৈ ঙঙি, মরক থৎনা সাবিত্রিনা কপ্পগী মখোল তাই) হায়, কৈনো ইতৈমা অনৌবীরনে কপলিসিবু ? মপাম নিংশিংলক্তুনা কপ্পদি মান্দে । ঙৈহাক মমাংদসু তামোগী অশাওবগী খোনজেল তাখি । ঙরাংতা মঙানি চাকৌথ্রি । ঐগী ৰাখলদদি তামো বসন্তসে নিয়ম চুন্না চৎপা মীঙোন্দা পংকায়দি কায়দবনি। মরম অমদি লৈরম্বা য়াইসে ।

বসন্ত ঃ— (থোঙদা কাক কাক য়েরকই) থোইবা - থোইবা - ইয়াম্ব[illegible] হাংঙু সে ।

থোইবা ঃ— তামো হোয় হোয়, লাকয়ে লাকয়ে । (থোঙ হাংঙি) লেংশিন্বীরকউ তামো। ফমুংদরা চেয়ারদরা হেক্তা-।

বসন্ত ঃ— নোংশিসু শুংলেপ হেক লেপ্তনা চুপ্রে । কৈনো ইনাওদি কৈ য়েনশাং হোৎনরি ?

থোইবা ঃ— হ্বায় হোৎনরি হায় তাইয়ে তামো ।

বসন্ত ঃ— নঙদি এম এ ফাইনেল পীবা লোয়রগদি য়ুমদা অদুম হনখ্রিনকো ?

থোইবা ঃ— হোয় তামো, সিটি সিদা থবক মচা মসুকা ফংলবদি তামো হোয় ভরাগী য়ুমসিদা শুম লৈথবসু ময়ারি ।

বসন্ত ঃ— হোয়নে । হোৎনসি হোৎনসি তামোসু য়াওগে, মচারা মশুরা ।

থোইবা ঃ— হোয় তামো ।

বসন্ত ঃ— লৈমিন্নবগী মীনুংশি হায়সিসু ইহোক্লা লুখ্রে । ভরাবুদি নঙ'মা চৎখ্রগা অমা অদুম মলাক্কনি হায়ববু।

থোইবা ঃ— অদো তামো, ননাও কৈনোমতা হংসিরা হায়সিরা হায়দনা - - ।

বসন্ত ঃ— য়ে - দোং দোং হেক্তা হংঙু কৈনো, ইনাওনা হংনিংববু ।

থোইবা ঃ— তামো লান্নদি লৌবিনুকো । অদো ঐখোয় ইতৈমা অনৌবীনা কপলীসিবু কৈ কৈ কৈদৌবা - — ?

বসন্ত ঃ— নঙ সোইদনা হংলক্কনি হায়বা ইয়াম্বা খংঙি থোইবা । নঙসু হয়েং খঙলকপা য়াই। য়ুম পানবা হায়বসে ইনথোক্লা লুখ্রে । অহল লমনশিংনা তুরেল লৈঙোইগা প্রমান তৌরম্বসিদি চুম্মনখিদনা নুংশি হায়দুনি ।

থোইবা ঃ— হায়সিবু তামো - - - - ।

বসন্ত ঃ— হৈনরকপা লমচৎ শাজৎ চৈ না ফুদুনা চুমথোক্কনি ব্বারক্কনিক হায়সিসু কয়া মায় পাক্কদবা মান্দে। অমরোমদদি নতৈমসে ঐগী পুম্বিগী লোইনবীনি । মাবু করিগীসু নুংশিরোই । নুংশিবগী থারবা লৈরোনসিনা মথং মথং ননশিনখ্রগদি ঐনা ঐগী মায়গৈ মরিসে খংলক্তবা য়াই । নুপীদি খাংঙুথক্কী মরূপনি ।

থোইবা ঃ— হায়রিসিবু তামো ননাওদি ।

বসন্ত ঃ— ইয়াম্বনা হায়বদি নতৈমসে ইহুন য়াম্না কল্লী, য়াম্নসু থোইচৎ ব্বাংচৎনৈ। ব্বাঙাং শঙাংদসু য়াম্না বেভার য়াউদে, হায় - থোইবা নঙগী হব্বায়সে পাথরেনে ।

থোইবা ঃ— ইহে - — হোইনে অস - - - ।

বসন্ত ঃ— থোইবা চেকশিন্দ্রগদি হব্বায়তসু পাথরকলি । পাথরকপা হব্বায়সিগী মহীনা নঙগী ষ্টোপকী মৈদুসু মুৎলিদুনি । (অনিমক নোকমিন্নৈ)

থোইবা ঃ— ঐখোয় তামোগী প্রমানসিদি চেম্বা য়াগদবগা নৎতেনে । তশেংনমকসু

অচুম্বনি। মৌ হায়বসিদি খাংঙু থক্তা থেংনবা মরুপনি । মাবু করম্না মায়োন চুমগদগে হায়বসে নীপাদুগী হে শিংবদসু লৈরে । সি হায় হায়দুনসু তামো অফবা মৌ ময়াম লৈদা ।

বসন্ত ঃ— হবাই নোট — William Wordsword না "A perfect women, nobly planned, to warm, to comfort and command" হায়দনা বাংনা থাঙ্গৎলমখি। W. R. Wallace নদি নুপীবু শৈথাবদা অসুম্না হায়খিবা লৈ "The hand that rocks the cradle is the hand that rules" হায়দুনা। অদুবু থোইবা নঙ নতৈমসিদি ঐ .. ।

থোইবা ঃ— তামো, লৈত লাইর হায়বসিনা তোঙান্বা বাফম অমা ওইখ্রগা মচিন মনাও পুনবা য়ারক্তবা, ইমুঙ মনুঙ মোৎ তিন্নরক্তবা, মচোই মচোই তানরকপা কয়াসে মৌ লাকলবা মতুংদতা ওইনা তৌই ।

বসন্ত ঃ— অদুননি ইয়াম্বনা মৌ হায়বসে ওনথোক্লা লুখ্রে, মাগী শকলোন য়াম্মী হায়রিবসে ।ইহে - থোইবা ইয়াম্বা বারীদা কাউই, নঙগী ছাতিনদো অমুক্তা লৌগে চঙলকপনি দুকান ফাউদং থোকউগে ।

থোইবা ঃ— হোয় হোয় ।আ- ছাটিনদুবু - - আ - সি লৈরে তামো ।

বসন্ত ঃ— অদুদি ইয়াম্বা চৎলুখিগে ।হবায় অমুক পাথনিকো (নোকমিন্নৈ)

## যম্নগী মখোল

### অহুমশুবা মতাং

যমুনা ঃ— ঐবু খোদুবু কদায় থমখ্র য়াৎনোনে ? হৌজিক তৌবা থবক হৌজিক হেক্তা কাউই হে অহন ওইরকপা । কোকসিনা মরোলমা ইংদবনে । বসন্তদুবু থবক কাখ্র য়াৎলা? মৌনি হায় তৌরিসিনা টোটি মখোঙসিদা সুম লৈখ্রে । কনাবু শঙলিবা মমায় ফজবীসে নান নান্দনা তক তকতনা । ঐবু থি য়াবদি মথীরেসে । মোই মতৈ মনাওগী মোন মখাসিদ লৈরমগদ্রা ? অহেম্বা অমদি ইচাদা থম্বনি । হৈ - ইমাইপেম্মা ! ঐদি কীবনবু লাইরেনে তৌরিসিদি । মোন মখাসিদবু করিনোনে ঙামোই অয়াইবা, ঙাক্রা অয়াইবা, ঙা অয়াইবা ঙক্তা পীক থম্না লৈরমলেনেসে । বিষ্ণু বিষ্ণু ! করি

মৌদানোনেসিদি ? ঐনা নহানখৈ ঙারুবাক্তগী ঙা অয়াইবা ময়েং তাই ময়েং তাই খল্লুবসিদি লমশা নুপী সিনা উমশাইনরম্বা ওইরেকে। ইমাইপেম্মা- সিবু ইচাদুনা হীপ্পা চঙলকপদা ঙাহিংকা নমদ্র য়াৎলনে তৌরিসিবু - - । হায় সাবিত্রি - নঙবু ইরুবা লোয়দ্রিব্রা ? ইমা কৈথেল কারগে । নুমীৎসিসু আ য়ৌথ্রেনি তৌরিসে ।

সাবিত্রি ঃ— (শাওনা) কৈগীনো, ইরু থোকলি খঙনা খঙনা ইমানা ঐবু পংকৌতা কৌরিসিবু ?

যমুনা ঃ— উ পুগী শ্বোদো থিবা য়াবা থিরে । উ লাকপ্র নঙবু ?

সাবিত্রি ঃ— সিদা য়ুমবীদা য়াল্লিসে নৎত্রো ?

যমুনা ঃ— ইহে, মাদি দুদা লৈরবোইরে । ইমা লাম্বা ফংদে অমুক্ত লৌথরকউ ইবেম্মা।

সাবিত্রি ঃ— সে সে - মীৎ নাদো ৱায়োং চাদ্রবদি শ্বো'সে খোয়দৌদা ফুমগেরা , লাইবক্তা থেৎকেরা, খিৎ থানবীরনু অমুক থিনদনবা ।

যমুনা ঃ— (অৱাবা শ্বোর) নুঙাইদৌরিদা ঐগী লাইবকসে । চুন্না শুম ইমা সে হায়দনা পীরমবা য়াবা শ্বোসে লাক্তুনা লংশিল্লম্লগা অমুক থোকথ্রেনেসে । মাবু পোকপী মমাদো লুহোংবা মতমদা বডদুদা লৈ হুকতদনা পুং চোলোম তৌরিবা ইবোহলদা লৈ হুকচীল্লগা নমদুনা লৈথ্রিবনি । হৌজিক ফাওবা ৱারীনরি । হায় - ঙাবু ইয়াও য়াওরমদ্রেনে তৌরিসে । ইস - কমদৌনি সিদি । মনত্রি ইমুংগা থারগা য়ুম ৭ / ৮ নি ঙাক্রা অয়াইবা পীকদৌরিসে । মাগী মোন মখাদৈসে ঐবু লৌথোক্কদ্রা ? হুম মদুসু লান ওইনি । ঙাক্রা চাবীনিনা অফং অফংৱা হাইরক্কনি ।

থোইবা ঃ— ইন্দোন, ইন্দোন লৈব্রা ?

যমুনা ঃ— কনা - থোইবরা ?

থোইবা ঃ— হোই ইন্দোন ।

যমুনা ঃ— কৈনো বেমবেমদি য়াওরকত্রদি কৈদৌরে ? নৎতে মা মতোমদা কোন্না লাক্কনি হায়হৌবরো ? নৎতে নকোক্কা হোৎলিদুনমুক কৈগীনো কোক তমবা য়াদ্রো নঙবো ।

থোইবা ঃ— বেমবেমদো মমান্নবী শুনিতানা হায়রকপবু মখোয়দা লাকতে, মাগী

পাউ মতুং ইন্না গাইত্রিগীদসু অমুক চৎলুরে, মদুসু লাকতে হায় । বোইগা ইবানি মমান্নবী পুন্নমল্পী ময়ুমদা চৎ চৎতুনা লোইনা হংলক্লবনি ।

যমুনা ঃ— কৈ ঋানোনে নঙনা হায়সিবু !

থোইবা ঃ— কনামত্তনা মাবু খংঙি উই হায়রক্তে । অদো ইন্দোন ।

যমুনা ঃ— কৈদৌরবা হায়য়ুনে ।

থোইবা ঃ— লমজং মচিন্দা অহল ২/৩ খক ফৈজোম শেৎলগা লাকহৌই । ইন্দোন হোয়গী য়ুমসু হংহৌই, ঐনবুদি সিনি তাক্লন্নবনি,

যমুনা ঃ— হা! ইমাইপেম্মা ইমাইপেম্মা ঐদি লু কোকপদা লেন তাবা হায়বদো থোকলেদনা সিদি । করমনো ঐনা তৌদৌরিসিদি । মাবু মতম চায় চাদে শুকখঙ খঙদ্রব্রনে অঙাওবীসিবু । ইমাগী ইবেম্মা নঙনা ইমাগী অঋাবা শুকউ উদ্রিবসিবু করিগীনোনে - - হ — - । (কপ্পী )

## যন্ত্রগী মখোল

### মরিশুবা মতাং

(বসন্তগা সাবিত্রিগা ঋারী শারি )

সাবিত্রি ঃ— নোই হনুবীনা তৌরিসিবু করিনো ?

বসন্ত ঃ— কৈদৌরবগেনে ?

সাবিত্রি ঃ— খরায় উপুদা থমলম্বা ঙারুবাকসিনা অঋাং য়ুমদা খর থম, খাদা খরা লোৎ, করিগুম্বদনা মোন খাংলগা তুম্মী । ঙাওরমালে খঙদ্রে।

বসন্ত ঃ— কৈ ঋানোনে নঙনা হায়সিবু ?

সাবিত্রি ঃ— সিবদা পুদৌরিমানেদনা ।

বসন্ত ঃ— হায় - ইমানা ঙারুবাক কোইথাঙ থাঙলিদুদি মরম'মা লৈরম্বা য[illegible] হৌদোঙ কনব্রা? উচি কনব্রা ?

সাবিত্রি ঃ— ও- উইরুম উইরুম তৌবা মমীৎ অনিসে হৌদোঙনা খোৎতোক্[illegible] চাথ্রবদি লাইমা নুঙাইনিদকো শৈত্য ।

বসন্ত ঃ— হায় করি ঋানোনে নঙনা হায়সিবু ?

সাবিত্রি ঃ— নোংমা ঙা অমখক লৌদুনা চারুরে । নুমীৎতুদৈনি মানা ঙারুবাক কোইথাঙ থাঙখিবসে । নোংমদিনে মানা কৈথেং[illegible]লমদাইদা

মকোক্তগী ওারুবাকতো সৎ চীংথরক্লগা নালা মনুংদা পুম্লপ নমশিন্বা ওমদ্রবদি ঐদি সাবিত্রি নৎত্রেদনা ।

বসন্ত :— নঙনা ঙা অমা চাবদা ইমানা দু ফাও পান্নরক্লগদি মাসু খরদি হাকমল্লিদনা। ঐ হোরেল চৈগে।

সাবিত্রি :— হাকমন্বনা হেজিল্লক্লগদি ইমুঙ মনুঙ মহি লাংলকপা মশানা তাবনি। নোই ইমাসে মওংমা তৌরকলে হায়রিসিনি ঐদি ।

বসন্ত :— ফরে ফরে নঙসু শাওরনু । অহল ওইরকপা হায়বসে বাখল পুখল লোয়না অহন ওইরকলিবনি । নহা ঐখোয়না খর কোমথোকফম থোকই।

সাবিত্রি :— মোই তামো, উম তুংগীসু খর খল্লু । ঐসে মমামা হায়বদো ওইরক্কদৌরবনি। শেল চংগদবা লম্বী য়ান্না লৈরি । হয়েং চিরবা কান্দা নঙসু ঐসু পুম্লপ ঈরাকমীন্নবদুদি বাখল য়াওদবা মী মানগনি।

বসন্ত :— অদো কৈদৌসি হায়রিনো ?

সাবিত্রি :— কৈদৌবা হায়ববু খর বারসু বানা ইমুঙগী খরচাসে ইমা অদুম চহি মঙা তার দংগা পুখো হায়য়ু । মানা তৌরিসে শেন্দোং লৈবা করবারনি কৈনো।

বসন্ত :— মদু খংদবা নীপা নৎতেনে ঐসে । থা থাগী ফংলকপা তলব নঙোন্দা লোয়না পীশিল্লি, লেপশিল্লু থমজিল্লু হায়দনা । নঙ নশা শোল্লি হয়দনা থবক থনা অপুম্বসু ইমানা চৎথোকত্রিঙৈদা লোয়না শুরম্মী নত্রগা ঐনসু শুরি ।

সাবিত্রি :— শুদে হায়বৈ বা নৎতেবা। (নৌথরকই) অদো মোই তামো ঙসিদি হক্চাংসে কয়া নুঙাইতে । ইমা হল্লক্লগরা নত্রগা মোই তামো- রা উম চাকখুম খর চংবীয়ু ।

বসন্ত :— নৎতে নঙবু চাক লাম্নব্রো হায়সিবু ?

সাবিত্রি :— লামবৈ বাদি ঙসাইনা লামলবনে । হায়দোকপা ইকায়রবদো ।

বসন্ত :— য়ে য়ে দু ওইরগনা ঙসাইনা কোক হেক হায়বা য়াদ্রো । ইমা ঙাইরদি থেংনি । ঐ থোংগে কৈনো । পোথাও পোথাও নশাদো নুঙাইত্রগা । বারে নরন্নাই ঐনা শিনবা য়াবা নৎতবা ।

সাবিত্রি :— মোই তামো, উম - শুম হীপতুনা লৈবসিসু ফৎতে অনাবা

থেমলিবনি হায়নৈ। ঐ চন্দ্রশখিগীদা ঙৈহাক্তা চৎলুগে। মাগী কৈনোম লৈরকই, ফজবরা য়েংঙোদনা হায়রকই।

বসন্ত ঃ— হোয় হোয়, অ কোয়গে হায়সু কোয়থোকলুচো। ঐ চাক হেক লোয়বগা নঙবু কৌরক্কে।

সাবিত্রি ঃ— হোয় তামো। (থোকখি)।

বসন্ত ঃ— (ঈশৈ ঙংঙি) "থবাক সেগাইরগেসে খান্নগনু। নঙগী মুর্ত্তি লাৎলমগনি - হো হো লাৎলমগনি য়েংউ" (ঈশৈ লোইবা) শেরা-চাক থোংববু কয়াম কুইনিগেদা, লোয়হন্নিংবা মীকুপ্তা শৎ। বোরামা হৌগে, থাংজীং অমা মেৎলগে, অদুগা কাংশোই অমগদি য়ারেদনা। ঐনা চাক থোংলিঙৈসিদা ইমাদো লাকত্রবদি ফখ্রনিদা। থেঙলবদি ঙসায়দো অশ্বাইফাও থোক্কুনা য়েংলুসিরদি খন্বনি। হোয়দা নুংতিগীসু মলাকইদুনি। (ঈশৈ ঙংঙি) ঙা অয়াইবা হাপ্পা প্লাসতিক দিবাদুবু ? উ - উ - উম সি লৈরে। থাংজীংসিনা য়ে - য়ে থিল্লিনে। অস - অয়ো থাংজিংনা থীন্বসিসু ওখাক নাইহে।

যমুনা ঃ— হায় নখোয় কনা কনা লৈ হা ? সাবিত্রি, ইমাই কোঙ্কে অরুম্বসে অমুক্ত থারো।

বসন্ত ঃ— হায়বগা তৌবগা য়ৌরকলেনে সে অমসু।

যমুনা ঃ— কনানোনে চাকখুমদৈশিনা। হৈমা- বসন্ত ওইরমানেনে। কৈনো মপোকঙৈগী চাকখুম চঙদবা মানা। চেক্লাদুনা কৈ লমদা পাইখ্রবা। হায় কনা লৈগে তারিব্রনে নখোয়বু ?

বসন্ত ঃ— ঔ লাকয়ে লাকয়ে ইমা। (থারক্লগা) য়ে চেং ওইরমানেনে। সিবু শুক লুম্বা সিবু রিক্সো অমদা কোক তোংখৎতুনা লাকপা কৈদৌগে ইমা নঙবু?

যমুনা ঃ— ইমানা হেন্না তোংনিংলিবনিনে ভারাদো পামুদুনা তৌবনি। চেং কে জি অমতং ওইরবসু হিংহৌইদনা। কৈনো ইচাবু চাক থোংলিব্রনে ?

বসন্ত ঃ— থোং - থোংদেদা ইমা। ইমাসু ঙস্তানা চারম থকলম খংদনা চৎখ্রে। ইমা চাক লামলমগদ্রা হায়দনা।

যমুনা ঃ— য়ে য়ে ইচাদি মমা নীংঙিদকো। মাইবীদুনা কৈ লমদা লাই তোংবা চৎখ্রে?

বসন্ত :— মকোক চী কই হায়দনা চন্দ্রশখিগীদা গুলি খর লৌরুনিদনা চৎখ্রি ।

যমুনা :— ডাক্তর অমদা অমুক্তা য়েংহল্লু ।অয়ুক তৌরে মকোক ভাওই, নুমীদাং য়ৌরে মকোক চীকই, অয়ুক নুংথিন্দনা নাখোকপৈ মখোন্দা হুই হৌদোং ফাও কীদুনা কোইচেন চেল্লি । মশা ঙমদেদি হায় মমাংদা পৈরিবা চাক চালুকতুদি ইরোই শজীক মুক ৱাংঙিনে । ৱাংদ্রো ?

বসন্ত :— হোয়দা ইমা মপুক্লা চনবা চাজববু । অদুগীসু মথক্তা - ।

যমুনা :— মথক মখা করিমতা লৈতে ইবুঙো । ইমাসুনে য়াম্না নুঙায়রি । সে সে চাকখুমদো ঐ চঙগে নঙ হৈররোই । অদো নচম্নুপীগী ৱাফমসিনা কমদৌসি হায়রিবা ?

বসন্ত :— মাগী ৱাফমসে ঐ শুংতা তানিংদে ইমা । মাগী ৱা ওইরবদি ঐ নাকোংসিদা শুংয়ৌ য়ৌহন্নবীরক্নু ।

যমুনা :— শাওনিংবদগী পংহায়মা হায়রগসু খম্বরক্লগদি মাসু ইচানি । নঙগা সাবিত্রিগনা শাওরিবনি হায়দনা নমায় শুংলৈ লৈশিল্লকত্রে । নন্দোমচানদি কনা লৈতবদৌনা হায়দনা ঙরাঙ লাক্লগা নোইবু শাওরমলিদুনি ।

বসন্ত :— মা অমা লৌখৎপা অওং অউন তম্বা হায়বসে পৈশা ভারীদা চংদৌরিবা। অদুগীসু মথক্তা ঐগী লুহোংবসু পংকুই কুইখিদ্রিবা ।

যমুনা :— ইবুঙো পৈশাই ৱাদি নঙনা কয়াম পুথোক্কদৌরনা, মবুং'মা ওইনা নঙগী থৌনাদুবু হায়বনে - । ইচনগী দমক্তদি মবুং ঐ লৈরি হায়দনা নপামবোম অচৌবদো অমুক্তসু তীংঙু কৈদৌগে ।

সাবিত্রি :— (শৎ চঙলকই) ও কনাগী পামবোমনো তীংগদৌরিসিবু ? ঐ খোয়দি পামবোম য়াম্না নোপচৈ ।

যমুনা :— হৈমা ।

সাবিত্রি :— কৈনো ইমাগী ৱাসে ঙসাইখে তাগেদনা তারকপনি । নচানুপী লৌখৎপবু লৌখৎপীয়ু, মমা নৎত্র নঙবু ? মবুং য়াউদ্রসু কৈদৌরগে।

যমুনা :- ইবেম্মা, ইমা নঙোন্দা কৈসু হায়জদে, ইচাদা হায়জবনে । মমা অমগী হায়ফম থোকপনে ইমানা হায়রিবসে । ইমুঙগী মকুপ মতা হায়রে ঐগী করবারদগী লোয়না চলাইরি ।

সাবিত্রি :— ইমানা তাকপীরিসিবু নচানীপাসে কোলুদা শুম্লগা মহি থক্কে

হায়বীরিবরো । অথীকারদো হাকমনগ্রে । অউনপোৎ পীবা ওমলোইদবা ওইরগদি করিগী নচানুপী পোকলুরি ? নুপীনি খওলগদি পোকলকপগা মেৎখাইদুনা হাৎতোকপা কৈদৌবগে ?

যমুনা :— হরে কৃষ্ণ ! হরে কৃষ্ণ ! ইবুঙো নঙগী নীপা ওইবৈ থৌনাদুবু কদায়দা চৎখ্রবগেনে হা ? কদায়দা চৎখ্রবগেবা ?

সাবিত্রি :— পৈশাগী বাদি ঐ খোয় য়াম্না বায় । তলব ফংঙি হায়দুঙাই মঙানি কোম্নদে।

যমুনা :— মঙানি কোম্নদবা তলবতো নঙ লাকত্রিঙৈদদি কুনথ্রানি কোম্নরম্মী ইবেম্মা। ইচানা ফঙলকপা তলব কদায়দা থমখ্রেদনা ইমা নোংমতা হংদে । তলব ফঙলক্লগা ইমা উদনবা নোইনা লোৎপদুদি ইমা হোত্রোং হোনা উই ইবুঙো।

সাবিত্রি :— ইশ, হোত্রোং হোবি ওইরেকো । মীৎ না য়াম ফরিপোৎনিনে । হো নচাসে য়ুম্বান পুনসিদা খোঙদারবনে - খোঙদারবা।

বসন্ত :— ঙৈহাক্ত তুমীন লৈয়ুবা সাবিত্রি নঙবু ।

সাবিত্রি :— হো ঐনা তুমিন লৈরবদি নঙসে ঈশিং ওইরম্বগী লেন ওইনা ফমখিদৌরে। তলব খর খর ফংজরিবসে ইচা শেমদৌরিবনি, মী শেম্বা ঙমলোই ।

যমুনা :— হায় তৌ ঙমবী অফাওবী, ইচাসে ঐনা পোকপনিনে । নঙনা পোকপা নৎতেনে ।

সাবিত্রি :— ও হৌজিক্লা ঐগী ইরন অশেংবা ওইরবদো। কুৎ লাউনা য়োৎশিনখ্রবদো ।

যমুনা :— হরে কৃষ্ণ ! হরে কৃষ্ণ ! ইবেম্মা, ইশিৎলগা ঙা ফারগা ঙা য়োল্লগা লাইরিক তমহনখিবা ইচানে । নবাংমম্নি, খুদোং থীরখিনি নঙ । থকসী খাসিকা হায়বদো নঙবু পোকপা অহন লমন্দুনা খজিক্লা ফাওবা তম্বী তাকপীরকত্রনে?

সাবিত্রি :— ও উম্লকপদা কাউদুনা হাপ্লকত্রমালেদনা । মোই তামো কাম্নদে, চাকখুম তোঙানসি । ঐদি লাকলমদায়দা নমা কয়াম হনুরে সেবা তৌবা ঙমজরোয় হায়খিদুনি ।

বসন্ত :— সাবিত্রি ঙায়হাক্তং ইংথখোবা নঙবু কৈদৌগে ।

সাবিত্রি ঃ— কৈনো মৈসু চাকউ, অমুকসু মুথৎলু, মৈসিবু ঐনা থাব্রো ?

যমুনা ঃ— ইবুঙো নুপীদি কয়ারক থিবা য়াই । ইমাদি হন্দক মপোক্কী অমখক্তনিকো । ওন্থোক্লা থুনা লৈয়েং ফাইখিদকো ইচাদি।

সাবিত্রি ঃ— লাঞ্জেনবা মতমদা মমাবুনা মখুৎনা শমলগা মতুবুনা মরেংবান্দা থোংগৎলগা পুই হায়নবা মৈতৈ পাউরৌদুবু ইমাবু শুংতা তাবীরকত্রবো ।অদুক য়ান্না পৈশা পাম্বীরগদি নচানীপাসে ডাক্তর রা ? ইঞ্জিনিয়ার রা ওইহন্বীরম্বা কৈদৌগে ।

যমুনা ঃ— ইস-কয়াদা লৈতোন শেংথ্রবনোনেসে ।হায় অফাওবী উমশাইনরগা য়ুখন মরুমদা ঙারুবাক ৩০ গী ঙা অয়াইবা চাবা ঙম্বী অফাওবী।

সাবিত্রি ঃ— ইনীংনি ইনীং ।ঙাত নৎতে, লৈশারিঙৈদা শোরাৎ অমগী চেমপাক অকংবদো ইতোমতা চারকইবী ঐনি ।খঙব্রা ? মাই মাই থোকপা লৈনরসিফাও হৌজিকপু পোবীয়ু পমবীয়ু হায়রিব্রনে ? অদু ওইরগনা লাওনে ইরোই মনগন্দা থোংগৎপীরগে ।নমৌদি উরা হুমদাং নোপচৈয়ে ।

যমুনা ঃ— ইবুঙো ইমানা ইচানীপা অমগুং পোকচবসিদি মহৈ ফজনা য়াপ্লেহে। হৈজিং ফাবা নংদনা পুরা মুপ্লেনেকো।

সাবিত্রি ঃ— ইমা-সাবিত্রিনা হায়রিসিসু পংলানদি লানবা নৎতেদা । পৈশা সিনা মরাং কাইমন্দবসিদা চীনসে উমসিন্নতনি ।

যমুনা ঃ— হোয়দা হোয়দা নোয়না করি লাল্লুদগে । চহি ৮০ শুরফাউ ঙারুবাকসে কোক্তা থোংগৎতুনা কৈথেল থুংনা চৎপসিদা ঙারুবাকসিগা ঐগতনি ইমুঙসিগী ৱারী খঙলিবা ।

## যন্ত্রগী মখোল

### মঙাশুবা মতাং

বসন্ত ঃ— (ইমুঙদা নৌনা পোকলিবা অঙাংদুগা লৈ) মৈসু লাক্তবনে, মমখ্রেদা তৌরিসে। অঙাংসিবু ইংলমগদ্রা ? ঐবু মৈ হৌগৎসি হায়বসু ইমুঙসে মৈখুনা অমুক্তবোই লোয়রনি । ইচানীপাসে পোকপা থা অমমখাই মুক্তি শুরমানে চাউদি চাউরেসে মপামবোমক সিনা বুপ বুপ মপা হেক মাল্লদনা ।

সাবিত্রি ঃ— ঐ চৎলুখিগে ।

বসন্ত ঃ— নঙ লোইরবো?

সাবিত্রি ঃ— খর চাউরদি লোয়নদুনা শুম চৎপা য়াবনি । অদো দ্রমাদো চেরিটি সোনি। নমদুনা টিকেটতো পীশিল্লম্বদুদা পৈশাসু পামুবনে, ঐ য়াম্না য়েঙনিংনকা চৎপদি নৎতেদা ।

বসন্ত ঃ— হোয় হোয়, দ্রামাদো লোয়বগা কোক হেক হল্লকউ । হায় শঙ্গোম কৌটাগা বতোলগদুবু নঙবু কাই থমগে ?

সাবিত্রি ঃ— থীরগা হেক হোৎনবিরো । ঐ চৎলে, থেংলে । (থোকখি)

বসন্ত ঃ— ইবুঙো তুম্মুসে, সুম তুমদুনা লৈয়ু ইচাসিদি । সে সে ইপা খুৎ শৎতোককে। হায় - নীংথাসিনা ইচোৎ চোৎলিসিবু, হায় - ইস ! তৌরমানেনে মসিসু ফাইবগা হান্বগা শুংলেপ হেক লেপ্তবা অঙাং হায় য়াৎসে । হৌজিকপু ঐবু পুখ্রিদগী নীংথা শুরুবদৈ হল্লকপতমা ঙাইরি । নমশিন্দুনা থল্লগা হয়েং নোঙাল্লমদাইদা পুল্লপ শুরগে । নোঙাল্লমদাইদা মচাগী নীংথা শুবা নীপা কোকথোং'মা লৈদা ঐখোয় লৈকাইসিদসু। ইনজাউ থাদরদি ফনা য়াম লক্কনি কৈনে' । উম খর চোৎতক তৌবসিনা মৈফু দা কংহল্লগে, হোরেল অদুম শিজিন্নবা য়ানি।

যমুনা ঃ— হায় বসন, বসন্ত লৈব্রো নঙবু ?

বসন্ত ঃ— হায়স তাঞ্জাসিদা ইমাসু । ঐ লৈতে খুমসিবা । ঐ ঐবু - ।

যমুনা ঃ— হায় লৈব্রনে নঙবু ?

বসন্ত ঃ— অ লৈ লৈতে । (লকক তৌবা) ইহে - লৈ ইমা ।

যমুনা ঃ— হায় কৈনো সাবিত্রিদুবু মখাবোমদা রিক্সো তোং'লগা চৎহৌইনে ।

বসন্ত ঃ— ইস করমনো উখ্রা য়াৎলা। (শোনবা) অ আ হোয় ইমা হেদমাষ্টরগী ময়ুমদা থাখিবনি । পৈশা খর পীবকউ তলবতৈ ককউ চংদনা।মা ওইরদি মীনুংশি য়েংদনা - ।

যমুনা ঃ— করিনোনে চাবোকপী মানবু । নৎতে মথৌ তাববসু নঙ অদু মচৎকনি।

বসন্ত ঃ— অদুদা হকচাং ঙমদে হায়দুনা স্কুলক কাদবদুদা - ।

যমুনা ঃ— হায় অঙাওবা সাবিত্রিবু ঐনা উরকলিবসে দ্রামা য়েংফমদনিনে।

বসন্ত ঃ— ইহে - হোয় ইমা, মখোয় লৈকাইনা শিনবা দ্রামানি । দুদা লৈরমগদ্রা হায়দনা।

যমুনা ঃ— ফরে ফরে ইমা ভাব তারে । কদায় কদায় ইশুদো পীরকউ । নীপানবু মৈনীং কুনবা হৌনদেসে । নফী নরোলকসিনা মোৎলিবা, শেগাইবা খুদৈদো নৎত্রবদি নঙবু -?

বসন্ত ঃ— য়ে কৈ কান্নবা ইমা খোঙগ্রাও হোংলদনি । ঙৈহাক্তংনি হায়দনা

যমুনা ঃ— ইমানা লাইরজরবসু ইচাবুদি ফী শেগায়বা খক শেৎহল্লক্তবনিকো। হৌজিক্তি ফী থা থাদুনা ফোৎপা ফী শেৎপা হৈনরেদনা ইচাদি ।

বসন্ত ঃ— ইমা হায়সিমা ওনথোক ওনথোকপা ৱা ঙাক্তা -।

যমুনা ঃ— ওহ্লোকপরা ওনশিন্নরা খংলরৈনিদনা হৌজিক্তি । ইচাগী মথি ময়ুংবু নমথিবা হৌনবরা হায়দনা পুখমনা নর্নাশল্লগা চাক চারকইবা মমা মপানি। হোসপিতালদা অঙাং উনগদবা নমীৎদুমক্তদা ইচা বেম বেমনা তাচৌদুবু শেল ৱারম্বা য়াইকো হায়দনা চেল্লক্লগা লিশিং অনিখক থিল্লকলমলিদুনি। পোকপদা ঙায়রিবা ইশুশে চুপও নাম্বও কয়াদা হরাওজরিবা । লাকলমদাইদনা ইচাদুনা নাকন অমদা ঐখোয়না নাকন অমদা । (কপনিংঙি)

বসন্ত ঃ— ইমা ফরে কৈদৌগে । মবুং লায়রৈ হায়বদো বেমবেমসু খঙলিবনি।

যমুনা ঃ— সাবিত্রিদি হপ্তা খুদিংগী মপামদা চৎলি । নচন্নুপীনা মপামদা লাকপসিদি নঙ খক উনিংদেনে, নত্রা ?

বসন্ত ঃ— ইমা হায়সিমা ।

যমুনা ঃ— হৌজিক্তী ঐসু শিরমদাইসিদা ইমৌ অফবমা ফংলবনিনা খুয়া তুশিংনা শিদৌরেদো ।

বসন্ত ঃ— ইমাগী ৱাসে সিদা হেক্তা তারকপা । ফৎতে হায়দনা হৌজিকপু কৈদৌদৌরিনোনে ঐবু।

যমুনা ঃ— নুপীসিবু নঙনা মশক মতৌ ফজে, ইনা কৈরা খুল্লি, খুকন পাংগল্লি হায়দনা পুরকখিবনি । ইমানা ঙাংবা লৌখিদে । মদুগী মায়োক্তা নঙনা "ইমা নুপীনা লম হেন্দনা কয়াম হেন্দোয়নোদা । লীচৈনা অমুক অনিরক্তং চীংবদা খুৎফম খঙহনবদা মরায়না ইংথজখিগদবসিবু । অঙাও ফাউবা চৈ উবদা হল্লিনি কৈনো" হায়খিদ্রো ?

বসন্ত ঃ— হায়ববুদি হায়খি, অদুদা ঐসু মাবু ফু চৈদুনা ৱারকখিদবদি

নৎতেদনা। মাগা মান্নবসে ঐ তল্লেদা ইমা ।

যমুনা :— মহৌনা ফৎলকত্রবদা চৈনা কৈসু তৌবা য়াগদবা নৎতে । কয়ানি নঙনা মাবু ফু চৈদুনা ব্বারকখিনি । খোঙথাং খুদিংগী মাবু কয়ারক শেন্নখিনি । ঙসিদি নঙ তল্লেদো - নৎত্রা? হুই মমৈ অকোন্ববু ব্বাচপ চপতুনা তীংথোকপা যাব্রো ? ব্বাচপ লৌথোক্লগা অমুক অদুম কোনশিনখিনি ।

বসন্ত :— মদো তশেংনা চুম্লবা ব্বাফমনি ইমা । মৈনা ঈশীংনা চামদুনসু কোক্লবোযদবা ম.গী মরম৮ৎসে ঐন। খঙদবদগী য়াম্না লাইনা চুমথোক্কনি খনখি । অদুবু ঐ মায়থীবে । মাগা মান্নবা তন্দনা নোংমে নোংমগী ঐ মাগী অপাম্বরোমদা চঙশিল্লকখি । হৌজিক্তী ইমা ঐ পুংতন তল্লে । শুম কোমথোকপা, শুম থাদোকউবসিনা ঐগী খ্বাইদগী চাউরবা ইরাল ওইরে ।

যমুনা :— ইপা ইপুশিংনা মচা মমৌ থিবদা তরাইনা লৌরমদে । লায়রা ইনা খুন্বদি লাইবক্কী ব্বানি । শাগে য়াৎ য়েংঙু, পারী পুরী মবায় নোনব্রা য়েংঙু । কয়াদা চুমখ্রবনো। মাগী মপাম ইনা খুনবা, শক ফজবদুনা নঙগী কয়াম মতেং ওইরবা ?

বসন্ত :— অশেংবনি ইমা, নচা য়াম্না লানখ্রে । অহন লমনগী য়াথং হীকতোকলুবসে অফবা খক ওইরমদ্রে ।

যমুনা :— য়ুম ৭/৮ ব্বাৎলি ঙা অয়াইবা পীরুগদবা । মমশু মমশিল্লকলে ইমা থেংখ্রনি চৎলুখিগে ইবুঙো । অমদো লাক্লগা ইংনা পান্নবা তান্নৌ তান্নৌ ।

বসন্ত :— কয়াদা চুমখ্রবা ইমাগী ব্বাফমনো । পুক্সিসে অমুক হৌদোকপা য়াবসু নৎতেকো । ইবুঙো নঙসু অমুক হৌরব্রা নবোক্লা শুমলম্বৎ। ঙাইরি।

সাবিত্রি :— হৈমা ! মোই তামো অঙাং লরুদনা শুম লৈরবো ?

বসন্ত :— নঙ হল্লকলব্রো ?

সাবিত্রি :— চাক লোয়রম্লদ্রা খনবনি অদুগা ।

বসন্ত :— থোংগে তৌরমলিবনি । অদুদাঅঙাংসি তাঞ্জা চাদনা হেক হৌরক্লদনা।

সাবিত্রি :— ইমাইপেম্মা ইঙাং পীকত্রুসিবু, নাকন অমদা পম্লগা কোক থোং

য়াবদুবু। ডাক্তরনদি নোংমদা ৫/৬ লক চাক চাও হায়রিবনি। দ্রামা য়েংলুবগী কোকসে ঙাউফিং ঙাউফিং তৌই । চাক লোয়রগা হৌদোরকউ, ঐ ঙৈহাক্তা পোথাগে ।

বসন্ত ঃ— হোয় হোয়, পোথাউ পোথাউ নুঙাইত্রগা। ওল্লিদা নুমীৎ ফাউ ময়ুম চঙড্রি।

## যন্ত্রগী মখোল

### তরুকশুবা মতাং

### (মনি মমৌ খৎনরি)

সাবিত্রি ঃ— করিনো - করিনো - নুমীৎ খুদিংগী অশাবা নুংশিৎ শিৎপসিবু ব্রাখলসে নোংমত ইংদেদকো । মবকসিদা ব্রাকনকা অমুক খোংজিল্লকপসিদি খৌনাওসে চেকখাইঙৈ লাওরগা তানথোকনিংঙি হায়বদো য়ৌই । বি এ নি ঐসে বি এ, লাইরীক হৈবী সাবিত্রি । তাদেনেসে (মনেম তানবা) হো ঙাক্রা য়াইবী ইন্দোন ইবেম্মা, মৈখুদো অমুক্তা ফাজিনবীয়ু - ও। ঙমলোয় হাযবগনা মৈদো মুথৎপীরো। মদুসু ঙমলোয় হায়রগনা মৈদো খব যামনা হৌগৎপীরো।ঙাকুবাকনে করিনে ননাই পুল্লপ পোলোয়জবগে ।

যমুনা ঃ— কযাম মচোংপাক নাযখিদ্রবী মৌনোনেসে । সিবু মমা মপাদুনা খজিক্তা ফাওবা তাকপী তমবীবকত্র মানেনে । ইমুং চঙঙে শৌনি, মাঙ্গোন থোকত্র শৌনি। ইমুঙসে মা লাকঙৈদগী কবোক্কী খাং ওল্লবনে ।

সাবিত্রি ঃ— হো করিনো মুকুম মুরুম শোল্লিদুবু ? তানবা হাযবীয়ু হনুবী ।

যমুনা ঃ— হায় - অফাওবী, ঐবু নঙোন্দা কবি হাযখ্রবগেনে । মাযোক্লবা কীজরেনে।

সাবিত্রি ঃ— হায়বা হাযববু কবিনো । মৈখুদো খুহল্লক্কনু, অসুক চাওখৎলবা মতমসিদা মৈখু খুবা চৎনদ্রে ।ইমুঙসে লোয়রে লোয়রে, ইচাফাও মুশিল্লে ।

যমুনা ঃ— ঙা য়াইবা মৈ কাম্বদা পুনসিসে ইক ইয়াং কেমললে ইবেম্মা। ঐনা যাইরিবা ঙাসে হীঙ্গোন মতোন্দনিনে । সি লোযরগা কৈথেলদা

পুনৌরিবা, চেং জানদৌরিবা । খণ্ডজেনা করোক পোকপী ।

সাবিত্রি ঃ— পোকখিদৌরি ঐগী করোকসে পোকখিদৌরি । তারেন ভেজোং অরণা চাকসা পুখম অরণা হৈজিনরবনিনা চাবা তুরবা টী নবান অনিসে লেং ওথবি দৌরি ।

যমুনা ঃ— ইমায় পেম্বা ইমায় পেম্বা, করাম মচোং পাক নাইথিরিবমোসে সে।

সাবিত্রি ঃ— মচা মও নথবদৌনা মোংমত অতাংসে পমগে খোঙকে হায়সে। খিজং চাওরকখিসনু নুও লাতুনা থাহনগে ।

যমুনা ঃ— তমথীবু তমথীবু লোয়না তমথীবু ইবেম্বা । মওসু মচানীপা পোকপিনলা । চেং পুরণা কৌ শিংবা হৌনসে । ইবেম্বা ইও পমবা লায়রি খিবোং ময়ামসে পুনবা হোৎনবদা কোরণা ঐগসে লমথী কাউনলয়ে ।

সাবিত্রি ঃ— হো নরাইনা লাইরজরণা কমানমুক বারৌরিবগে। সগোলগী মপোকতা পোক্লবনিনা অরুম অয়াং থাংবদি মসানা তাবনি ।

যমুনা ঃ— ইবেম্বা লৈকাইমা শৈশকম্মা, ইমুঙমা মীতিমা নরমচংতা পুনুনা লাকলে। ইচানকাও বারকপা তমত্রবদা ঐনা তমগনবা নথক্তে ।

সাবিত্রি ঃ— করিনোনে হনুথী নওমা হায়রিসিনু ঈপাল লৈদৌনা ঐবু । মংক্তে মৈথুনা ইমুঙসে লোয়রে। কী য়োল পুন্নমকসু মোথলে সিনু হায়কম থোকত্রো - ?

যমুনা ঃ— থোকই থোকই। পুন্নমক ঐনা লানথনি, ঐনা শোয়থিবনি । সে সে শাওরনু ইবেম অমুক্ত শাংনা খুরমগো নত্তোম্বা । জৈ জৈ লাইরেথী তৌতথী ইবেম্বা নলাইনা লাজবনু তাকপীয়ু । (খুরম্বী)

বসন্ত ঃ— হায়,কৈরিনো ঐখোয় ইমাসিনা মমৌ তুলীসিনা শক্লাং শানা খুরমথিসিন্‌।। হায় তওয় য়াথলসে ঐখোয় ইমাসিনু? (শাওবা) ইমা মচ,পা তৌরিসিনু করিনো ?

যমুনা ঃ— বয় মীয়মদিবনি ইমুঙো । মীৎনা উবা লাই হায়দো সিমিদনা ।

সাবিত্রি ঃ— মকোক কংত্রবসে হনুবীসে অকোক কংত্রবা ।

বসন্ত ঃ— হায় - তা অরাইবা লাইরজানে মৌলোঙনা চেনগিখসে। ইমা- হায় হৌদোঙসে । হৌদোঙসিনু - - । (তাজি)

যমুনা ঃ— তাজুরনু ইমুঙো । মা অমুনা চাগনগী উরক ময়ক্তা ঙসায়থে

সাবিত্রি :— হৈমা কৈ নীপানিগে সিদে । নওবু অঙাংদো তুমলে খঙলদি নিংথা'মা থীরগা কোক শুমৰী য়াত্র । 'দু ফাউ হৈত্রদি করিগী নচা পোকলুরি ?

## যন্ত্রগী মখোল

### তরেৎশুবা অরোয়বা মতাং

### (থোইবগী ভরাগী কা)

বসন্ত :— (য়াম্না ৰানা) থো - থোইবা - নঙ নঙ লৈরো ? থোঙ অমত্ত হাংজুসে।

থোইবা :— হোয় তামো । থোঙ থিংদবনে অদুম চংবীরকও।

বসন্ত :— হা .... য়ে নঙগী থোঙ থোঙজিনসে ৰাং (নাম্বদুনা তুবা) ও - অয়ো।

থোইবা :— ইহে হে তামোসে তুরেনে । অ ঙায়খো ঙায়খো তামো, ননাও মিংথৎচগেসে। য়ে য়ে (তগৎপীবা) ফমুংসিদা হেক্তা হীপথবীরো তামো।

বসন্ত :— অ অদুম ফমগেদা ইবুঙো ।

থোইবা :— তামো হকচাংসে য়াম্না চোকথনা উরে । ডাক্তর অমদা লায়েংথসু তৌবিদে।

বসন্ত :— এল আই সি অহমগী প্রিমিয়াম পীনবা হোৎনবসিদা লায়েংবগা শুমত্রবনি। থুমগা মোরোক্কদে হেম্না চাত্রবনে নয়াম্বসে । নতৈমনা অংক হোৎপদা লুপা অমগী মফম চোইথোকনিঙাই লৈতবা ।

থোইবা :— পৈশা হায়সিদি তামো শিঙ্জিন্নফমগী শিঙ্জিন্নফম ঙাক্তনি । অদু ওইরগসু তঙাইফদবা হায়বমদি লৈরিদনা ।

বসন্ত :— হোয় হোয় অদুবুদি । থবক মচা তৌবা ঐ খোযসি লাইমন অটোবা কাংঙিনে।

থোইবা :— তামো ননাওগীসে তাকচবদি নৎচদে। পৈশা লীকশিন্নিবনি লেপসিন্নবনি হায়দনা হকচাংগী শুকথন খনবীদবদি তৌবিনু । পৈশা থম্বা শাঙ্জিনবা লেপশিনবা অফবনিদি হায়ববু ঐগী ঐগী ঙমগদবা চাংদা অদুম হোৎনবীয়ু । থা অমগী মতুংদা ঐবু নিংথৌ ওইহন্নি ঙসিদগী থা অমা চুপ্পা চরা হেন্নু হায়রগদি ঐনা নিংথৌফমদু ফংত্রিঙৈদা শিখিবসু য়াই । অদুনদি ঙসি ঙসি হায়বসিসু কয়াদা লুখ্রবনো ।

বসন্ত :— মদুমক চুন্নবা ৰাফমনি থোইবা । ঐগী ঙসিনা হয়েংগী পুঙ্গি

থোইবা ঃ— অশেংবনি । নুপী হায়বসে কয়াদা মছ চাউখ্রবনো।

সাবিত্রি ঃ— (লাপ্পা কৌরকই) ও তারিব্রো নঙবু । নশা ঙমদে খঙলদি ঙৈহাক্তসু য়ুমসিগী মখাদা পোথাদুনা লৈনিংদবসিবু অঙকপগী নীপানীহে নঙসে । চৎকনবী কোইগনবী মমাগী মচানিনা মীগী ময়ুমদতা হৈনৈনে । ও কদায় চৎখ্রবগে তারিব্রো নঙবো ?

থোইবা ঃ— তামো, ইতৈমা ওইরমানেনে । হকচাং ঙমদে হায়দুদা কদায়দা চৎখ্রবনোদনা তামোবু কোইথী থীরিমানে ।

বসন্ত ঃ— হোয় হোয়, কৈগীনো খঙদে ইয়াম্বা অমুক্তা চৎলুখিগে ।

থোইবা ঃ— হোয় তামো । ঐ খুৎতো খুৎতো ননাও শমজগে ।

বসন্ত ঃ— য়ানি য়ানি, ইয়াম্বা তপ তপ্পা শুম চৎখিগে । য়ারে য়ারে নঙগী লাইরীকতো পাজহৌরো । (থোকখি)

থোইবা ঃ— হোয় তামো, (শোনজবা) ইতৈমসিগু অঙকপা মখলগী নুপী হায়দুনি । ওহোল্লা ঙমখ্রে। ঙমবু ঙমগে হায়রবদি নুপী হায়বসে লোয়না ঙম্বয়াৎনি।

সাবিত্রি ঃ— (ইমুঙদা সাবিত্রিনা ঈশৌ লাংঙি থোইবা তায় ) হীপ্পু - হীপ্পুও, ঙমদ্রবদি হীপ্পা কৈদৌগে । (চীংথৈ)

বসন্ত ঃ— হৈ - কৈনো চীংথদ্রবসু ঐ ইতোমতা হীপকে কৈনো ।

সাবিত্রি ঃ— নমা হনুবীসিসু মচাগী শেবা তৌনি খঙদে । য়ুম পান্বসে ঐসু খিরে, খারেয়ে। নুমীৎদাংগী য়েনশাংদি হু ওইনা থোংগে নমা নচা চামিন্নৌ। শান্তি হায়বদো 'দুনা ওইদৌরি । অঙাংসিনা মরোল'মা নীঙাই ফৎতবনে । নৎতে ঐসিবু নোয় ময়ামগী মীনাই ওইরুচোদনা ইমা ইপানা থারকপদি নৎতেদনা । খুম্মো ঐসিবু কনাগী মীনাইনো ?

থোইবা ঃ— (লাপতক তারম্বদগী শোনবা) ইতৈমনা চৈ থাংলিবসে তামোদনি । হান্নদি মাসু খর খরদি খুমজরম্বনি । হৌজিকতি শুকখুম খুমখিদ্রে । ইন্দোনদুসু কীরমানে শঙ্গোয় মচী অমদা মতোমত তোঙান্না চাখ্রে ।

সাবিত্রি ঃ— থোইবা- থোইবা - লৈব্রো নঙবো ?

থোইবা ঃ— ঔ লৈয়ে ইতৈমা কৈ -?

সাবিত্রি ঃ— হায় নোয় তামোসে কৈনোমা তৌখ্রেনে । লেকথদুনা তাখ্রেনে ।

থোইবা ঃ— হা ! তামোবু ? ঐ লাকয়ে ইতৈমা । ইস কৈনো ইমুঙসিসু ইমম মমখ্রেদা। কদোমদনো তামোদুবু ?

সাবিত্রি ঃ— সিদা সিদা লৈরে ফমুং মখাসিদা। সে সে ইতৈমা মৈখেৎ খেৎকে। কেন্দলসু লোয়থোকখ্রে। ঐ নঙ কাগী কেন্দলসে লৌরুখিগে। (পাখৎপগী মওং উদে)

থোইবা ঃ— তামো- তামো - কৈদৌরগে। ফমুংদা অমুক্তা কাখৎসি সে তামো।

সাবিত্রি ঃ— সে সে কেন্দল পুরকয়ে।

থোইবা ঃ— ইতৈমা তামোসে মখাদা নুঙাইত্রে। ফমুংদা অমুক্তা থাংগৎসিসে খোঙলোমদা অমুক্তা পায়বীয়ু।

সাবিত্রি ঃ— থোইবা ইতৈমা খ্বাং নাই, নোঙ্বা ঙমদে। নঙ অদুম ঙম্নবা হোৎনরো।

থোইবা ঃ— য়ে - সে - - - তামো উ - (থাংগৎলি) য়ে য়ারে য়ারে। তামো কোকসে - কোকসে মোন লোমদা উ উম - -। য়ারে ফরে।

সাবিত্রি ঃ— হীপফম ইলৈ লৈত্রদৌনা কাংখসিদবু - - কনানা নুংশিদোইনোসিবু।

থোইবা ঃ— তামো তামো ইতৈমা - তামোসে স্বর হোন্দেনে মকোকসিসু ইকায় কায়রদনা। ইশ - ঈ ঙক্তা। ননাওনা কৌবিসে অমুক্ত খুমলউনে তামো। (ৱানা)

সাবিত্রি ঃ— শিরব্রনে থোইবা নঙ হায়রিসিবু - ?

থোইবা ঃ— ডাক্তরদা পুগদ্রা তৌরিসিদি ইতৈমা?

সাবিত্রি ঃ-- শিরে হায়দাইনে থোইবা। শি লোয়রগা লায়েং পুরুনা কৈদৌনি। নত্রনে থোইবা ?

থোইবা ঃ— তামো তামো নঙবু হৌজিক্তা ননাওগা ৱারী শানখিবদায়নে। ইতৈমা কনা কনানো খর কৌবীরুগেরা ?

সাবিত্রি ঃ— চঙনদবগী চঙনদবা ঙক্তা। কনানো ঐনা কৌরুদৌরিসিবু। লৈকায়নি হায় তৌরিসিনা য়ুমথোংগী হুই লে য়নরিবা, লোয়খ্রপোৎনি মোয় হুইশিংসে। (শাউগৎলি) চারমদায় য়ৌরদি ঐখোয়সোমদা চেল্লক্কনি। হুই তানবা হোৎনবদা খুদাংকক্সে চোকথরবনি। লৈতুম লংবতদা খা ৱাংগী য়ুমফম অনিসে তোংলবনি। ঐখোয়না কুৎলবা।

থোইবা ঃ-- অদু ওইরগনা ঐ অখং অহৈ কনা কনানো কৌজরক্কে ইতৈমা।

সাবিত্রি ঃ- থোইবা ঙৈহাক্ত ইংথখোসে, ইতৈমাগা ৱারী'মা শাসি।

থোইবা ঃ— করি ৱারীনো ইতৈমা ?

সাবিত্রি ঃ— নঙ তামোসে শিবা হায়বদো ওইরে । অদো এল আই সি য়াওরম্বগী পৈশাদি ফংনিকো? নঙনসু এজেন্ট ওইরিদনা -?

থোইবা ঃ— হোয় ফংনি ইতৈমা।

সাবিত্রি ঃ— লাক্ষ অমগা লিশিং কয়ামুক্তি ফংলবা য়াই ?

থোইবা ঃ— লাক্ষ অমগা লিশিং মরিফু খরা হেন্না ফংলবা য়াই।

সাবিত্রি ঃ— নুঙায়রেদকো শৈত্য। সি ওইরেকো এল আই সি য়াওবগী কান্নবা হায়বদো ।(মতোমতা শোঞ্জবা) হুম - মাবু ঐনা হাৎপনি হায়বসে থোইবদি খংহন্বা য়াদেকো ।

থোইবা ঃ— কৈ - কৈ হায়বা ইতৈমা ? (হায়ফেৎ তাহৌই )

সাবিত্রি ঃ— হা হা- ইতৈমা কৈশু হায়দেদা ।ইতৈমনা হায়বদি শেলদু খর থুনা য়াঙনা ফঙননবা নঙ খর শিল্লকউ হায়বনে ।

থোইবা ঃ— হোয়, তামোগী শ্বোরাৎ মনুংদা ফঙ য়াব্রা অমুক্ত হোৎনগে ।

সাবিত্রি ঃ— কনাগী শ্বোরাৎনোনে থোইবা । মী নুঙাইনবা স্বোরাৎতি শোন্দবনা ফৈ । লুপা তরা কুনগী হৈরুক খর লৈরগা লাইদা কৎকনি । লাইনবু কয়াম চাগেদা, থম্মোয় শেংলগা লোয়রে । থোইবা খর থুনা শিল্লকউ । হেক ফংবগা নঙোন্দা লিশিং মঙা খায়নি ।

থোইবা ঃ— শেনফমসিনা ইতৈমদি কৈদৌদৌরিবা ?

সাবিত্রি ঃ— ইমাই পেম্মা, ইশক শুক ফজরিসিদবু । মশক ফজবা পাখং মচা অমদা লিশিং কুন পীথোক্রগা ইয়ুম থোক পানখিগে ।

থোইবা ঃ— ঐ অঙাংসিদি ?

সাবিত্রি ঃ— য়ে মবোক্না য়োকচহৌনি কৈনো । মশুনিদনা ।

বসন্ত ঃ— (নাহেরকপা) উম - য়ে - য়ে - ইমা -।

থোইবা ঃ— হায় তামোসে — তামোসে — লেংঙিনে, তামো শ্বোর হোল্লে ইতৈমা। তামো হিংলে । তামো হিংলে । (হরাওই)

সাবিত্রি ঃ— হা- করি ! হায়বা। (শাওগৎলি )

থোইবা ঃ— অওইবনে ইতৈমা, থাজদ্রগা তু য়েংঙুসে । স্বর হোল্লকলেসে।

সাবিত্রি ঃ— করি! মা কৈদৌবৈ হিংদৌরিবা । লুপা লাক্ষ অমগা লিশিং মরিফু ফংলমদায়সিদা অমুক মাংগদৌরবা । হেই - নঙ নঙ সিগে হায়রবসু

লোয়না শিবা কৈদৌরি ? মচেৎ মচেৎ হেক শিরদনা। (ফী ফী কাম্মী)

থোইবা ঃ— ইপুরোয়বদা হায়হৈদেদা ইতৈমা ।

সাবিত্রি ঃ— করি হায়হৈদেবা। শীঙজংদুনা কদায় চৎখ্রে । সে নঙগী এল আই সিগী চে চাংসে পুরগা চৎখ্রো । সে রা নথৱায় মচাদুনা কয়াম পাংগন ফরদনা । লৱায়গী অস্তি মপাসিদা হেক্তা য়াম্বুরগে । জৈ কালি ইমা - মাবু খিৎত লৌসিনবিরো। জৈ --- লাক্ষ অমগা লিশিং মরিফু।

থোইবা ঃ— (য়াম্বুগে তৌবদা মুকনৈ) হায় হায় ইতৈমা- কৈনো কৈনো খুৎত গী শীংজংদো। হৌনদে হৌনদেসে - ইপুরোইবদবু-।

বসন্ত ঃ— সাবিত্রি - - ঐবু কল্লু সাবিত্রি । সাবিত্রি -- সাবিত্রি - - । ( (হৌন, লাওরকই মংলাক্লরম্বদগী । মংলাক্লবা মখোল তারদুনা সাবিত্রিগা মমা যমুনাগা চাকশংদগী চেনথোরকই )

যমুনা ঃ— ইবুঙো বসন - বসন্ত । ( মশা নোম্মগা হৌদোকই )

সাবিত্রি ঃ— মোই তামো - মোই তামো - কৈদৌরবগে? মংলাক্লরুরব্রা নঙবু ?

বসন্ত ঃ— হু- -হুম ---ঐ ---ঐ --অস --'

যমুনা ঃ— ইবুঙো ইমাখোয় লৈয়ে । ইচাবু মংলাক্লরুরব্রনে ?

বসন্ত ঃ— হৌজিক্কীদুবু - হৌজিক্কীদুবু মংলান ওইরম্লবা -- । ঐবু .. । (ৱাবা)

সাবিত্রি ঃ— মোই তামো নশাকসে হুমাং অনপ্পী কাংঙে । ঐ অমুক্তা তৈথোক্কেসে। উম নখুৎ নশাকসে ননশিন্দুনা তুম্লমগনি। খোঙগ্রাওকসিসু চিন্বনা নঙ শেৎলিসে।

বসন্ত ঃ— সাবিত্রি ।

সাবিত্রি ঃ— কৈ হায়গে । মোই তামো য়াম্না অকীবা মঙকা মংলুরব্রানে ? নমীৎ ননাকসিনা ইথক থকৎলদনা । ঐ - সিদা লৈয়ে ননাক্না ।

যমুনা ঃ— ইবুঙো, ইচাবু কৈদৌরগে ? ইমাসু সিদ লৈয়ে ।

বসন্ত ঃ— কৈসু তৌদেদা ইমা, অঙকপা মংলান অমা ঐ । অদদা- ইমা হোৱনা কদায় চৎলুবা ?

যমুনা ঃ— ইমৌ নুপীনা চাক থোংলি । ঙসি মখুৎ লৌখৎতৌরিনি। ইমানসু শুম মতেং পাংবীরম্বা।

সাবিত্রি ঃ— উম তামো ইচন্নুপী বেমবেমদো লৌখৎপীরসি। ইমাগা ঐগা মদুগী ৱারী শান্নরমলিবনে ।

বসন্ত ঃ— হা - - ক - - করিগী ?

সাবিত্রি ঃ— অশেংবনি তামো । ইচন্নুপীনা মীগী য়ুমদুদা অওং অউন অমত্তা য়াউদনা লৈরমগদবদো ঐ নুঙাইতে, ঐসু নীঙোলনি । মাগী নীপানা, ময়ুমনা ফন য়ান্না লৈবিদুনসু নীঙোল ওইবীনা খক পেন্দে হায় । মপামদগী উল্লকপা পীকখ্রবা ফদি মচেৎ ফাও উজরগদি পৈঞ্জে হায়নরিবনি ।

বসন্ত ঃ— সাবিত্রি ।

সাবিত্রি ঃ— অশেংবনি, ঐগী অউনপোৎশিংশু অহনবা ঙওনি । ঐন্দগী খরগা তঙাইফদবা খর লৈরগা ইবেম্মগী মথৌসে লোইথোকপীরসি। ইচন্দুগী দমক্তদি মনম্মা ঐ লৈরী, ইমা লৈরী মোই তামোসু লৈরী করি ৱাৎপগে?

বসন্ত ঃ— করি হায়বা ।

যমুনা ঃ— নুংশিদা ঐ ইমৌসিদি । হেল্লি, ইচাদগী ইমৌনা হাল্ল । করিগী ইমৌদগী অউনপোৎ খাইগদৌরিবা, খাইরোয় । মাবু পোকপী মমা ঐনা পীনিংবা খর পীখিনি । ইমৌগী ইনম্মা লৈরী হায়বা ৱাহৈসিদং তাবদা ইনেম পেল্লিনে ইবেম্মা। (কপনিংঙি) অসুক নুংশিবা ইমৌগী ৱাঙাং ৱাহৈসে মবুং অঙাওবসিগী মচিন্দগী নোংমতা তাবা ফংদবা।

বসন্ত ঃ— (হরাউনা) অ ইমা হায়সিমা ।

যমুনা ঃ— ইবুঙো- ইমানা নঙবু শেমববুদি মীগী মমা মপানা মচা শেম্বনা হেল্লিনে। হেল্লি, অশেংবা হায়সুঙাই ইচাবুদি ইমৌনা হেল্লি । ইচাবুদি ইমৌনা হেল্লি। (পেন্না হায়বা)

লোইরবা ।
২৮/৪/২০০৪

# ইঙা থাগী শমজিঁরৈ অনি

## ঃ লিলাসিদা য়াওরিবা কেরেক্টরশিং ঃ

১) নোংয়াই

২) চাউবা

৩) থম্বালসনা

৪) ইবেমচা

৫) লোয়াঙম্বা

৬) মনি মচা

৭) ঙৌহাক্কী ওইবা লান্মী অমা ।

# "ইঙা থাগী শমজিঁরৈ অনি"

## অহান্বা মতাং

(নিংথৌগী মনাও ইবুঙো নোংয়াইগী সনা শঙ্গায়নি । অহিং থেংজিল্লকই ।
নীঙোল কা দা মজা ইবেম্মা থম্বালসনা হীক্লা হীক্লা কপ্লি )

থম্বালসনা ঃ— হু--হু--হু- নোংমদোনদনা তরামরিনিগী থাজনা লংনা ঙাল্লি। সনা কোনুংদনা মীয়াম হুপ্না হরাউনরি । থেঙজিল্লক্লবা অহিংসিগী মথানুংদনা থম্বালসনানা কপ্লি । হু - - - তায়োন্নরবা ঈশ্বরগী নোংদমসে পুরদুনা অসুন্না অসুম লুহোংখিবা তারব্রনে ঐবু । ইপন নিংথৌনসু অৱাবসে উবিদে । যুবরাজ ওইরিবা পাবুংখ্যানসু মমোমগী পুক্নীং খঙবীদে । অদুবু - - অদুবু নুংশিবা কৌবা মানদি থম্মোয় হোজং ময়াসিদা থৌদু নুঙগুম লেপ্পরি । থৌদু নুঙনা মরোল থোকপরা থোক্তা, নীঙোল ঐনা নুংশি জৱাসি ফোংসি ফোংঙমদা, মৈচাকসি করন্না খাংলসিগেনে হে ঈশ্বর - -হু- -হু- -হু-- ।(থম্বালসনা কপ্না কপ্না তুমথখি । মীউজিক্লা মতুং ইল্লি, কৌজেং হারৌগী মখোল মরক্তা মঙ মঙলি । মঙলান্দা কোনুংগী লান্মী লোয়াঙম্বা উই । লান্মী ১/২ ৱারী শানবা তায়।)

থম্বাল সনা ঃ— লোয়াঙম্বসে সনাথোঙ ময়াসিদা লেপ্লি । ঐ মাবু লাউ হায়দুনা ইচিনসিনা হেক্তা কৌরগে । ( কৌই ) অ - লোয়া - লোয়াঙম্বা -।

লোয়াঙম্বা ঃ— কনা — কনানো নুপীগী খোঞ্জেল অমনা ঐবু ?

থম্বালসনা ঃ— লোয়াঙম্বা, নঙবুনি ঐনা কৌরিবসে ।

লোয়াঙম্বা ঃ— করি ! মনাও ইবুঙোগী মজাইবেম্মনা ঐবু ! ঔ লাকচরে লাকচরে মজা ইবেম্মা ।

থম্বাল ঃ— ও কয়াদা ফজখ্রবা মুর্ত্তিনো চাউদম শাংদম । লুমাংগী হাইথরকপা শমলাংনা পীশুম য়ৌনা জ্বাই জ্বাই ।শামু হকচাংদনা অমুবা ফীজোন্না লোইরোয় লোইরোয় য়েৎ, য়েক্লা কন্না হকথেংনরগে মতাগুম পাখং খুৎতনা থৌর তা, চুংগোয়, ও নীপাত নীপা হায়বদো অসিনিদনা ।

লোয়াঙম্বা ঃ— (য়ৌরকই) সনা য়াথং করি তাকপীগদবা মজা- ইবেম্মা ? ননাই লোয়া য়ৌজরকলে ।

থম্বালসনা ঃ— লোয়াঙম্বা ।

লোয়াঙম্বা ঃ— তাকপীয়ু ।

থম্বালসনা ঃ— ইপন নিংথৌগী সনা য়াথং ঙাকপদা লোয়াঙম্বগী শামু হুকচাং চোকথরম্বা য়াই । নীঙোল ইনাক্তা ঙৈহাক্তা ফমবীদুনা নুজা ঐনা তপচবা পানাসি পাখং খৌবুম থন্না অমুক্তদি চাবীয়ু ।

লোয়াঙম্বা ঃ— করি ৱানোদা মজা ইবেম্মনা তাকপীরিবা ৱাফমসিবু । মপুনা মনাইদা পানা পীবসি । ( ঙক্লা )

থম্বালসনা ঃ— নঙবু পীজনিংদুনা তৌবনি । হায়দোকখ্রবা ৱা অমুক হঞ্জিনবা মপুকোনগী চৎনবী নৎতে ।

লোয়াঙম্বা ঃ— মজাইবেম্মা ননাই ঐঙোন্দবু ?

থম্বালসনা ঃ— কায়দে খন্না পীবনি । লৌশিল্লোসে লোয়া। ঙসিদি কোরৌ নুমীৎ চুপ্প'মা ঐগা ৱারী শাসি ।

লোয়াঙম্বা ঃ— কদায় কদায় মজাইবেম্মগী য়াথংনি। ( লৌই / চায় ) তাকপীরিবা ৱাফমসি ননাই লোয়াদা ইরাল সীগে দন্দি পীগে পুকনীংদা খন্বা লৈরমদুনা - - ।

থম্বালসনা ঃ— পাখঙ পুকনীং নুংনাংবিরুনু। নঙগী নরাল লৈরগসু দন্দী ঐনা ফংজগে। লোয়া, নীঙোল থম্মোয় লকানুংসিদা কনা খংহন্দা, কনা উহন্দা, নুংশি মুর্তি'মা ঙসিসু পূজা তৌজরি । ঈশ্বরগী মহুৎ শিল্পিবা মুর্তিসি কনানো নঙ খঙবা ঙমবরা ?

লোয়াঙম্বা ঃ— মজাইবেম্মগী ৱাফমসিবু ননাই ঐদি ।

থম্বালসনা ঃ— মুর্তিসিনা খজিক্তং নোকলকপদা পুকনীংনা মকা ফল্লকই । পুকনীংনা মকা ফল্লকপদা ইকায় ইকী খঙলক্তে। ইবা য় ইকী খঙলকত্রগদি অঙাওবীনি হায়নৈ । ঐহাকসে অঙাওবী নীংথোল হায়বদো ফংগদৌরমালেনে লোয়া - — হু - - । (কপ্পী)

লোয়াঙম্বা ঃ— সনা ইবেম্মা, তাকপীরিবা ৱাফমদো ননাই লোয়াদদি ঙকপদা খম থেংলেনে ।

থম্বালসনা ঃ— লোয়াঙম্বা, নঙনা মরক মরক্তা মপুগী য়াথং পুরদুনা য়ারৌ শা ফাবা চীংদোল থুংনা চৎলমগনিকো ?

লোয়াঙম্বা ঃ— হোয় - য়ারৌ শাথেংনদ্রি ফাউবদি ননাই ঐ ।

থম্বালসনা ঃ— লৈবাক নিংথৌগী য়াথংনি খন , নখুৎ য়েৎনা তিমেন তা চেৎনা পায় , য়ারৌ শা মাবু কোয়তান তান্নরমগনিকো ।

লোয়াঙম্বা ঃ— অশেংবনি মজাইবেম্মা ।

থম্বালসনা ঃ— য়ারৌ মানা চেম্বদি থব্লায়গী দমক চেম্বনি , তমবা নঙনা চেম্বনা য়াথংগী দমক চেম্বনি ।

লোয়াঙম্বা ঃ— তাকপীরিবা ব্রাফমসিবু ?

থম্বালসনা ঃ— থব্লায় পুরগা চেঞ্জরিবা শা'দো ঙসিদি নুংশিবা ফাউরকলে।থম্মোয় হায়বসিবু শা না অমরা? মী না অমরা?

লোয়াঙম্বা ঃ— সনা ইবেম্মা, ব্রারীসিনা ব্রাহৌদোক ওইবদা নীঙোল থম্মোয় শোক্লা উরে । মীৎলুদ্দগী পীরাং শিঙ্খরি । তাকপীয়ু ননাই লোয়া করি তৌজৌ হায়বনো ? (থৌনা ফনা)

থম্বালসনা ঃ— লোয়াঙম্বা ।

লোয়াঙম্বা ঃ— অশেংবনি সনা ইবেম্মা ।

থম্বালসনা ঃ— পঙ্খৌগী সনা শঙ্গায়দা থম্বাল মীংথোল লৌদুনা কুমজা কয়া শাৎলকপা উফুল মরীক তোৎলক্তে , থম্বাল লৈরীক কেল্লক্তে। অদুবু --হু-- হু---হু— ।

লোয়াঙম্বা ঃ— অদুবু কৈদৌরবা মজাইবেম্মা ?

থম্বালসনা ঃ— মজাইবেম্মা ঙসিদি ঈরাক্লরে । থম্বালবু ঙাকলীবা সনা কোনুংগী চৎনবী পনসে থুদেক্তুনা লাইবক থীরবী ঐবু কন্বীরনবা সনা লৈবাকসিদা তম্বা নীপা অমত্তা লৈত্রমানেনে ।

লোয়াঙম্বা ঃ— ননাই লোয়া খঙজরে । সনা য়াথং তাকপীয়ু । মজাইবেম্মবু লোৎনা ফোঙনা নমজা নমথেক্লবা য়েক্লা কনা লৈরম্লবা পাখং ইদোম লমন খুমলুচো হায়বরা ? সনা ইবেম্মগী অব্রাবা ননাই শোয়দনা কন্বা ঙমজগে। সনা কোনুং মক্তদা নৎতবা খান্বী মৈহৌরকপদি খান্বী মৈথাবা অমদি লৈফম থোকইনা ।

থম্বালসনা ঃ— লৈফম থোকই । নীঙোল থাম্মোয় খান্বী মৈথারিবা মীনুংশি খঙদবা তম্বা নীপাদো ।

লোয়াঙম্বা ঃ— (শাউনা) হায়বীয়ু মজা ইবেম্মা, ননাই লোয়া খুৎশু থাঙলেন পায়খৎচরে ।

থম্বালসনা ঃ— খুৎশু থাঙদি ঐনা পায়গদবনি । লমন খুমগদবসু ঐনি ।

লোয়াঙম্বা ঃ— করি হায়বা ! অদুদি তাকপীয়ু তম্বা নীপাদো করি লমদৈনো ? সামীরা- ? লানমীরা - ? ননাই লোয়ানা হীংনা ফাদুনা পুরকপা ঙমদ্রবা মজা ইবেম্মনা পীনিংবা দন্দী পীবিবা য়াগনি ।

থম্বালসনা ঃ— লোয়াঙম্বা নহাক নীপানি । নহাক্কী থৌনা অসিতনিনে ঐনা - পামলিবসিসু -- হু -- হু ---হু- - । লোয়া ঙম্বা- নীঙোল ঐবু কপহল্লিবা নীঙোল ঐবু ৰাহল্লিবা নুজা ঐবু তৎতনা ওৎলিবা তম্বা মহাক অদুদি অতৈ কনাসু নৎতে । ঐগী মাঙদা লেপলিবা লোয়া নঙনিনে, নঙ ।

লোয়াঙম্বা ঃ— (ঙকনা) করি হায়বা সনা ইবেম্মা ! তাহৈদবা - পলহৈদবা মপু মনাই ওন্নবা ।

থম্বালসনা ঃ— লোয়া, তাহৈদবা তারে পলহৈদবা পল্লে । নঙ ঐবু থাদোক্কুনা খ ক মচৎলগে খনগনুকো ।

লোয়াঙম্বা ঃ— মজাইবেম্মা !

থম্বালসনা ঃ— নুংশি ঈচেলসি ঐ মীকুপ মতা থৎতুনা থম্বা ঙল্লকত্রে । মাগী মফমদদি অরুম অয়াং হৌনব হৌনদবা অমত্ত লৈরম দ্রে । নুংশিবা হায়বসিদি থম্মোয় অমগা থম্মোয় অমগগী অনিগী মরক্তা ফাউনবা লম্বী ওইরমলে । হু- - লোয়াঙম্বা ঙসিদি সমাজসিদা পীদোন্না হীংলিবা পীকখ্র পীকখ্রব জিব সিংসে নুংশিবা ফাউরকলি । পৃথিবীসিদি জিব পুমনমক্কী মতম্বাক নৎতে করন্না হায়গনি । সে লোয়াঙম্বা খুজেংসে অমুক্তা পায়য়ু । নহাক্না চৎনীংবা মফম অমদা ঐবু পুদুনা চৎলু ।

লোয়াঙম্বা ঃ— নৎতে নৎতে মজাইবেম্মা, ৰাফমদু ননাই ঐ ঙোন্দা হায় বিগদবা নৎতে । লৈ বাক মপু অমদি মনাও ইবুঙোনা তাখ [illegible] ননাই দন্দী ফংগনি । ৰাহৈদো সনা ইবেম্মদা অমুক হঞ্জিল্লীয়ু [illegible] লোয়া ঙমজরোয় ।

থম্বালসনা ঃ— লোয়া নঙগী দমক্তদি ঐ লৈরি । ইপন নিংথৌনা সমুদ্রগুম কোয়, পল্লৌ ইপ্পানা চীংজাওগুম থৎতুনা নঙগী চেনফম লৈত্রবসু থম্বাল, ঐগী থম্মোয় নুংশিদা লোয়া নঙবু লোৎতুনা থমজগেনে । হু - - হু --হু-- ।

লোয়াঙম্বা ঃ— মজা ইবেম্মা !

থম্বালসনা ঃ— হায়জরা মক্তদা নুজা থম্মোয় পল্লান্দুনা নঙনা চৎখিবা তারবা নীঙোল ওইবী ঐহাকসে কুইনা হীংগদবা মানদ্রেনে । মতমদুদা থম্বাল হাৎপা পাপসে লোয়া নঙনা পুবীয়ু ।

লোয়াঙম্বা ঃ— মজাইবেম্মা, ৱাফমদুদি ননাই ঐঙোন্দা তাকপীগনু । শমান লেংমান্নবদা নীঙোল লাইবক য়ুমদিন্নবীয়ু । লোয়া ঐদি লৈবাক্কী পীকখ্রবা লান্মীনি। অঙম্বশিংগী থৌদারোয়নি।

থম্বালসনা ঃ— লোয়াঙম্বা, থম্বাল ঐদি সনা ঈ - না নোংদমলকপনি । নুজা পুকচেলদি হায়খিবদুনা মলোয়রে ।

লেয়াঙম্বা ঃ— মদুসু লোয়া খঙজে । মফম চাদবা পুন অমুক চেপখৎলুবৈ কান্নবসু লৈতে । ননাই ঐবু ৱারৌবিনু, লৈবাক হুপনা ৱারীনফমদি ইপা ইপু হক্তক্তগীসু তৌজরক্তে। অদুগীসু মথক্তা ননাই লোয়াগীদি হায়না শিংনব'মা লৈখ্রে ।

থম্বালসনা ঃ— করি হায়বা !

লোয়াঙম্বা ঃ— লাকলিবা ফাইরেনগী তরানি পান্বসে ননাই লোয়াগী লুহোংবা নুমীৎনি। ননাই অতৈ ৱাগী কৌবিরকউ । ৱাগী ৱাখাক থম্বীদুনা অমুক কৌবিরকপা থোক্লবা লোয়া লাকপা ঙমজরোই । ৱারৌবীনু ননাই চৎচরে । (চৎখিবা)

থম্বালসনা ঃ— (থম্মোয় শোক্লা) অমুক্তা ঙাইখো লোয়া। লোয়া নঙ অমুক্তা ঙাইবীখো। ঐ লাম্মৈনা চাকখিদৌরে । ঐ লাম্মৈনা চাকলে। লোয়া ঐবু অমুক্তা কল্লো । লোয়াঙম্বা ঐবু অমুক্তা কল্লো- নঙ অমুক্তা হল্লকখো -- লোয়া - লোয়া --হু-- হু-- হু- । (লোয়া কৌদুনা কপলকপদা থংনবা কাদা চেপলিবা মপা ইবুঙোনা তারদুনা হৌদোকপা )

নোংয়াই ঃ— (থোঙদা কাক কাক) থম্বাল -- থম্বালসনা - ইপাগী লাংলেন।

থম্বালসনা ঃ— (তপ্না তপ্না মঙফাওনরকই ) হু-- হুম -- হু-- অ -- অ - - ঐ -- ঐ — ।

নোংয়াই ঃ— থম্বাল, ইমোম কৈদৌবোইনা ? থোঙলেন হাংঙু ইপা চঙলক্তে।

থম্বালসনা ঃ— অ ----ইপা ইবুঙো নমোম ঙৈহাক তুমথরুরে । মঙলাক্লগে

তৌবনে। পঙ্খৌ চংলকত্রবসু ময়ারনি নচা কৈদৌদেদা ।

নোংয়াই ঃ— ফরে ফরে ইচানবু হোইয়ারবদি ।ইমোম নুঙায়না পোথারো । কৈসু নৎত ৱাফমদা ইচাই ৱাখল লীশাং থারুনু ।

থম্বালসনা ঃ— হোয় পঙ্খৌ অপোকপা। (শ্বোর মপী হোল্লি ) ঐবু হৌজিক্কী মঙলান্দুবু-- হু- -হু-- হু-- । লোয়াঙম্বা ঐনা নঙবু নুংশি। পুন্সিগী কুন্দো পরেং নঙগী ঙকশমদা হুকনিংঙি । অদুবু নঙদি পীকখ্রবা লান্মীনি হায়দুনা ইপন নিংথৌনা য়ারোই।ইমাসিজশিংনা থীংগনি, পঙ্খৌ ইপানা শাউগনি ।নঙবুসু ঙম্মী মতাগুম লোম থাখিবা য়াই ।সিবু লৈবাক নিংথৌ ৱায়েল্লা ? সনা কোনুং মক্তদসু অমোৎপা নীতি ময়াম'মা লৈ। মখোঙপাক্লা নেৎশিন্দুনা থম্মী । মীচম প্রজানা মকোক নোল্লি । নিংথৌগী ৱানা অবোয়বা ওই। (তাঞ্জাসিদা নোং তপ্পা তপ্পা ঙাল্লকই ।উচেক ৱায়া খোংলকই) ও-অমম অঙান শিন্নরক্লমালে, উচেক ৱায়া খোংলকলে। নোংসিসু তপ্পা তপ্পা ঙানথোরকলি, (মীনিন তায়) কদায়দনো- কদায়নো মীনিন তারিসে ? (ঙকই) ঐ - ঐ খোঙসে হাংলগা হেক্তা ময়েংলগে। (থোঙ হাংঙি) হৈমা ! কনা কনানো লান্মী খরনা নুপী'মা চিংদুনা পুরকলিবসে? করি' মাঙ থারকলিসিনা লোয়া, নুপীসিনা - নুপীসিনা কনা? ইবেমচা? মানি ইবেমচানি ।

লোয়াঙম্বা ঃ— মজাইবেম্মা ননাই ঐখোয় খুরমজরি ।

ইবেমচা ঃ— মজাইবেম্মা ননাই ঐগী থৱায়তদি অমুক্তা কন্বিয়ু । ননাইনা খুয়া থম্বাল পায়দুনা --- । (মখোঙ কোন্দুনা কপচৈ)

থম্বালসনা ঃ-- করিনো মথোঙ মরমক অমত্তা খংদৌঙে । অদুগা ইং ইউপা ময়ামসিনা?

লোয়াঙম্বা ঃ— ননাই ঐখোয় মনাও ইবুঙোবু উনজবা লাকপনি ।

থম্বালসনা ঃ— অসুক ঙম্বসিদা ? পাবুংখ্যাদি চেপলমখিনি ।শবাউ লানবাউ করি লৈরবা ?

লোয়াঙম্বা ঃ— নুপীমচাসে অহিঙ থেংজিল্লফাও খোমলেন তুমখুন্দে ।নাইশঙগী থোঙ হাংলগা য়ুমজাউ খুদাদা ফম ফমদুনা লৈ। ঐখোয়নদি য়েক্লা কনা ওইরবোই খুৎলায় থাগে মহোৎনৈ। অদুগা মহাক্কী

তম্বা কনা ঙাইবোয়না ।

থম্বালসনা ঃ— করি ! ইবেমচা নঙ - নৎতবা শারমচৎ ? দন্দী ফংফম থোকই। পঙ্খৌ ইপাদা মতাক্কে ।

ইবেমচা ঃ— মজা ইবেম্মা, ননাই ঐবু অমুক্তদি কন্বিয়ু । ননাই নৎতবা লীচৎকী অহিঙ তুমদবা নৎচদে ।

থম্বালসনা ঃ— নৎত্রগদি ?

ইবেমচা ঃ— মৈশা পুরবা থম্মোয়সে খজিক্তং ইংগবরা হায়দুনা অথেংবা অহিঙগী অচীকপদা ঙৈহাক্তং পোথাজবনি । (কপ্পি ) --হু--হু-- ।

থম্বালসনা ঃ— ইবেমচা নঙগী ৱাফমসি ?

ইবেমচা ঃ— অহিঙ থেঙনা থেঙনা তুম্বগী হৈনবীসি কমদৌনা ওইখ্রিবনো খংদ্রে। চোকথরবা ইমীৎ অনিসিনা অহিং অহিংগী পুঙশিং তাক্কুনা য়ৈরিবা সনা কোনুংগী কাংশী মখোলসে তাদ্রি ফাউবদি ননাই তুম্বা কৌবা ময়াদে ?

থম্বালসনা ঃ— করি হায়বা ! অহিংগী পুঙশিং তাক্কুনা য়ৈরিবা সনা কোনুংগী কাংশী মখোল ?

ইবেমচা ঃ— অশেংবনি মজাইবেম্মা ।

থম্বালসনা ঃ— লোয়া ।

লোয়াঙম্বা ঃ— তাকপীয়ু মজা ইবেম্মা।

থম্বালসনা ঃ— ঐ মাবু ৱাহং পাউহংদুনা য়েংখিগে । নৎতবা ৱাফমগী ওইরম্লগদি সোয়দনা দন্দী ফংফম থোকই ।

লোয়াঙম্বা ঃ— হোয় মজাইবেম্মা ।

থম্বালসনা ঃ— অদুগা ৱাফমসি অঙম্বা কনাগী নাকোং য়ৌরুখিনুকো লোয়া ।

লোয়াঙম্বা ঃ— ফগনি । অদুদি ননাই ঐখোয় অমুক ।

থম্বালসনা ঃ— য়ারে য়ারে লেংবীরো । অদুগা লোয়া হোরেলদি নঙ অমুক্তা লাকখোকো ।

লোয়াঙম্বা ঃ— ফগনি মজাইবেম্মা , ননাই সোয়দনা লাকচগে। (চৎখি)

থম্বালসনা ঃ— ইবেমচা - নঙ ঐগী ইনাইনি । নঙনা অহিঙফাও নাইশঙ হাঙদুনা লৈরিবসি অমরোমদা নহাক লৈশাবীনি । নৎতবা থৌদোক ৱাথোক ময়াম'মা নঙনা মরম ওইদুনা থোরকপা য়ায় ।

ইবেমচা ঃ— সনা ইবেম্মা ননাই ঐ মতুংদা অমুক ।

থম্বালসনা ঃ— নঙগী কাংশী মখোল হায়বদো হায়য়ু কাংশী মখোলগা নঙগা করি মরী লৈনরিবা ? নঙনা তুম্বা য়াদ্রিবনা করিগী ?

ইবেমচা ঃ— সনা ইবেম্মা, লোৎলে মপু কানি । ফোংদোকলে থৌগল্লোন কায়গদ্রা মখল্লি ।

থম্বালসনা ঃ— হায়য়ু হায়য়ু ঐনা য়ারি ।

ইবেমচা ঃ— সনা ইবেম্মা- ননাই ঐদি মীনাইগী মপোকনি । করম্বা মীকুপ্তা কায়খিনি খংদনা তাউরিবা কোংগোনগুম্লবা পুন্সিনি । মজাইবেম্মগী থৌজালগী ৱাহৈসিনা নিংবা থুংবগুম ঙসিদি কয়াদা পেঞ্জরবা । মরাইবক ফরবা মীকুপসে ওইরমালে ইবেমচানা ঙাইজরকলিবসে --হু-- ।

থম্বালসনা ঃ— ইবেমচা নঙ অৱাবা থৌদোক অমগা মায়োক্নরে হায়বা ঐ খঙলে। নঙগী ৱারীদুনি ঐনা খৌরাংনা ঙাইহৈরিবসে ।

ইবেমচা ঃ— (অৱাবা খোর মপী'মা শাংনা হোম্বরগা) মজাইবেম্মা, ননাইদি গ্যান তারকপা মতমদা নাইশঙদা লৈরমলে । চাইরেল্লগী শামু হঞ্জবনা ঐবু কদায়দৈনো পুরক্লগা মীনাইশঙদা য়োকহন্নখিবনি হায় । শামু হঞ্জবসু লৈখিদ্রে । ননাই ঐগী ইমা ইপা কানানো হায়বদো মদুসু খঙবা ঙমজদ্রে। অদুবু ঙসিদি ঐ লৈশাবী মপুং ফারে । ঐনা লৈবাক মপু ইনিংথৌগী নাইশঙদা লৈরিঙৈ চহি অহুম মমাংগী ৱারীনি।

(হৌখিবা থৌদোক লীংশিংঙি । মতম অয়ুকনি । উচেক রায়া খোংঙি । মীখোন খরসু তাই )

ইবেমচা ঃ— (থোঙদা কাক কাক ফুই ) মনিমচা- মনিমচা- কৈদৌ য়াংনোনে শুকখুম খুমদ্রিসিবু? (অমুক্কা কৌই) হৌগৎলো হায়বনে নঙবু, মীকপ তাল্লনো নোঙাল্লে য়াহৌথেঙ । (মনি মচানা ইমুংদা য়াওনবগী মখোল তাই) কৈ নীপানিগে সিদি । হোরেল ইমাসিদা তাক্লগা চৈহনগেঙো ।

মনিমচা ঃ— (মপান্দা ঙাংলিবদো তায়) ও ইবেম্মা তারে তারে । চরোয়না খোংদ্রিঙৈ নঙ হান্না হেক্তা খোংঙরেনে হা । হোরেল চরোয়না

শাউরোইদ্রো ? (করেম্নবা। থোঙ হাংলগা থোরকই)।

ইবেমচা :– করেম্ননুঙো, নীপানবু' দুক য়াম তুমব্রো ? সনা কোনুংগী থৌগাইদি তুরেল লৈঙোয়দৈসু হেন্না কুপ্পী হায়বসে কাউনুকো। তু নুমীৎ থোরক্কদৌরে থাজদ্রগা য়েংঙুনে।

মনিমচা :– কদায়দনোনে নুমীৎতুবু ?

ইবেমচা :– হৈমা - কৈনো নুমীৎলোমদা য়েংদদনা ঐ ঙোন্দা সুম য়েংলিসিবু?

মনিমচা :– হো ইবেম্মা নঙগী খজায় অনিদো মমুন ফারে। হেকপা য়ারদরা য়েংঙিবা।

ইবেমচা :– ঙাউশিন্ননুঙো খজাই শঙ।

মনিমচা :– য়াম মোন্দা নুঙাইনা উই। থবক লোয়রবো অয়ুক্কী ?

ইবেমচা :– কদায়দৈ লোয়দোইবা। কোল - লীক ফেংবদি ইচে থোইনুগা তোনদোনগা অদৈ ইচে হৈয়াইগনা মখোয় অহুম্না হোৎনহৌরি। ঐ ৱাই তৈদোইনি কৈনো। ইবুঙো শ্রী শ্রী গোবিন্দজিগী মন্দোপসু ঙসিদি লোয়না থুংনা ৱাই তৈদৌরিনি।

মনিমচা :– অস অদুদি থবক য়াম্মিকো। নতেঙ পাংঙু হায়ব্রো ?

ইবেমচা :– উম ঈশিং খর হোম্বা য়াউবীয়ু। শুমাং - থেলোংদি লোয়না ৱাই শিংপা লোয়রে। অমোৎ অকায়শিংসে হুন্দোক্কদবতা মঙায়রে। উম ঙৈহাক পোথাবা ওইনা নঙবু হৌদোকপা চঙকপনিদা।

মনিমচা :– ঐশু লোয়না খঙঙিদা খঙঙিদা। নঙনা লোক খুবা, খৌদেম্বা, থবক মক্তা শুরবসু হান্না মখোন হেক্তা থোকহম্বা, কৈশু তৌজদবা হুই হৌদোঙ ফাউ হেক হেক মতাম্বা, চৈবীবা, ঐ ঙোন্দা পান্নবা। নৎত্রো?

ইবেমচা :– চোই, মতামনিকো সি নীপাসিমা। (নোকমীন্নে) অদো মনি মচা ঐ ৱা'মা হায়রুরা ?

মনিমচা :– হায়য়ু কৈ ৱা'নো অমদৈ হেম্বদি য়ারোইকো।

ইবেমচা :– হেনদোইনি কৈনো। উম কৈনো খঙদেঙো ঐসে তুম্বা হেক হৌগৎপগা মীংশেন হেক্তা য়েংনিংলকপা।

মনিমচা :– য়ে য়ে নশক অথীবিদো উরগা নুঙাইজরিবোইরে।

ইবেমচা :– হো ইবুঙো নঙদি ফজরে হে।

মনিমচা :– অদো কৈদৌরবা হায়য়ুনে।

ইবেমচা ঃ- কৈদৌবা হায়ববু নঙ তুম্বা হৌরব্রা হৌদ্রিব্রা শেন্নবা ।

মনিমচা ঃ- অদো অয়ুকসিদি নঙ থবক য়াম চিল্লীপোৎনিনা ।

ইবেমচা ঃ— চিন্দদি কৈনো ।নঙদৌনা নুংশিবা খঙদবা মী নৎতে ঐসে ।অওইনি মনি মচা ঐসে কৈনোমা ইতৌ তৌরমানে ।চৎলে চারে তুম্মে নঙতমা খন্দুনা শুম লৈবা ।মী অতৈসু তৌনরমগদ্রা খংদেঙো ।

মনিমচা ঃ— নতাৎ তৌরনু ইবেম্মা ।নুপী হায়সে লাই হাকতক্তগীসু থাজবা য়াদে হায়নরিবনি ।

ইবেমচা ঃ— চরোদা 'দুবু কৈ ৱানেনা ।অদো নঙসে নুংশিবা খঙদবা ওইনতা উই ।ঐগী ৱাখলনরা খঙদে ।

মনিমচা ঃ— ও নুংশিয়ে নুংশিয়ে নুংশিয়ে ।য়ারবো ?

ইবেমচা ঃ— খল্লু খল্লুরগা ৱাখনসে শুম পুংনুংতা নুংশিরকই ।

মনিমচা ঃ— য়ে করিগী ? কৈ ৱাখল্লো হায়য়ুনে ?

ইবেমচা ঃ— উম মপোকসিনদি তোম্বমখৈ তোল্লবনিদো । নঙ ঐনা অসুক ৱানা শাগৎচরিবা আশাসে অঙম্বা অমনা হায়ফেৎতং য়েংলকপদা অদুমক তেকখিবা তাবনি ।অদু ওইবা তারগদি ঐনা তৌগদৌরিসিবু করিনো? হু .... . ও......... (কপ্পী)

মনিমচা ঃ— হৈমা- ইবেমচা নঙ চান্ননা কপ্পমানে ।অঙাওবীসিদি 'দুগীবু কপ্পা হৌনব্রনে ? ঐখোয়গীদি লৈকোয় মপুনা ইমানি ইপানি পুন্নমক শুপ্পবনি।অদো নঙ কৈশু হেঞ্জিন্না খল্লুনুদা ইপু হঞ্জবনা ঐখোয়বু শুক ফজনা য়েংশিন্বিরিসিদি ।

ইবেমচা ঃ— অদু ওইরবসু ঐগী থম্মোয়সে ৱাদবা শুকঙম ঙমদে ।

মনিমচা ঃ-- হয়েং মনুং মতম চারগা ।

ইবেমচা ঃ— কৈদৌবা ?

মনিমচা ঃ— ইপুনা ফন ফনবা অদুম শিঞ্জরর্কা। কৈনো ।

ইবেমচা ঃ— নঙনা নীপানি ৱারীসে নঙনা হৌদোকদবনি ।উম - ঐনা পুংকক চাউরকপদা তা শোইরেনগা ইচে কবোকসু মনাও ইবুঙোনা চাউনা মহোংবীখি ।

মনিমচা ঃ— হোয়নে হোয়নে 'দুগী ৱাদো ঐসু হায়গে তৌবনি ।হায় কৈনো ৱারী হৌদোকলম্লগা চৎলবো ?

ইবেমচা ঃ— ও চৎলে থবক য়াম্মী ।

মনিমচা ঃ— শুখ্রপোৎনি মাই থবকসে । নঙগী মীংসে থবক মপী হায়বনা হেন্না পকচদৌরিয়ে ।

ইবেমচা ঃ— (লাপ্তক) ও ইবুঙো হৈনিংজোম ময়াম'মা খুন্দুনা থম্বীরম্লবনি । কোনুংগী কাংশীদো অমুক্তং লংনা ফেংদোকউ হায়দনা ইপু হঞ্জবনা হায়রম্বদো কাউরব্রো ?

মনিমচা ঃ— হোয়নে, হায়গুম্লদনা মসিদুম হান্না অমুক্তং লংনা ফেংদোক্কে । ঙরাংসু খন্দি খন্বনি হেক্তা কাউই । ইবেমচাসে নুংশিদবসু ঙমদে। মথৌ য়াম্না য়াংঙি । হৈনিংজোমসিদি কদায়দৈ হেকলক্লি য়াৎনো ? ঐবু কদায়দা হৌবা খংদেনে । ফেংদোক্কে ফেংদোক্কে। (কাংশী ফেংনা ফেংনা ঈশৈ ঙংঙি) ফেংবা হৌরুরবনিনা শেমবুংসিশু ফেংদোকহৌরগে । সি ওইরদি তরানি কুন্নি ইলং লংনা লৈজরনি । (ফেংঙি)

ইবেমচা ঃ— (অমুক চঙলকই) থবক য়াম ফৈকো । খাং অমুবা ৩/৪ খক লৈরিসে ঙৌরোক ঙৌনা অমুক্ত ফেংবীরগদি থৌনা ফৈ শোন্নগদবদো । খাং শিংসিনসু কয়াদা হরাওজগবা ।

মনিমচা ঃ— নথৌদা খোয়জংঙুদা ইবেম্মা । থবক্কা অমদা মীৎনা অমদা। হোরেল থবক হনজনিকো।

ইবেমচা ঃ— উম - মনিমচা নঙ অমুক্তা লাকপীয়ুবা, অওইনি ।

মনিমচা ঃ— কৈনো - কৈগীনো চীল্লা তাঞ্জাসিদা ?

ইবেমচা ঃ— উম - অমোৎ অকায় ময়ামসে থুমোকসিদা লোয়না পেকখৎলুরে। ইতোমতা থাংগৎপা ঙমদ্রবদো ।

মনিমচা ঃ— অদো ঐ পুরগা হৈদোকলুচো হায়রিরো ?

ইবেমচা ঃ— নৎতেদা ঐ অদুম পুগে । খ্বাং ফাউদং ইনখৎপীয়ু হায়গে তৌবনিদা।

মনিমচা ঃ— সে সে ইনখৎপীরগেসে । (ইনখৎপী) উ উম - হায় য়াম কল্লিকো।

ইবেমচা ঃ— সিবু কয়াম লুম্লদনা । ও ইবুঙো ইনখৎপীবা'মা য়াউরগদি নঙগুম্বা চাম্মা থাংগে হায়রিবনি ।

মনিমচা ঃ— খঙঙে খঙঙে ইবেম্মা । ঈশীং পুবদা পুন মরোন মরোন লোনখৎপদগী পুন ওম্থরক্তুনা কায়বদো... । তুরেন মপান্দা নঙনা

বাশক কায়রে হায়দনা ইকায়জখিবদো ।(নোকমিন্নে)

ইবেমচা ঃ— অদুদি লুম্বে নৎতেয়ে, পুন য়াম্মনখিদনা তৌবেনি চৎলেঙো ।(চৎখি)

মনিমচা ঃ— (মতোমতা শোঞ্জবা) সনা কোনুংসিদা থবক শুরিবা ময়াম সিগী মনুংদা খ্বায়দে মথৌ মশক খংবী'মা হায় তারগদি ইবেমচা ওইনি । কনামত্তনা মাঙোন্দা নঙ' সিমা তৌরমদ্রিবা করিগীনো হায়বা ঙমদে। অমোৎ অকায় হাপ্পা থুমোকসে শেগাদা য়েপ্লগা লাপ লাপ্পা চৎতুনা হৈদোকলুই। হুমাংনা মশা পুম্বা পুমচোৎ চোৎলবসু বায় খক হায়রকলোই। নোকমী নোকমী তৌদুনা লৈ ।ময়াম্না য়াবসু মহাক্তনি।

ইবেমচা ঃ— কৈনো মনিমচা মুরুম মুরুম শোল্লিববু ? ঈশৈ ঙংঙিরো ? (অমুক চঙলকই )

মনিমচা ঃ— বাবা শুকফাউ ফাউদ্রমালেকো ।

ইবেমচা ঃ— ইথৌ শুজববু কৈদৌবৈ বাদৌরিবা । নঙদৌনা কতনদি নৎতেঙো। (মনাক চঙলকই) অদো মনিমচা অওইনি নঙ খরসু তনগল্লি ।নঙনা থবক মক্তবু শুরবসু য়াম্না ওন্না উই ।অঙম্বা কনানা উখ্রগা নঙোন্দা ঙাঙগদ্রা চৈগদ্রা হায়দনা ঐ য়াম বাজে।

মনিমচা ঃ— য়ে নঙদি ঐহাকথক্কী পাখৎ চাওবী ওইরেকো ?

ইবেমচা ঃ— অওইমক্কীনি । চীন থীবা ওইদবা ঙাংবা হায়বসে ইশানসু য়াজদে। নঙনা শুগদবা থবক কয়ামসু ঐনা অদুম শুদোকই । মদো নঙশু খঙলিদুনি ।অদুগীসু মথক্তা নঙ য়াহৌ খরসু থেঙঙি। ঐনা নঙবু নুংশিরুবনরা খঙদে নঙগী থবক থৌরম কয়াদা ঐ হেক্তা য়েংশিন্নিংলকই ।

মনিমচা ঃ— খঙঙে খঙঙে, য়েংঙু ইবেম্মা - ঐসু হয়েংশীদি থবকসে তীংখৎতনা শুরদৌরিনি । নঙোন্দগী হাপ্পা হৌগৎলগা ঐ কৈদৌগে য়েংঙুদনা ।

ইবেমচা ঃ— খঙজরেঙো। 'দুই বাদো ঐ নহান নোংমসু তাখ্রে । তু - ইপু মন্ত্রিসু লাকয়ে ।নঙোন্দা করিনো অমদি সোইদনা হায়দৌরবনি।

চাউবা ঃ— হায় নখোয় কনা কনানো 'দুদা লৈরিদো?

মনিমচা ঃ— ননাই ঐখোয়নি ইপু মন্ত্রি ।

চাউবা ঃ— হায় মনিমচা নঙ থিরকপনি ।

মনিমচা ঃ— তাকপীয়ু ইপু ।

চাউবা ঃ— করি থবক শুরমলিবনো নঙদি ?

মনিমচা ঃ— উম কাংশী অহুমসিগা শেমবুংসিগা অমুক্তা লংনা ফোদোক্কেদনা ননাই ঐ — ।

চাউবা ঃ— ফরে ফরে। 'দু লোয়রগা থাঙ্গাপাৎতা লৈরিবা হীরেলদো অমুক্তা নখোয় কনা কনানো তৈথোক নাম্বোকলু । ইনিংথৌ ইমফাল তুরেলগী তোর্ব্বান কায়রিবদো সনা মীৎয়েং তাগনি হায়রি ।

মনিমচা ঃ— ফগনি ইপু, ননাই ঐখোয় হৌজিকমক সোয়দনবা হোৎনজগে।

## যন্ত্রগী মখোল

### অনিশুবা মতাং

(ইবেমচা পুখ্রি মপান্দা ফী সুরি । ফী শুবগী মখোল)

ইবেমচা ঃ— মতমসিশু আ য়ৌখ্রেনি তৌরিসে । ঐবু ফী ময়ামসিবু কংবা ঙমহৌগদ্রা খঙদ্রেনে । নুংশাসিসু - ।

মনিমচা ঃ— ফী য়াম শুইকো সনা ইবেম্মদি ।

ইবেমচা ঃ— শুদদি কৈনো । অদো নঙনা ঈশীং হোল্লিদুবু কদায়দনো ?

মনিমচা ঃ— 'দু হংঙিদুবু কৈগীনো ?

ইবেমচা ঃ— শুম হংবসিবু মরৌ লৈগনখ্রে । তীংখং পাম্বীদৌনা ।

মনিমচা ঃ— ও খঙজরবদো, ফী চনাং লাক্কে শোমদা ফীজিনসে অমুক্তা পায়বীয়ুকদি হায়রকলোইকো । ?

ইবেমচা ঃ— (নোক্লগা) সি নীপাসিমা য়াম শিংঙি । মীনা থবক শুনিংদবা কতন হায়বদো য়াম শিংবনি হায়নবসে চুমখ্রেদা ।

মনিমচা ঃ— হায় ঐবু কতনকা হায়রদনা । কতন ঐসে ইনিংথৌনা পেনবীবদগী মনা ফী - ক শেৎখিদৌরিনিঙো ।

ইবেমচা ঃ- (নোক্লগ) ও খঙঙে খঙঙে । নঙমুক তনবা মীসে লৈত্রে হায়দনা পীগদবা মনা ফী ।

মনিমচা ঃ— কান্নদে ইবেম্মা ঈশীং হোনগদবা য়াম্মী, ঐ চৎলে । (ঈশীং হোনদুনা চৎখি)

ইবেমচা ঃ— উম- হয়েংদি সনা কোনুংদা রাস কৎকদৌরি । ইমাসিজ

রাসমনিনা জগোই মকোক চিংগদৌরি । মেরাগী পুর্নিমাকা ওইবনে ঋখলসে ইনুংতা নুঙাই, থাম্মোয়সে মথুম মরাং হৌই। জগোই য়েংগদৌরি খনবদা নহান্দগী ঐসে তুম্বা চাবগা অমত্তা য়ারকত্রবনি। মান্দপকী য়ুম্বী মরুমদা ফল্লগা জগোয়সু য়েংগনি মনিমচাসু য়েংগনি ।(হরাওনা নোকচৈ) হায়গুন্নদনা মনিমচাদুবু ঈশীং হোনবা লাকখিদ্রা খঙদেসে। (ঈশৈ ঙংঙি)

মনিমচা :— (ঙাংনা ঙাংনা লাকই) ঈশিংক হায়বসে লৈরমদ্রবা মীওইবসে ও হোক্লা ঋানা হিংলমগনি ।কনাগী তিন কাং উচেক ঋায়া নাপী শিংবী । নৎত্র ইবেমচা ?

ইবেমচা :- হৈমা- ঙরাংনমুক হায় মীওইবা হায়বসিনা খোঙ অনিসে পাল্লমদ্রবা করম হায়না চৎলমগনি । হয়েংসু হায়রকপা য়াই - নুমিৎ থোরকত্রবদি পুংমম মমখিদুনা মীওইবা হায়বসে মা-রা মা-রা চৎনরক্কনি ।অদু ওইরবদি সনা লৈবাকসে কমদৌনি ?

মনিমচা :— অদো কৈদৌরগেবা ?

ইবেমচা :— দুগুম্বা ঋাদো নৎত্রবদি অতৈ ঋা - ক লৈত্রবরো হায়নিংঙায় ?

মনিমচা :— অদো করি ঋা হায়রু হায়রিনো ঐবু ?

ইবেমচা :— অদুদনে ঐনা নঙবু নুংশিবা খঙদে হায়রিবদো । 'দুই ঋাদুনা ঐঙোন্দা করি কান্নদোইনোবা ।

মনিমচা :— ও খঙঙে খঙঙে , ননাই লাঞ্জরে সনা ইবেম্মা ।নুংশিরৈ , নুংশি হীদাক, নুংশিকোন, নুংশিৎ মপী, নোংলৈ নুশিং, য়ারেদনা । নুংশি হায়বা ঋাহেবু য়াওরদি নঙগী অপেন্বা ওইদায়নে হা ?

ইবেমচা :— চোইরোল ঙাংনুসে । সে ফীজিনসে। **অমুক্তা পায়বীয়ুসে** ।

মনিমচা :— হায়রক্লেদনাদো । কদায় কদায় । **অদো সি লোয়রগা** খুদেংসিমতংগা পায়বীখোকদি হায়র**ক্লেইকো?**

ইবেমচা :— হায়জরোই হায়জারোই কতনজাও । থৌদারক্কনিদনা ইনাক্তা ফাও চংনিংদ্রবোইরে ।য়ারে য়ারে সিবু কয়াম ঋারদনা ।(ফী চনাং লাকপা লোয়বা)

মনিমচা :— অদো ইবেমচা নঙ হয়েঙ রাস য়েংগনিকো ?

ইবেমচা :— উম য়েংদদি কৈনো । ইমাসিজ তমপাকসু ঈশৈ হন্বা য়াওনি

হায় । অদো ঐ ঙোন্দা কৈ হায়গে খল্লিনো ?

মনিমচা ঃ— হায়নিংবদি ময়ামনিদা । কোন্না হায়রগে । ঈশীং ঙাইহৌই । (চৎখি)

ইবেমচা ঃ— অমত্তং ওইরসু হায়রম্মুবা । হৈমা চৎখ্রেনে, কয়াম ফৎখিদ্রিনো। উম খঙনিদনা হন্দকমুক ঈশীং শোকপা লাকপদদি । শুংকৌ কৌরোইদবনি। 'দু ওইরবদি মাসু কৈনোমা খঞ্জনি । ঐতনা মাঙোন্দা নোঞ্জগদবা নৎতে। উম - ইমা সিজ অনিগী ফী রোলদি শুবা লোয়রে । হৌজিক্তি ঐনা হয়েং রাস য়েংবদা শেৎন ইন্নবা ফী - সি'মুক শুরগে । উম তাতোনচাদা ফজনা ইস্ত্রি তকহল্লগা কেবা য়াবমখে কেরগা রাস য়েংগনি । মনি মচাদদি ঐ হয়েংসিমা শুকয়েং য়েংলোয় । ঐ ঙমনিয়ে শৈত্যা।

চাউবা ঃ— ইবেমচা, নঙ ফী শুরিব্রো ? (চঙলকই )

ইবেমচা ঃ— (খংঙি) হা — অ - ঐ - হোয় ইপু মন্ত্রি ননাই ঐ ।

চাউবা ঃ— নঙোন্দা ৱামা হায়গে লাকপনি ।

ইবেমচা ঃ— তাকপীয়ু ইপু ননাই ঐবু কৈদৌজৌ হায়বনো ।

চাউবা ঃ— মনাও ইবুঙোগী সিজ তোম্বীনা নঙবু কৌবি ।

ইবেমচা ঃ— (ঙকই) ইমা সিজ তোম্বীসনানা মনাই ঐবু কৌবদি কৈ থবক্কীনিনা ইপু ?

চাউবা ঃ— য়ে শুমদৌবনি, মনাও ইবুঙোগীদা থবক ইনখাংগী মী খর ৱাৎলে। নাই নুপী অনিমসু মশা ঙমদ্রে হায়, ইনিংথৌগীসিদদি নখোয় ময়ামনিদো । নঙব থবক থনা য়াংঙি মপুক মপাও ফৈ হায়দনা সিজ তোম্বীনা মাগীদা থমগে হায়রি ।

ইবেমচা ঃ— হা ! করি হায়বা ননাই ঐবু - - - । (মথৱাই ৱাবা) ।

চাউবা ঃ— য়ে মনাও ইবুঙোগীদি মীসু পংয়াম য়ামদবনি । নঙনা হেন্না নুঙাইরুদৌরিনি । নৎতে নঙবু ?

ইবেমচা ঃ— ইপু ননাই কৈশু হায়জদেদা । ইমা সিজনা কৌরবনিনা ।

চাউবা ঃ— হোয় হোয় । অদুদি ইপুসু চৎলেকো। (থোকখি)

ইবেমচা ঃ— হোয় ইপু । (কপ্লীংঙি) সনা য়াথংনি, ঐ চৎফম থোকই । ঐনা কমদৌনসু ঙমলোয় হায়গনি । মনাও ইবুঙোগী শঙ্গায়দি ইনিংথৌগী সনা শঙ্গায়গসু খর লাপ্পরি । অদু ওইরবদি ঐদি

মনি মচাগা কমদৌনা উননি । (কপ্পী) মাসু ঈশীং শোকপা লাকখিদ্রে । ঐনা মাঙোন্দা হায়গদৌরিসিবু করিনো ? ফী শিংসে ঐ অমুক হন্ন শুখিগে । মহাক লাকপা ঙাইখিগে -- হু -- হু -- হু -- । (নীংশিংবা লোইবা)

ইবেমচা :— অসুন্না নুমীৎসিদগী হৌনা ননাই ঐ মজাইবেম্মগী সনা শঙ্গাইসিদা লৈজরক্লিসিনি । নুমীৎতো অহিং তুম্বা য়াখিদে । ইখুৎনা শুজবা ফীদো শেৎ ইল্লগা রাস য়েংগনি হরাওজরমবদো অরেম্বদা তাখি। জগোই পুংখোলদি অদুমক তাখি । অহিং চুপ্পা কপখি ।

থম্বালসনা :— ইবেমচা ।

ইবেমচা :— অশেংবনি, মনিমচা মাহাক কোনুংগী কাংশী য়ৈবনি। মনা য়ৈবা কাংশী মখোলদু অহিং খুদিংগী ঐনা তাগদগী ঙাইরিবা ।

থম্বালসনা :— ইবেমচা ঐ খঙলে । ঐনদি মদু খঙদবনিনা নহাকপু দন্দী পীগেফাও খল্লুরে । অহিং ফাওবা তুমদঙে নহাক্লা থবক শুই হায়দনা ইমাসিনা ঙাংবা চৈবদুদি ঐসু তায় ।

ইবেমচা :— মজাইবেম্মা, ননাই ঐনা অহিঙ থেঙনা থেঙনা তুমজরিবসে মরম'মা লৈবননি খন্নীদুনা ঐবু অমুক্তদি কন্নীয়ু ।

থম্বালসনা :— ইবেমচা নহাক কনাদসু লানখিদে । ঐ নঙগী অৱাবদা শরুক য়ারি । মরমদি ঐসু নীঙোননি, নুপীগী মপোকনি ।

ইবেমচা :— মজাইবেম্মা ।

থম্বালসনা :— হায়য়ু হায়য়ু, মখাদি —।

ইবেমচা :— অহিঙ পুঙ তরানিথোই তারকপা মতমদা মহাক্কী পুঙশিং তাকপা কাংশীদো খ্বাইদগী শাংনা কোনুংদগী তরানিথোইরক য়ৈরকই । মীকুপসিদনি ননাই ঐনা নুঙাইতরিবা । মহাক্কা কাংশী য়ৈরগা ঐনা খুৎ থেক্কুনা মশিং থি ।- হু - হু - সিগী মতুংদাদি অতোপ্পা অমনা শিনথ্রনি ।

থম্বালসনা :— ইবেমচা কপকনু কপকনু ।

থম্বালসনা :— মানা খর তনবগা খরসু তুমগন্নগা কাওদুনা কাংশীসে য়ৈরকত্রগদি নিংথৌগী চৈরাক ফংগনি খঙ্গদুনা ননাই ঐনা লাপ্পা শেন্নজবনি । --হু --হু---হু-- ।

থম্বালসনা ঃ— ইবেমচা নঙগী ৱারীসে ঐ য়ান্না নুঙাইতে । ঐ নঙগী নতেং সোয়দনা পাংগনি । থাবল মঙালসে ঐ খক্তগী নৎতে । মেরাগী পুর্নিমা সে সনা কোনুংদতা ঙানবরা ? পোৎশক খুদিংমক মহাক্কী মতম মফম অমমম লোয়না লৈ ।

ইবেমচা ঃ— সনা ইবেম্মনা তাকপীরিবা ৱাফমসি ননাই ঐঙোন্দদি অসুক্কী মতীক পেঞ্জরে । মজাইবেম্মনা ঐবু অমুক্কা হন্না পোকপীরবনি। ননাইনা নখোঙ থাম্বল শোক্লা অমুক্তদি খুরুমজগে । ( খুরুম্মী)

থম্বালসনা ঃ— হৌগৎলো ইবেমচা হৌগৎলোসে । ঐ ঙসিসে ইপন নিংথৌবু খুরুম্বা চৎকনি । ইমাসিজশিংসু উনরক্কনি । মনি মচাগী ৱাফমসে তাঞ্জা চারগদি ঐনা সোয়দনা হৌদোক্কনি । লোয়শিনফম খঙদনা লৈরম্বা ঐগী ৱারীসে নঙগী ৱারীসিনা মখা শমথবা ওইরসনু । সনা কোনুং শিনবা থুংনা লাউদুনসু তাবিররোইদবা ঐগী ৱাকৎনি মসি মাগী নাকোংতংদি য়ৌহন্নিংবনি ।সনা ফীগে মরমদা থম্মোয় অমসু হীকনা হীকনা কপলিনে ইবেমচা। (কপনিংঙি)

ইবেমচা ঃ— করি হায়বা মজাইবেম্মা ! (ঙক্লা)

থম্বালসনা ঃ— ইবেমচা নঙনা খঙলুদুনসু কৈদৌরুনি । চৎলো চৎলো নথৌ শুজরুরো। ঙৈহাক লৈরগদি পাবুংখ্যাসু সনা কোনুং কাগে হায়রক্লনি।

ইবেমচা ঃ— হোয় মজাইবেম্মা ননাই ঐ । (থোকখি)

## যন্ত্রগী মখোল

### অহুমশুবা মতাং

(মনাও ইবুঙো নোংয়াইগী সনা সঙ্গাই। নীঙোল কা দা থম্বাল সনা হীক্লা হীক্লা কপ্লি)

থম্বালসনা ঃ— (অৱাবা নীংসাশ্বরগা লোয়ননা)। ঐগী লুহোংবা হয়েং লোয়রগা হংচিৎনি ।ইশানা পামদা পামদনা মাগী ঙকশমদা লৈ - পরেং হুকপদা মতারেকো।হু --হু --নুংশি মাবু য়েংনা য়েংনা মৈহৌরবা থম্মোয় কম্বীসে পুরদুনা ঐ অসুম্মক চৎখিবদা তারমানেকো হু - - - -। নিংথৌগী য়েৎথাংপুরিবা মন্ত্রি গোপালসনানা ঐগী ইপুরোয়বা । চহি মতাংবু য়েংনরুরবদি ঐসে মচাবু ওইবা য়ারি ।শমান লেংমান্নবসু

নৎতে, সিদবু ঐনা করন্না পেনথোক্কদৌরিবনো । লোয়া ঙম্বা ঐনা নুংশিজবদি নঙ খক্তনিকো। নঙনা ফমথোন য়াওদনা পীকখ্রবা লান্মী'মা ওইরম্বসিদা ইচিনসি কাংথোকপা ঙমদ্রেনে হু -- হু - । নঙগা ঐগা লোৎনা কন্দায়দনো চৎখ্রসি হায়বসু লৈবাক নিংথৌ পান্বনিনা লোৎ ফম লৈরোয় ।হু- -(থম্বালগী বাখন্দা মপা ইবুঙোনা শাউবা)

নোংয়াই ঃ— (শাউনা) করি ! মনাও ইবুঙোগী অমত্তা পোকচবী ইমো-বু পীকখ্রবা লান্মী অমদা । ইপু মন্ত্রি -।

চাউবা ঃ— মনাও ইবুঙো ।

নোংয়াই ঃ— লাঞ্জিং পুরেন হন্বা কৌখৎলু । লান্মী কনানো মশক খংগে। হায়বদা হোয়াদ্রগদি লৈবাক লান্না লোই থাখো ।

চাউবা ঃ— ফগনি মনাও ইবুঙো । পুন্নমক ননাই নপু শিঙ্গে ।

থম্বালসনা ঃ— (পাখৎনা) নৎতে নৎতে ইপু, মাবু অমুক্তা কন্দীয়ু । মাবু লৈবাক লান্না লোয় থাবীগনু ।মাগী মরাল লৈতে ।মাগী মরাল লৈতে।

নোংয়াই ঃ— ইয়া লমকেৎপী, লমহাইবী, ওক্তবী নঙ পাগী মায়োক্তা ।নখোয় কনা লৈ - মাবু নীঙোল কা দ থোঙলেন তরেৎ লোন্দুনা থম্মু।

থম্বালসনা ঃ— নৎতে নৎতে পন্থৌ অপোকপা নমোম থম্বাল লাঞ্জরে। নমোমবু ঙাকপীয়ু । নচানা খুয়া থম্বাল শোক্লা খুরুমজরিনে পন্থৌ অপোকপা। (থম্বালসনাগী বাখলগী মরক থৎনা লোয়াঙম্বা চঙলকই)

লোয়াঙম্বা ঃ— সনা ইবেম্মা ননাই লোয়া লাকচরি ।করি তাকপীগদবা ? (মীনিন তায়)

থম্বালসনা ঃ— হু --হু -- ইপু মন্ত্রি পাবুং খাবু অমুক্ত থম্জিন্দীয়ু কৈদৌবগে।

লোয়াঙম্বা ঃ— সনা ইবেম্মা ননাই লোয়া লাকচরি । করি তাকপীগদবা ?

থম্বালসনা ঃ— হা -- হা - -করি হায়বা ইপু ?

লোয়াঙম্বা ঃ— সনা ইবেম্মা ননাইবু ইপু মন্ত্রি কৌজরকউ তাকপীবরা?

থম্বালসনা ঃ— হা --নঙ - নঙ লোয়া - — ?

লোয়াঙম্বা ঃ— হোয় মজা ইবেম্মা, ননাই ঐ লোয়া ঙম্বনি ।

থম্বালসনা ঃ— করি ! করি হৌজিক্কীদুবু ঐগী বাখল ওইরম্লবা ! ঐগী বাখল

ওইরম্লবা? - (গ্যান তারকই)

লোয়াঙম্বা :— (ঙক্লা) করি ঐনা লাকলিবসি খোঙফম তাঞ্জা শোয়রবা!

থম্বালসনা :— ও ঐগী ব্লাখলসে কমদৌনা শেরান্নরুরিবনো । ঐদি ব্লাখল অমদা উংলুরেদনা । লোয়াঙম্বা ঐনা নঙবু লাউ হায়দুনা কৌখিবরনে ? নৎতে নঙনা শাফি লাফি শেৎতুনা -- ?

লোয়াঙম্বা :— হোয়, ইপু মন্ত্রিনদি মজাইবেম্মনা কৌরি তাকপী । করি পাউখোন শিবিগদগেনা ননাই ঐ... । অদুগা মনাও ইবুঙোবুসু খুরুমজগে লাক চবনি ।

থম্বালসনা :— (মতোমতা শোঞ্জবা) ইকাইখ্রেদা ! ঐবু করি হায়সিবা । আ লোয়া ঙম্বা ঐনা হংবদি নঙনা শাফি লানফি শেৎলক্লিসিবু করিগীনো হায়বনে?

লোযাঙম্বা :— অব্লাং মতাই চীংগী চীংজিন্দা অহিং অহিংদা পাম্বা কৈ মরাং হৌরে। লমদমদুগী প্রজাশিং মীপাইনরে হায় । সনা য়াথং লাক্তুনা ঐ খোয় লান্মী কুন কৈবন ঙাকপা চৎকদৌরি ।

থম্বালসনা :— করি হায়বা ।

লোয়াঙম্বা :— অসিগুম্বা থাজসে চহিগী পাম্বা হেক হেক মবাং হৌই ।

থম্বালসনা :— ও.. মেরা থানা চঙলকপগা মালেমসিনা নৌনা মালহৌনরব , ফৌনানা লেং লেং জগোই খুৎথেক তম, পারবা নিংথমগী লৈচীন্না থাজ নাক্তা কোইপাই পাইদুনা শান্নজা, মালেমসিনা লুপা মচুগুম ইরং লং, নুংশি মায়থোঙ মানবা অহিঙ, অসিগুম্বা অহিংসিদসু পাম্বা ঙাউবোইনা --- হু-- হু--। লোয়াঙম্বা ।

লোয়াঙম্বা :— তাকপীয়ু মজা ইবেম্মা ।

থম্বালসনা :— চরোৎ হাবুং মরক্তা চেন্না চোংনা শান্নজরিবা পাম্বা কৈবু তাঞ্জা চারে হায়দুনা মখোয়বু হাৎপীগনুকো।

লোয়াঙম্বা :- তাকপীরিসিবু মজাইবেম্মা ?

থম্বালসনা :— শেৎনা খাইনবগী মৈচাকসে শা ফাওবা ফংহন্নিংদেনে লোয়া হু- -হু --হু — হু- - ।

লোয়াঙবা :— করি হায়বা মজাইবেম্মা ?

থম্বালসনা :— লোয়া, পুকনীংনদি খঞ্জরুরে মীশক'মা । অদুবু লাইবক্লদি

ইম্বোকপীরে। নিংবা থুংদ্রে হায়দুনা হঞ্জিন হঞ্জিন কপচবসে নৎতনা - - ।

লোয়াঙম্বা ঃ— মজাইবেম্মা ৱাফমদো ননাই ঐহাকতি ।

থম্বালসনা ঃ— চৎলো ইপা ইবুঙোবু খুরুমগনি হায়বদো ।

লোয়াঙম্বা ঃ— ফগনি মজাইবেম্মা। (থোকখি)

থম্বালসনা ঃ— ও - ইরৈবাকপু শেন্নরিবা ইরৈবাক্কী লান্মীসিংসে কয়াদা নুংশিরিবা, লৈবাক্কী লুপ্লবা থৌগাইনা নমদা থোং লৈচাওনবা - খুঞ্জাওনবা। সিদবু করন্না মীচং মীখায় নাইফম থোকপগে । লৈবাক্কী লান্মীনা মায়থীবা তারগদি নিংথৌসু মায়থীবা তাবনি। লান্মী লৈতবা মফমদা নিংথৌ লৈবা হৌনদে । ও - ঐগী ৱাখল ওন্নরে, ঐগী নিংজবা আশানা কায়খ্রবসু ইবেমচাগীদি থুংজবা ওসনু । ইপু হঞ্জবসু মতা চানা লাকলে ।ঐ হেক্তা কৌরগে ।ইপু - ইপু হঞ্জবা।

চাউবা ঃ— ক করি হায়গে সনা ইবেম্মা ইপুবু কৌবদি ?

থম্বালসনা ঃ- ফী দা সোমদা অমুক্তা লেংশিন্বিয়ু, নশুগা বাহী অমত্তা শাসি ইপু ।

চাউবা ঃ— ইবেম্মা ইপু ঙসাইনা লাক্কে খন্বনি । ইশ করিনো ইশুই মায়থোঙ মকশিল্লি। ইশু কপ্লোইনা ?

থম্বালসনা ঃ— ইপু ইপাম লমদম কায়নগদবসে খল্লুবদা করন্নসু কপ্তুবা ঙমলুনি।

চাউবা ঃ— নীঙোল মপোক হায়সিদি সি ঙক্তনিদা ইবেম্মা । সিদ য়ায় নাদ য়ায় ঈশ্বরবু খুরম্মু । পুন্নমক মপু মাগী ৱায়েন্নি ।

থম্বালসনা ঃ— হোয় ইপু ।

চাউবা ঃ— ননাই নপুদো চরোইনা তেতু খোংবগা কৈরুংবগীদা চৎলুবনি। লুহোংবগী থৌদোকসিমা থোকপগা ইপুসু মহাদা চিল্লে । ইপু হংববু ইশু কৈদৌবোইনা ?

থম্বালসনা ঃ— ইপু মন্ত্রিদি নিংথৌরোল অনি থংন থংননা লৈবাক [illegible] খংদ - হৈত পুন্নমক ইপুগসু ৱাতান্নরি ।

চাউবা ঃ— হায়য়ু হায়য়ু ইপুবু কৈদৌ হায়বনো ?

থম্বালসনা ঃ— ইপু সনা কোনুংসিদা নাই নুপী লুহোংবীবসিবু করি কায়বগোনে?

চাউবা ঃ— নাই নুপী লুহোংবীবা হায়বা ?

থম্বালসনা ঃ— হোয় ইপু ।

চাউবা ঃ- কৈস্সু কায়দে । মাংলমচৎতসু ইনিংথৌ য়াওনা চাউনা লুহোং কৈহোংবা অদুম পাংথোকখিবা লৈ । তৌবতবু ইনিংথৌগী অয়াবমা চংঙি । কৈ কৈদৌবা য়াওবগেনে ইশুবু ?

থম্বালসনা ঃ- শুম খঙনিংদনা হংবনিদা ।অদো ইপু, উম সনা কোনুংদা মনিমচা হায়দনা তান য়ৈবা নীপামচামা লৈ হায় ।ইপুবু খঙ লাকপীবরো?

চাউবা ঃ— মনিমচা (চিংনবা) অয়ুক নুংথিল নুমীদাং পুঙশিং তাক্কুনা তান য়ৈবগী থবকসিদি মখোয় নীপা মরিনা পুবনি ।মখোয়দুবু-- মখোয়দুবু--অ হোয় হোয় লৈরম্মী ।অদো কৈদৌরবা ইবেম্মা?

থম্বালসনা ঃ— মাগা অমুক্তা ঐগা উনহল্লু ইপু ।

চাউবা ঃ- মাদি হান্না লৈরম্মী হায়বগী ৱানি ।

থম্বালসনা ঃ— হৌজিক্তি হায়সিবু মাবু ?

চাউবা ঃ- সুমদৌনি ইশু সনা, মনিমচা হায়রিবা নীপামচাদু ত্রিপুরাদা ওংখিবী নচেমসি কমলানা কুইরে চহি অনিমুক ফারনি ইমুং মনুং থবক থনাগী হায়দনা মাবু পুরগা চৎখিবা ।

থম্বালসনা ঃ— হা ! ইস ! অদুদি কমদৌনি মাদি ।(থৱায় ৱাবা)

চাউবা ঃ— ইবেম্মা ননাই ইপুদি গ্যান অমা ।
(তাঞ্জাসিদা ইবেমচানা চা পুদুনা থোরকই)

ইবেমচা ঃ— সনা ইবেম্মা, ইপুসু ননাইনা চা পুজরক্লি ।

থম্বালসনা ঃ- য়ারে য়ারে থম্মো থম্মো ।

ইবেমচা ঃ— সনা ইবেম্মা অতৈ কৈ কৈ ..?

থম্বালসনা ঃ— য়ারে য়ারে, চৎলো চৎলো নথৌ শুজরুরো ।

ইবেমচা ঃ— ফগনি সনা ইবেম্মা। (থোরকই) করিগীনো ঐখোয় মজা ইবেম্মনা অসুক নুংশুক নুংজাননা উরিসিবু ? ইপু মন্ত্রিগা করি ৱারীবু শান্নরমলিবা ? ঐগী ৱাফম সিবু মহাক তশেংনা কাওখ্র য়াৎলা? মাগী লুহোংবগী মরাং মরাং মরমকসিদা কাওফমসু থোকই ।ঐবু কমদৌসিবা ? ঐদি ঙসাইদগী মহাক্না কৌরকপা ঙাইদুনা লৈজবনি। হুম ঐবু উরগা মানা নিংশিংলক্কুনা ইপু মন্ত্রিগা ৱারী শান্নবসু কনানা খঙনি ।ঐ হেক্তা চঙলগে। উম মজাইবেম্মা ননাই অমুক্তা চঙজরকপা ..?

থম্বালসনা ঃ— য়ানি য়ানি, কৈদৌরে ইবেমচা ইফিং ফিংনমুক ?

ইবেমচা ঃ— ঙসাই ঐনা সনা ইবেম্মগী কা'সে ৱাই তৈবা লোইরগা ফমুং মায়থসে অফংবমা হেক্তা থাজিল্লমলে । ইফ ফজদ্রগদি অমা শিন্দোকসিরা হায়দনা হঙ্গৎচরিবা ।

থম্বালসনা ঃ— য়ারে য়ারে, সিসু ফজৈ কৈনো । নঙনা শুবা থবকপু করিগীমুক খুৎ হন্দৌরিনো ?

ইবেমচা ঃ— উম মজাইবেম্মনা পংথা থাগৎপীরে । নীঙোল মখৈনা সনা ইবেম্মগা শিনজু চামিন্ননিদনা হোৎনহৌই । ইমাসিজ হো[illegible] সনা লীক - কোন ময়াম অমগী অপাম পামদা খন্নহৌই ।

থম্বালসনা ঃ- ফবে ফরে । অদো ইবেমচা নঙ য়াম ৱানা চোকথনা উবে ঙৈহাক পোথাজরু । চৎলো চৎলো ।

ইবেমচা ঃ— ফগনি সনা ইবেম্মা । (থোকখি)

থম্বালসনা ঃ— অদুদি ইপু নহানমখৈ কাংশী য়ৈবগী থবকসিদি অ[illegible]তাপ্পনা ওইরম্লবা ?

চাউবা ঃ— হোয় হোয় । অদো মনিমচাগী ৱাফমা[illegible]বু ইশুনা থওইনা হেক হৌদোরকলিসিবু ?

থম্বালসনা ঃ- ইপু ৱারীসে কোন্না ইংনা শারসি । ইমান্নবী ময়াম অমনসু ঐবু ঙাইদুনা লৈরমানে ।

চাউবা ঃ— হোযদা হোয়দা ইপু কদায়দসু চৎথোকলোই ।

## যন্ত্রগী মখোল

### মরিশুবা মতাং

(থম্বাল সনাগী লুহোংবা লোইরকপগী ময়াম লাংঙি ।

চাউবা ঃ— মনাও ইবুঙো ননাই নপু খুরুমজরি ।

নোংয়াই ঃ— খুরুমজরি ইপু মন্ত্রি। লেংশিন্বিয়ু ফীদা সোমদা । [illegible]মদৌ[illegible] ইপু নশু থম্বালগী লুহোংবসে ?

চাউবা ঃ— করি হায়নি মনাও ইবুঙো, য়াইতোং খমদোংবদগী হৌনা [illegible] প্রজা ফাউবনা অঙকপগী মওংনিত শোন্নখ্রে । ননাই [illegible] মমাংদা খক উখিদ্রি অসুক চাওবা অসুক ফজবা মহো[illegible]সিদি ।

নোংয়াই ঃ— (হয়াওনা নোকচবা) ইচানুপী মতোমতনি অনিরক হোংগে য়াবা নৎতেদো ইপু । পুন্নমক্কী মনিং থুংহনগেদনা চাওনা হোংবনি । প্রজা মখৈনা পেনবী তাজবদা মনাও ইবুঙো নোংয়াইদি পুক্কীং খৈনা পেল্লিহে ইপু ।

চাউবা ঃ— অচুম্বনি, ইশু থম্বালদি মীংথোলগা চান্নে । সনাতা সনা হায়দুনি। ফজনা লৈতেংলবা মান্দোপ ময়ায়দুদা সনানা পুংয়োম য়োমশিল্লবী ইশুনা বড়গী নাকন্দা ফম্বদো কয়াদা ফজখ্রে । ঐগী ইবুঙো ইবেম্মা শ্রী শ্রী রধা কৃষ্ণ অনিনা মীয়ামগী সমুদ্র অদুবু লেপ্পা থৌজাম্বীরগে মতাগুম পুক্লিংসে কয়াদা নুংশিকুরবা । মীৎতগী পীসে শিন্থখিবা খঙহৌদে মনাও ইবুঙো ।

নোংয়াই ঃ— ইপু মন্ত্রি ।

চাউবা ঃ— তাকপীয়ু মনাও ইবুঙো ।

নোংয়াই ঃ— ইচাগী অউনপোৎকী মতাংদা কনা কনানা শিন লাংঙি ?

চাউবা ঃ— অউপোৎকী থৌদাংসিদি মন্ত্রি থোকচাউ দা শিন্নবনি । কৈ কৈদৌবা য়াউরবগেনে মনাও ইবুঙো ?

নোংয়াই - ইমোম থম্বালগী অউনপোৎতা চীং যাওদ্রিমালে ।

চাউবা ঃ- মদুমদি ননাই নপু তাজদে । য়াউরমগদবা মান্দে ।

নোংয়াই ঃ— ইপু ,আদা উরিবা পাৎয়াগা শন্নখ্রিবা চীংদুম অনিসে ইমোম থম্বালসনাদা উল্লবনি ।

চাউবা ঃ— উনফম থোকই, ইশুগীবু । হায় নখোয় কনা কনা লৈ ?

লান্মী অমা ঃ— ননাই ঐখোয় লৈজে। করি তাকপীদবা ইপু মন্ত্রি ?

চাউবা ঃ— মন্ত্রি থোকচাউ অমুক্তা কৌরু । মনাও ইবুঙোগী য়াথংনি ।

লান্মী অমা ঃ— ফগনি ইপু মন্ত্রি, ননাই হৌজিকমক কৌজরুগে ।

## যন্ত্রগী মখোল

### অরোয়বা মতাং

(মনাও ইবুঙোগী সনা শঙ্গায়নি, ময়াম নিল্লি, মরক্তা ইবেমচা কপ্পী)

ইবেমচা ঃ— অসুক কুইনা শিন লাংলকপা মজা ইবেম্মগী লুহোংবা ঙরাং লোয়খ্রে । ঙসিদি বড়গী য়ুমদা খোঙশাল্লগনি । মন্ত্রি ফমনাইবা

পুন্নমকসু শুনা তিল্লরে। মীয়াম হুপ্পা মৌ থিনবা চৎকদৌরি। হরাওরি - লাংনরি - অদুবু ইবেমচাদি হরাওবসিদা শরুক য়াবা ঙমদ্রে। পুকনীংনা খঞ্জবা মীশক অমদি শুকউ উবা ফংদ্রে। মজা ইবেম্মগী লুহোংবদা শোয়দনা উজবা ফংলগনি হরাওজরম্ব - দো অরেম্বদা তারমালে। মীয়াম তিল্লম্বগী চাইরম্বা কয়াসে ঐনা ৱাইশিং লমশেংবদা মহাক্কী খোঙ্গুল ফাওবা তারম্বা য়াইকো হায়দুনা ঐনা নোঙ্গদুনা য়েংলি।--হু--হু-- ।

চাউবা ঃ— (ঙাংনা ঙাংনা চঙলকই) লোয়রো লোয়রো ঙৈহাক লৈরগদি যাত্রা পুংফমসু য়ৌরক্লনি। ইনিংথৌসু সনা খোঙলেংলগনি। ইহে - হায় কনা ইবেমচারা ?

ইবেমচা ঃ— হোয় ইপু ননাই ঐনি।

চাউবা ঃ— লেপকনু লেপকনু ৱারবদা ঙসি মঙায়। থৌদোক'মা থোকপা হায়বসে পুন্নমকসু থৌচিল্লিবনি। কৈ কৈ চিংথরি নঙনা খঙনা য়েংশিল্লু।

ইবেমচা ঃ— হোয় ইপু ।

চাউবা ঃ- অদো কদায় ইশু থম্বালদি ?

থম্বালসনা ঃ— (মাগী কাদগী) ইপু লেংশিন্বিরকউ নশু থম্বাল লৈজৈয়ে।

চাউবা ঃ— ইবেম্মা ইপু কৌববু কৈগীনিনা ?

থম্বালসনা ঃ— লেংশিন্বীয়ু খুদাশোমদা ইপু ।

চাউবা ঃ— হায়য়ু হায়য়ু ইশুই করি ৱাৎলবা ?

থম্বালসনা ঃ— ইপু নশুনা ইপাম লমদম কায়নবগী ৱাববুদি ইবেমচা কায়নবনা হেন্না ৱানা থোকলে ।

চাউবা ঃ— ইশু সনাবু ?

থম্বালসনা ঃ— ঐনা মাগী ফনবা খনখি। ইবেমচানা মবুক্তা করি খল্লগা লৈরমগনি হায়বদুসু ঐ খঙঙি। খঙশিন উশিন্নদা ঐ শা শুম চৎখ্রগদি মা পুকনীংদা য়াম ৱারৌহৌরনি।

চাউবা ঃ— ইশু সনাগী ৱাফমসে ননাই নপুদি।

থম্বালসনা ঃ— শুমদৌবানি ইপু, ত্রিপুরাদা লৈখিবা মনিমচাদো ইবেমচাগা লুহোংবীরসি। মখোয় মশা মশাসু অমগা অমগা য়াম্না নীংনৈ হায়।

চাউবা ঃ— অদুদা নাই মরক্তগীদি মহাক্লা থবক থনা ইয়াং য়াংঙি, হৌন লোনচৎ খংঙি । মানা লুহোং কৈহোংখ্রগদি ।

থম্বালসনা ঃ— মসিবু মীওইবগী ধর্ম্ম নৎতব্রনে । মাগী য়ৌবোনগী পুন্সিবু নমশিন্দুনা থম্বীবা ঐ য়াজনিংদে । ইচেমসিদা হায়রগা অদুম য়াজনি । মনিমচাদো কৌথোকপীরো । ইপুনা খর ফনবা শিম্বীয়ু।

চাউবা ঃ— ব্রাফমসে ফজ্জে য়ানিংঙিদি হায়ববু মনাও ইবুঙোনা করি হায়রক্কবা । মচি মচিদা লৈবাক ঈরাং হৌই । লমলোন্নরিবা লৈবাক অনি নিঙাই শংদানরি । শা লান তম্বা ঙমদে হায়দনা ঙরাং মনাও ইবুঙোনা ব্রারী তৌই ।

থম্বালসনা ঃ— ইপা ইবুঙোনবু হোয়াবীরগদি মতমগী খুদোং চাবা ঙাইরবসু কৈদৌবগে । ব্রাফমসে ইপুনা খর হৌদোকপীয়ু ।

চাউবা ঃ— হোয় হোয়, ইশুনা শিন্নরম্বা থবকসে তাঞ্জা চাবমা য়েংলগা ননাই নপু হৌদোক্কে । ইশুই মীচং চংশু ঙায়না করিনো। (নোকযেৎ)

থম্বালসনা ঃ— নুঙাইজরে ইপু । ইবেমচা - লৈব্রো নঙবু (কৌই) ?

ইবেমচা ঃ— সনা ইবেম্মা, ননাই ইবেমচা লাকচরে । সনা য়াথং করি তাকপীগদবা ? (চঙলকই)

থম্বালসনা ঃ— ঈশীং গ্লাস অনিখক্তং পুরকউ ইবেমচা ।

ইবেমচা ঃ— ফগনি সনা ইবেম্মা । (থোকখি) ।

থম্বালসনা ঃ— ইপুনা ইবেমচাগী দমক হোয়' য়াবসে নশু থম্বালদি অসুক্কী মতীক পেঞ্জরে । ঐনসু ব্রাফমসে ইপা ইবুঙোদা তাঞ্জা চাবমদা সোইদনা হৌদোক্কে খল্লি । অদো ইপু ।

চাউবা ঃ— সনা ইবেম্মা ?

থম্বালসনা ঃ— অব্রাং মতাই চীংজিন্দা কৈবন ঙাকপা চৎখ্রিবা লোয়াঙম্বগী করি মপাউ তাবগেনে ?

চাউবা ঃ— ইপুদি ইশু লুহোংবসিদা থৌ চিন্দুনা লৈরে । কোনুংকা কাদ্রে । লৈবাক পাউদি ইপু কৈশু তাদেনা ।

ইবেমচা ঃ— উম মজাইবেম্মা ঈশীং হায়বদো পুজরক্লে ।

থম্বালসনা ঃ— থম্মো থম্মো ইবেমচা ।

ইবেমচা ঃ— মজাইবেন্ম ।

থম্বালসনা ঃ— নঙগী কোনুংগী কাংশী য়েবদো অতোপ্পা অমনা ওইরম্লে । মনি মচাদি চহি অনিমুক্কী মমাংদগী ত্রিপুরাদা ওংখিবী ইচেমসি অমনা পুদুনা চৎলমলে । মাবু কৌথোক্লগা নঙগা লুহোংবগী ব্বাফমনি ঐনা ইপুগা খন্নরমলিবসে ।

ইবেমচা ঃ— করি হায়বা ! মহাক ত্রিপুরাদা ? (মমোন্দা শোঞ্জবা)

চাউবা ঃ— হা - ইকায়রুনু ইকায়রুনু ইবেমচা । ইশু থম্বালনা খল্লিবসে নঙগী ফননবনি । ইপুনসু অঙম্বা মতেং পাংগনিদা । (তাঞ্জাসিদা মনাও ইবুঙো ঙাংনা ঙাংনা চঙলকই)

নোংয়াই ঃ— নুঙাইরে । লৈবাক্কী লান্মী হায়বদো লোয়াঙম্বা মহাক্তনি । নগুন তাবদা নুঙাই । লৈবাকসিগী ইমায়নি, নীপা হায়বদো অদুনিদনা।

চাউবা ঃ— মনাও ইবুঙো ননাই নপু খুরমজরি।

নোংয়াই ঃ— ইপুশু লৈবীরমলি ?

চাউবা ঃ— হোয় মনাও ইবুঙো, ইশু ইপু সেগা মাযগা ব্বাতালরম্বা ।

থম্বালসনা ঃ— ইপাইবুঙো লোয়াঙম্বা কৈদৌবোইনা ? শাবাউ লানবাউ করি লৈরবা?

নোংয়াই ঃ— থম্মোয় খৈনা পেল্লী । থংনবা লৈবাক্কী যেক্লবা লান্মী মঙা ইরম লান্না চঙলক্কুনা চীংজাও নাওপোম খাম্বী মৈথারম্বা, চীংশু উ হুরাল্লম্বা লোয়াঙম্বনা হিংনা ফারকলে ।

চাউবা ঃ— ইয়া হা - - হা নুঙাইবা পাউনিনা মনাও ইবুঙো ।

নোংয়াই ঃ— ঙকচাও থেকপাশিংদু মখুৎ তুংবুন্নরগা দরবার লোয়শঙদা লৈহৌরে । য়ামবুং ইবুঙোগা অতোপ্পা ব্বাগী ব্বারী শারিঙে নুঙাইবা পাউসে থুংলবনি।

চাউবা ঃ— সব্বাস ! মহাক মতীক চাবা লৈবাকসিগী মীংচৎ পুক্কদবা লান্মীনি । লোয়া ঐনা নঙবু থাগৎলি । নহাক নীপান। হা - হা - হা - (হরাওনা নোকই )

নোংয়াই ঃ— অসিতসু নৎতনা মহাক্না লুচিংদুনা কৈবন ঙাকখিবদগী পান্বা অমত্তা মরাং হৌখিদ্রে । লমদমদুগী প্রজাশিং ইংনা খুন্দা লৈতাজরে ।

চাউবা ঃ— থৌনা ফৈদা লোয়াদি ।

নোংয়াই ঃ— চাউদম শাংদম রাশিনা চঙখোল্লিবা, য়েংবগী পেনবা নাইখিদ্রবা

নীপা থোকপা লান্মীনি । মমাংগী মায় পাকলকখিবা লানফম অদুদসু মহাক্কী থৌদাঙ চাউনা লৈখি । হৌজিক্তি য়ুমলোন্নবা লৈবাক্না মরায় নোল্লক্কদবদো ঙৈহাক্তা ঙাইরেদনা হা-- হা -- । (নোকই)

চাউবা ঃ— অশেংবনি । হুরান লানাদা মঙক হায়গৎপা মীরৎ নারৎ য়েংলগা লম খোপচিন্বা লমহুইগী চাদা নাওদানি মখোয়দি ।

নোংয়াই ঃ— য়ামবুং ইবুঙোসু পুকনীং খৈনা পেল্লমানে। লোয়া ঙম্বদা লাঞ্জীং পুরেল ফমথোন লানথোক্লগনি হায়রি।

থম্বালসনা ঃ— করি হায়বা ! লাঞ্জিং পুরেন .. । (শোঞ্জবা)

চাউব ঃ— ফমদুমক মতীক চারবনি । ননাই নপুসু হায়গে খন্বনি থিন্দনা ফমথোন লাম্থোকফম থোকই ।

নোংয়াই ঃ— ইমোম অনি শুজরন্নবদি মাবু ইয়া ওইবা য়াববনিসে ।

থম্বালসনা ঃ— করি! ইমোম অনি শুজরন্নবদি ইযা ওইবা যাববনি। (শোঞ্জবা) হু-- হু-- (কপ্পী)

নোংযাই ঃ-- ইমোম লাংলেন ইবেম্মা কপ্পগনু ইচাদি । ইচানা খোঙশাল্লমদাই ইপানা নুঙায়বা পাউ তায়। যাইফ খোঙচৎ তান্বনি ইচাই মঙ্গল ওইসনু । অউনপোৎকী মতাংদদি ইমোমগী অপেন পেন্দা করি লৈবা ? করি হাপ্পু হায়রিবা ?

খম্বালসনা ঃ - হু-হু- অমনা নীংবা কায়রবসু অমদি থুংবা ওইসনু (মমোন্দা। ইপা ইবুঙো, অউনপোৎকী মতাংদদি নমোন্না পেন্দবা অমত্তা লৈজদ্রে । হু- -নচানা পীশক পীকলিঙৈ ইমাসিনা ঐবু পোদুনা কোইপু পুরিঙৈ, নাহোংদগী লীৎথরকপা ইখোঙ অনিসে পাবুংখ্যানা পায়রগা চীংথরগে চীংথরগে কীহনখিবা, অদুগুম্বা নমোমগী ইখোঙ অনিসিনা চাওর কাংদোঙ ফাদুনা পঙ্থৌগী খরায় থোঙ্গাল লাল্লমদাই নচানা করিগুম্বা অমতংদি নীজগেনে অপোকপা ।

নোংয়াই ঃ— হায়য়ু হায়য়ু । ইমোমনা অতৈ করি পামলিবা ইপা লৈরিসিদি?

থম্বালসনা ঃ— হু-- ইনাক্তা ফম্লগা লুকথদুনা লৈরীবী ইবেমচাসে ।

নোংয়াই ঃ— হা- ইবেচা কৈদৌরবা ? মাবু পুরগে হায়রিব্রনে ?

থম্বালসনা ঃ— হায়দেদা ইপা ইবুঙো ।

নোংয়াই ঃ— হোয়দা হোয়দা, ইচাগীদি নাই মঙা উল্লিদনা । আ কছাড়দা ওংবী নচেম তোম্বীনা ইবেমচাসে ।

থম্বালসনা ঃ— ইবেমচা কৈদৌরবা ?

নোংয়াই ঃ— হা য়ামবুংনা পোকচবী ওইরগসু ঐগীসু ইচানি । ইবেমচাসে থবক থনা হৈ, লুই, নাল্লি, মপুক - মপাও নুংশি হায়দনা মাবু কছাড়দা পুরগে হায় ।

থম্বালসনা ঃ— করি হায়বা ! ইবেমচাবু ?

নোংয়াই ঃ— নচে তোম্বীদো ইপানসু লুনা তৌজবগা হোয় হায়দোক্খ্রে । খুমদোকখ্রবা জৱানি, মা পুজখ্রসনু । নঙ লুহোংবদা নীঙোল মখৈ পুল্লবসে ইপা নুঙায় । নুঙাইত্রনে ইপু ?

থম্বালসনা ঃ— করি হায়বা! (মমোন্দা শোঞ্জবা )

চাউবা ঃ— নুঙাই নুঙাই, কুইরবগী তুংদা ইচা ইশুশিং উনব্রনি ।

নোংয়াই ঃ— ইবেমচা কছাড় হায়বসিসু নুঙাইবনিদা । নম ঃংবা ওইনা আদা অমুক লৈজরুরোকো ।

ইবেমচা ঃ- হোয় মনাও ইবুঙো, সনা য়াথং লৈখা তাহঞ্জরোয় ।

নোংয়াই ঃ— অদুদি ইমোম থম্বালগী পুকনীংনা ৱাৎলি খল্লিবনা - সনা, লুপা, মনি, মুক্তা, - - - ? ইপু ইমোমগী অৱাৎপা মখাক থমগনু ইচাগী পুক্নীং চোনা পীখো । পুন্নমকসে ইচাগী দমক্তনিনে ।

থম্বালসনা ঃ— হু - - পম্থৌ অপোকপা নমোমনা পামজবদি মদু অমত্তা নৎতে। হায়দোকখ্রবা যৱা অমুক হঞ্জিন্বীয়ু হায়বগী পাঙ্গলসু লৈ... ইপন্না নিংথৌ ওইরিঙৈ, ইপানা মথং খল্লি..., ... ঐবু লোইবা লৈমাবা হায়দুনা মকোক নোন্ন ...

নোংয়াই ঃ— ইবেম্মা ।

থম্বালসনা ঃ— লৈবাকসিদা লৈরিবা তোল্লা তারবা অশোন অনা... নুংশিবীয়ু। মখোয়গী মফম অমা পীবিয়ু । মখোয়... তৌবিদুনা নীং তম্না হীংজবগী অধিকার পীবিয়ু । মখোয়... লৈবাকসিগী মীনি - - হু - - হু - - ।

চাউবা ঃ— ও নুংশিদা ইশুগী ৱাফমসে ।

নোংয়াই ঃ— নুংশিদা ইচাতনি । লৈবাক্কী লুরবা তানফম কয়াদা ইমোমনা পুকনীংগী পাঙ্গল পীখিবা লৈ । নঙগুম্বী ইমোম ফংজবসিদি ইপাগী লাইবক ফবনি । নপাম লমদম কায়নরে কপকনু, লৈচাওনবা খুঞ্জাওনবা খন্নরকপা তাঞ্জাদা ইপানা নঙবু কৌরক্কনি।

চাউবা ঃ— ইহে - মনাও ইবুঙো ।

নোয়াই ঃ— তাকপীয়ু ইপু ।

চাউবা ঃ— সনা শঙ্গাইরোমদা লৈকোয় মপু লেঙলক্লিমানে ।

নোংয়াই ঃ— হা- অদুদি চৎসি ইপু, য়ামবুং নিংথৌ ওকলুসি ।( থোকখি ) ।

থম্বালসনা ঃ— হু - - হু - - ইবেমচা ঐ কনাগী দমক্তা কপকদবনো খঙদ্রে।

ইবেমচা ঃ— করিসু লৈজদ্রবী ননাই ঐগী ৱাফমনা মরম ওইদুনা সনা ইবেম্মগী খোঙশাল্লমদাই মতমসিদা মীৎলুদ পীরাং শিন্থহল্লে।

থম্বালসনা ঃ— ইবেমচা ।

ইবেমচা ঃ— মপু কাদা থৌগল্লোন খংদবী হায়বদো ওইরমানে ঐসে । লংজখিবা খুদিং পংলবী ননাইনি খন্দুনা অমুক্তদি ঙাকপীয়ু ।

থম্বালসনা ঃ— ইবেমচা নঙ কছাড়দা অমুক চৎপা তারেকো । - - হু - ঐ খন্দি খনখি । অদুবু নঙগী দমক করিসু তৌবদি ঙল্লমদ্রে । খোঙশাল্লমদাই মীকুপসিদা নঙবু নুংশিনা নাঞ্জবসে নৎতনা ঐগী উপায় লৈত্রে । হু - - হে পাপ চেল্লবা ইখুৎ নঙনা করিগী নংদবমখৈ মাগী ঙকশমদা লৈগী পরেং হুকলুরিবগেনে - - হু - - ? নঙসিবু ঐগী হকচাংগী শরুক অমা নৎতব্রনে — হু - - হু — — হু — ।

ইবেমচা ঃ— মজা ইবেম্মা !

থম্বালসনা ঃ— ইবেমচা ঐগী লাইবকসে নঙগা করিদবু খেন্নরিবগেনে ?

ইবেমচা ঃ— সনা ইবেম্মা !

থম্বালসনা ঃ— সনা কোনুংদগী পংলাপ লাপ্তনা নোংপোক থংবা মায়কৈদা ঐগী ইয়ুম ওইগদৌরি । পুন্নমক কাউথোকপা ঙল্লবসু অহিং

অহিংদা পুংশিং তাক্কুনা য়েরকপা সনা কোনুংগী কাংশী মখোল তারগা নঙবু কাউবদি ঙল্লরোয়নে ইবেমচা --হু-- হু-- ।

ইবেমচা ঃ— ননাই ঐনসু মজা ইবেম্মবু করম্না কাওবা ঙমগনি । কায়নরমদাই মীকুপসিদা সনা ইবেম্মগী খুয়া থম্বাল অনিসে পায়দুনা ননাই ঐ অমুক্তদি খুরমজগে । (খুরম্মী)

থম্বালসনা ঃ— হৌগৎলো ইবেমচা, হৌগৎলো । সনা কোনুংদগী ইম্বোকপীরবী লৈ নাচোম অনিনি । লায়বক্কনি খন্দুনা মীৎলুদা পীরাং পুরগা ঐশু শাৎকে নঙশু শাৎলুকো ।- -হু--- ।

ইবেমচা ঃ— সনা ইবেম্মা ।

থম্বালসনা ঃ— ইবেমচা যাত্রাগী পুংফমসু য়ৌশিল্লক্লমানে । চোইজাই নরবা ৱারীসে পুরদুনা অসুম্না অসুম চৎকদৌরমালে । ঐনা দোলাই তোংলমদাই শিঙ্গুরিবা পীরাংসে কনা মশুং লাংগীনো হায়বদো নঙ খঙদি খঙনিংলমগনিকো --হু --হু --হু-- ।

ইবেমচা ঃ— মজা ইবেম্মা ।

থম্বালসনা ঃ— নিংবা থুংদ্রে হায়দুনা সনা কোনুংগী কাংশী মখোলবুদি নঙ খক মীরায়গনুকো ।

ইবেমচা ঃ— মজাইবেম্মা ।

থম্বাল সনা ঃ— নোং মঙলবা অতিয়াসিদা নহাক্কী দমক পুনির্মা অমা থোরকপদো ঐ উনিংলম্বনি । অফ ফৎত খন্দুনা হায়দোখ্রবা যৱানি হায়দুনা হেক্তা মতুং ইন্বসিদি সনা ঈগী চৎনবী ওইদুনসু মসিমদি থম্বাল সনানা ৱারৌই ।

লোইরবা ।
২/১২/২০০৩

## নীপা অমত্তং থোরকউ ইপুরোয়বা ওইজগে

### : লিলাসিদা য়াওরিবা কেরেক্টরশিং :

(১) থম্বাল
(২) ইকবাল
(৩) তোম্বা
(৪) কুবের
(৫) ইবেম তোম্বী
(৬) অংখম
(৭) তমপাক
(৮) চন্দ্রমনি

# নীপা অমত্তং থোরকউ ইপুরোয়বা ওইজগে

## অহান্ব মতাং

(মতম ঃ অথেংবা অহিং । মীয়ামগী মীনিন, লাপলম্বদৈ নকশিল্লকই।
ঙাংনবা তায় "হাৎতি হাৎকুমসি, নীপা নুপী অনিমক মতীক থোকপা লাক্লসি"
অমনমুক "য়ে হাৎকদবনি, মরু ফংনা মাংহনগদবনি কৈনো" অমনমুক
"নুপীসিদি লাঞ্জরমদবসু য়াই, নীপাদুনি মরুদি । মরুদু হান্না হাৎতোকসি"
অমনমুক "য়ে' দুদি নুপী সে নঙ ওইনা হেক লৌসিল্লোদনা")

থম্বাল ঃ— (তুমলম্বদগী মীকপ থোরকই) কনা কনানোনে থেংলবা অহিংসিদা মীখোন তারিসিবু ? নৎত্রগা মোই লমসিবু হুরান্বা য়ান্না কন্বা য়াৎলা? ঐবু - ঐবু হৌগৎ কাংখৎপসু ৱারী, ইতোমতগা লৈবনে। করি ! ৱাৎচেৎকী (ফিংনা) ফক্লাং অহোবসিদা চঙলকলিবা থাওমৈ মঙান'সিবু । অস ! মৈঙানসিদি ইম্বোক্লা য়ামখ্রেদা। মীসু ময়াম অমা। মী খুদিংমক মৈরা অমমমগা খুৎলায় অমমমগা। ঐবু - ঐবু করি থোক্লগবা! হে ইশ্বর !

তোম্বা ঃ— থোঙ হাংদোকউ। থোঙ হাংদোকউ - কনা লৈ? (অয়াকপা খোঞ্জেল)

কুবের ঃ— ভাই - তানা তানা খুমদবা ওইনি। হেক্তা কাউখাইরুবা। ৱাচেৎকী থোঙনবু কয়াম কল্লদনা।

ময়াম ঃ— য়ে - কাউখাইরু কাউখাইরু, করি কৌবনো ! [illegible] চীং থোরকউ অনিমক।

তোম্বা ঃ— য়াম্থানবা থাং য়াওরিদা। খুৎলায় য়াউদ্রবোই [illegible] ঐনু য়াম্থগে। তস ! (থোঙ য়াম্থে)

থম্বাল ঃ— করি ! করি মতৌনোসিবু ... ঐবু ! আ - ময়াম - ময়াম অমুক্তা - থোঙদো - থোঙদো - ঐ হাংদোকচগে। (কীনা)

কুবের ঃ— করি হাংদোকপা - হাংদোকত্রবসু য়ারে।

ময়াম ঃ— য়ুম মৈ থাসি। য়ুম মৈ থাসি।

ইবোতোম্বী :— ঙায়খো ঙায়খো - ময়াম অমুক্তা ঙাইবীখো। য়ুমদি মৈ থাগুমসি। মোইগী ব্রা হান্না অমুক্তা তাখিসি। চেনখিদনবা ময়াম অমুক্তা চেকসিনবীয়ু। নত্রবদি ঐখোয়না লাকলিবসে কান্নবা ফংলোইদৌরি।

ময়াম :— য়ে চেনফম লৈতে।। সিদবু চেঞ্জরবদি শিজরেদনা।

তোম্বা :— তা গোপাল - মৈদো - মৈদো সোমদা অমুক্তা।

কুবের :— ময়াম কাটি য়াওনরিবা নৎত্র - মরু কোক্লবা?

ময়াম :— থাংজৌনা হেক্তা কোকসি, করিগী কাটিনো।

থম্বাল :— ইবুং ইউপ্পা ইচে ইনেম ময়াম্না অহিংসিদা লেংবীরকলিসিবু ... ঐবু ..?

ইবেমতোম্বী :— য়ে গ্যান তাহনগেদনা লাকপনি ব্রারুনু। নঙ - নঙ মৈতৈ নুপী নৎত্র হা - ?

থম্বাল :— ঐবু .. ? মানি ঐ মৈতৈ নুপীনি।

তোম্বা :— তা তোমাল থাঙদু পীরকউ। খুমলিবা মচিনসে অমুক্তা শোইদৎকেসে।

কুবের :-- ভাই - অমুক্তা ঙায়খোসে, মরীল কয়াম ফবা য়েংখিসি।

ইবেমতোম্বী :— হে - অফাওবী, লমহেন্বী, ওক্তবী, নঙ - নোং হেক ঙান্বগা লমজাও সোরোক্তা চীং চীংদুনা পুগদৌরিবনি।

থম্বাল :— করি হায়বা!

ইবেমতোম্বী :— অসিগুম্বা দন্দি অম্না নঙোন্দা পী হায়বসে লৈবাক মীয়াম খঙহনগদৌরিবনি। কদায় - ইকবালদি কদায় চৎখি? মা কদায়দা হিপ্লী?

ময়াম :— হায় হংলিসি খুম্মুনে ওক্তবী নঙবু।

তোম্বা :— হায় কুবের নীপাদো লৈতেনে - ফমুংদি অমখক্তা।

ইবেমতোম্বী :— কাংখা লুকখদা লোৎপ্রা য়েংঙু, লৈফমদি থোকই।

থম্বাল :— ঐবু - ঐবু করি 'মত্তা গ্যান তাবা ঙমদ্রে। দাদা ইকবাল হংবিবা ওইরগদি - মাদি গাড়ী থৌবা চৎখিবদগী হঞ্জিল্লকত্রিমানে।

কুবের :— করি ! শুক থেংল ফাউ ?

থম্বাল :— হায়জরিবসে অচুম্বনি। ময়াম্না লেংবীরকলিসে মরম অমুক্তা খংজগে।

কুবের ঃ— মরম খঙজগে (শাউনা খুপাক্লা থাই) সে - মরম হায়বদো সিদৈ হৌগদৌরিবনি। দন্দি মথং মথং লৈরি। হায়য়ু ইকবাল ঙসি হঞ্জিল্লকলোইদ্রা ?

থম্বাল ঃ— ময়াম পুন্নমক্তা খুরমদুনা হায়জরি। ঐ - ঐ পাঙ্গল য়াম্না শোল্লি, ঐঙোন্দা ফুবা চৈবা তৌবিনু।

ইবেমতোম্বী ঃ— করি খুরুম্বা, খুরুম্নগা কৈদৌদৌরিবা ? খুম্মু ইকবাল হঞ্জিল্লক্কদবা কয়াম ৱাৎলি ? নত্রগা - ?

থম্বাল ঃ— মদুমদি ঐ তশেংনা হায়বা ঙমজদ্রে।

ইবেমতোম্বী ঃ— হায়বা ঙমদ্রে (খুপাক্লা থাজিল্লি) তস !

থম্বাল ঃ— অয়ো ইমা .. হু .. হু ..হু ..।

তোম্বা ঃ— নমীং করি কৌই ? হায়য়ু নমীং করি কৌই?

থম্বাল ঃ— ইমীংদি থম্বাল কৌজে।

তোম্বা ঃ— থম্বাল - খুম্বসু শারি । (খোঙপাক্লা কাউই)

ময়াম ঃ— মকোক - মকোকতো থুগাইরুনে। মকোকতুনা খল্লিবা ৱাখনদো মরু ফংনা মাংহনগদবনি।

ইবেমতোম্বী ঃ— লমশা নুপী - নীপা পীগেনে নয়ুম পানফম লৈত্রদৌনা, থুই । (তিন শিৎচিল্লি) ময়াম ময়ামসু ওক্তবীসিগী মমাইদা তিন পুমঙৈ শিৎচিনসি। (ময়াম থুই থুই হায়দুনা মমাইদা তিন শিৎচিল্লি)।

থম্বাল ঃ— অয়ো ইমা ..। ঐবু .. ঐবু কনাদা করি লানখ্রবগে। ময়াম্না তৌবীরিসিবু করিনো?

**ইবেমতোম্বী** ঃ— নরানদো ঐখোয়নমুক খুৎ থিন্দুনা তাক্কদবা নৎতে। ঐখোয় কনানো হায়বসে নহাক খংনিংলিনি। ঐগী ইমীং ইবেমতোম্বী, মৈরা লুপকী সেক্রেটরি। অতৈসিনা ক্লবকী প্রেসিডেন্ট. সেক্রেটরি, মেম্বরশিং মথং মথং ..।

তোম্বা ঃ— হায় ওক্তবী - নখোয়গুম্বী ওক্তবী শিংসিনা ঐখোয়গী সাগৈসে লৈখা তানা চীংথরিবসি করিগীনো? অসুম্না মহীক পুনা হিংগদগী শরুক শিজখিবা কৈদৌই? নখোয়গুম্বী শিং'সিনা লৈনা কয়া পুশিল্লকই। লৈনা কয়া শন্দোকই।

থম্বাল ঃ— করি হায়বা?

তোম্বা ঃ— নখোয়গুম্বী অসিদি ও মঙ্গলনি। হেক উবগা হাৎপনা ফরবনি। কাং হয়িংগুম অমোৎপদা তোংলগা পেঞ্জবী, অহিংদা চাক্তাবী, অমম্বদা য়াইরেকপী, নশকতো তুকৎচৈনে - থুই ।(তিন শিৎচিল্লি)

ইবেমতোম্বী ঃ— অকোয়বসে মৈতৈ খুন ঙক্তনি। ইখা থাবা ইচা ইনাও ময়াম হৌরকলি। জাৎ বীজাৎ শাগৈ শলাই থওইদবা হায়বসে ঐ খোয় য়াম্না ইকাই ।অসিগুম্বা থৌদোকসে ঐ খোয় লমসিদা অমুক্তসু থোকখিদ্রি।

কুবের ঃ— অমুক্তা হন্দোকউসে ইচে, খুৎসে অমুক্তা পেন্নবা ফুগে। ঐ খোয়সে লৈখা তানা চীংথবনে মহাক্লা।

ইবেমতোম্বী ঃ— ঙায়খো ঙায়খো কুবের - নঙগী চৈদো অমুক্তা ঙায়খোসে। ফুবা য়াবা ফুরে, ফুবনা নাবা হৌনদে। কৈনো 'সিদি হা ? হায় - ঙায়খোনে!

কুবের ঃ— করি তৌরে ইচে ?

ইবেমতোম্বী ঃ— অঙাং'মা য়াউরমলিনে। অঙাং পোকপা কুইদ্রিমালে।

তোম্বা ঃ— হৈ হোয়নে। লমশা নুপী অঙাংসু অমুক উন্নরমলি। ময়াম ময়াম অমুক্তা অঙাং উনরমলে ওক্তবীসে। কুবের মৈদো মৈদো অমুক্তা সোমদা- ।

কুবের ঃ— য়ে হোয়নে উচি মচা পোকপদৌনা ফকলোং মথকসিদা ।হুরাম্বা তমহল্লু নচাসে চাউরগা। নরাইবক্তি ফবা য়াৎনি নচামা য়াউরম্বসিনা উকল মচা অমদি ওইজরে। হায় ! ইচে ইচে- ।

ইবেমতোম্বী ঃ— কৈদৌরে?

কুবের ঃ— ব্রাম্থরমানে, নুপীসে লেংখিদ্রে। ময়াম - ময়াম মৈনমদো শোমদা অমুক্তা চেপথরকউ।

ইবেমতোম্বী ঃ— হৈমা ! হোয়নে, ব্রাম্থরেনে। মকোকসিসু খর কায়গুম তৌই, ঈ থোকলে। নখোয় কনানো ঈশীং খর পুরকউ য়াম্না থুনা। নোইসু কনানো খুৎথা খর হেঞ্জিনখিবা য়াউরমানে।

ময়াম ঃ— ঈশীং ঈশীং , হুমাই হুমাই । (লাংঙি - নিল্লি)

তোম্বা ঃ— ভাই - হন্দোকউসে ঐ কাম্বা হৈ - কামগেসে। (কাম্মী)

ময়াম ঃ— য়ে ঈশীং পুরকয়ে - ঈশীং পুরকয়ে।

ইবেমতোম্বী ঃ— কদায় হৈরু হৈরু মকোকতুদা । য়ে অঙাংদু অঙাংদু ঈশিং চোংগনি।

তোম্বা ঃ— হাৎলনি কীবদগী ৱাম্থাশন্নরিবা হায়দুরা খংদেনে ইচে।

ময়াম ঃ— শিগে শিজখ্রসনু হৈরুরনু ঈশীংদো।

ইবেমতোম্বী ঃ— হায় - অদু য়াবা নৎতে। অঙাং অমসু য়াউরি। ফৎত নুংদা থোরক্লদি ঐখোয়দনি ৱাদৌরিসে।

তোম্বা ঃ— ভাই নঙগী ঈশীংদো য়ারনি। গ্যান খর লাকপা মাল্লি। ময়াম ময়াম অমুক্তা তুমিন্না লৈবীয়ু। অকি অখংদৈ অমুক পাখর্ৎগনি।

ইবেমতোম্বী ঃ— অ - নুপীমচা সে সে .. নমীৎতো অমুক্তা পাংথোকরকউ তপ্না।

থম্বাল ঃ— ই .. মা, ইমা .. ঐ য়ান্না ৱারে .. । ঐ য়ান্না ৱারে । ঈশীং খজিক্তং থক কে।

ইবেমতোম্বী ঃ— য়ে সে সে ঈশীং লৈ, থকউসে। সে সে।

ময়াম ঃ— য়ে থকউ থকউ নালাগী ঈশীংনি হাউদৌরিনি।

থম্বাল ঃ— (থম্বাল ঈশীং থক্লগা) ঐগী - ঐগী ইচা .. ইচা কদায় ? ইচা কদায় ?

ইবেমতোম্বী ঃ— লৈয়ে লৈয়ে, সে সিদা ননাক্তা হিগলিসিনি।

থম্বাল ঃ— হু .. ইমাগী ইবুঙো - ইবুঙো - ইমাগী ইবুঙো - নঙনা নীপা ওইহ্রকপসি ইমা পেল্লে, ইমা পেল্লে। ঐঙোন্দা ঈশীং ইনবীরিবা পীথকপীরিবা ইচেবু লৈকাইসিগী কনা ওইবিরবা ?

ইবেমতোম্বী ঃ— ঐদি ঙসাইনা শক তাকখ্রেদনা। মৈরাগী সেক্রেটারি ইবেমতোম্বী।

থম্বাল ঃ— ও ... মৈরা লুপকী লুচিংবী সেক্রেটরি ..। ক্লবগী ফমনাইখ্রা ইবুং ইউপ্পাসিং ...। (শোনজবা)

কুবের ঃ— হায়জ নোঞ্জবা কান্নরোয় ইবেম্মা। ঐখোয় ময়ামসে নোংঙাল ফাউ লৈখিদৌরিনি।

তোম্বা ঃ— নুংশি কাদা লময়ৌবী, পামু কাদ য়াথোকপী চপ চাবা চৈরাক ফংদনদি খক তোকলোইদকো।

থম্বাল ঃ— চৈ - রাক - ! চৈরাক হায়বদি ? (তাঞ্জাসিদা অঙাং কপ্লকই) ইমাগী ইবুঙো ইমা পম ...। ইমা .... করি ! করিনো ঐগী খুৎসিদি

তেকলমলেদনা । নৎতে ময়াম্না ঐগী খুৎ থুদেকপীরিসিবু ... খুৎ থুদেকপীরিসিবু করিগীনো ? ইচা ফাউবা কোনখৎতুনা পমজবা ঙমদ্রে ... হু ... হু ... । ইচাসে ঙরাংতা উনজবনি। অসুক পাঙ্গল শোল্লবী ঐঙোন্দা পীবিরিবা দন্দি অসিবু ...। দন্দি অসিবু করিগীনো? (থৌনা ফগৎলি) খুৎ তেকসনু .. খুৎ তেকসনু - ঐ নাবা ফাওদে। ঐ ইচা পমগনি .. ঐ মমানি। ঐ ইচাগী মমানি .. হু ... হু ...।

কুবের :— হায় থৌনাকসু ফগৎলকলিনে। (করেম্নবা) কান্নরোয়দা ইবেম্মা লুপলমদাই হিনি নঙনা তোংলিবসি, কো - ।

থম্বাল :— ঐ ইচা পমগনি। ইচাগী দমক খন্দুনা মমা ঐনা অসুক কুইবা হিংলকপনি। ময়াম হায়বীয়ু - খুম্বীয়ু ঐঙোন্দা পীবিরিবা দন্দি, মায়সিদা শিৎচিন্বীরিবা তিন, থীনা থীনা ঙাংবীরিবা চৈবীরিবা - হায়বীয়ু সি পুন্নমকসিবু করিগীনো?

তোম্বা :— মরম হায়ববু মৈতৈ পাঙন নীপাসিদা নয়ুম পাল্লকপগী, জাতি ধর্ম্ম থওইদবগী, খঙলেদনা।

কুবের :— দন্দি পীগদৌরিসিনা নঙগুম্বী কয়ানা মতুংদা অমুক হন্না তৌরক্তনবা মাংজৌননা শম্বল খবা। হৌজিক্তি নোরোক্কী কোমদা নোরোক্কী হনগা লৈমিন্নগদবা ঙৈহাক্তা ঙাইরেদনা নঙ।

ইবেমতোম্বী :— থম্বাল, নুপী অমা ওইনা, মৈতৈ নুপী অমা ওইনা ইজৎকা মনতীক্লনা হিংবা ঙমদ্রগদি হিংলুবগী করি কান্নরি। পৃথিবীসে লুন্নবনে, চাকতাং ফীদাংনবনে। নকোক্তুদা তুংগী অমদি মীয়ামগী খজিক্তং ওইরবসু খন্ননবা ৱাখল য়াওদ্রিবসে করিগীনো? নঙনা নতোমতা লুখাক লা ওনখিবদা জাতিসে চেন্নরিয়ে অফাওবী।

থম্বাল :— ৱাফমদো ঐ গ্যান তাজরে। । ঐবু ৱা ঙাংজবগী তাঞ্জা খরদি পীবিয়ু।

তোম্বা :— নঙনমুক করি হায়গদৌরি? শিরমদাই য়ৌরবনিনা কনাদা কনবীয়ু হায়দৌরি। সে তাঞ্জা পীনবীয়ুকা হায়রদনা।

থম্বাল :— শিবগী খোঙথাংদি ঐ কয়ারক লৌখ্রে। ঐনা হিংলিবসে শিববু

কীদুনা চেন্বদি নৎতে। চেল্ল চেল্লগা হিংবা তম্বসু নৎতে । ঐনা হিংলিবসে ইচা খক্কী খন্দুনা হিংবনি। মরমদি ঐনা শিবদা ইচা য়াওগদৌরি। ঐ সমাজসিদগী খোঙ থাংদোকখিবা কুইরে। হৌজিক অনৌবা সমাজ অমগী মঙ মঙলি। অদুননি ঐনা ইচাবু ঙাইরিবা। (থৌনা ফগৎলি)

কুবের ঃ— নঙনা হায়নিংলিবসি করিনো? নহাক নরাল লৈতে হায়রিব্রা - ? নত্রগা লৈ কন্বীয়ু হায়রিব্রা ? ব্রাফমদু ময়েক শেংঙু।

থম্বাল ঃ— ঐ কনাদসু কনবীয়ু হায়জদে। সমাজ অসিবু অচুম্বা লম্বীদা পুননবগী দমক অমোৎপা কয়া শেংদোক্কনি হায়দুনা খুৎতা মৈরা পায়দুনা লাকপীরিবা নখোয় পুন্নমক তোল্লবী ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি।

ময়াম ঃ— মখাদি - মখা লৈরিব্রা? হৌজিক্তা লৈতোন শেংলকলিনে - হা।

থম্বাল ঃ— ইশাগী খোঙদা শিংজংনা য়ানশিঞ্জবদি নৎচদে। অমোৎপা মপৈ মপৈনা তাশিন্দুনা শেমলিবা ঙসিগী সমাজসিগী করম্বা মখলগী অমোৎপা মরক্তা ঐসিবু লৈরবগে ? অদুগা করম্বা মখলগী অমোৎপশিংনো ময়াম্না শেংদোক পীগদৌরিবসে ?

ময়াম ঃ— ব্রা - থৌনা ফৈনে।

থম্বাল ঃ— হায়বীয়ু - লৈ নাচোম অমবু মফম চাদনা তারমলে হায়দুনা খোঙপাক্লা নৈহৎপীরিবসি করিগীনো ? মদুবু খুনগৎপীরগা নুংশিবা উৎপিরম্লগদি ঐনা কয়াদা থাগৎচরমগদবা। ঐসু মীনি, ঐগীসু থম্মোয় পাল্লী, পান্দম লৈ। ঙসি ঐনা ফৈনা য়ুংনা কাউশিংগুম্না তাওরিবসি তুরেলগী অঙাওবা ঈচেল্লা থোকহন্বনি।

তোম্বা ঃ— ব্রা প্রমান কসু তৌরিনে। (থওইদনা)

থম্বাল ঃ— খুমবীয়ু ঐসিবু ইকবালগী নুপীনি হায়দুনা কনান **হায়রিবনো?** ঐনা ইকবালগী নুপী ওইরম্লগসু নখোয়না দন্দি পীগদৌরিবা হকসিনা কদোমদগী?

কুবের ঃ— ভাই - নুপীসে মঙক লৈহৎলু। লৈহৎতুনা হা'ৎলু। অমুকসু মরীল ফবা শারি। কৈগীনো ময়াম্না তুমীন্না লৈবীরিসিবু ? (ময়াম নিল্লি)

তোম্বা ঃ— হায় নঙ, নঙ হৌজিক লোইশিন্নসে য়াম্না পামব্রা? থাঙসে উ ব্রা?

থম্বাল ঃ— ঙায়খো - ঐঙোন্দা খুৎ থাবীনু। শান্নরিবসে ৱারীনি। ৱারীসে ময়াম্না হৌদোকপীরবনি। শক্তি পুদুনা লাকপীরিবা নখোয়গী মফমদা বীচারসে শিন্নজগে। অদুগা রায় অমদি পীবিরম্মু। মদু ঙম্বীদ্রগদি ইকাই খুন্নবসে অরেম্বদা তাখিবা য়াই।

ইবেমতোম্বী ঃ— মদুনা কদোমদগী অমুক অনৌবা থৌনা। নঙনা লৈরিবা মফমসে কদায়দনো হায়বা হৌজিকসু খংদ্রি?

থম্বাল ঃ— ঐ ইকবালদা য়ুম পানখিবা লৈতে। মহাক ঐগী নীপা নৎতে।

তোম্বা ঃ— করি !

থম্বাল ঃ— মসি চুম্লবা ৱাফমনি, ইকবাল ঐগী নীপা নৎতে ।অদু ওইরবসু মহাক ঐগী কনাসু নৎতে হায়বদি য়ারোয়। মরমদি ঐগী অৱাববু মহাক্না কনবীখি।

তোম্বা ঃ— কনাসু নৎত্রবনিনা অরোম্বা নীপা - নৎত্রো? অরোম্বা ওইরম্বদৈ মতাংনা য়াদদনা ফোংলকপা, সি হায়গদবা নৎত্র ? হুম সগুনথোংদৈ ফার মক্তদসু কান্নরোয়দা ইবেন্মা। ঙৈহাক্তা ঙায়রে নুমীৎতুদা শুনু য়াইঙং উগদবা।

ইবেমতোম্বী ঃ— ময়াম - ময়াম পুন্নমক মৈ নুংকদো লোয়না মুথৎপীরো। অসুম হায়না ঐখোয়না লাংদনা লৈরগদি নীপাদো কীবদৈ ময়ুম হঞ্জিল্লক্তবা য়াই, লোৎখিবসু য়াই।

ময়াম ঃ— চুম্মী চুম্মী।

তোম্বা ঃ— অদুনদি নখোয় খর আ লম্বী অচৌবা থেংবা ফাওবা ইকবাল লাকপ্রা, লোৎপ্রা থিরুবনা ফনি।

ময়াম ঃ— ফৈ ফৈ মদুনা ফনি। অদুদি ঐখোয় কনা কনানো খরা ...।

থম্বাল ঃ— ময়াম অমুক্তা কায়বীগনু ঐ ঐ ৱারীসে অমুক্তা লীজগে ।

ময়াম ঃ— করি ৱারী ?

থম্বাল ঃ— অচাইবা থৌদোক কয়ানা পুনসিল্লগা শারকপা ঐগী পুন্সিনি। পাৎয়াগী ককই মরক্তা কুমদল্লগা সহরগী অমোৎ অকাই মরক্তা নুমীৎ মশিং কক্লা চাওরকখি। পুবদা ৱারবা হকচাংসে লম্বী মপানগী উকু অমদা তাদুনা লৈরমখি। মতমদুদা তেকসী

থৌদুনা হিংজবা ইবুং শক্লবা ইকবালনা ঐবু কনবীখি।

কুবের ঃ— অদুদগীদি মাগা অদুম শকখংনরে। মৌ অদুম ওইরে। ফজরিনে শিন ফাউবদি - হা। (ময়াম নোকই)

থম্বাল ঃ— থা শুজিল্লকপনা মরম ওইদুনা ঐ মাগী য়ুমসিদা লৈরগা ইচাসে উনজবনি। ইকবাল কনানো হায়বসে ঐ গ্যান তারক্লগা খঙখি।

ইবেমতোম্বী ঃ— ইবেম্মা নথবায় হিংনবনি হায়দনা ওইদবদি ঙাংগনু। শেম শাবা ৱারী ঐখোয় তানিংদে ।

থম্বাল ঃ— হৌজিক্তি ইচা উনরে। ঐ মফমসিদগী চৎখিবা য়ারে। মসিনা হৌজিক ফাওবগী ৱারী ওইরবসু ৱাহৌদোকতি মখাগী অসিনি।

ইবেমতোম্বী ঃ— করম্বা অমুক ৱাহৌদোক - হায়য়ু হায়য়ু তাগে।

থম্বাল ঃ— লাপ্লবা খংগং অমগী পাৎয়াদা লৈবা খাংপোক শঙ অমদা ঐগী হৌরকফমনি। ঐবু পোকপা ইপাদো খুংগংদৈ হৌরকপা ওইরগসু সহর'সিগী অমোৎ অকায় শেংনা শেংনা পুন্সি লোমখি। ইপা লৈত্রবা মতুং ইমাগা লোয়ননা খুৎতা শুমজিৎ য়োৎ থাং পায়দুনা সহর'সিগী অমোৎ অকাই শেংনো শেংনা ঐ চাওরকখি। ইমা শোঞ্জিল্লক্লে। ইমাবু থাক্লনবগী দমক ঐ শিনফমসি অদুমক তৌবা তাখি। মপান থোক্লা শুবদি ইকায়দুনা শহরসিগী মমীং চৎলবা ডাক্তর অমগী য়ুমদা লৈখি। থা ফাবগা ফংলকপা পৈশাদু পুরগা ইমাগী মনাক্তা চৎপদো ঐ য়াম্না নুঙায়খি। অদুদগীদি -

ইবেমতোম্বী ঃ— হায়য়ু হায়য়ু অদুদগীদি কৈদৌরবা ? (ময়াম তুমিন লৈ)

থম্বাল ঃ— জুনগী তাং মাপন তমথিরবা অহিং নঙবুদি ঐনা খক কাওনা ঙল্লরোইকো। ডাঃ গী মনাওনীপা পুলিস ওফিসার অমা লে, নুপী থীদ্রি। নুমীৎ'সিগী নুমীদাংদা মহাক্লা নীপা ৫/৬ খক পুশিল্লকখি। ঐনা মখোয় পুন্নমক্কী অচা অথক শিন লাংখ। অহিংদুগী নীপা ৫/৬ তুগী মীত্তৎ মীনৈদো ঐ য়াম্না ৱানা খংখি। ঐবু নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ কায়ারক হন্না মাংহনবীখি।

ইবেমতোম্বী ঃ— করি ! উম - মখাদি?

থম্বাল ঃ— ঐ কপ্পগী মহুৎতা করম্না লমন খুমসিগে খনখি। য়ুগী নেশানা

ময়াই হেনগৎলকপগী তাঞ্জা অদুদা অচা অথক শেমলম্বগী থাং মচা অমনা নীপা অমগী মপুক্তা থীনখি। নীপাদো কনানো হায়বা ঐ খঙবা ঙমদে। কুইদে পুলিসনা ঐবু ফারগা পুখি। জেলদা লৈখি। ঐনা ৱাকৎচবা পুম্বা অরেম্বদা তাখি। মতমদুদা অশোনবী ইমাদো নৎতনা ঐগী কনামত্তা লাকখিদে।

ইবেমতোম্বী ঃ— গুদ-নঙনা পাঙথোক্লম্বা থবক অদুমক্তি ফৈ । অদৈদি মখা কৈদৌরবা?

থম্বাল ঃ— নুমীৎসিদগী মপা কনানো মফম খংদ্রবা ইচা'মা নাওপুবা হৌখি। ঐবু থা নিপান শুবদা জেলদগী থাদোরকখি।

ইবেমতেম্বী ঃ— করি ! থা নিপান শুবদা নঙবু ..?

থম্বাল ঃ— সমাজ অসিনদি ঐবু ওক্তবীনি, লমকেৎপীনি, লমহায়বীনি হায়দুনা চৈবীখি। ঐগী মায় থমফম লৈখিদে। মরী মতা পুন্নমক্লা ঐবু শিজখ্রো হায়দুনা শাপ তৌখি।

ইবেমতোম্বী ঃ— মীংদো থম্বাল হায়বনিকো নঙগীসে?

থম্বাল ঃ— মানি ঐগী ইমীং থম্বাল।

ইবেমতোম্বী ঃ— জেলদগী থোরক্লগা অৱাবা পুন্নমক নংলবৈ মতুংদা ইকবালগা থেংনবদগী মাগী য়ুমসিদা নহাক্লা অঙাং উনরবা ?

থম্বাল ঃ— হোয় মদুমক্নি। হৌজিক্তি অৱাবসে কোক্লবনিনা ঐ হয়েংসিমক কদায়দনো'মা চৎখ্রগে খল্লম্বনি।

ইবেমতোম্বী ঃ— ঐখোয়নদি মদু খঙদবনিনা নঙবু মওং অমদা লৌরুরে। নৎত নৎত ৱাখলসু ময়াম'মা খঞ্জিল্লুরে। সে সে নচাসে ইংলম্লনি, ফী'সিনা লুম্না অমুক্তা কোনশিন্বীয়ু। অ - ময়াম পুন্নমকসু ৱারীসে তাবীরবনিনা থম্বালবু মরাল লৈ হায়দুনা লৌবদি য়ারোয় । ঐখোয়সু খন্থহৌদবা হায়বদো তারে। অ- থম্বাল নঙ শাওনুকো পুন্নমকসে ভাব তানহৌদবদৈ থোকখিবনি।

থম্বাল ঃ— শোল্লবী থম্বালনা করি ঈতীক লৈদুনা ময়ামবু ৱারৌগনি। অদোমদি পুকচেল চাওবা ঙাক্তনি। অদুনবু মীয়ামগী সেবা তৌবা চোংথোকপীরকলি। থম্মোয় চাওবা ঙাক্তনি খঞ্জবদৈ থম্বালনা থম্মোয় শেংনা নখোয়গী নফমদগী করিগুম্ব'মতং নীজগে।

ময়াম ঃ-- য়ে - হায়য়ু হায়য়ু- নহাক্না অপাম্বদো করিনো? নহাক্কী দমক ঐখোয় লৈরি।

থম্বাল ঃ-- মসি ঐগী লন্নাই ওইজবা তাম্বদি নৎচদে। মীওইবা ওইনা পোকলুবে, মী অমা ওইনা হিংনংলুবে অৱাৎপা অমা লৈ খঞ্জদুনা মীয়ামদগী মতেং নীজবনি।

ইবেমতোম্বী ঃ-- হায়য়ু হায়য়ু নঙনা পামলিববু করিনো। ঐখোয়না পাংবা য়াবা মতেং ওইরগদি করিগী পাংলোইদগে।

থম্বাল ঃ-- মৈতৈ নুপী অমগী পুন্সি কন্বীবা ওইনা, তোল্লবী ঐগী অৱাবসে উবীদুনা নখোয় ময়ামগী মরক্তগী নীপা অমত্তং থোরকউ ইপুরোয়বা ওইজগে।

ময়াম ঃ-- করি !

থম্বাল ঃ-- নখোয়গী মরক্তগী পুকচেল চাওরবা নীপা অমত্তং চোংথোকপীরকউ ইপুরোয়বা ওইজগে । ঐবু হিংবগী মঙাল পীবিবা ওইনা ঐ লৈরী হায়দুনা কনানো নীপা অমত্তংদি চোংথোকপীরকউ। (তুমীন লৈ ময়াম থম্বাল থৌনা ফগৎলি) করিগী তুমীন্না লৈরি? নখোয় করিগী তুমিন্না লৈরী ? নখোয় তুমীন্না লৈগনি হায়বা ঐ খঙঙি। ফীভমসি ঐনা ওইহনখিবদি নৎত্তে। অদুবু নখোয় তুককৎচৈ নত্রা? ঐসু হিংনিংঙি, ঐবু অমুক্তা হিংহল্লু । মসি ঙমলোয়দবা ওইরগদি অনৈবা ঈশীং ইস্থোকনি হায়দুনা করিগী তোর্বান তন্না কুমথরকলি?

ইবেমতোম্বী ঃ-- থম্বাল !

থম্বাল ঃ-- ঙসিদি অনৈবা ঈশীংনা ৱা ঙাংলকলি। লুখাক লানা দাবী তাল্লকলি, মোংফমনা মরোল থোরকলি। মখুৎ মশা তিংথোরকলি। মাংখ্রবা অচুম্বদুগী মহৈ ওইনা ফংলিবা পাপকী চৈনাসিদি ঐ পামদে।

ইবেমতোম্বী ঃ-- ইবেম্মা, নঙগী ৱাকৎতো ঙসিগী শংসারসিদা তাবগদবা মী লৈনি থাজদে। নচা'মা লৈরিসিনা কনামতনসু - ।

থম্বাল ঃ-- নচা য়াওরমদ্রগদি হায়বা নীপা অমত্ত চোংথোরকউ। ইপুরোয়বা অমা ফংজবে দমক্তদি ঐ ইচাফাও হাৎপা ঙমগনি। ইচা ফাওবা

হাৎপা ঙমগনি ঐ।

কুবের ঃ— নচা হাৎপা ঙমগদবা ওইরবদি নাওপুবগা মাংহনখিবা করি তৌই ? অদু ওইরবদি নঙগী দাবী ফংলম্বসু য়াই।

থম্বাল ঃ— মদুদি মী হাৎলু ইনশিনবনি।ঐ মীহাৎপী নৎতে।ইচা হাৎকনি লাওজবসিদি ইচাবু নুংশিবা ঙম্বা, কনবীবা ঙম্বা মী'মা থীবনি। মরমদি লাল্লিবা ঐখোয়গী ইরক্তা ইচাসে য়াওদে।

ইবেমতোম্বী ঃ— ৱাফমদো ফজৈদি হায়বা নৎতনা ঐখোয় কনা মত্তনা মদুগী মতেং পীবা ঙমগদবা মান্দে।

থম্বাল ঃ— তুশোন্না হিংলবী ঐগী দমক্তদি নীপা অমগী দরকার তায়। হৌজিকসু ঐনা থম্মোয় শোক্লা হায়জরি। নখোয় ময়ামগী মরক্তগী নীপা অমত্তং থোরকউ ইপুরোয়বা ওইজগে। মসি ঐগী ইন্দ্রিনা থৱায়বু হিংহন্নবগী দমক মফম অমা থিজবনি।

ইকবাল ঃ— (তাঞ্জা সিদা চঙলকই) থম্বাল - নহাক্কী দমক্তদি ঐ লৈরী। (ময়াম নিনবা তায়)

থম্বাল ঃ— করি ! দাদা ইকবাল নঙ !

ইকবাল ঃ— মানি ।নঙনা তাল্লিবা দাবীগী মমাঙদা ঐ সোয়দনা লেপকনি।

থম্বাল ঃ— করি হায়বা ?

ইকবাল ঃ— ঐহাক গাড়ী থৌরুবদগী হঞ্জিল্লকপনি।নখোয়না ঙাংনবা পুম্বা ঐ লোয়না তায়। থম্বাল - ময়ামসিনা পীবা ঙমদ্রবা দাবী অসি ঐনা সোয়দনা পীবা ঙমগনি।

থম্বাল ঃ— দাদা ইকবাল নঙ ?

ইকবাল ঃ— মানি ঐ নঙগী দমক্তা -।

থম্বাল ঃ— অদুদি হায়বীয়ু নহাক ঐগী ইচাসিগী মপা ওইবা ঙমগদ্রা ?

ইকবাল ঃ— ঙমগনি। ঐ সোয়দনা অঙাংসিগী মপা'মা ওইবা ঙমগনি।

থম্বাল ঃ— দাদা - নহাক থম্মোয় চাওবা নীপানি।ঐনা নঙবু ঈশ্বরগী থাক্তা ইকায় খুম্নগনি।

ইকবাল ঃ— মাংখ্রগদবা পুন্সি অমনা হিংজনবৈ মতেং নীরকপদা নাথৈদুনা চেন্বগী মহুৎতা ঐ নঙগী দমক্তা লেপলি থম্বাল। মসি মীনুংসিগী মীৎয়েংদগী ঐনা লৌজবা ফীরেপনি।

থম্বাল ঃ— দাদা - ।

ইকবাল ঃ— থম্বালগী মায়থোং তম্না শিৎচিনবীখিবা তীন, মকোক কায়দুনা ঝাম্বুবা, মচা ফাওবা কোনখৎচবা ঙমদবা, মদুগীসু মথক্তা ঐসু য়াওনা দন্দি পীগনি লাকলিবা। মদু পুম্নমক্কী মরুদি ধর্ম্মবু ইকায় খুম্নদবগী অখুবা মীৎয়েংনি। হায়বীয়ু ময়াম অমুক্তা খুম্বীয়ু থম্বালসিবু শা - রা ? ঙা - রা? নত্রগা মীওইবরা?

থম্বাল ঃ— দাদা ঝাফমদুমক ঝাহং ওইনা হংলুদ্রবসু ঐদি শা ঙাদগীসু হেন্না তোল্লবা জীব অমনি। তোল্লবা জীব ঐগী দমক্তা পামবোম তিংবীরিবা মীশক অমগী মফমদা নপচা তাংজবা ফংজবা হায়বসে ঐগীদি লাইবক ফবনি । দাদা হুক্কনি ধর্ম্ম খুদিংমক্লা ভাবোক ওইহল্লগা ঐনা নঙগী ঙকশমদা লৈগী পরেং হুক্কনি। নত্রগা নহাক্লা ঐবু নিকাহ শোলহল্লু। ঐবু নঙগী নুপী ওইনা লৌশিনবীয়ু।

ইকবাল ঃ— ঝাফমদুমক ইকবালনা থবক ওইনা পাংথোক্লবগী শোয়দনা শেম শারগনি।

থম্বাল ঃ— নৌনা মপুরোয়বা কাইনরবী ময়ুম পান্দবী নীপাগী দরকার তাদবী নুপী ময়াম্মা লৈরি। মদু মশাগী ফীদম নত্রগা ঝাখলগী মখা পোল্লম্বা য়াই। ঐগী দমক্তদি নীপা অমগী দরকার লৈ। দরকার লৈবা পোৎশক অমবু ফংজবদা ঐবুদি লান্না লৌবা য়ারোই। হায়বীয়ু - ঐনা ইকবালদা য়ুম পানখিবদা ঐগী করি ঈরাল লৈবগে? খুম্বীয়ু ঐগী ঈরালসিবু কদায়দনো? পুন্সিদা নাইতোম হিংলুবগী চৈনা ফংলবী ঐনা নত্রগা ঐগুম্বী কনানা পুন্সিবু খজিক্তুং মহাও থোক্লা হিংনিংলুবদৈ অথোম্বা শাগৈদা য়ুম পানখিবদা নখোয়না অসুক নীংথোল পোমলিবসে করিগীনো? নুংশি ঐনা ঐগী শাগৈবু নুংশি। মদুবু শাগৈসিদৈ মীনুংসি ফংলকত্রবদা মীনুংসি লৈবা মফম অমদা চৎখবদা করি কায়বগে? ধর্ম্ম - ধর্ম্ম - ধর্ম্ম - ধর্ম্ম হায়বসিবু করিনো? মসিদি ঐ শুকখং খংদে। ধর্ম্মগী খুরবা কাখু নুংদা মিতম্বালগুম্না হিংবদো ঐ শুকপাম পামদে। ঐনা পামলিবসিদি মী - মী - মী - মীনুংসি

লৈবা মী। থম্মোয় চাওবা মী। থৌজাল হৈবা মী।

ইকবাল ঃ— থম্বাল - ঙসি নঙগী ৱাহৈসিংসে ঐগী থম্মোয়দদি ওহ্মোক্লা মমল লৈখ্রে। ফদি ফরা মরক্তগী থোরকপা খোঞ্জেলসে য়াইতোং খমদোংবশিংগী মনাকোংদা শোয়দনা য়ৌবা ওইসনু। পুন্সি চুপ্পগী ওইনা ঐ নঙগী ননাক্তা লেংদনা লৈগনি। মসি ঙমগনি হায়দুনা লৌরবা ফীরেপনি।

(ময়াম তুমীন তুমীন হন্নখি। মরক মরক্তা মুরুম মুরুম শোন্বসু তায়)

থম্বাল ঃ— ও নোংসিসু তপ্পা তপ্পা ঙাহোরকলে। মীয়ামসিসু মরী মরী হন্নখ্রে। অঙম্বা কোরৌগী অমেংবা মঙালসিনা ঐবু হিংখো হায়দুনা থৱায় হাপ্পীরকলিমানে । ঙসিদি ঐ থম্মোয় পেন্না কপ্পীংলকই । (কপ্পী) হু - - - - হু - - - হু - - - হু । অসুন্না হিংবগী মহাও'মা ফংলক্কনি হায়বসে ঐ শুকথা থাজরুদ্রবনি। হু - — হু - - - হু ।

ইকবাল ঃ— থম্বাল সে কপ্লগনু। অৱা অনা অনিমক্তা শরুক য়াগনি হায়দুনা ঐ ননাক্তা লেপ্লি। নুপী অঙাংশিংবু শান্নপোৎ ওইনা খনবা, অতোন অতাশিংবু তুমীৎ কাংগুন্না উবা, শেঞ্জাও পায়বা শক্তি লৈবসিংসিগী মচোরিৎসে ..।

থম্বাল ঃ— থম্বাল ঙসিদি ঈপাক্তা লৈশাৎ তম্বা ফংজরে। নহানমখৈদি থেংলবা অহিংদা কৌজেং হারৌগা পুন্না তেংথামিন্নদুনা লেঞ্জরবী ঐনি। ইনানা নীপা ওইরকপসিনা অমুক্কা হেন্না নীংবা থুংহল্লে। ঐ সোয়দনা লমন খুমগনি। মখোয়গী মফমদা ঐ সোয়দনা লমন খুমগনি।

ইকবাল ঃ— থম্বাল - ঙসিদি ঐসু হায়ফম খঙদনা নুঙাইবা ফাউই। তেক্সী থৌদুনা হিংজরম্বা পুন্সী'সিনা নঙবুদি কঞ্জবা ঙমলে। নঙ মতমদুদা ফীভম শোক্লা লৈরম্মী। নঙনা ঐগীসিদা লৈরবা মতুংদা থংনবা খুনসিগী খুঞ্জাশিংনা ঐগী ইথক্তা লান্না খনখি। অদুবু ঐদি ঙকখি। নহাক্লা অঙাং উনবা ফাওবদং হায়দুনা ৱারীসে নঙোন্দা তমখিদবনি ।

থম্বাল ঃ— দাদা!

ইকবাল ঃ— লম্বীদা গাড়ী থৌদুনা চৎলিঙে ঐ ঙোন্দা কয়ারক খামদুনা অকীবা উৎখি। ফীভমসিদা নঙবু চৎখ্রো হায়দুনা ঐনা করম্না তাহোক্কনি। ঐ ঙোন্দদি নঙগী ফীভমসিনা হেন্না লুখি।

থম্বাল ঃ— দাদা নহাক তশেংনা থম্মোয় চাওবা মীনি। নহাকমক থেংনরমদ্রগদি ঐগী পুন্সীসে করি থোকলমগনি খঙবা ঙমদে। তশেংনা ঙাওদুনা কোইচৎ চৎলম্লবসু মদুনা হেন্না ফরমগনি।

ইকবাল ঃ— থম্বাল - সে হৌখিবশিংদো হৌখ্রে, মঙলাম্নি হায়দুনা খন্দোক্রসি। নহাক শংসারসিদা শুংলান লানজখিদ্রিবী অমা ওইরগসু নঙবুদি নমদুনা লালহম্বীরে।

থম্বাল ঃ— ইপুকচাক্কী দমক্তনি, হান্নদগীসু হৈনরক্লবা শিনফম্নি খন্দুনা খ্বাইদগী মোৎলবা কাং হয়িংনফাও হঙ্গৈইরবা অপুম আশা কয়া পায়দুনা থবক শুরকখি। থোঙনেৎনফম, তিৎশিংনফম, থৌদাফম পুন্নমক্কী চৈফম ওইদুনা লাকখি। শেগায়রবা বোরা'মা থা বোরা অমনা শুপ শোল্লবী ইমাগা য়াম্না ন্বানা হিংলকখি।

ইকবাল ঃ— থমবাল !

থমবাল ঃ— পুংকক চাওরকপদৈ হৌনা শু রু চৎলুবা মফম খুদিং ঐবু য়াম্না ওৎপীখি। ঐনা নীপা ওইরমদবৈ তকসি শোল্লগা কপচবসে নৎতনা ঐগী উপায় লৈখিদে।

ইকবাল ঃ— লৈত - লাইর অশোন অনাদি হিংলনু হায়বা য়ুগতুনি। য়ুগসিদা হিংগে হায়বা তারগদি হকচাংগী তুখোং তুয়া খুদিংগী থৌরবা য়া কয়া কৃক কৃক ইন্নবা মথৈ পাম্বা তাবনি। শুরসিগা শাগোম্নদনা হিংবা তারবনিনা মসিগা চপ চানবা ঈশৈ শহংপা তাই, ন্বা ঙাংবা তাই, নৎত্র থম্বাল ?

থম্বাল ঃ— মদুমক চুম্লবা ন্বাফমনি।

ইকবাল ঃ— অ কনা - কনানো'মা থোংগাম্লোমদৈ ইফী ং ফীংনা চঙলকলিসিবু ? হায় সিদি গাড়ী মপু ইপা অংখমনিনে। করিগীনো মহাক্কা শুক ঙম্না তহা তহা লাকলিবসিনা? অ থম্বাল সে নঙ - নঙ ইংনা ঙৈহাক্তং পোথাও। নশাসিসু ইচোক

চোকথরে। সে সে অঙাংসিসু লুন্না অমুক্তা কোনশিন্বিয়ু। য়ান্না ইংলগদি মৈসে ঐ হৌগৎলকউ হায়ব্রা ?

থম্বাল :— ঐ অদুম তৌজগে। কেরোসিনগা মৈখেৎকসু 'সিদা লৈরে। য়ানি - কনানোমা লেংলকলি হায়বদো দু হান্না ...।

ইকবাল :— আ ইপা কৈ কৈদৌবা য়াওরবা শুক ঙন্না ?

অংখম :— নঙ লৈদি লৈদনা ইকবাল ? (পাখৎনা)

ইকবাল :— হোয় ইপা, ঐ লৈয়ে। অদো ?

অংখম :— হোয় - ইপানা লাকপদি সুমদৌবনি - ইচাগী য়ুমসে ময়ান্না কোয়শিন্দুনা মৈ থাগদৌরে হায়দনা কনানো'মনা চেল্লক্তুনা পাও তম্বরে। নৎতে তারিবা পাও অসিবু ?

ইকবাল :— হোয় ইপা, ফীভম অদুমক থোকলম্বা য়াবনি। লায়বক ফবনি। হায়গদ্রা মদুমক্তি থোকখিদ্রে। অ ফম্বীয়ু ইপা ফীদা সোমদা !

অংখম :— হায় ঙায়খো, মখোয়না তৌরিবদি নুপী মচাদু লাকই হায়বগী রা ?

ইকবাল :— হোয় ইপা।

অংখম :— নঙদি লোৎতবনিদা অচুম্বদা ঙাংবনি । নঙ অচুম্বতা হায়য়ুকো ঙসিদি। অদো নুপী মচাদো নঙনদি অঙাং উনবা ফাওবদনি হায়দুনা ঐঙোন্দা হায়বদাই, ব্বারী তৌবদাই।

ইকবাল :— হোয় ইপা । ঙরাংদি মহাক অঙাং উন্নরে। মহাক্কবুদি নোংমা নিনি লৈরগা খজিক্তং কন্বগা চৎচগে হায়জবনি। মদুদা ঐনসু মদুনা ফৈ হায়দুনা খন্বনি।

অংখম :— অদুদি নখোয় অনিদি হান্নদগী খঙনবদি নৎতেকো। ঐনা চিংনরুবনা অঙাং অসি -।

ইকবাল :— নৎতেদা ইপা, মদু পুন্নমক ঐনা ইপাদা লোয়না ব্বারী তৌজখ্রবদুনি। মখোয়না লান্না খন্দুনা ইবানিবু দন্দি পীগনি লাকপনি।

অংখম :— য়ে ইপা মদু গ্যান তারে। নঙনা খজিক্তং হায়বদা ইপা অদুম খঙলে। ও পংঙিদা মী শিংসে। খৃষ্টান ধৰ্ম্ম চৎলিবা ঐগী গাড়ীসে ইসলাম ধৰ্ম্ম চৎপা নঙনা থৌরি। য়াৎ তিন্নদ্রবা মীওই

কয়ানা তোংলগা মাগী মাগী পনথুং য়ৌনবা থিন্বিরি। করি কায়? পুন্সী হায়বসিদি খোঙচৎনি, অতিথীনি। নুং ওইনা চীং ওইনা লৈহৌগদবা কনাসু য়াওদে।

ইকবাল ঃ— অশেংবনি ইপা।

অংখম ঃ— ও নুংশিদা অদুঙৈ চহি তরেৎ খুনতাকঙৈদদি ইপা ইপু শিংদুনা পুল্লপ পুল্লপ লাঞ্জেনমিন্নে। পুল্লপ পুল্লপ খুন্দামিন্নে। ঐ খোয়সে লমদমসিদা পোকপনি লমদমসিগী লৈবাক লৈহাওদা চাওবনি। লমদমসিগী মথানুংদা চেন চোংলিবা জীব ময়ামসিগী মমাসিনা অমখক্তং ওইবা তারবদি ঐখোয় ময়মসিবু ইচিন ইনাও নৎতব্রনে ইকবাল?

ইকবাল ঃ— অশেংবনি ইপা ।

অংখম ঃ— অদুদি হায়য়ু মখোয় ময়ামদো করন্না হনখি ? য়ানবা পুরকখ্রবা?

ইকবাল ঃ— য়ানবা হায়ববু নুপীমচা থম্বাল মশামক্না নংলিবা অন্বাবা পুন্নমক্কী ৱারী লীদুনা তাহনখি। থম্বালনা অচুম্বশিংদো হায়দোরক্লবা মতুংদা মখোয়গী মরক্তগী পুকচেল চাওরবা অঙাংসিগী মপা ওইবা ঙমগদবা নীপা অমত্তং থোরকউ ইপুরোয়বা ওইজগে হায়দুনা থম্মোয় শোক্না হায়জখি। কনা অমত্তা চোংথোরকত্রবদা ঐনা চোংথোকখি। মীয়াম মমাংদুদা মীয়ামদুবু শিংনরদুনা থম্বালনসু ঐহাকপু মহাক্কী মপুরোয়বা ওইগনি হায়দুনা থৌনা ফনা লেপখি।

**অংখম** ঃ— গুদ, য়ান্না ফৈ। নখোয় অনিগী ফীরেপতো ইপানসু থাগৎলি। ঐ খোয়সে মীওইবনি। মী অমা ওইরবনিনা মী ওইনা হিংমিন্নবা ফৈ। মতম 'মা লৈরম্মী লাননা নাকপাক **নাকপাক মী** শিনহনবগুম ধর্ম্মনসু নাকপাক নাকপাক **মী হাৎনহনখি** । লৈবাক ইখেং তাহনখি। লৈ বাক কাংখোং **চাইহনখি। শান্তি** লৈত্রবনিনা চাওখৎ খোঙথাং থীনথবা মসানা তাবনি। অদুবু - অদুবু মসিদি মতম অমগী ৱারী ওইখ্রবসু ঐখোয়দি হৌজিক মতমদু গী মীদু নত্রে।

ইকবাল ঃ— অশেংবনি ইপা, ঐখোয়দি হৌজিক অনৌবা মীরোল অমনিনা

অনৌবা ৱাখল্লোন অমগা হিংমিন্নবা তাবনি।

অংখম :— পীকপ্লবা খুপ্লবা জাৎ ধর্ম্মগী কাখুনুংদা শ্বোর হোল্লগা হিংলিবা মীথিবোং মীতম্বাবালতনা শান্তি থুগাইবনি। হিংলিবসি হয়েংগী খল্লগা হিংগদবনি নত্রগদি সনরেম্বী ইমাদি খু য়ৌরে, খ্বাং য়ৌরে, লৌবাই লুতোন য়ৌরে হায়দুনা তেংথারক্কদবতা মঙায়রে।

ইকবাল :— অশেংবনি ইপা, হৌজিক্তি ঐখোয়গী মীৎয়েং শানবা তাই। কাংলুপ মশিং য়াম্না খুনদারিবা ইরমদমনি। শান্তি পুরকপা ঙমলোইদবা, চাওখৎপা পুরকপা ঙমলোইদবা, অতোপ্পদা অকাইবা ওইরক্কদবা কলচর অদুদি ইপা নাৎ ইপু নাৎ ওইরবসু থাদোকপা ফৈ। চাওখৎপা অফবা লমদম'মা শেম্নবগী দমক্তদি ঐখোয়গী মাইয়োন হোংবা তাই, নত্রগদি -।

অংখম :— ণ্ডদ, মদু মক্লি ইপানা হায়নিংলিবসু। শান্তি হায়বসিদি ঐখোয় ঐখোয়গী খুৎতা লৈ। লাপ্পা থিরুগদবা নৎতে। ঐনা ঐগী ইয়ুম মৈ থাজবসিদি করম্না অশিংবনি হায়গনি।

ইকবাল :— মদুমক চুম্লবা ৱাফমনি।

অংখম :— ময়াম্না থুগাইবিরম্বা ওইরিনি, নঙগী থোঙ থোঙনাওকসিসু লোইনা ইতেক তেকলে। ঙসিদি ইপা শেল য়াম্না পুরক্কে। সে সে সি লৌশিল্লু লিশিং মঙাদনি, য়ুম কৈসে হান্না অমুক্তা শেমজিন্নবা।

ইকবাল :— ঐ ... ঐ য়ারনিদা ইপা, ঙরাং নহাক্তসু ।

অংখম :— য়ে মদুদি নঙগী তঙবনিনা। সিনা ইচাবু নুংশিবৈ মতেং ওইনা পীবনি। সে সে সি থমলগে। হায় ঙাইখো - ।

ইকবাল :— তাকপিয়ু ইপা।

অংখম :— ফুবা চৈবা তৌবিখি হায়, শোক লাকপ্রো ইবেম্মবু ?

ইকবাল :— হোয় মকোক্তসু অদুগা মখুৎতসু খর শোকই। ঙৈহাকসু গ্যান মাংদুনা ৱাম্বরুরমালে।

অংখম :— ইয়া হেনমল্লিদনা মখোয়সু । মখুৎসু হনবা ঙম্লরোয়দবা অদুগীসু মথক্তা অঙাং উনরুবৈ মশাসু শোন্না লৈরিবা। ও নাররিনিদা ইবেম্মদো।

ইকবাল :— মরকসিদা নুঙাইতবা পাও অমগসু ঐ তমফম খঙদনা লৈরবনে ইপা।

অংখম :— করি পাওনো ?

ইকবাল :— থম্বালনা হায়জবদে ঐ মহাকপু পোকপী ইমাদুই খোঙগুল লীরুবনি।

অংখম :— উম অদু কৈদৌরবা ?

ইকবাল :— মশা ঙমদদুনা ফমদা তাদুনা লৈবদি কুইরবা য়াৎনি । ঐনা যুমদুদা হেক য়ৌবদদি মহাক্তি অশি খাঙেন্নদুনা লৈরমলে হ্পা।

অংখম :— করি হায়বা - ! ও ওম্বোকপনিদা !

ইকবাল :— নহান শিবা নুমীৎতুদা ঐ মাঙোন্দা পাও সে তমলগেদনা খল্লুরবনে। অদুদা মহাক্না অঙাং উনরমদাইগী শোন্না লৈবদুদা -।

অংখম :— নুঙাইতে হায়দুনা লোৎতুনা থম্বদি য়ারোই। তাঞ্জা'মা য়েংলগা মাবু খঙহল্লো । কাইনদবদি ঙম্বা মীওইবা নৎতে। অদো ফরে ইকবাল ইচা শোকই হায়বদো কয়াম থীনা শোকলবা ইপা য়েংগে।

ইকবাল :— য়ানি ইপা, ইমুঙদা হেক্তা লেঙসিল্লসি । (চঙলকই) থম্বাল - থম্বাল - নঙ তুম্লব্রো থম্বাল ?

থম্বাল :— হুম, দাদা -।

ইকবাল :— সে ইপা অংখমনা নঙগী অশোকপদো য়েংগে হায়রি।

অংখম :— য়ে য়ে হৌগৎকনু ইবেম্মা হৌগৎকনু। অ ইপা অদুম য়েংগে, য়ানি য়ানি।

থম্বাল :— য়ানিদা ইপা নচা তপ্না তপ্না অদুম হৌগৎকে।

অংখম :— হেইস' সিদি মকোক শোকইদনা। ঈ সু য়াম্না খোকখি মাল্লি। চৈ গুম্ব'মনা সোইদনা থাখিবা ওইনি।

থম্বাল :— অঙাংসিসু পমখৎপা ঙমদে। খুৎসে য়াম্না নাই।

অংখম :— ইপা হৌজিকমক ডাক্তর কৌরুগে । সিদি য়েংদ্রবদি করম ফগনি। ইচা নাবা য়াদে। নাবা হেক ফবগা নখোয় অনি হৌনবী মতুং ইন্না লৈকাই মাংদা চাওনা লুহোংগদৌরিবনি। ইপানা নঙবু কৈন্যা দান পীগনি । (থম্বাল কপকলই) য়ে ইবেম্মা

কপকনু কপকনু, নখোয়গী দমক ইপা লৈরিসিদি। মীওইবনিনে ইবেম্মা ঐ খোয়সে মীওইবা। ইকবাল সে নঙ ইচানুপীসে শংলম্মু ইপা ডাক্তর লৌরুগে কো। (থোকখি)

ইকবাল :— হোয় ইপা। থম্বাল কপকনুসে, ইপা অংখমসে খামলুদনসু য়াররোয়। অদো ঐ নঙোন্দা ৱারী 'মা তম্বা ঙমদনা সুম লৈরে - নে।

থম্বাল :— করি ৱারীনো দাদা - তম্বীয়ু, ইমা শিরে হায়গদবা ওইরিনি নৎত্রা - ?

ইকবাল :— থম্বাল !

থম্বাল :— ইমাদো শিরম্লনি হায়বা ঐ খংঙি।

ইকবাল :— ঐ নঙনা হায়বৈ মতুং ইন্না মতম চান চৎখি। অদুবু ইমাদো উনবা ঙমখিদে। নহান লৈখিদবনি।

থম্বাল :— শিসনু মা শিখিসনু ।ইমাদো শিখিসনু। - - - হু - - হু - হিংচা য়াইতম্বনা থল্লবা সংসারসিদা ঙাকপী শেনবীবা ঙমলোয় খঙনা খঙনা মানা ঐবু পোকপীরম্বে দমক্তনি ঐনা পেন্দ্রিবসে - — হু। ঐবু নুপীনি খংলবদি পোকলকপগা মেৎখাইদুনা হাৎতোকপীরমবা কৈদৌগেনে ইমা - - হু - - হু - - ।

ইকবাল :— থম্বাল হায়হৈদেসে করিনো। ফরেসে নঙ অমুক কপ্পা হৌরেসে। ইমাদো চহিসু. য়ামশিল্লকলে হায়দাইনে।

থম্বাল :— হু - - হু - -ইমা, নঙ শিরে তাবদা নচা য়াম্না নুঙাইরে ইমা। নঙতগী খন্বদা ঐ য়াম্না ৱানা লেনখিবনি। নহাক্না শান্তি ফংখিবসে নচা পেল্লে - - - নচা য়াম্না নুঙাইরে - - । হু .. হু .. হু .. ।

ইকবাল :— থম্বাল ফরেসে নঙনা কপ লাওবসিদা নশাদো অমুক্কা হেন্না শোল্লনি।

থম্বাল :— শোনসনু মাংখিসনু হকচাংসে অসুম তুমশিন্দুনা মাংখ্রসনু। লৈহৈদ্রবা শংসারসিদা নচা হিংনিংদ্রে নচাবুসু লৌশিন্বিরোনে ইমা - - হু - হু - — ।

ইকবাল :— থম্বাল সে পুন্নমকসে মাগী মাগী মতম হায়দুনি। কনানসু থিংবা ঙমগদবা নৎতে। কনানসু অশিবগী খয়াৎতগী নাম্থোক্তুনা চহি চনি হিংখি হায়বা তাদ্রি। সে আ - ডাক্তর ওইরমানে ইপা অংখমগা লাকলিবসে । ঐ মখোয়বু অমুক্তা ওকলুখিগে।

# যন্ত্রণা মখোল

## অনিশুবা

(থম্বালগী মমাগী কর্ম্ম নুমীৎ। ময়াম লাংবা নিনবা তায়। থম্বাল কর্ম্ম য়াওবা লাকই)

থম্বাল ঃ— ইমা - ঙসি নঙগী কর্ম্ম নুমীৎনি। নচানা ইমাগী কর্ম্ম য়াওবা লাকলি। অরোয়বা পুংফমদুদা ইমাগী খুয়াদা ফমদুনা নচানা সেবা তৌজবা ফংখিদ্রবসু মীৎকী পী অসিদি নহাক্কী দমক শিঙ্গুরি। নচানা ঙমজবা হায়ববু সি মঙাইরেনে ইমা - - - । নচা লৈনা লৈনা নোরোক্কী কোমদা হিংখ্রবী, মীকুপ অমতং ওইরবসু মমাগী সেবা তৌজবা ফংজখিদ্রবী ঐ অসিসু কয়াদা পাপ চেনখ্রবা । দাদা চংঙু, ঐগী মাঙ থাদুনা চংঙু। (থৌনা ফগৎলি) ঙসিদি মায়োক্লবা লানফমদা ঐ সোয়দনা লেপকনি। সমাজ অসিনা পুল্লপ ঐগী মায়োক্তা লেপখ্রবসু ঐ নহাক্কী মায়গৈদা লেপকনি।

ইকবাল ঃ— থম্বাল নপাম লমদমগী মীওইশিংনা নঙোন্দা চৈরকপা য়াই, থীনা ঙাংলকপা য়াই, নৎত্রগা তানথোকপীরকবসু য়াই। মদুনা নঙোন্দা অহেন্বা চৈনা'মা ওইগদবা লৈরগদি নঙ - - ।

থম্বাল ঃ— দাদা অফ ফৎতগী বীচার ঐগী ইফমদদি লোয়খিবা কুইরে। হৌজিক কনাবুসু কীদুনা চেনগদবা নৎতে। ঐনা লেপলিবসে সমাজ অসিগী অনৌবা থোঙজিন অমদনি। সে - সে নহাক ঐঙোন্দা মুন্না অমুক্তা য়েংলকউ।

ইকবাল ঃ— থমবাল !

থম্বাল ঃ— ঙসি ঐনা ইমাগী কর্ম্ম য়াওবা লাকপদা শেৎলিবা ফীজোলসে মৈতৈ পাঙলগী ফীজোলনি। মসি ঐনা শেৎকে হায়দুনা শেৎলবনি। মৈতৈ নীঙোল থমবাল ইসলাম ধর্ম্ম চৎলিবা ইকবালদা য়ুম পাল্লে হায়বগী খুদমদুনি ঐনা পুদুনা লাকলিবা।

ইকবাল ঃ— থম্বাল !

থম্বাল ঃ— ফীজেৎ অসিনা উরুবা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা বাহং কয়া পোকহল্লকপা য়াই। বাহংশিং অদুগী পাওখুমনি ঐনা ফোংনা পীরিবসে।

তমপাক :— (লাপ্পা ঙাংনবা) হায় - নোয় কনা কনা লৈ ? লৈ চাইবা য়ারে হায়রিয়ে। লাকও লাকও থোক্লরক্লো শোরাৎ খরা ঙন্নবা । থবকসে ইম্বোক্লা য়ামখ্রে তৌদোইসে। করিনোনে কনা অমতবু থোরকখিদ্রেনে । (থওইদনা) কনানবু করি থোকনৈ হায়দনা চাইনিংগদৌরিবা লৈ নো। ঐ ফাওবা চাই য়াদবৈ 'দুক চাইবা হায়দুনি। হায় কনা কনানোনে চঙক্লিসিবু - নুপী অমগা নীপা অমগা ? হায় - পাঙন নুপীনিনে। করিগীনো মোয়না সি তান্না চুমদ্রিংনা হেক্তা চঙলকলিসিনা ? আ কনা- কনা উনবীগদবা ইবেম্মহোয়বু - ?

থম্বাল :— কনাগী কর্ম্মনো ঙসিসিবু ইন্দোন?

তমপাক :— য়ে - অহন অমা মতোমতা লৈরম্মী, লৈখিদ্রে। মাগী কর্ম্মনি।

থম্বাল :— মচা মশু মরী মতা কনামত্তা লৈহৌদ্রবা - ?

তমপাক :— লৈতে হায় তাইয়ে। লমহেনবী ওক্তবী মচানুপী'মা লৈরম্মী। খুন্নসু ইনথোকখ্রবনি। শিখ্রব্রা করিনো পাও তাদে।

থম্বাল :— কর্ম্মদি কনানা কমদৌনা শোল্লিবা ?

তমপাক :— ও মৈতৈ ঐখোয়গী কর্ম্মসিদি শেল য়াম্না চংঙিদো। অহন্দুনা থনম্বা য়ুমফম মচেৎসে য়োল্লগা মদুনা শোন্বনি।

থম্বাল :— য়ুমফম মচেৎতুদি কনানা লৌবনো ইন্দোন?

তমপাক :— (শাউনিংঙি) করিনোনে ইবেম্মনা হংলিসিবু ? ঐনা লৌবনি কৈনো। অদো - করি থবক্কী নত্রগা কনা হংবিবা ওইরবা ?

থম্বাল :— ঐ কর্ম্ম য়েংবা লাকপনি।

তমপাক :— য়ে দুদি ৱাৎলি। অচা অথকসু মরাং কায়দে। তঙাইফদবা খরদনি শিন লাংলিসে। অদো ফমখিগদ্রা - চৎলদ্রা - ঐদি হৌগৎলগেনে।

থম্বাল :— ইনে - ঐ পাঙন নুপী নৎতে। নমৌ নুপী থম্বালনি।

তম্পাক :— হা ! করিয়েবা !

থম্বাল :— মানি - ঐ ওক্তবী থম্বাল। ওক্তে হায়দুনা খুন্না ইম্বোকপীখ্রবী।

তমপাক :— করি ! নঙবু থম্বাল হায়বা ?

থম্বাল :— থম্বাল ঙসিদি মৈতৈ পাঙনদা য়ুম পাল্লে। ইনাক্তা ফমলিসিনা

ঐগী ইপুরোয়বা।

তমপাক ঃ— করি ! বিষ্ণু বিষ্ণু - বিষ্ণু !

থম্বাল ঃ— তাহৈদবা পলহৈদবা ঙক্তুনি। অদুবু ঐগী পুন্সিদদি অমমমতা ওইথোরকলি।

তমপাক ঃ— করি ৱানোনে থম্বাল। নৎতে - নঙবু - ?

থম্বাল ঃ— ঐ ইমাগী কর্ম্ম য়াওবা লাকপনি। লাইওইখ্রবী ইমাগী মফমদা হৈকৎ লৈকৎ তম্বা লাকপনি। ইমাগী দমক মচা ঐ হিংল্লি হায়দুনা উৎপা লাকপনি।

তমপাক ঃ— ইবেম্মা তপ্না ঙাংঙু । নৎতে নঙনা তৌরিসিবু করি মতৌ কৌবগেনে। অসুক কুইবসে ইনে লোৎনা লোৎনা নঙগী পাউ লৌবনি।

থম্বাল ঃ— ঐ খংঙি কনা কনানা ঐগী পাউ লৌরমগনি হায়বা। মদু ঐঙোন্দা থোইদোকতে।

তমপাক ঃ— অশেংবনিকো ইবেম্মা ইনেনা হায়রিসে। করি লাই শোল্লুগে ইনে য়াইকো।

থম্বাল ঃ— ইমা শিখিবা য়াম্না ফৈ। মা শিখিবদা ঐ হরাওই। ঙসিগী তাইবংপানসিদি তোল্লবা অশোন অনাগী শরুক য়াউদে।

তমপাক ঃ— তপ্না ঙাংঙু হায়বনি থম্বাল । ময়াম তাখ্রগদি অমুক -।

থম্বাল ঃ— ময়াম তাখ্রগা অমুক কৈদৌগদৌরিবা ? হায়বীয়ু ময়াম হায়বসিবু কনানো ? করিনো? ময়ামদুগী মরক্তে ঐবু অমুক খন্দোকপীরিবসিনা করিগী ?

তমপাক ঃ— থম্বাল - !

থম্বাল ঃ— য়ুমফম য়োল্লগা শোনলিবা ইমাগী কর্ম্ম ওইরগনি মচা ঐগীসু অধিকার লৈ। ঐগী ৱা ঙাংবগী হক লৈ। ঐনা চৎপা ঐনা চঙবদা কনানসু থিংবগী হক লৈতে। হন্দোকউসে লাই ওইখ্রবী ইমাবু অমুক্তা খুরমগে। পাঙন নুপী ঐনা পুরকপা হৈ লৈ খরদং ইমাগী খুভমসিদা কৎচগে ।

তমপাক ঃ— করি মতৌনোনে তৌরিসিবু ।

থম্বাল ঃ— ইমা হু .. হু .. নচা লাইবক থীরবীনা খুরুমজরি। নচা ঙসিদি

পাওন নুপী ওল্লে, ধর্ম্ম হোংলে, ফীজেৎ হোংলে। অদুবু থম্মোয়সিদা ইমাবু নুংশিবগী মফমসিদি হোংবা ওমগদবা মান্দে। শংস্কারগী মৈরীদগী হেন্না শারবা মমা মচা শেৎনা খাইনবগী মৈচাকসিদি নচা থম্বালনা কোন্দুনা হিংহৌরেনে ইমা হু.. হু..।

ইকবাল ঃ— থম্বাল সে নওবু পোকপী ইমাদো ঐগীসু ইমানি। ঐসু ইমাগী মচানি। মমাবু খুরমফম থোকই, ঐসু ইমাদো অমুক্তা খুরমগে। ইমা ধর্ম্মগী লৈইনা খনখ্রবসু মদুবু মান্নবা মীৎয়েং অমদগী ইমাগী মফমদা ইকোক নোঞ্জবা ফংজবা হায়বসে ঐগী লাইবক ফবনি। লাইরমলেন্দা ইংনা চীক্লা শান্তি ওইনা লৈবীয়ুকো ইমা।

তমপাক ঃ— থম্বাল নোইনা তৌরিবসিবু করি মতৌনোনে। ময়াম্নসু ওমশিন্দুনা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরে।

থম্বাল ঃ— য়েংসনু, নোক্লসনু করেম্নসনু । ঐবু মফমসে মাংথোকলৈ হায়বগী দমক ঐ মপোক তরেৎ নোরোক্তা তাগে তাসনু। শিরমদাই মীকুপতুদা লেংবা ওৎপা ওমজদ্রবী ইমাগী চিন্বালদুনা ইঙ্থোকখ্রবী মচা থম্বালবুদি উনিংঙি হায়দুনা শোয়দনা শোল্লমগনি। মীকুপতুদা ইমাগী নাক্তা লেপচবা ওমখিদবা শিমখক্তংদি নচা থম্বালগী পেন্দবা হায়বদো ওইরেনে ইমা - - - হু - - হু - - ।

ইকবাল ঃ— থম্বাল !

থম্বাল ঃ— ঙসিদি থম্বালনা চৎনবী পন নমখাইদুনা ইমাবু থীরকপদদি লাইবক্কী শরু মচেৎনা মচাবু ঙাইবিরমলি। পুন্নমকসে নচাগী লাইবক্তা ওইরমানেনে ইমা - - - হু — - হু — - হু - - ।

তমপাক ঃ— থম্বাল সে সে নওগী ফী'সে অমুক্তা হোংনবা তৌসি। নমাগী কর্ম্মসে নওসু য়াওখো।

থম্বাল ঃ— ঐনা শেৎলিবা ফী'সে সুকহোং হোংলরোই হায়দুনা শেৎচিনখ্রবা ফী নি।

তমপাক ঃ— হৈমা কমদৌনিসিদি ! কর্ম্ম কায়বা তারনিনে অঙাওবী নওবু।

থম্বাল ঃ— কায়খিসনু। জাৎ তাখ্রবী ঐ লাকই হায়বগী দমক কর্ম্ম কায়গদবা লৈরবদি কায়খিসনু। মসিদা ঐগী পেন্দবা অমত্তা লৈতে।

তমপাক ঃ— করিনোনে থম্বাল নঙনা ঙাংলিসিবু। ইনম্মদুনসু কর্ম্মসিদংদি শোল্লকউ হায়দুনা ও হ্লোক্লা বানা হায়জরম্মীবনি। অদুগা নঙনা -।

থম্বাল ঃ— ইমানা পামজরম্বা কর্ম্মসে মচা ঐনা অঙম্বা মতমদা চাম্মরকসু শোনবা য়াই। হায়বীয়ু - ঙসিগী নুমিৎসিদা মচা ঐ খক নৎতনা কনানবু কয়াম থম্মোয় শোকলমগদগে। নখোয়না ঐবু ইম্বোকপীবগী মহুৎতা ইমা ইচা লৈজবা ফংহনবিরল্লবদি ঙসিগী কর্ম্ম অসিদগী হেন্না ইমানা পেঞ্জরম্বসু য়াই।

তমপাক ঃ— থম্বাল সে সে -- ইমৌ কৈসু লান্দে। অদো ফী' সিদংদি হোংসি। অহল ৩/৪ তিল্লিবসে নঙবু চঙহনবা য়ানবা ইনে হায়নগে। ফী সিবু হোংলবদি নঙোন্দা কনানসু কৈসু হায়রকলোয়দা ।

থম্বাল ঃ— ফী হোংবা ?

তমপাক ঃ— হোয়নে 'দুতংদি হোংদোকসিনে।

থম্বাল ঃ— ধর্ম্ম ওনখ্রবী থম্বালনা মমাগী কর্ম্ম য়াওবা ফংজনবা ফীজেৎ হোংখি হায়বদুমদি কৈদৌনুংদসু হায়ল্লমলোয়। মসি হোংগে হায়দুনা শেৎখিবা নৎতে।

তমপাক ঃ— থম্বাল !

থম্বাল ঃ— ময়াম তাবিয়ু, ময়াম য়েংবীয়ু, ঙসি ঐনা ফৈভমনরিবা ইচাসিগী মপা হৌজিকসু কনানো হায়বা খংবা ঙমদ্রি। ইচাসিনা মরম ওইদুনা নখোয়না ঐবু ইম্বোকখিবনি। ঐনা হায়জবা অমত্তা নখোয়না তাবিখিদে। ঙসিদি ওত্তবী থম্বালনা শারমচৎতগী মীতমখিবা মচাবু মথাদা কোল্লগা নখোয়গী নমাংদা লেপলি। ইচাগী মপা ওইগদবা কনাগুম্বা জীব অমত্তা চোংথোরকত্ররক্ত থম্মোয় চাওরবা ইকবালনা চোংথোরকখি। ঐনা মাসু ইপুরোয়বনি খঞ্জখি। হায়বীয়ু ঙসিগী শংসারসিদা থম্বালনা কয়াম লানখ্রবগে -- হু -- হু -- হু -- ।

চন্দ্রমনি ঃ— লানদে লানদে ইচা করিসু লানদে। খুরা ঙসাই' খৈ ইচানা হায়বা তারিবনি। নঙনা নমাগী কর্ম্ম য়াওবা লাকপদা কনানসু থীংবা ঙমগদবা নৎতে।

থম্বাল ঃ— কাংলুপ কয়ানা খুন্দারিবা লমদমনি। কাংলুপ অমনা কাংলুপ

অমবু ইকায় খুন্নবিয়ু ।খৃষ্টাননি - মুসলিমনি - হিন্দুনি হায়বগী তোঙান্বা মীৎয়েং থম্বীগনু । ঐখোয় মশেনগী মরকসিদা নুংশিনবগী লম্বীনি ঙসি ঐনা থোঞ্জরিবসে।

চন্দ্রমনি ঃ— সববাস !ইচাতনি।ইচাগী ব্বাংলবা ব্বাখল্লোনসিদা কনানা ইকায় খুন্নদবা ঙমগনি। নঙগী ব্বাথোক'মা লৈখি হায়বসে খুরাদি হৌজিক্তবু খঙলিনে।

থম্বাল ঃ— খুরা - ধর্ম্ম হায়বসিবু করিনো? থম্মোয়সিদা নুংশিবীবা, কৎথোকপা, ঙাকপীবা, গুনশিংসি লৈহনবা ঙমদ্রগদি ধর্ম্মনা কৈদৌনি? ফীজেৎনা কৈদৌনি?

চন্দ্রমনি ঃ— মদুমক চুন্নবা ব্বাফমনি ইবেম্মা । ধর্ম্ম হায়বসিদি মপাম্থোংগী পোৎশক অমগী মচুনি।লুরিবদি মসিনা য়োমশিন্দুনা থমলিবা মীওইবগী থম্মোয় অসিনি।ধর্ম্মনা নুংশিনৌ হায়বা খক নত্তনা য়েংথিনৌ হায়বদি মালেমগী ধর্ম্ম অমত্তনা শৌগৎলোই। শান্তিনবু লৈত্রবদি খৃষ্টান মশেন হাৎতোকনৈ, হিন্দু মসেন য়েংথিনৈ।হায় - কনা... হায় ইতাও - ইতাও অংখম নৎতব্রনে লেঙলকলিসিবু ?

অংখম ঃ— অ - ইতাও মানি, ঐনে। য়ে ইকবাল - নোয়সু লৈরমলি।

ইকবাল ঃ— ইপা।

চন্দ্রমনি ঃ— করিনো ইতাও নমবোও থাবোও ময়োম ময়াম অমগা? হায় নোয় কনানো ইতাওগী ফীদা থুরকউ।

অংখম ঃ— ইতাও ঐদো থম্বালগী মমাগী কর্ম্ম য়াওবা লাকপনি।ঐদি ইচা থম্বালনা ব্বারী তৌরগতা মখংবনি।

চন্দ্রমনি ঃ— হায়রিসিবু ইতাও - ।

অংখম ঃ— ইতাও ব্বারীসে ইম্থোক্লা শাংবনি। ঐ কোন্না হায়রগে। অদুগা ইতাও ইচা থম্বালদি শুংলান লান্দবনি। মাগী ব্বারী তাবদা ঐ য়াম্না কপখি। ঐনা মাবু ইচানুপী শক্লা কৈন্যা দান পীরগা ইকবালদা লুহোংবীবনি। ফরে ইতাও ব্বারীসে কর্ম্ম লোয়রগা শারসি।

চন্দ্রমনি ঃ— নুঙাইদা, ঙসি ইতাওনা পাও তাবগা হেক লাকপীবসে।

অংখম ঃ— ইতাও - ঐনা কর্ম্মগী অঙম্বা পোৎপাং খর পুরকলিবসে অমুক্তা লৌশিল্লু। য়ে থম্বাল নঙ করিগী কপলি। কপকনু কপকনু।

তমপাক ঃ— উম - তাদা সোমদা ফীদাদা অমুক্তা লেংশিন্বিয়ু । হায় - ইবেচাউবী চাদো সোমদা খরা থুরকউ।

চন্দ্রমনি ঃ— থম্বাল, ইচা থম্বালদি ধর্ম্ম চেন্বীনি। ইচাগুম্বী নুপীদি অতাংবিনি। নঙগী ব্বারীসিনা ঐখোয় অমত্তনি হায়বৈ মীনুংশি পোকহল্লে। মঙ্গল ওইয়ু ইচাদি ।

অংখম ঃ— অদুনি ইতাও শিবা নাইবা লোমবা নাইবা মীওই মপোবনি। হিংমিন্নরিঙৈ নুংশিনবা হায়বসে মীওইবগী ধর্ম্মনি । নুংশিবমুক লুম্বা ধর্ম্মদি মালেমদা অনি শুদে হায়নরিবনি।

চন্দ্রমনি ঃ— য়াম্না নুঙাইরে ঙসিদি ঐখোয় মশেন লোয়না পুল্লে। ঐখোয় ময়াম চংদুনা ঙসিগী কর্ম্মসে ফজনা শোল্লসি হায়ববু ময়ামগী মোৎ অমতং।

ময়াম ঃ— য়াই য়াই, য়াম ফজে য়াম ফজে। ঐখোয় অমত্তনি। ঐখোয় ইমা অমত্তগী মচানি।

চন্দ্রমনি ঃ— য়াম্না নুঙাইরে। শান্তিগী তুংনফম ওইরিবা ইমা লৈবাকসিনা চাওখৎ লমজেন্দা মাং থাদ্রবদি কনানা থাগনি। মসিনি মীওইবা ওইনা হিংমিন্নরুবগী নুঙাইবা হায়বদো নত্রনে ইতাউ ?

অংখম ঃ— মানি মানি ইতাও। ঙসিদগীদি ইরৈবাক ইরমদমসে লৈচাওরসনু খুঙ্গাওরসনু। মালেমগী চাওখৎ লমজেন্দা মাং থাবা ওইরসনু।

## যন্ত্রগী মখোল

### অরোয়বা শরুক

(ইকবাল গাড়ী থৌরুবদৈ হঞ্জিল্লকই। মহাক্না হঞ্জিল্লকপদা থম্বাল লৈরমদে)

ইকবাল ঃ— থম্বাল থম্বাল ... হায় লৈতা য়াৎলা। কাই চংখিল্লোনে মাবু ? থম্বাল - থম্বাল - থোঙ থোঙনাওসিসু শো লোল্লমদে, কদায় চংখি য়াৎনোনে মাবু ? থম্বাল থম্বাল ঐ লাকয়ে কদায় লৈগে নঙবু? থোঙ সো লোল্লমদবসিনদি যাম্না লাপ্না

চৎথোকলমগদবদি মান্দে। লৈরক মচিনগী দুকানদসু লৈবা উরমদে। গুৱাহাটি হঙ্গৎ হন্দা নুমীৎ মরিনি লেপ্তনা গাড়ী থৌরুবনিনা হকচাংসিসু ৱাবনা অমুক্তবোই । ইমুং মনুংকসিদি য়াম্না ফজনা তনান তনাননা লোইশিল্লমলি। হায় করিনো চাক্লা উপতুনা থমলিসিনা? মানিনে। হুম চাকসিদি পুমলে। মসিদি ঙরাং নত্রগা নহানগী সোয়দনা ওইনি। হেইস - মসিনা তাকপদি - মহাক....? করিনো থোঙজিল হেক মপান্দা অথুপ্পা চে অমা তারিসিনা ? করি ? চিঠি ! করিগী চিঠি ! (চে শেগাইদুনা পায়)

থম্বাল ঃ— দাদা নহাক ঙসি থুংলরে নৎত্র? নহাক হল্লক্লগদি চাক লামগনি হায়দনা ঐনা চাক উপতুনা থল্লমবনি। চারব্রা? ডাক্তরনা ইরম্বা নঙগী হীদাকসিংদো ঐনা লৈদুনা থনম্বনি। হীদাকসিংদো মতম চানা চাবীয়ু। নঙনা কাউগন্বদুদা মদুফাও নিংশিংলরোইদ্রা হায়দুনা ঐ য়াম্না ৱায়। নঙগী পৈশাদো ঐ শিজিন্নদে। পুন্নমক ইচেতোম্বীদা লোয়না শিন্নরম্বনি। হৌজিকমক চৎলগা লৌশিল্লুচো। দাদা - ঐহাক কদায়দা ইচাসে পুরগা চৎখ্রে হায়দুনা নহাক্লা শোয়দনা খঙনিংলমগনি । ঐ নঙোন্দা তাকলমদ্রে। অদুম ওইনমক ঐ নহাক্কী নুপী থম্বালনি। নঙনা ঐগী ইপুরোয়বা।

ইকবাল ঃ— থম্বাল করিনোনে ঙসি নঙনা ঙাংলিবসিবু !

থম্বাল ঃ— দাদা নহাক সোয়দনা ঙকলমগনি। ঐঙোন্দদি পুন্সী তাংকক অমা লোয়দুনা অনৌবা তাংকক অমদা খোঙ থাংজিল্লে। নহাক ৱারৌগদ্রা খঙদে।

ইকবাল ঃ— থম্বাল নঙ !

থম্বাল ঃ— অদু ওইরবসু ঐ লাপ্পা বীদায় লৌজরি। ঐনা নঙোন্দা সিমখক্তংদি হায়জনিংঙি ।

ইকবাল ঃ— নহাক্লা করি হায়নিংলিবা ?

থম্বাল ঃ— অশোন অনা লৈত লাইর উরগদি ঐ মক্লি খন্বীদুনা মখোয়বু নুংশিবীয়ু। নঙনা গাড়ী থৌদুনা চৎপা মতমদা জীব পান্না

ওইরবদি ককচেং ফাওবা তকপীগনুকো। (হিক্লা হিক্লা কপ্পী)

ইকবাল ঃ— থম্বাল - করিনোনে নঙনা হায়রিসিবু। নৎতে নঙবু করি লমদা চৎলবগেনে?

থম্বাল ঃ— ঐ চৎলে। ঐ পনথুং অমগী খোঙফম মশিং থীরগা চৎলি। পুন্সীনা লোমদ্রি ফাওবদি ঐ অদুম্মক চৎখিনি। ঐবু অমুক থিরকলনু।

ইকবাল ঃ— ক - করিগী ?

থম্বাল ঃ— ঐ মীরোৎ ওইরে।

ইকবাল ঃ— থম্বাল !

থম্বাল ঃ— য়াইফ খোঙচৎ তাম্বনি খন্দুনা নঙগী থম্বালবু বর পীনবীয়ু।

ইকবাল ঃ— নৎতে থম্বাল - মদু ওইথোকপা য়ারোয়, মদু খক ওইথোকপা য়ারোয়। নঙ হল্লকখো থম্বাল - নঙ হল্লকখো থম্বাল ।

থম্বাল ঃ— ঐ অমুক হল্লক্লরোই দাদা। পুন্সীসে লৈত্ত লাইর অশোন অনাগী দমক কৎথোক্লগে মান্নবা খুনাই অমা শেগা ঙমজনব, মীওইবনা মী ওইনা মালেমদা হিংবা ঙমজনব। ।

ইকবাল ঃ— নৎতে থম্বাল, নঙ মীরোৎ ওইবা য়ারোয়। মীয়ামগী থেবাদি ফোংনা ওইরবসু তৌবা য়াই। নঙ মীরোৎ ওইবা য়ারোয়, নঙ হল্লকখো থম্বাল।

থম্বাল ঃ— দাদা - নঙগী থম্বালবু অমুক হাহল্লগনু। লৈত্ত লাইরা মীয়ামগী দমক পুন্সী কৎথোকখ্রবী থম্বালনি হায়দনা নুঙায়বা ফাওবীয়ু।

ইকবাল ঃ— অঙাং অদুনা কদায়দা লৈখ্রবা ?

থম্বাল ঃ— ইচাসে হৌজিক মমা ঐগী নাক্তা লৈরি। নুংশি রবা ইচানী মমগী পীশক অসিদা মমা ঐনা হু ..... হু ... হু ... ।

ইকবাল ঃ— করি হায়বা !

থম্বাল ঃ— মমা ঐনা ইচাবু খুৎলাই পায়বা তম্বীরি।

ইকবাল ঃ— করি !

থম্বাল ঃ— (কপ্পা কপ্পা) ইচাবু লান তম্বীরি। মমানা মচাবু লানথেংনখা ঙম্নবা লান তম্বীরি। ইচা পীশক অসিগী মখুৎ পায়দুনা ইমা ইচা লানবুংদা চঙলে। ... হু ... হু ... হু ... ।

ইকবাল ঃ— ও - - - থম্বাল, নঙ - নঙ ... । মখাদি ? মখাদি ? ও - মখা অমুক ইরমদ্রে। চিঠিসে সিদা লোয়রবা । থম্বাল - চুন্মী ঐ নঙবু খামগদবা নৎতে। নঙগী খোঙচৎ মঙ্গোল ওইয়ু। অদুবু থম্বাল নহাক্কী খ্বায়দৈ থম্মোয় শোক্লবা ৱাহৈ "নীপা অমত্তং থোরকউ ইপুরোয়বা ওইজগে" হায়বা ৱাহৈসে খোনথাং ওইনা নাকোংসিদা ঙংদুনতা লৈরে। ৱাহৈ সিননি ঐঙোন্দা থৌনা হাপখিবসু। ফৈ - নঙগী খোঙচৎ মঙ্গোল ওইয়ু।

লোইরবা ।
২০/০৯/২০০৭




❋ ❋ ❋ ❋ ❋ ❋ ❋



লাইরবা নঙ শিরবনিনা নঙবু পোৎলোয়রি। নঙবু অমুক হল্লক্কনবা মংথোঙ থিংলি নঙবু নুংশিবশিংনা। নঙ লৈবম্বগী মাসু চাওজবম্বনি মবমদি নঙবু নেৎলা নেৎলগা কাখৎনবগী। ঐসু লৈবি নখোয়গী নরক্তা শণ্ডপ শাইবিবা মচিন্দগী নানথবকপা লুখাকতু য়েংলে দুনা। শেগা মাইগা লৈববা কান নঙ অমুক পোকলকউ। মবমদি-নঙ মীওইবনি। অদুনা মান্নবা খুন্নাই অমগী ঈশ্বরদা ইকোক নোল্লিবা ভক্ত অমনি। অসুন্না শকত্তাকচগে ঐহাক্তি।

—অইবা

*"Educate your woman first and leave them to themselves, then they will tell what reforms are necessary for them"*

*–Swami Vivekananda.*

*Published by : Moirangthem Graphics & Yendrembam Ongbi Benu Rani*



Printed at : **Moirangthem Graphics**
**Printers & Publishers**
Silchar, Cachar, Assam
Tel 03842-257120